লাইনীং নাং অমসুং পুৱারীগী মীৎয়েংদ

# কংলা




সাইরেম নীলবীর

[illegible]

# লাইনীং নাৎ অমসুং পুৱারীগী মীৎয়েংদ

# কংলা



*সাইরেম নীলবীর*

'মতমগী খোঙথাং' চেফোঙগী অরেংব (ইদিতর) ওইবস্থ

'লাইমিংথৌ লাইরেম্মাশিংগী খারী শীংবুল'

'লাইমিংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ'

'কোংমক লাইফম' অমসুং 'ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইরিক' কী অয়াব,

দি.এম. কলেজ (কম্মর্স) গী পোৎথারব প্রিন্সিপাল ॥




**LAINING NAT AMASUNG PUWARIGI MITYENGDA KANGLA**

*— A Book on the Religious, Cultural and Historical Importance of Kangla by Sairem Nilabir, Khurai Nandeibam Leikai, Imphal.*

No. of pages : 222
Price : Rs. 150/-



---

ꯂꯥꯏꯅꯤꯡ ꯅꯥꯠ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯄꯨꯋꯥꯔꯤꯒꯤ ꯃꯤꯠꯌꯦꯡꯗ ꯀꯪꯂꯥ

লাইনীং নাৎ অমসুং পুৱারীগী মীৎয়েংদ কংলা

অহানব থুংনম : খৃস্তকুম ২০০৭, ফেব্রুৱারী (ফাইরেল)
অফোঙবী : থীংবাইজম চনু সাইরেম ওঙবী ইবেমহল
লাইরিক মশীং : ১০০০ (লীশীং অম)

নমফম : পুথিব প্রেস (কম্পুতরাইজদ্),
খুরায় লমলোঙ কৈথেল, ইম্ফাল
লামায় মশীং : ২২২
মমল : লুপা ১৫০/-



লাইরিক ফংফম :

১) রাজেস বুক ষ্টোর, গবর্নর রোদ
২) অরীব মশাগী য়ুম

## কংচব

চীংডু খোইয়ুমে লাইগীবু
লাংওল মীপোক ওইখিব ॥
উঁজাউ উঁরেল শক্তান্নৌ
কংলা লাইকম শঙলকপ ॥
চীংডু মায়চৌ ইবুংঙো
লৌরেন্থ খোংনাংথাব-ও ॥
নঙগী চেংলৌ শক্তম্বু
থান্মোইনুংদ লাকশিনজ ॥
ব্রাখল হৈরাংজরগ
পুন্নীং লৈরাংজদুন ॥
'লাইনীং নাং অমসুং
পুৱারীগী মীংয়েংদ
কংলা' হায়না মিংথোনব ॥
লাইরিক 'সীবু কংচরি
নখোঙ থম্বাল অনীদ ॥
লংনদ্দল লৌবীয়ু
চীংডু মায়চৌ নহাক্ল ॥০॥

[illegible]
[illegible]
২২।০৯।০৯

# হায়জনীংব ৱাহৈ খরদং

'লাইনীং, নাৎ অমসুং পুৱারীগী মীংয়েংদ কংলা' হায়ন মিংথোনব লাইরিক অসীদ, পুৱারী মমাঙ য়াম্ন ওস্লিঁগৈ মতমদগী ১৯সুব চহীচা লোইরমদাই ফাওব কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাকলোন অমসুং লাইনীংলোনগী ময়োল-খোয়দৌ ওইদুন লৈরকখিব কংলা কৌব মফম অসীগ লমদম অসীদ য়েলহৌঙৈদগী খুন্দা লৈতাদুন লৈরক্লব মীওই কাঙলুপশিং, মপুঙ ওইন য়েক-শলাই তরেৎন হকচাংগী মরুওইব কায়াৎকুম লৈরক্লিব মীতৈশিংগী লাইনীং, নাৎ অমসুং পুৱারীগ থাদোক্লব য়াদ্রব ৱারী-ৱাখোঙ অমসুং ৱাখল্লোনশিং অদু শমজীনব মৱোঙদ ইথোকচবনি ॥ কংলাগী ৱারী-ৱাখোঙ অমসুং ৱাখল্লোন য়াওদব লৈবাক অসীগী লাইনীং, নাৎ অমসুং পুৱারীগী মশক অদুদি থৱায় য়াওদ্রব তাইবং হকচাংগ পাংখক্লি ॥ লাইরিক অসীমক্তি কংলাগী মরমদ ইরম্ব অরিব লাইরিকশিং অমসুং অখঙ অহৈ মায়চৌ, পন্দিত, স্কোলার কয়ান ইব লাইরিক অমসুং ৱারেংশিং পারুবদগী থেংনজরকপ ৱাবী-ৱাখোঙ অমসুং ৱাখল্লোনশিং অদু লাইরিক মচা অম ওইন পুথোকনীংলুবদগী ইদুন ফোঙদোকচবনি ॥ অসুম্ন লাইরিক অম পুথোক্লীংলুবগী মরুওইব মরমদি — কংলাগী ৱারী-ৱাখোঙ অমসুং ৱাখল্লোন খঙজিনবন মীতৈশিংগী য়েলহৌঙৈদগী থাগোম্নদুন লাক্লব লাইনীং, নাৎ, পাঙ্গল থৌনা, ৱাখল লৌশিং অমসুং ফুরূপ অসীগী শক্তম খঙনীংব মীওইশিংদ খরদং ওইরবসু মতেং ওইগনি হায়বসীনি ॥ লাইরিক মচা অসী ইনব হোৎনজবদ লমদম অসীগী শক্লাইরব মায়চৌ পন্দিত কয়ান ইথোকপ অবিব লাইরিকশিং অমসুং স্কোলার কয়ান ইব লাইবিক অমসুং ৱারেংশিংদগী মরুওইব মচাক কয়া ফংজখি ॥ মরম অসীন লমদম অসীগী শক্লাইরব মায়চৌ পন্দিৎ অমসুং স্কোলারশিং — ১) ইরোম অমুবী ২) খুমল্লঙ্গম য়াইম ৩) নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র ৪) আর: কে: সনাহল, বি: কম: ৫) নামৈরাকপম ইবোচৌবা, ৬) খুলেম চন্দ্রশেখর ৭) অঙোম পাকা

মৈতৈ ৮) শমজেৎশাবম কোন্দুম্বা মঙাং ৯) প্রো: গাংমুমৈ কবুই ১০) বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা ১১) মুতুম্বা বাহাদুর ১২) অয়েকপম তোম্বা মীতৈ ১৩) সমরেন্দ্র চোংথাম ১৪) দা. কেঐচ. সরোজিনি ১৫) প্রো: কাংজিয়া মঙাং ১৬) দা: কেঐচ. ইবোচৌ ১৭) প্রো: দা: পাউনম গুনিন্দ্র ১৮) দা: সাগম ভৈগ্য ১৯) নাউরোইবম ইন্দ্রমনি অসীনচিংব লমদম অসীগী লাইনীং, নাং অমসুং পুবারীগী মরমদ খঙ-হৈরব মীওই কয়াগী মফমদ অমসুং 'পোক্লফম' 'সঙাই এক্সপ্রেস' (ইংলিস ইদিসন) অমসুং 'সনথোঙ' চেফোঙগী ইদিতর অহুমগী মফমদ ঐহাক্ত শিংব ঙম্নরোইদব লমন তোনশিনজরে হায়ব ৱাফম অসী থম্মোইশেংন ফোঙদোকচবগ লোয়নন মখোয়গী মফমদ তৌবীমল খঙবসু উৎচরি।। অয়ীবন থিজিনব অমসুং য়েংশিনব ৱাংহৌবদগী লাইরিক অসীদ অশোয়-অঙাম য়াওরম্বসু য়াই।। অদুগুম্ব অশোয়-অঙামশিং অদু কনাগুম্বশিংন তাকপিরক্লবদি মথংগী খুৎনমদ শেমদোক শেমজীন, হাপতোক হাপচিন তৌজগনি।। অরোইবদ, খুরায় লম্লোং কৈথেলদ লৈব 'পুথিবা প্রেস (কম্পুতরাইজদ)' কী প্রোপ্রাইতর ইনাউ ইবুংঙো পুথেম মাঘচন্দ্র অমসুং প্রেসকী ইচাশিংন থৱায় য়াওন হোৎনবীদুন লাইরিক অসী মতম চান পুথোকপ ঙমহনবীবগীদমক নুংঙাইব অমসুং থাগৎপ ফোঙদোকচরি ।।০।।

[illegible]
[illegible]
[illegible]

[illegible]
[illegible]
[illegible]

# য়াওষ্কম


| পন্দুপ | — হীরম | লামায় |
|---|---|---|
| ০ | হায়জনীংব ৱাহৈ খরদং | ০ |
| ১ | কংলা ঃ মিংথোল অমসুং ৱাহন্দোক | ১ |
| ২ | কংলা অমসুং লৈশেমলোন | ৭ |
| ৩ | কংলা লৈরকপগী মতম | ১২ |
| ৪-১ঃ | মী অয়াম্বন খুঙনরব কংলাগী মফম/লাইফমশিং | ২০ |
| ৪-২ঃ | কংলাদ লৈব মরুওইব লাইফমশিং | ২৮ |
| ৪-৩ঃ | কংলাদ লৈব খোংশিং | ৩৫ |
| ৪ ৪ঃ | কংলাদ লৈব ঈযোক্কোম অমসুং পাৎ মরুশিং | ৪০ |
| ৪ ৫ঃ | কংলাদ লৈব পুঙশিং | ৪৩ |
| ৪ ৬ঃ | কংলাদ লৈব চাংশিং | ৪৭ |
| ৪ ৭ঃ | কংলাদ লৈব থেন্নশিং | ৫০ |
| ৪ ৮ঃ | কংলাদ লৈব শঙশিং | ৫৪ |
| ৫ | কংলা ঃ য়েক শলাইশিংগী অপূনব মশক | ৬০ |
| ৬ | পুৱাবীগী মতমদ কংলাবু শেমগৎ-শাগৎলকপ | ৬৬ |
| ৭ | কংলা ফম্বাল তোংবদ ঈনাৎ লাইনীংগী থৌরম | ৮৪ |
| ৮ | কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পুয়া মৈ থাব | ৯৩ |
| ৯ | কংলাদ পাঙথোকপ ঈনাৎ লাইনীংগী হৱাউ কুম্মৈশিং | ৯৮ |
| ১০ | ১৯সুব চহীচা লোইশিল্লকপদ কংলাগী শকফম | ১২১ |
| ১১ | কংলাদ শোক্লখিব এঙ্গলো-মনিপুর | |
| | লানগী অহানবা লানফম | ১২৭ |
| ১২ | সাহেবশিংন কংলা লৌশিনব | |
| | অমসুং য়ৈখায় থুখাইখিব | ১৪৯ |
| ১৩ | কংলাদ আসাম রাইফলস | ১৫৬ |
| ১৪ | ১৯৪৭ আগস্ত ১৫গী মতুংদ | |
| | কংলা লাইফমদ ঈ[illegible]ং থৌ[illegible] | ১৬১ |

| | | |
|---|---|---|
| ১৫ | কংলা থাঙ্গপাংকী মতাংদ | |
| | ব্রাফম অনীখক নীংশিংলকপ | ১৬৮ |
| ১৬-১ঃ | লৈবাক মীয়াম্ন কংলাবু অমুক হন্ন ফংজব | ১৭৬ |
| ১৬-২ঃ | কংলা শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক | |
| | কংলা ফোর্ত বোর্দ শেন্ন | ১৮২ |
| ১৬-৩ঃ | কংলা শেমগৎ শাগৎনবগীদমক কংলা ফোর্ত | |
| | বোর্দন কমিতিশিং শেন্ন | ১৮৭ |
| ১৬-৪ঃ | কংলা ফোর্ত বোর্দন পাঙথোকশ্রব | |
| | অমসুং পাঙথোক্কদব থবকশিং | ১৯২ |
| ১৭ | ব্রারোইশিন পন্দুপ | ১৯৯ |
| | এপেন্দিক্স | ২০৩ |
| | মতেং লৌখিব লাইরিকশিং | ২১৭ |

# ১

## কংলা ঃ মিংথোল অমসুং ব্রাহন্দোক

কংলা হায়বা মিংথোল মিংগৌ মমিং অসী করম্না ওইরকখিবনো হায়বগী মতাংদ অরিবা লাইরিক থিরেল লায়াৎ ত অসুম্না ইরি — *"কংসু কংলে, লাসু লারে কংলা কৌএ ।।"* বারোল অসীগী অশেংবা ব্রাহন্দোক্তি — ঈশিং লৈরম্বা মফম অদু ঈশিং কংথপ্রবা মতুংদদি লৈমায় অদু নুংশাগী মৈশান য়েবদ অসুম অসুম কংশিল্লকুন ময়েক লান শেংন উবা ঙল্লে — মরম অসীদগী মফম অদুবু কংলা হায়না কৌনখি খঙনখি হায়বনি ।। মিংথোল অসীমক্তি তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী মীৎ অসীন উরগ, উরিবা পোৎশক অদুগী মশক মতৌ শকফম য়েংলগ থোনখিবা পানগী ওইবা মিংথোল/মমিংনি ।। মিংথোল অসীমক্তি য়েলহৌঙৈদগী লমদম অসীদ খুন্দা লৈতাদুনা খুনবান লৈপান্দুনা লৈরক্লবা মীতৈশিংগী খুনবান লৈপাল্লকপগী ব্রারীগ মরী লৈনবা অমসুং য়াম্নসু চানবা মিংথোলনি ।। লমদম অসীগী পাথাও-পুথাও লান্না লাক্লবা চাদা নাউদা শন্না চীনথাও লান্না মীরোল অমদগী মীরোল অমদ মৈন ব্রায় তাংনা শম মথং মথং লাক্লবা চীনথাও ব্রারী মতুং ইন্না হৌজিক তমপাক ওইনা লৈরিবা লৈবাক অসীগী মফমশিং অসী মতম অমদদি ঈশিং থৃমজীন্দুনা লৈরম্মী ।। মতম অদুদ, তম্পাক্ত খুন্দারম্লিবা মীওইশিং অসী লমদম অসীগী অকোয়বদ লৈরিবা চীংজাউ চীংশাং চীংদোলশিংদ খুন্দা লৈতাদুনা লৈরম্মী ।। তম্পাক্লম অসী ঈশিং ঈপাক ওইনা লৈরম্মী ।। লমদম অসীগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা মীওই পুম্নমক চীংমী ওইরম্মী ।। শাংলবা মতম কয়াগী মতুংদ তম্পাক্লী ঈশিং অসী কোন্না অসুম অসুম কংথখিদুনা খুন্দা লৈতাবা য়াবা মফম ওইরকখিবনি ।। কংলা লৈরিবা মফম অসীদি চীংশা নাপোম তরেৎ লৈবা চীং অম ওইরম্মী ।। মরম অসীন তমপাক্লম ময়োল অসীদ খ্বাইদগী ইহান হান্না ঈশিং কংখিবা মফমদি কংলা ওইখি হায়বা ব্রাফম অসী মরম চায় ।। তম্পাক্লম অসীগী

মনুংদ খ্বাইদগী ইহান হান্ন ঈশিং কংখিবা লমদম অসীগী ময়ায়সু ওইশিল্লকপ মফম কংলা অসীদ লৈবাক্কী কোনুং ওইদুন লাকখি হায়ব পুরারী মমাওগী ওইব, লমদম অসীগী লৈমায়রোলনসু মশান অদুম তাকচরব, থাজনবী লৈ ।। থাজনবী রারী অসীগ *'কংসু কংলে, লাসু লারে কংলা কৌএ'* হায়ব রাফম অসীগ অনী অসী য়াম্ন চাশীম্নে ।। য়াম্না উচল চান চেংশিন্ন লৈ ।।

কংলা মিংথোল পিখিবগী মতাংদ লমদম অসীগী অহল্লমন অখঙ অহৈশিংন অসুম্ন হায়নরকই, — *"কোরৌ নোংথৌবু 'কং' কৌএ, মালেম লৈপাকপু 'লা' কৌএ, কংগ লাগ অনী পুল্লে ।। কংলা কৌএ ।।"* রাফম অসীন উৎলিবদি — কোরৌ নোংদোল লাইরেপাক অমসুং তাইবংমী ঐখোয়ন খুনবান লৈপান্দুন লৈরিব মালেম লৈপাক — অনীগী অপূনব মশক অমসুং মতীক ময়াই নুং-পান অনীগী মীৎয়েংদ য়েংলগ পীব মিংথোন্নি ।। মিংথোল অসীন য়োঙদোক্লিব রাখল্লোন্দি — কংলা হায়ব মফম অসীদি তাইবং মীওইবন খুন্দা লৈতাদুন খুনবান লৈপান্দুন লৈরিব মীওইবশিংগী মপী মপা ওইরিব নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিংগী তুঙনফম, মরুওইব লৈঙাক লোয়শঙশিংগী লৈফম লৈবাক্কী ময়োল কোনুংলেন ওইব অদুগ ঐখোয়গী মরুওইব চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অমসুং য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা কয়াগীসু লৈফম কোরৌ নোংদোল লাইরেপাক্কুম মতীক ময়াই লৈব লাইফমলেন অমসু ওইব — লাইফমলেন অমসুং কোনুংলেন অনীগী অপূনব মফম অম ওইন লৈ হায়বনি ।। য়াম্ন শমজীন্ন হায়রগ — কংলাদি লাইফমলেন্নি; কংলাদি কোনুংলেন্নি হায়বনি ।। লৈঙাকলোন হায়বসীন লৈবাক অমগী হকচাংনি অদুগ লাইনীংলোন হায়বসীন লৈবাক অদুগী থরায়নি ।। কংলাদি থরায় অমসুং হকচাং অনীগী অপূনব মশক্তি হায়ব রাখল্লোন রাংউরোল অসী — *"কোরৌ নোংথৌবু 'কং' কৌএ, মালেম লৈপাকপু 'লা' কৌএ, কংগ লাগ অনী পূল্লে, কংলা কৌএ"* — হায়ব রাফম অসীন পাউখোঙ চনবগুম্ন ঐখোয়দ তাকপিরি ।।

কংলা হায়ব মিংথোল অসী ওইরকখিবগী পাউতাক পাউজেল অমখক্তি — *শিববু 'কংব' কৌই, হিংববু 'লাব' কৌই ।। 'কং' অমসুং 'লা' হায়ব মকোক থংব খোম্থোক অনী অসীন পূনশিল্লগ 'কংলা'* ওইখি হায়বসীনি ।। ঐখোয়

পুন্নমক্ল খঙনবদ হৈংপাল লৈপাল অম কংলবদি শিরে, হৈংপাল অম হৈংশক থোক্ল পান্দুন লৈরবদি, লৈপাল অম লৈচু থোক্ল ময়েক লান লৈরবদি অহিংবনি, হিংলি ।। লৈঙাকলোনগ মরী লৈনব ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংগী অচেৎপা থাজনবী অমখক্তি — কোনুং লৌরবদি লৈবাক লৌরে, নিংথৌ ফারবদি লাল লোইরে — হায়ব ৱাফম অসীনি ।। কংলৈপাক মনিপুরগী কোনুং ওইরক্লিব কংলা অসী য়েক্লবন খুদুম চন্দুন লৌগ্রবদি কংলা মাঙলে, শিরে, কংলে ।। কোনুং ওইরিব কংলা অসী মাঙলবদি মীয়ামগী লৈফম ওইরিব লৈবাক অসীসু মাঙলে, শিরে, কংলে ।। কংলা কল্লবদি লৈবাক অসী কল্লে, হিংলে, শিদ্রে ।। মরম অসী লৈবন লৈবাক অসীগী হিংব অমসুং শিব অনীমক কংলাদ লৈরে হায়ব নুং অমসুং পান অনীগী ওইব ৱাখল্লোন অমসুং মীৎয়েং অদু কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌ, অঙম অথৌ, লাম্মী অমসুং মীয়াম পুন্নমক্কী থম্মোইদ থমদুন পাঙ্গল থৌনা, ৱাখল লৌশিং পুন্নমক শীজিন্নদুন পোক্লফম লমদম ওইরিব লৈবাক অসী কন্নবগীদমক কংলা কনগদবনি — হায়ব ৱাখল ফিদম অসী ইপা ইপু পুকোক পুরোলশিংন মচা মশু, চাদা নাউদা ওইরিব ঐখোয় পুন্নমক্ত পাউতাক পাউজেল ওইন থম্বীরম্বনি ।।

কংলা হায়ব ৱাহৈ অসীন য়েলহৌঙৈদগী কংলৈপাক মনিপুর অসীগী লাইফমলেন অমসুং কোনুংলেন ওইদুন লৈরক্লিব মফম অসীবু খঙনরকই ।। অদুবু ৱাহৈ অসীগী তোঙান তোঙানবা ৱাহন্দোক কয়াসু লৈতবদি নত্তে ।। মতাং অসীদ ৱাফম খর লৌখৎচরি ঃ

১) কংলা হায়রগ কোনুংবুসু খঙনৈ ।। খুদম ওইন — মতম অমগী খুমন কোনুংবু খুমন কংলা অমসুং মোইরাং কোনুংবু মোইরাং কংলা হায়রগসু খঙনরম্মী ।। মতাং অসীদ হায়জনীংবদি খুমন কোনুংবু খুমন কংলা অমসুং মোইরাং কোনুংবু মোইরাং কংলা হায়রগ খঙনরম্লিব অসীদি — কংলৈপুঙ ময়োল ওইরিব কংলাদ কোনুং ওইদুন, কোনুংবু কংলা হায়রগসু খঙনবগী চৎনবী অসী লৈরকখিবদগী ৱাহৈ অসী খুমন অমসুং মোইরাংদসু শীজিন্নরকখিব ওইগদ্র খনজৈ ।। অদুগ অমুক মতাং অসীদ ঐখোয়ন খনথব য়াব ৱাফম অমদি কোনুং ওইব মফম অমবু কংলা হেক্ত কৌবদি নত্তে ।। মসীগী খুদমদি — ইনিংথৌ

ভাগ্যচন্দ্র চীংথংখোম্বগী কোনুং ওইরম্ব বিষ্ণুপুর লম্মাঙদোঙগী মফম অদু অমসুং ইনিংথৌ গমভীর সিংহ চীংলেন নোংত্রেনখোম্বগী কোনুং ওইরম্ব লাংথবাল কাঞ্চিপুরগী মফম অদু কংলা হায়নদে, কৌনদে ।। অদুগ ইনিংথৌ চুরাচান্দগী মতমদগী কোনুং ওইরক্লিব অনৌব কোনুং লৈফম অসীবুসু কংলা কৌনদে ।। খুদমশিং অসীদগী ঐখোয়ন খঙজীনব য়াবদি লীশাং শীৎন চহী চ কয়া চুপ্প লমদম অমগী শাগোন্নদুন কোনুং ওইরকখিব মফম অদুবু কংলা কৌনরকই অদুবু মতম খরগী, চহী খরগী নত্তুগ মতম মতমগী কোনুং ওইব মফম অদুবুদি কংলা কৌনরক্কে, হায়নরক্কে হায়বসীনি ।।

২) কংলাগী ঙর্মখৈ মনুংদ লৈব অকক্রুব লাইগী লাইশঙবুসু লাইকংলা কৌনরকখিবগী রাফম লৈ ।। কংলা মনুংদ লৈব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইশঙবুসু লাইকংলা হায়রগসু খঙনরকখি ।। মতাং অসী হেন্না ময়েক শেংনবগীদমক নহা ওইরিব মায়চৌ পন্দিৎ শমজেৎশাবা কোন্দুম্বা মঙাং (এম. কে. শমজেৎশাব)— ন কংলৈপাক অসীদ য়েকপ খোংপগী থবক অসী করম্ব নিংথৌগী হাক্তত্তগী হৌরক্লবগে হায়বগী মতাংদ লাইকংলাগী রাফম অসী অসুম্না পল্লি — "— — *থাঙ্গে শেংন য়েক-খোংপগী থবক হৌরকপসি খৃ: চহীচা ১৭কী অহানব তংখাইদগীদি লৈরে হায়ন পনব য়াই ।। মরমদি মতম অসীদ পানখিব নিংথৌ খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) মতমদ পুথোকখিব 'উত্ত্রা শঙ' অমদি লাইয়িংথৌ তাইবংখায়বগী লাইশঙ 'লাইকংলা' গী রারীগ কোন্নন অয়েকপ শক্তম উরবন ।।"* রাফম অসীগ মরী লৈনন 'কংলা নোংশান' কৌব কংলাগী পাফল (মেপ) অদুগ মরী লৈনব মতাংদসু অসুম্ন হায় — "*নোংসান অসী চাউরাক্ল লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মতমদগী নিংথিন য়েকপ হৌরক্লে হায়বসী খঙব ঙম্মী ।। খুদম ওইন হায়রবদ নিংথৌ অসীন থব্রায় হকচাং লুপ্ন শাখিব লাইনিংথৌ ফাংলৌ লাইমখোম্বগী লাইশঙ 'লাইকংলা' অমদি 'উত্ত্রাশঙ' গী অয়েকপ শক্তম য়াওবন ।।"*

৩) কংলা হায়রগ কংলৈপাক অসীদ পানখিব নিংথৌরোল কয়ান নিংথৌ ওইব মতমদ ফম্বাল কাবগী থৌরম পাঙথোক্লরকখিব মেন লৈখুল (সুরুং) লৈব মফম অসীতবু 'কংলা' কৌনরকখিবগী রাফমসু লৈ ।। মেন লৈখুল লৈরিব অদুগী মথক্ত উতং রান শাব খরা অদুদ কাখৎলগ তোংব নত্তুগ ফম্নবগীদমক

ফাল অম শেন্নগ মদুদ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইংগদব মীশক অদুন কাখৎলগ ফম্ব নত্তগ তোংবগী ঈরাৎ লাইশোন য়াওব থৌরম অদুবু 'কংলা ফম্বাল তোব' কৌই ।। ফম্বাল তোংফম/কাফম ওইরিব কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) লৈরিব মফম অদুদ শঙ অমসু লৈরম্মী ।। মদুবু কংলাশঙ কৌই ।। কংলাশঙবু কংলা হায়রগসু খঙনরম্মী ।। মরম অসীন কংলা, য়ুমজাউ অমসুং শঙ্গাই হায়ব অহুম অসীন তোঙান তোঙানব শঙ/য়ুম অহুমখকপু খঙনরকখি ।। খুদম ওইন অরিব লাইরিক ফম্বাল মসিল দগী ব্বারোল খর লৌখৎচরি — *"চীংমু কৌবদি কংলানে ।। চীংজাউ কৌবদি য়ুমজাউনে ।। চীংথেল কৌবদি শঙ্গাইনে ।।"* (লা: ৯) *"হৌজিক্তি নিংথৌন ফম্বাল কাবগী হায়রক্লে ।। — — — নিংথেম্ন মেন ফম্বাল ফল্লিঁঙেদ ফম্বাল ঈশৈ শকএ ।। য়ুমজাউদা সনালমওক শকএ ।। — — — য়ুমজাউদ নিংথেম্ন নুমিৎ ৫নি লৈরিঁঙেদ সনা লূক চারমদাইদ অশৈবগী নুংথোনবমনা চরাহ্নব লাইশোনএ ।। - - - তম্ন ঈবানএ ।। মিকৌরোল শককংলকএ ।। শঙ্গাইদ থুংলে ।। মিকোল লমওক শকএ ।। - - - কংলা চঙবদি ফান্দোন ওয়ন কানও ।। ওয়ন থুংও ।। য়ুমজাউ চঙবদি চংলম লাইফমদি লাইগী শাথেক তোরয় হন্ন চংও ।। - - - শঙ্গাই চঙবদি য়েৎন থাংজিনও ।। য়েৎন থুংও ।।"* (লা: ৫) কংলা হায়বসী তোঙানব শঙ অমনি হায়ব ময়েক শেংন উৎপ ব্বারোল খর চৈথারোল কুম্বাবাদগী লৌখৎচরি — *(১) "কুম শক ১৭২৬ --- লাংবন থা --- ২০নি নিংথৌকাবদা --- পানা ৪মা কৌব্রুদ কংলা, য়ুমজাউ ২ মাগীনচিংন উঁয়াম য়ানব চংএ ।। (২) --- হিয়াংগৈ ১০ নি নিংথৌকাবদা শংকাই, কংলা, য়ুমজাউ, লৈখোমশঙ, ঈরুশঙ, শ্রীগোবিন্দজীউগী লাইশঙ, নর্ত শালা শঙ ৭মা শাএ ।। (লা: ১৮৭) (৩) কুম শক ১৭৪০--- ইঙা --- ২নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ নোংপোক ব্বাইরং পামহৈবনা স্না শঙ্গাই য়ুমফম লম অহুম ব্বাংন থোনতুনা কা ৭ শাইএ ।। উপাক মথক্তা স্না পুম্না লুপএ ।। কংলাসুং য়ুমজাউসুং নোংহুমশঙসুং ঈরুশঙসুং উপাক্না কুপএ ।। স্না লুপএ ।।"* (লা: ২১৫)

মথক্ত খুদম চাংদম কয়া পীদুন নৈনখিব ব্বাফমশিং অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙব ঙমলে, মদুদি —(১) কংলা হায়রগ নিংথৌরোল কয়া লীশাং শীংন চহী চা কয়া মতম শাংন কোনুং ওইদুন লৈরক্লব মফম অদুবুসু খঙনরকখি ।।

(২) লৈবাক অসীদ য়েলহৌঙেদগী খুন্দা লৈতদুনা লৈরক্লব মীঅৈশিংগী খ্বাইদগী হেন্না থাদেক্লব য়াম্রব মরুওইব অকক্লব লাই লাইরিংথৌ সনামহীগুম্বগী কংলা মনুংদ লৈব লাইরিম/লাইশঙ/ফুরা/কিয়োংবুসু লাই কংলা হায়রগ খঙনরকই ॥ (৩) কংলৈপাক অসীদ পাল্লকখিব নিংথৌরোল কয়াগী কোনুং লৈরকখিব নিংথৌ ফম্বাল কাকম/তোঙকম ওইরকখিব মেন লৈখুল (সুরুং) লৈফম অদু অমসুং মদুগী মফমদ শারিব শঙ অদুবুসু কংলা কৌনরকখি ॥ পুম্নমক অসী ওইদুনসু লৈবাক মীয়াম্ন কংলা হায়রগ খঙনরিবদি — অহানবদ চীংশা নপোম তরেৎ লৈব চীং অম ওইরম্ব খা, বাং, নোংপোক, নোংচুপ মায়কৈ মরিদ থাঙকমপাৎ অমসুং ইম্ফাল তুরেন্ন কোয়শিল্লম্ব, কোন্নদি ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোকথংব লম য়াওন মায়কৈ মরিমক্ত থাঙকমপাংন কোয়শিন্দুন লৈরকখিব, কংলৈপাক মনিপুর অসীগী পুবারীগী আঃ মমাঙ হুয়ি চক, ওসীদগী চহী ৫১০০/২০০ গী মতমদগী হায়বদি খুন্তন পোকত্রিঙৈ, চহী ৩১০০/২০০ বি: সি: অদুবাই মতমদগী কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন ওইদুন লৈরকখিব, পুবারী হৌরকপদগী নিংথৌরোল কয়াগী লীশাং শীংন ফম্বাল তোংফম/কাফম ওইদুন লৈরকখিব মফম অসীবুনি ॥ মায়কৈ মরিদ থাঙকমপাংন কোয়শিনব পাক-চাউরব মফম অসীবু কংলা হায়রগ খঙনরক্লিব অসীমক্তি নিংথৌ ফম্বাল তোংফম/কাফম ওইব কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) অসীগী লৈফম ওইবদগী হায়নরকখিবনি ॥০॥



# ২

## কংলা অমসুং লৈশেমলোন

য়েলহৌঙৌদগী মীতৈশিংগী থাগোম্নদুন লাক্লব লাইনীংগী মরুওইব য়ুমফমদি লৈশেমলোন্নি ॥ লৈশেমলোন হায়রগ কোরৌ নোংলোন তরেৎ, মালেম লৈরোল তরেৎ শেন্নকপ, নাপী-শীংবী, উরী-উপাল হৌহল্লকপ, তীল-কাঙ, ঙা-শা, উচেক-ওয়া, য়োং-মীনচিংব শেন্নক-শারকপগী ৱারীবু শমজীন্ন লৈশেমলোন হায়রগ খঙনৈ ॥ কংলৈপাক্কী ময়োল ওইরিব কংলৈপুঙ ময়োল কংলা অসী, পাথাং পুথাং লান্ন লাক্লব, চাদা নাউদা শন্ন চৎথরক্লিব লৈশেমলোনগী ৱারীগ মরী লৈনব য়াম্ন মরুওইব মফম অমনি হায়বগী থাজনবী লৈরকখি ॥ হয়েং তাইবং মীওইবন য়ুমলিং খুল্লিংদুন, খুনবান লৈপান্দুন লৈরক্লব মতমদ মপারী করম্বন লৈবাক মপু নমু পোংনিংথৌ ওইরগদগে হায়বদু খঙনবগীদমক তেংবানব মপু মহাক্ক মপারী চীংঙু খোইয়ুম অসীব (সনামহী), অতিয়া সিদব অমসুং কোনজিল তিংথোকপ —অহ্মদ (করিগুম্ব ৱারী খরদ মপারী অনী — সনামহী, পাখংবখক্ত হায়নবসু লৈ) কোরৌ নোংখোঙ কোয়য়ু, হান্ন থুংলব মপারী অদুদ লৈবাক মপু ওইহনগনি হায়খি ॥ মপারী অসীব অমসুং অতিয়া অনীন নোংখোঙ কোয়ব চৎথ্রিঙৈদ মপারী অতোনব কোনজিল তিংথোকপদি পলেম মমা লৈমরেল শিদবীগী পাউতাক মতুংইন্ন মপল পম্থৌ তেংবানব মপুগী ফম্বাল ফানখোঙ কোয়খি ॥ মরম অসীগী মপারী অতোনবদ 'পাখংব' হায়ব মিংথোল অসী পীদুন হয়েং অইবং মীওইবন য়ুমলিং খুল্লিংদুন খুনবান লৈপাক্লব্বদ লৈবাক্কী মপু নিংথৌ ওইজরো হায়ন তেংবানব মপুন হায়খি ॥ মপারী অহল চীংঙু খোইয়ুম অসীববু (সনামহীবু) লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওইহনখি, মপারী য়াইম অতিয়া শিদববুদি তেংবানব মপুদ তেথোক তৈশিন্নন লৈজৌ হায়খি ॥ মতাং অসীবু মায়চৌ পন্দিং খুমল্লম্বম য়াইমগী কংলা লৈয়াং কৌব লাইরিক্ত

অসুম্ন ইরি — *"অতিয়া শিদব নঙদি ইপাগী ফমফম অসীদ ইপাগী শরূক শিন্দুন পুম্নমক বায়েল তৌ তিন্নুপকী মপু ওইরো ॥ --- অসীব নঙন লাইগী নিংথৌ ওইরো, লাইরূপকী থৌরমদ বায়েল তৌ-ও ॥ তাইবং মীগী য়ুম খুদীংগী নিংথৌ ওইয়ু ॥ --- লৈপাক মপু পাখং য়োইরেম্ব কোনজিল তুথোকপ (তিংথোকপ)-বু নিংথৌ অপানব কৌব পাখংব — হায়ন মচা অতেম্ববু মিংথোনবীদুন, নিংথৌগী লমচং লৈবাক ঙাকপ, বায়েল, খুংসু খুংলাই, থাং-তা, লিরুং-তেন, লমচং-থৌগল নিংথৌ ওইবগী, লৈবাক্কী অরূম্ব পোংলুম পুব ঙম্নব পুম্নমক তাকপিরে, তম্বীরে ॥ অদুগ লাইনিংথৌ শিদবদি থেংক্রুমচীংগী নমলোন্দ থুপখিয়ে ॥"* থেংক্রুমচীং হায়বসীদি কংলাদ লৈব লাইনীংগী মীৎয়েংদ য়াম্ন মরুওইব চীংলেন নাপোম তরেৎ লৈব চীং অমনি ॥ নুংপান পোনশী লুৱাউপা কৌব অরিব লাইরিক অদুদ চীং অসীবু *"চোয়নৌ সনাচীং ময়ায় থেংক্রুমচীং চীংলেন নাপোম তরেৎ তিনপা"* হায়ন শৈথারি ॥ তেংবানব মপুন মপারী অতোনব কোনজীল তিংথোকপবু মমিং পাখংব অমদি অপানব কৌন লৈপাক অসীবু খুংশিন্নদুন ফম্বাল তোংহনখিব মফম অদুমক হায়রিব কংলা অসীদনি ॥ তেংবানব মপুন মপারী অতোনবদ হায়খিব — *"পারী নঙদি চোইনৌ সনাচীং ময়ায় থেংক্রুমচীং চীংলেন নাপোম তরেৎ তিনবদ তেৎনৌ য়োংপী হুইরেন ওইন তাইবং নোংশাপানবু নতোম ঙাকচৌও ॥"* হায়রিব অসীদগী খঙবদি কংলা হায়ন খঙনখিব মফম অসী চীংশা নাপোম তরেৎ পানব চীং অম ওইরম্মী হায়ব অসীনি ॥

লৈশেমলোনগী মখা চংথরকপ বারী অমদ তেংবানব মপুন মপারীশিংগী মতীক ময়াই য়েংগে খল্লদুন সল য়োংমানবীগী মরুল তোংলগ চীং অসীদগী কুরুম লাউন ঈশিং ঈচেলগ লোয়নন তাউথরকই হায়বদগী চীং অসীবু কুরুমচীংসু কৌনে ॥ মফম অসী কংলা মনুংদ লৈব মরুওইব লাইফম অমনি ॥ মফম অসী উত্রাগী চীংখৈদ লৈ ॥ তেংবানব মপুগী য়াথং মতুংইন্ন কোনজিল তিংথোকপ পাখংবন হয়িচক্ত পাখং য়োইরেল তোমপোকপ ওইন, হয়াচক্ত তাংজ লিলহা পাখংব ওইন, খুনুং চক্ত শেক্লেং লোলাং পাখংব ওইন অমসুং লাংবচক্ত (কোম্নচক্ত) তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংব ওইন লাংওন্দুন কংলৈ লৈপাক মপু নিংথৌ ওইদুন পানখি ॥ কোম্নচক্ত নিংথৌ ওইদুন পানখিব, লৈবাক

অসীগী পুরারীগী অহানব নিংথৌ, শৃঙ্কুম ৩৩ দগী পানখিব তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবন ফম্বাল তোংখিব মফম অসী কংলাগী মনুংদ লৈব লাংশঙ হায়ব মফম অদুদনি ॥ *(ফম্বাল মসিল)* নুঙোয়বীগী নোংচুপলোমদ খুদুপ তরুক লাপ্ন তরে লাংবী লৈ ॥ লাইরেম্বী অসীগী নোংচুপলোমদ খুদুপ অহুম লাপ্ন লাংশঙ লৈ ॥ *(নুঙলোন)* অসুম্ন, কংলৈপাক্কী কোনুং মফম ওইরকখিব কংলা হায়ব অসীন, মীতৈ ফুরুপকী লাইনীংগী য়ুমফম ওইরিব লৈশেমলোনগী লাইরারীগ লৈবাক অসীগী পুরারীগ অনী অসীবু তৎন-থানব য়াররোইদব মরোঙদ শমজিন্নদুন লাক্লি ॥

তাইবংমপুন তাইবংপানব অসী শেম্নকপ মতমদ কংলা অসীবু করম্ব মরোঙদ শেম্নকপগে হায়বগী রারী অসী অরিব লাইরিকশিংদ শীংথারম্মী ॥ সকোক লমলেন অহানব কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন হায়রি — *"তাইবংপানবগী মপু শিদবন তাইবংপানব অসীবু শেম্ব লোইরবদ মশক থোকহল্লগে হায়দুন ফৈদোম মাপল য়াংখি ॥ হান্ন শেম্ব লৈপাক্তি তিল্লিকোকতোম লৈকোইরেল হান্না শেম্ব কোম্ন লোইব কৌখি ॥ লৈপাক ফৈদোম মাপলমকপু থোইন রাংই হায়বগী তিল্লিকোকতোম লাইমকোল কংলা নিংথৌ ফম্বীরেল অথোইব অসুম্ন খঙগদবনি ॥ রারম অমখক্তি করিগী থোইন রাংলিবনো হায়রবদি — মফম অসীদি লাইরেল তাউরোইনাইগী মখোয়নে ॥ মদুগী মথক্ত কংলা শাইএ ॥"* (লা:১) লাইরেল তাউরোইনাই হায়বসী কনানো, করি লাইনো হায়বগী মতাংদ লাইরিক অসীমক্তদ অসুম্ন ইরি —*"অসীবন তাউরোইনাই শাদুন, লৈপাক পুদুন, মমৈবু ময়ান চীক্তুন কোয়ন লৈয়ে ॥ অদুদা লাইনিংথৌ পাখংবন ফম্বাল ওইন ফল্লে ॥ ফম্বান্দি কংলানে অসুম্ন খঙ-ও, হে মীওইব ॥"* (লা:৫) রাফম অসীদগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি মমৈবু ময়ান চীক্তুন লৈব তাউরোইনাই হায়বসী চীংঙু খোইয়ুম অসীব লৈশেম্ব লাই লাইয়িংথৌ সনামহীগী শায়োল ওইব লাই অমনি ॥ মতাং অসীদ পনব য়াবদি তাউরোইনাই হায়বসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং ১৬৮ গী মনুংদ অমনি। *(লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ)* কংলাদ লৈবাক্কী কোনুং ওইরক্লিব অসী করি করম্ব মতীক ময়াই লৈবদগীনো হায়বগী মতাংদ সকোক লমলেন অহানব

ন অসুম্ন হায়রি — *"কংলাগী মেন মখাবু লৈরোলসুং ৭ নোংলোনসুং ৭ খোং ৭ খন্ন শেম্ন ফাংলিবনে ॥ খোংলম ৭মক্র কোন্দুন চেল্লিএ হায়বগী মমিং কোন্নুং কৌএ ॥"* (লা:৫)

কংলা মনুংদ লৈব লাইফমশিংগী মরমদ ইব অরিব লাইরিক নুঙলোন দ কংলাগী মতীক ময়াইবু লাইনীংগী মিংয়েংদ য়ুমফম ওইদুন অসুম্ন শীংথারি — তাইবংপানবগী মপু সিদবনে, লৈমরেলনে অনীমক্ল লৈয়ে হায়বগীবু কংলৈপুঙ ময়োল, ময়ায় সুমতোংপল, কংলা খোল তরেৎ খোল্লাংমৈ, মীরেল তোংমুরাবা চীং, লাংশঙ চীংময়োন কৌএ ॥ মথক্তসু পনজপ্রে মদুদি — লাংশঙ হায়রিব মফম অসীদ পুরারীগী অহানব নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবন ফম্বাল তোংখি ॥ কংলাগী য়ুমজাউবু সনা খুদুপ তরেৎ খোনগৎপ হায়নরিব অসীগী মরম অসী সকোক লমজেন অহানব দ অসুম্ন হাযবি, মদুদি — কংলাগী মখাদ লেমলৈ ১, লাইরেল ১, থেংগু ১, ওকলাব ১, শল্লাব ১, শামুলাব ১, লাইজাউ ১ — তরেৎ অসীন কংলাগী মখাদ লৈ ॥ থৌরোঙ অসীগী অয়েকপ লাইয়েক শক্তম অমদ তাইবং মীগী মশক ওইব লাইজাউ অসীন কংলাগী মশক ওইব মমৈবু ময়ান চীকপ লাইরেল তাউরোইনাই অদু মকোক মথক্ত খোনগৎলগ পুদুন লৈ ॥ কনাগুম্ব মায়চৌ পন্দিৎশিংনদি খোল তরেৎ খোল্লাংমৈ হায়রিব অসী অয়েকপ লাইয়েক অসীগী শক্তম মরোঙ অসীনি হায়নবসু য়াওই ॥ কংলাগী মখাদ লৈরিব মখোল তরেৎ অসী লাইরিক অমগ অতোপ্প লাইরিক অমগ নত্ত্রগ মায়চৌ পন্দিৎ অমগ অতোপ্প মায়চৌ পন্দিৎ অমগ খর খর খেন্নবগী মরোঙদ ইরম-হায়রম্বসু থেংনৈ ॥ খেন্নরিবশিং অদু অসুম্ন পুনশিনব য়াই মদুদি — ১) লেমৈ ১ নত্ত্রগ চীল্লোক্রব ঙারিল ২ নত্ত্রগ লাইরেল ১, ২) থেংগু ১, ৩) ওক ১, ৪) শল ১, ৫) ইরোই ১, ৬) শামু ১, ৭) তাইবংমীগী মশক ওইব লাইজাউ ১ — তরেৎ অসীনি ॥ মখোল তরেৎ অসীগী অরোইব তাইবংমীগী মশক ওইব লাইজাউ অসীন কংলাগী মশক ওইব মমৈবু ময়ান চীক্তুন লৈব চীংঙু খোইয়ুম অসীবগী শায়োল ওইব তাউরোইনাইগী পাফল অদু মকোকথক্ত পুই ॥ মদুগী মথক্তনি পাখংবন ফম্বাল ওইন ফম্মী হায়রিব অসী ॥ মরোল/মখোল তরেৎ অসীদ খর খর খেন্নব লৈরিব অসী অয়ীবগী ব্রাখন্দদি লেমলৈন ইহাল

হাল্লগ মথং মথং লাক্লগ তাইবংমীওইবন তরেৎসুব ইকোন কোনব মরোল/মথোল অসী ওইগনি খল্লি ॥ অসুম্ন খল্লুবগী মরমদি — থৌরোঙ অসীদ লৈশেমললকপ মতমদ তাইবংমী শেমগ্রিঙৈদ থবায় পানবদি ওইরগ য়াম্ন চম্ন শকরোঙদ লৈরম্বদগী মথং মথং হেন্ন লূশিনব মরোঙগী শকরোঙ শক্তম ওইরকপগী কাঙলোন অম য়াওবগুম তৌই ॥ তাইবং মীওইবদি থবায় পানবশিংগী মরক্ত খাইদগী হেন্ন লূশিন্ন, কুপশিন্ন শেন্নকপ লাইগী হেক ঙমথংদ লৈব থবায় পানবনি ॥ (১) কংলাগী মখাদ অসীবন তাউরোইনাই শাদুন মমৈবু ময়ান চীক্তুন লৈব, মদুগী মথক্ত পাখংবন ফম্বাল ওইন ফম্ব ॥ (২) মরোল/মথোল তরেৎকী মথক ইথং থংব তাইবংমীগী মশক ওইব লাইজাউ অমন কংলাগী মশক ওইব মমৈবু কয়ান চীকপ তাউরোইনাইগী পাফলবু মকোকথক্ত পুব — থৌরোঙ অমসুং থাজনবী অনী অসী মখাগী অসুম্ন ব্রাহ্মোক পীব য়াই মদুদি — তেংবানব মপুন য়াথং শীথরকপগী মতুংইন্ন অসীব হায়ব মিংথোল ফংলব মপারী অহন্ন থবায় পানব পুন্নমক ঙাদগী হৌরগ মথং মথং শেন্নব মতুংদ অরোইব ওইন মী শেমখি; অদুগুম্ব তাইবং মীওইবশিং অদুন চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীদ লাইনীংগী অচেৎপ থাজব থমজরগ, অদুগুম্ব লাইনীংগী থাজনবী অদুদ য়ুমফম ফম্বাল ওইবীদুন পাখংবন ফম্বাল তেংবিরগ লৈবাক মপু নিংথৌ ওইবীদুন লৈবাক মরা চেংন ঙাকপিরি ॥ কংলৈপাক্কী নিংথৌ পুন্নমক কোঞ্জিল তিংথোকপ পাখংবগী লাংওন নত্তুগ চাদা নাউদানি হায়বগী থাজনবী হৌজিকসু লৈরি ॥০॥



# ৩

## কংলা লৈরকপগী মতম

**১ ঃ পুব্বারী মমাঙগী মতম** —— কংলা হায়রিব মফম অসীদি চীং অমসুং তম অনীন অমত্ত ওইন লৈরক্লব লৈবাক কংলৈপাক্কী ময়োলনি ।। খোয়দৌনি ।। য়াম্না ওল্লিঙৈ মতমদদি মফম অসীদ চীংশা নাপোম তরেৎ লৈব চীং লৈরম্বগী ব্বাফম অরিব লাইরিক নুংপান পোনগী লুব্বাওপা নচিংবদ পল্লম্মী ।। তমপাক্লম অসীদ খুন্দা লৈতাদুন পাল্লকপ মতমদগী লৈবাক অসীদ লৈব মীওইশিংবু চীংমী তম্মী হায়দুন অনী থোক্লে খায়দোক্লকপনি ।। অহানবদদি কংলৈপাক্কী মীওই পুম্নমক চীংমী ওইরম্মী ।। মরমদি তম্পাক্লম অসী ঈশিং থুমজীন্দুন লৈরম্ব মরমদগী য়েলহৌঙৈগী মীওই কাঙলুপ পুম্নমক তম্পাক্লমগী অকোয়বদ লৈরিব চীংজাউ চীংশাংশিং অসীদ খুনবান লৈপান্দুন লৈরম্মী ।। শাংলব মতম কয়াগী মতুং কাইনথংদ তম্পাক্লম অসী ঈশিং কংলক্লব মতমদ অকোয়বদ লৈব চীংজাউ চীংশাংশিংদগী কুমথরক্লগ তমপাক্লম অসীদ লৈব চীংদোঙ লৈতোঙশিংদ খুন্দাব হৌরকখিবনি হায়ব পাথাঙ পুথাঙগী ওইব চীনথাঙ ব্বারী লৈরক্লি ।। মরম অসীন তম্মীশিংগী হৌরকফমসু চীংজাউ চীংশাংশিং অসীনি ।। হৌজিক ফাওবদ চীংমীশিংন তমদ কুমথরক্লুন খুন্দা লৈতারকপগী ঈচেল লেপত্রি ।। পুব্বারী হৌদ্রিঙৈগী আঃ মমাঙদগী চীংদগী কুমথরক্লগ তমপাক্লমদ খুন্দারক্লুন পরীং পথাপ নাইব খুন্নাই অম শেমদুন লৈরকপ মতম অদুদগী লৈবাক মীয়ামগী নিংথৌন কংলা লৈরিব মফম অসীদ কোনুং ওইদুন পাল্লকখি ।। খুন্নাইগী চংনবী মতুংইন্ন নিংথৌ লৈঙাক্ল খ্বাইদগী হানব লৈঙাক মখল ওইন লৈরম্মী ।। ব্বাফম অসীদি মালেমগী ওইব লৈঙাক কাঙলোন্নি ।।

কংলাদ কোনুং ওইদুন খুনবাল লৈপাল্লকপগী মতম অসী কয়া কুইরবগে হায়ব ব্বাফম অসীদি চীনথাঙ ব্বারী অমসুং অরিব লাইরিক কয়াদ হায়রম—

ইরম্বশিং অদু কুপ্প য়েংশিনবগ লোয়নন হৌজিক মতমগী মীরোলশিংন য়ানরব রাফম য়াওন খন্নরগ খঙব ঙমগনি ।। মীতৈশিংগী মতম পাবগী চৎনবী মতুং ইন্ন চক মরি লৈ, মদুদি – হয়িচক, হয়াচক, খুনুংচক অমসুং লাংবচক্রি ।। লাংবচক অসীদি কোন্ন চক্রি ।। ইকোন কোনব হৌজিক ওইরিব চক অসীনি ।। কংলৈ শঙলেন পুরা কৌব অরিব লাইরিক অদুগী মতুংইন্ন হয়ি, হয়া অমসুং খুনুং – চক অহুম অসীদ পুন্ন নিংথৌ ১৬৩ পানখি ।। অদুগ অমুক খাগেম্ব মুমলেপ কৌব অরিব লাইরিক অদুগী মতুং ইন্ন হয়াচক্ত নিংথৌ ৩৬ অদুগ খুনুংচক্ত নিংথৌ ৩৯ পানখি ।। মরম অসীন হয়িচক্ত পানখিব নিংথৌ মশীং অসী ১৬৩-(৩৬+৩৯) = ৮৮ ওইফম থোক্লে ।। খনুংচক হেক লোইখিব, বৃন্তগী ৩৩সুব চহীদগী লাংব চক্কী অহানব নিংথৌ ওইন নোংদা লাইরেল পাখংবন কংলৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুন পাল্লকখিবনি ।। হৌজিক ফাওবদ নিংথৌরোল ৭৭ রোম পানম্রে ।। চাংচত্ত নিংথৌ অমন, পুরারীগী মতম অসীদ, চহী ২৬/২৬ রোম পাল্লি ।। পুন্ন চহী ২০০০ রোমগী মতমনি ।। মমাঙগী চক অহুমদ পুন্ন নিংথৌ ১৬৩ পানখি ।। নিংথৌ অমন চাংচত্ত চহী ২০/২০ দং পাল্লব ফাওবদ চহী ৩২৬০ (১৬৩ x চহী ২০ = চহী ৩২৬০) ওইফম থোক্লে ।। হায়বদি খৃস্তগী মমাঙ (বি:সি:) ৩২০০ গী অদুরাই ওইফম থোক্লে ।। নোংদা লাইরেল পাখংবন পাল্লকপদগী হৌরগ (৩৩ এ:দি:) হৌজিক ফাওবগী মতম চহী ২০০০ অসী হাপচিল্লবদি চহী (৩২০০+ ২০০০) = ৫২০০ সুরে ।। অসুন্ন, অরিব লাইরিক্ত ইরম্বগী মতুংইন্ন কংলাদ কোনুং ওইরকখিব মতম অসী ঙসীদগী চহী ৫২০০ অদুরাইগী মমাঙদগীনি হায়বদ হায়মনবদি তাররোই ।। কাংব নিংথৌ হায়বসী হয়িচক্কী য়াম্ন মাঙজীন থান পাল্লম্ব, চক অসীগী অহানব নিংথৌনি হায়বফাওব হায়নরিব নিংথৌনি ।। নিংথৌজা অরিব হায়রগসু খঙনরিব মঙাংগী কাংব নিংথৌ অসীন কংলাগী মোংবীচীং কৌব মফম অদুদ কোনুং ওইদুনা পানখি ।। মৈরাচীংগী মৈরমদ খুদুপ তরাতরেৎ লাপ্ন সনা শঙ্গাই লৈরম্মী ।। মদুবু লাইকংলা মোংবীচীং কৌনরম্মী ।। মফম অসীদনি কাংব নিংথৌগী কোনুং ওইরল্লিব অসী ।। কংলাদ কোনুং ওইরল্লিব অসীদি লমদম্ন অসীগী তোঙান তোঙানব য়েলহৌঙদগী লৈরক্লব মীওই কাঙলুপ য়েক শলাই কয়াগী নিংথৌশিংনি; অকক্লব য়েক শলাই মীওই

কাঙলুপ অমখক্কী নিংথৌশিংন মথং মথং লীশাং শীংন লৈঙাক্তুন পাল্লকখিব নত্তে ॥ য়েক শলাই অমখক্কী নিংথৌশিংন মথং মথং পাল্লকখিবদি নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগীদ হৌরকখিবনি ॥

শগোল কাংজৈ শান্নব হায়ব মশান্ন অসী কংলৈপাক মনিপুর অসীদগী হৌদোকখিবনি হায়ব ৱাফম অসী লমদম অসীগী মায়চৌ পন্দিৎ স্কোলারশিংন হায়বত্ত নত্তন মালেমগী ওইনসু য়ানরব ৱাফম অমনি ॥ খৃস্তগী মমাঙ চহী ৩১০০ দ কংলৈপাক মনিপুরদ শগোল কাংজৈ শান্নব হৌখি হায়ন Guiness Book of World Record, 1991 দ ইরি ॥ শগোল কাংজৈগী মশান্ন অসীদি কাংব নিংথৌন হৌদোক্লম্বনি হায়ন কাংজৈরোল কৌব অরিব লাইরিক অদুদ ইরি ॥ কাংব নিংথৌদি হয়িচক্কী য়াম্ন মাঙজীল থাব অহানব নিংথৌনি হায়ব ফাওব হায়নরিব নিংথৌনি ॥ হয়িচক হৌরকপগী মতম অসী খৃস্তগী মমাঙ চহী ৩২০০ অদুৱাইগী মতমনি হায়বগী ৱাফম, য়াম্ন কৃপ্ন মরম চান য়েংশিল্লব মতুংদ মথক্ত পনপ্রে ॥ মরম অসীন Guiness Book of World Record ত চহী ৩১০০ বি: সি: দ মনিপুরদ শগোল কাঙজৈ শান্নব হৌদোকখি হায়ব ৱাফম অসীগ শগোল কাঙজৈ শান্নব হৌদোকখিব কাংব নিংথৌন হয়িচক্কী য়াম্ন মাঙজীল থাব, অহানব নিংথৌনি হায়ব ফাওবা হায়নরিব নিংথৌ অসীন পাল্লম্ব চহীগ মতম অনী অসী থোইদোক্ল খেন্নবা লৈত্রে, চানরে ॥ ঙসীদগী চহী ৫১০০/ ২০০ (৩২০০ বি: সি: + ২০০০ এ: ডি:) অদুৱাইগী মতমদদি লৈবাক অসীগী তম্পাক্লমগী শরূক অয়াম্ব খুনবান লৈপান্দুন লৈবসী ফন কুইরম্লগনি ॥ চীংমী ওইন লৈরম্ব লমদম অসীগী য়েলহৌঙৈগী মীওইশিংন তমপাক্লম অসীদ খুন্দা লৈতাব হৌরকঙৈদগী কংলাদ মীওই কাঙলুপ অমগী নক্লগ অতোপ্প অমগী নিংথৌন লৈবাক ঙাক্তুন পাল্লকপ মরম্ন কংলা অসী খৃস্তগী মমাঙ চহী ৩১০০/ ৩২০০ গী মতম অদুৱাইদগী কোনুংলেন ওইদুন লাকখি হায়বদ য়াম্ন হেনজিম্ন হায়ব ৱাফম অমদি ওইফম থোক্লে ॥ মরম অসীন, খৃষ্টগী মতুং চহী ২০০০ অসী হাপচিল্লগদি, ঙসীদগী চহী ৫১০০/২০০ গী মতম অদুৱাইদগী কংলা অসী কোনুংলেন অম ওইন লৈরক্লে হায়ব ৱারোইশিন অসী পুক্লীংদ য়াম্ন থাজব অমগ লোয়নন য়াফম থোক্লে ॥ ৱাফম অসীগ মরী লৈনব ৱাফম অম নীংশিংলকই

মদুদি আর: এস: জাস্‌সাল্‌ন কংলাগী মরমদ ৱারেং অম তাংকক মঙা থোক্ল লমদম অসীগী ইংলিস্ত ফোঙব পাউ-চে অমদ ইখিবদ অসুম্ন হায়খি — *"করিসু চিংননীংঙাই লৈতে, পুৱারীগী ওইব ৱারী ৱাখোঙশিংদি খৃস্তগী ৩৩শুব চহীদগী ফংব ঙম্মী অদুবু লৈনুঙলোনগী ওইব থিজিন হৃমজিনবদ লোক্তাক পাং অসী চহী ২৫,০০০ সুরে হায়রবনিন কংলাদ খুন্দা লৈতাদুন লৈরকপ অসী য়ামদ্রবদ চহী ৫০০০ সুরে হায়ন করিগী ঐখোয়ন হায়ব ঙমদ্রিবনো ॥" ["No doubt historical accounts are available from 33 A.D. but when geological survey puts Loktak to be 25,000 years old why we cannot say that life in Kangla is at least 5000 years old." (Kangla Affairs or a 'Chair' - V, The Sangai Express - 27/3/04)] ॥০॥*

২ ঃ পুন্নারীগী মতম — কংলৈপাক্কী ময়োল ওইরিব কংলৈপুঙ ময়োল কংলাদ কোনুং ওইদুন লৈবাক অসীবু লৈশেম-লৈঙাক-লৈকন্দুন পানখিব পুৱারী হৌরকপগী নিংথৌ খরদি কংলা মেন লৈখুলদ (সুরুংদ) ফম্বাল তোংখিদ্রবসু কংলাগী মনুংদদি লৈব মফম অতৈদ ফম্বাল তোংখিবগী ৱাফম অসী অরিব লাইরিক **ফম্বাল মসিল** দ হায়রম্ব থেংনৈ ॥ কংলৈপাক পুৱারীগী অহানব নিংথৌ খৃস্তগী ৩৩ সুব চহীদগী নিংথৌ ওইখিব ১) নোংদা লাইরেল পাখংবগী ফম্বাল মফমদি কংলা মনুংদ লৈব লাংশঙ কৌব মফম অদুদনি, ২) খুইয়োই তোমপোক্কী ফম্বাল তোংফমদি ৱোকশঙদনি, ৩) তাউথিংমাংগীন নোংহুমশঙদনি, ৪) খুই নিংঙোলবগীন সুমশঙদনি, ৫) পেংশিবগীদি য়ুমজাউ লপলেন কাদনি, অদুগ ৬) কাউখঙবগীদি ফান্দোনদনি ॥ নিংথৌ ৬ (তরুক) অসীগী ফম্বাল তোংফম ওইখিব মফম ৬ (তরুক) অসী কংলা মনুংদ লৈব য়াম্ন মরুওইব লাইফম ওইন লৌনরক্লিব মফমশিংনি ॥ কংলা মেন্দ অহানব ওইন ফম্বাল কাখিব নিংথৌদি নাউখম্বনি (খৃ: কু: ৪১১-৪২৮) ॥ নাউখম্বগী মথংদ নাউফংবসু (খৃ: কু: ৪২৮-৫১৮) মবুথৌ পাখংবন — *"খাখোং, লাইখোং মরোংখোং — খোং অহুমমাগী ঈরেল অসীদ মী-পোং, শা-ঙা, তীল-কাঙ পুম্নমাগী থবায়বু পৈন*




লাইনীং নাং অমসুং পুন্নারীগী [illegible]

য়াব ৱাফম অম লৈ মদুদি — কংলা, য়ুমজাউ অমসুং শঙ্গাই হায়ব মসিং [illegible] অসীন কংলাদ লৈব অকক্নব শঙ অহুমথক্তবু খঙনবগী [illegible] খুদমদি — *"কংলা চঙবদি ফান্দোন ওয়ন কানও ।। ওয়ন থুংও ।। য়ুমজাউ চঙবদি চংলম লাইফমদি লাইগী মথেক তোরয় হন্ন চংও ।। -- শঙ্গাই চঙবদি য়েংন থাংচিনও ।। য়েংন থুংও ।।" (ফম্বাল মসিল)* অসুম্ন, কংলৈপাক্কী পুন্নারী হৌরকফৈদগী কংলা মেন (সুরুং) দ নক্কবসু কংলাগী মফম অম নক্কগ অমদ ফম্বাল কাদুন নিংথৌ ওইরকখি ।। কংলাদ কোনুং ওইরকখি ।। কংলা লৈরকখি ।।

৩ ঃ নাংকী মীৎয়েংদ কংলা থাঙ্গপাৎ অমসুং লৈপল পনজাউ

— কংলাগী ৱাফম খন্ন-নৈনব তারবদি কংলাগী অকোয়বদ লৈরমলিব থাঙ্গপাৎ অসী করম্ব নিংথৌগী হাক্তক্তগী করম্ব মতমদগী লৈরক্লবগে হায়বসী খন্নফম থোকই ।। খন্ননীংঙাই ওই ।। মতাং অসীদ ঐখোয়ন মীতৈশিংগী য়ুম ইংখোল লীংদুন লৈবগী চৎনবী নাং অসী য়েংশিনফম থোকই ।। মীতৈশিংগী অরিব চৎনবীদ ইংখোল (ইম+কোল = য়ুমলৈফম) ওইদুন য়ুম শাদুন লৈব তারবদি অহানবদ ইংখোল অদুগী অকোয়ব মায়কৈ মরি অদু খোংবান/লাংখোং তৌথোক্লে ।। লম্বী চঙফম কোনখোঙ খোঙ্গাল ওইগদব মফম অদুতদি খোংবান/ লাংখোং তৌথোক্তন থম্লে ।। মদুদ চৎথোক চঙশিন তৌনবগীদমক কোম্থোঙ পান্নে ।। খোংবান তৌবগী লৈবাক অদু ইংখোল্লোমদ লংখৎতুন লৈপন্ন ইংখোল অদুগী মায়কৈ মরি অদু কোয়শিল্লি ।। নৌন থোনগক্তুন শেমলিব লৈপল অদুগী খোংবাল্লোম থংব মমায় অদুদ য়েংথৌগী নক্কগ ৱাগী নক্কগ অশীকপ উগী পংশাং শাংদব থাঙ্গম শেমদুন য়ুংশিন্নে ।। থাঙ্গম/থাঙকম হায়বসী লৈমায়দগী খুদুপ অমরোম ৱাংখৎন য়ুংব উচুক্কুম্বনি ।। উচুক্কীদি মথকথংব মচীন অদু তুম্নদে অদুবু থাঙ্গমগীদি তুমগদবনি ।। অসুম্ন লৈপল অহনব অদুদ থাঙ্গম য়ুংবগী মরমদি লৈপল অদু শল ইরোইন ৱাইখাইদনব অমসুং ইংখোল অদুদ চঙলক্তুন অমাঙ-অতা থোকহনব ঙমদনবনি ।। অসীগুম্ব থৌবোঙ থৌরাঙ অসী মীতৈশিংগী ওইব য়ুম ইংখোল পানবগী অরিব চৎনবী ইনাৎনি ।।

কংলাগী অকোয়বদ লৈরম্লিব পাক চাউরব খোংবান/লাংখোং/লানখোং অসীবু অরিব লাইরিক্ত থাঙকমপাং হায়ন ইরম্ব থেংনৈ ।। খুদম খর চৈথারোল কুম্বাবা দগী লৌখংচরি — ১) *"সিনাম মুংয়ামপাকী কুমশোক ১৭৩৫ --- লাংপন থাতি থাঙশনা হনএ ।। ১৮নি লৈপাকপোকপতা মনুং থাংকমপাং নাইএ ।।" ২) "লংমাইথেম মনিকী কুমশোক ১৭৩৬ --- ২নি লৈপাকপোকপতা পোইনুগী সংক্রান্তি ওইএ ।। ৬নি লংমাইজিংদা নোংমৈ থাদুন মীখোমগংলে ।। থাংকমপাং পনজাও নাইএ ।।" ৩) "ককচীং ফলসিংকি কুমশক ১৭৬৮ --- শজিফোই থাতি লংমাইচিংনা হনএ ।। --- ২৮নি থাংশতা মেনু থোংকি থাংকমপাং লাই পুথিপকি লৌখোং ২মা য়ানথংত্তনা খুরাই ব্রাংখৈ ২মা য়ুম থুমএ ।।" ৪) "কমেং খুনজাওগী কুমশক ১৭৬৯ --- থাব্রান থাতি শগোলশেন্ন হনএ ।। --- ২নি ইরাইদা চিংচগুথোঙগী থাংকমপাং নমখাইএ ।।"*

য়ুম-কৈ শাদুন লৈরিব ইমুং অমগী ইংখোলগী অকোযব মায়কৈ মরি অদু, থোঙ্গাল কোনখোঙ ওইগদব শব্দক অদুতং খাক্লগ, খোংবান/খোংলম লাংখোং তৌথোকপ হায়ব ঐখোয়গী অরিব চংনবী ইনাং অসী লৈরম্বদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন অমসুং থাজবগ লোয়নন হায়ব য়ারে মদুদি কংলাগী অকোয়বদ লৈরম্লিব থাঙ্গপাং/থাঙকমপাং অসী পুরারীগী অথেঙব মতম্দ নিংথৌ খরন পাকথোক-চাউথোক্লব অমসুং মরোঙ মরিল তান ফজনব শেমশাদুন হোংনবীরম্বদি য়াই, মদু হোংনকমসু থোকপনি ।। থাঙ্গপাং/থাঙকমপাং তৌদুন লৈপল পনজাউ থোনকংপদ নত্তন চেকপল ফাওব খাগংফম থোকপনি ।। অদুবু নিংথৌকোল অসীগী অকোয়বদ পাক চাউরব খোংবান/লাংখোং/থাঙকমপাং লৈরকপ অসীদি কংলাদ নিংথৌশিংগী শঙ্গাই য়ুমজাউ লৈব লৈবাক্কী কোনুং হেক লৈব হৌরকপদগী মশান লৈরকফম থোকপনি ।। ঈচেল লৈতব পাক চাউব ঈশিংবু ঐখোয়ন পাং কৌই ।। লৈবাক নিংথৌ অমগী লৈফম ওইরিব কংলা কোনুংগী অকোয়বদ লৈরকখিব খোংবান/লাংখোং অদুদি মশান পাকচাউব তাবনি ।। কোনুং লৌরবদি লৈপাক লৌরে, নিংথৌ ফারবদি লাল লোইরে — হায়ব ব্রাফম অসী লৈরম্ব মরম্ন য়েক্লবন ঈরায় লায়ন চঙশিল্লকপ ঙমদনব থৌরোঙ, থৌদৌ অমসুং থৌরাঙ ওইন পাকচাউরব থাঙ্গপাং/থাঙকমপাং অমসুং লৈপল

পনজাউদি কংলৈপাক্কী কোনুং ওইরকভৈদগী নিংথৌকোল ওইরিব কোনুংগী অকোয়বদ লৈফম থোকপনি ।। ঙসীদগী চহী ৫১০০/২০০ অদুরাইদগী কংলাদ কোনুং ওইরকখিবগী মাফম মথক্ত পনজগ্রে ।। মরম অসীন ঙসীদগী চহী ৫১০০/২০০ গী মমাঙদগী কংলা থাঙ্গপাৎ লৈরক্লগনি হায়ব অসীদি অচুম্ব মাফম ওইরগনি ।।০।।



# ৪

## ১ ঃ মী অয়াম্বন খঙনরব কংলাগী মফম/লাইফমশিং

মায়কৈ মবিদ থাঙ্গপাৎন কোয়শিন্দুন লৈরম্ব কংলা মনুং অসীদ, য়েক শলাই তরেৎন মপুঙ ওইব শরূক ওইদুন য়েলহৌঙৈদগী লৈবক্কিব মীতৈ কৌব ফুরূপ অসীগী মশাগী ওইন থাগোন্নদুন লাক্লব নাৎ অমসুং লাইনীংগ মরী লৈনব চীংদুম ৩০ রোম, পুঙ ৮০ বোম, য়ুম্ফম/পোকফম ২০ লোম, শঙফম ৩০ রোম, পাৎ ৩০ বোম, খোংলম ৫০ রোম, ঈয়োক্লোম ১০ বোম অদুগ পাৎ তুরেল মরু ১০ বোমসু লৈরম্বগী ব্রাফম অবিব লাইরিকশিংদ পল্লমই ।। পুন্নমক অসীগী মনুংদ মী অয়াম্বন খঙনরব মরুওইব মফম/লাইফম খব অহানব ওইন লৌখৎলগ, মখোয়শিং অদুগী লৈফমশিং অমসুং মখোয়শিং অদুবু মরুওইব ওইন লৌনরকখিবগী মরম অদু খঙদোক্লব হোৎনবগী তঙাইফদব লৈ ।।

কংলাগী নোংচুপলোমদগী কন্নাগুম্ব অমন মমায় নোংপোক ওন্দুন নোংচুপ সনথোঙ ফাওজিন্দুন কংলা চঙব তারবদি মহাক্ল ১) য়েৎ ওয়দ খা-ব্রাং শাংদোকপ্লিব নোংচুপ থাঙ্গপাৎ, ২) নোংচুপ সনথোঙ, থাঙ্গপাৎকী মনুংথংব নাকল্লোমদ লৈব চেকপল অমসুং লৈপল পনজাউ, ৩) য়েনগাউপুঙ, ৪) মনুং-থাঙ্গপাৎ, ৫) চিরাইথোঙ লোয়নন চেকপল, ৬) হোগায়বী থোঙ, ৭) খাথোঙদগী অব্রাংথোঙ তাব লম্বী, ৮) লম্বীগী নোংপোকথংবদ কংলাশা অনী, ৯) কংলাশা অনী অদুদগী নোংপোক খজিক্তং চঙশিল্লগ উত্ত্রা ১০) উত্ত্রা ফাওজিন্দুন চঙলগ নিংথৌগী শঙ্গাই লৈরম্মী, ১১) চেকপলগী মনুংদ শঙ্গাইগী নোংচুপ্ত কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) লৈরম্মী ।।

১) উত্ত্রা ঃ কংলা মেন লৈখুল (সুকং) গী শম্থোঙ পাংবদ উত্ত্রাশঙ লৈরম্মী ।। উত্ত্রান লৈরিব মফম অসী ময়ায়পুঙ কৌব পুঙ অমগী মোইরাং লাইজ্রী পাংবদ খুদুপ তরেৎ লাপ্প মফমদনি ।। উত্ত্রাদ হী কৌব মীগী মশক মানব

নুঙ অম লৈ ॥ মাদি উন হূকই হায়বদগী হূক্ত্রা কৌই ॥ মহাকপু ঈরাৎলবদি মীবু ওমই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥ উক্ত্রা অসী চৎথোক চঙশিন ফাওদোক ফাওজিন য়াব অহোব শঙ হায়বদি হোজঙ (অহোব + শঙ = হোশঙ) নি ॥ কনাগুম্ব অমন কংলা শঙ্গাই চঙগে হায়রবদি উক্ত্রা অসী ফাওজীন্দুন চঙবগী চৎনবী লৈরম্মী ॥ ইনিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্ত উক্ত্রাশঙ অসী য়াম্ন ফজন শারম্মী ॥ নিংথৌ অসীগী মতমদ য়ুমকৈ শাবদ য়াম্ন হৈশিংব কবোগী কবো অক্রাচান উক্ত্রা শঙ শাখিবগী ৱাফম **কংলৈরোল** কৌব অরিব লাইরিক অদুদ পল্লম্মী। মতম অদুদ শঙ অসী মমায় মাপল ফাংন শাখি ॥ নিংথৌ খাগেম্বগী মমাঙদ উক্ত্রাশঙ লৈরমদে হায়ব নত্তে, নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত উক্ত্রাবু য়াম্ন ফজব শঙলেন অম ওইন শাবম্বগী ৱাফম পল্লুবগী ৱাফম্নি ॥ **চৈথারোল কুম্ববা** ন হায় — *"থিয়াম খোম্বগী কুম শক ১৫৫১ উক্ত্রা শঙ্গাই শাই ॥"* হৌজিক হৌজিক তাইরেল পাম্বী অচৌব অম হৌরিব অসীগী হেক অৱাং নোংচুপ্ত উক্ত্রাশঙ লৈরম্মী ॥ শঙ অদু খৃস্তকুম ১৯৪২ অনীসুব মালেম লানজাউগী বোম তাবদ মাঙ তাকখিবনি ॥ ঙসীদি উক্ত্রা উব ফংদ্রে ॥ পুম্মাঙ মাঙখ্রে ॥ শিরি থাক তরামাথোইমুক্ক, খা-ৱাংদ লৈরম্ব চেকপলগী তেক কায়রব শরূক খর লৈহৌরিব অসী মঙায়রে হৌজিক উরিব হায়ববু ॥ মতম অমদ উক্ত্রাগী নোংপোক্ত খূদুপ তরা লাপ্ন কংলৈ সনথোঙ অম লৈরম্মী ॥ *(নুঙলোন)*

২) **কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) ঃ** কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) অসী কংলা মনুংদ লৈব মফমশিং অমসুং লাইফমশিংগী মনুংদ খ্বাইদগী মরুওইব মফম/লাইফমনি হায়ব য়াই ॥ খৃস্তগী অহানব চহীচাদগী কংলৈপাক অসীদ নিংথৌ ওইদুন পানখিব নিংথৌ অয়াম্ব কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) অসীদ ফম্বাল শেম্লগ ঈরাৎ থৌনি থৌরম পাঙথোক্লগ ফম্বাল তোংদুন নিংথৌ ওইখি ॥ **ফম্বাল মসিল** কৌব অরিব লাইরিক অদুদ হায়রম্বগী মতুং ইন্ন — ১) নোংদা লাইরেল পাখংবগী ফম্বাল মফমদি লাংশঙদ ওইখি, ২) খুইয়োই তোমপোক্কীন ৱোকশঙদ, ৩) তাউথিংমাংগীন নোংহুমশঙদ, ৪) খুই নিঙোম্বগীন সুমশঙদ, ৫) পেংশিবগীন য়ুমজাউ লপলেন কাদ, ৬) কাউখঙবগীন ফান্দোন্দ, ৭) নাউখম্বগীন কংলাদ অদুগ ৮) নাউফংবগীসু মবুধৌ পাখংবন হায়রম্বগী মতুং ইন্ন কংলাদ ফম্বাল

কাখি ।। কংলা মেন অসীদ ফম্বাল কাদুন ফম্বাল তোংদুন নিংথৌ ওইবগী চৎনবী লৈরকপ অসীগী য়াম্ন মরুওইব থাজনবী অমখক্তি — খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং অহুম্মক্কী ঈরেল অসীদ মী-পোং, শা-ঙা, তীল-কাও পুম্নমক্কী থব্রায়শিং অদু মেন লৈখুল অসীগী মনুংদ পৈদুন লৈ; থব্রায় পুম্নমক অদুবু চোইখিদনবগীদমক্ত মেন লৈখুল অদুবু মেনশিন্দুন ফমগদবনি — হায়ব লাইনীংগী ওইব থাজনবী অসী লৈবদগী কংলাগী মেন লৈখুল অসীদ ফম্বাল তোংদুন নিংথৌ ওইবগী চৎনবী অসী লৈনরকখিবনি ।। *(ফম্বাল মসিল)* নিংথৌ ফম্বাল তোংফম ওইরিব কংলা মেন লৈখুল অসীগী মতাংদ অরিব লাইরিক কংলা হৌবা দ অসুম্ন হায়রি — *"কংলাগী ফানখোঙ নিপালনি ।। লৈচঙদি খুদুপ মাপলনি ।। মেন কৌবদি লৈখুল (সুরুং) বু কৌই ।। লৈখুল অসীবু তুবী পাখংবনা ময়েক মাপল শান মেন লৈখুলবু কোয়ন ফালখোঙ নিপালমকপু য়েৎন লৈ ।। মেন মনুংদ য়েক শলাই তরেৎমক্কী নাউফম লৈ ।। মদুবু মেন কৌই ।। লাইরেল পীনাইদবী তরেৎমক্কী নাউফম লৈবনি ।। মদুবু য়াই কৌই ।। মদু লৈবগী মেন কৌই ।। মদুবু মেনখোম য়াইখোম কৌই ।। অদুগ নিংথৌ পানব ৮৯ মক্কী নাউফমসু মেন অসীগী মনুংদ লৈ ।। মদুবু হীখোম কৌই ।। তাউরোইনাই তরেৎমক্কী নাউফমসু লৈ ।। অদুগী য়াইখোম কৌই ।। অদু লৈবগী মেনবু ফম্বাল কৌই ।।"* — হায়ন চীংঙু মঙাং পুনসিবন নিংথৌ নাউথিংখোংদ তাকপিখি ।। ব্রাফমশিং অসীদগী ঐখোয়ন লৌশিনব য়াব য়াম্ন মরুওইব ব্রাফম অমদি — কংলাদ ফম্বাল কাদুন নিংথৌ ওইরিব অসী য়েক শলাই অমখক্কীদ নত্তে, লৈবাক অসীদ মপুঙ ওইন লৈরিব য়েক শলাই পুম্নমক্কীনি হায়বগী থাজনবী লৈরকই হায়বসীনি ।। কংলা মেন লৈখুল অসী উত্রাগী অব্রাং-চীঙখৈ ওইরপ্ন, নুঙ্গোয়বীগীন অব্রাং-নোংপোক শেল্লপ্ন অদুগ মংলেনগীন নোংচুপ লোমদ লৈ ।। মেন লৈখুল অসীগী মতাংদ লাইনীংগী ওইব থাজনবী অমখক্তি — *"অসীব লাইন তাউরোইনাই শাদুন, লৈপাক পুদুন মমৈবু ময়ান চীক্তুন কোয়ন লৈরে ।। মদুদ পাখংবন ফম্বাল ওইনরে ।। মফমদি কংলানে খঙ-ও ।। হে মীওইব"* — হায়ন সকোক লামলেন অহানব কৌব অরিব লাইরিক অদুন হায়রি ।। ব্রাফম অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙলে মদুদি কংলা মেন লৈখুন্দ মমৈবু ময়ান চীক্তুন লৈরিব তাউরোইনাই

হায়ব লাই অসী চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী শায়োল অমনি ।। তাউরোইনাই হায়বসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং ১৬৮ গী মনুংদ অম ওইনসু লৈ ।।

৩) **নুঙ্গোয়বী ঃ** নুঙ্গোয়বী হায়বসী কংলাদ লৈব লাইফমশিংগী মনুংদ য়াম্ন মরুওইব লাইফম অম ওইন ঈরাৎ থৌনিদুন লাকখিব মফম অমনি ।। নুঙ্গোয়বী, য়াওরৈবী, ওকশঙ, লাংশঙ মরিমক্ত কংলাবু কোয়দুন লৈ ।। তৃথুপ মযেক অসী খঙববু ইরম খঙব কৌই হায়বগী থাজনবী লৈরকখি ।। মীতৈশিংগী অবিব লাইনীংদ নুঙ্গোয়বীদি তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদবগী মমিংনি হায়বগী থাজনবী লৈ ।। নুঙ্গোয়বীগী ময়ায়দ লাইফম অম লৈ ।। মদুদ লাইশক মানব হী কৌব নুঙ অম লৈ ।। লাই মহাক্তি লালু চাব লাইনি ।। মমিংদি চাইসনা কৌই ।। নিংথৌন লাল ফাবকপদ লালু চনফমনি ।। ব্রাফম অসী অকব ব্রানি হায়ন *নুঙলোন* দ ইবি ।। নুঙ্গোয়বী হাযব মিং অসীমক লাইরেম্মা অম ওইনসু লৌনরকই ।। লাইবেম্মা অসী য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাঙলৈমগী লাইওল লাইচৎ ওইবী লাইবেম্মনি ।। অদুগ নুঙ্গোয়বী অসী পুরৈরোম্বগী নাউফমনি, থব্রানমিচাক নিংথৌ তুরেলগী পালফমনি, লাইমিংদি কুপত্রেং সেন্ত্রং কৌই, ফীরোয় অসুব অমগ লোয়নন ঈবাৎ থৌনিজরবদি ফম কায়, লালফম খায়ব ঙমই হায়বগী থাজনবীসু লৈরম্মী ।। নুঙ্গোয়বীদ থা থোকই, য়াওরৈবীদ নুমিৎ থোকই, কংলাগী নাকচিদ থব্রানমিচাক নিংথৌ শিদব থোকই মরম অসীন কংলাবু ময়ায় সুমতোংপল্ল কৌনবম্মী ।। *(কংলা লৈয়াৎ)* মেরা হৌচোংবগী কুম্মৈ হৌদোকপদ চহী খুদীংগী ওইন মেরাগী ১০নি পানবদ শন্দং অম নুঙ্গোয়বী লাইরেম্বীদ ঈরাৎ থৌনি থৌবম তৌদুন কৎলগ চীংবুবোই হেম্ব তম্বু থনব পুম্নমক থকমিন চামিন্নরম্মী ।। নুঙ্গোয়বী অসী নিংথৌন লাল ফারকপদু লালু চনফম ওইব মরম্ন খৃস্তকুম ১৮৯১ গী কংলাদ শোক্লখিব এঙ্গলো-মনিপুব লালদ সাহেব মঙাগ বেঙ্গুন খোংব অমগ মখোয় তরুক্কী মকোক অদু নুঙ্গোয়বীদ অমাইবন ঈরাৎলগ লালু চনখি ।। থৌদোক অসীবু **চৈথারোল কুম্বাবা** দ অসুম্ন ইরি — *"সাহেব ৫ বেঙ্গুল খোংব ১ গদি ৬মা উত্রা মাঙদ হাৎলে ।। --- লালুদি নুঙ্গোয়বীদ চল্লে ।। মশাদি খ্বাইরম্বন্দ ফুমএ ।।" (লাঃ ৪৮৪)* State Archaeology ন ফোঙব ***Kangla Fort,***

***Imphal, The Ancient Capital of Manipur*** দসু নুঙ্গোয়বীগী মরমদ অসুম্ন ইরি — *"The site (Nungoibi) is a sacred place of worship of the Goddess of war. The Huyen Lalu Chanba ritual was performed here, whenever a king of Manipur returned victorious from battle"* নিংথৌন চহী খুদীংগী ওইন উকায় কাপ্প/রাবোন কাপ্পগী থৌরম পাঙথোক্লুরগ হল্লকপদসু থৌরম অসীগী শরূক অম ওইন নুঙ্গোয়বীদ লালু চনবগী থৌরম পাঙথোক্লুরকখি ॥ মুংয়াম্ব নিংথৌন খাগী মীহিংচা মোয়াদনবু হাৎলগ মকোক লালু চনখিব মফম অদু নুঙ্গোয়বীদনি, নুঙ্গোয়বীগী নুঙন নন্দুন থমখিবনি ॥ নুঙ্গোয়বী অসী কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) গী নোংচুপ ওইরপ তৌব মফমদ লৈ ॥ *(চীংশংলোন)*

৪) **লূফৌ নুঙ ঃ** উত্তরাগী খা-মোইবাংলাইজি পাংবদ লূফৌনুঙ (হিংচাব ননখিব নুঙ হায়নসু খঙনব) লৈ ॥ নুঙজাউ অসীগ পকশিন্নন অৱাংথংবদ য়াই কৌব মীগী মশক মানব নুঙ অম লৈ ॥ মমিংদি যাইলৈম কৌই ॥ মমায় মৈরম পাংন লৈ ॥ লাই মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি থৌজাল লনকুবী হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥ কংলৈপাক মনিপুর অসীগী মীতৈ অয়াম্বন হিন্দু লাইনীং লৌদ্রিঙৈ, অশিব হকচাংবু লৈরোল চন্দুন পোৎলোইবগী চৎনবী লৈরিঙৈদ লৈরোল চন্দুন পোৎলোইব্রব নিংথৌগী হকচাং অদু চহী অম লৈরগ মংথোঙ হাংদুন শরূ অদু লৌথোক্তুন চামথোক্লগ কোক্কী শরূ অদু তোপ্প নুমিৎ মঙানি চুপ্প নুঙ অসীগী মথক্ত ফৌবগী চৎনবী লৈরম্মী ॥ মরম অসীদগী নুঙ অসীবু লূফৌনুঙ কৌই ॥ খৃস্তকুম ১৭২০/৩০ অদুৱাইদ কংলৈচা মীতৈ অয়াম্বন হিন্দু লাইনীং চৎলকপগ লোয়নন অশিব হকচাংবু মৈথাদুন পাকশন্ন মৈগী পোৎলোই চৎনরকপদগীদি নিংথৌগী অশিব হকচাং অদু মৈ থাদুন পোৎলোইরগ লাইবক্কী শরূ অদু লৌশিন্দুন নুঙ অসীগী মথক্ত নুমিৎ মঙানি ফৌদোক্তুন থম্নরম্মী ॥ (ফৌরা অচৌবমুক পাকপ অকোয়ব নুঙজাউ নুঙপাক অসী হিংচাব/হিংচাবী অম ফুমজিল্লগ ননখিব নুঙনি, নুঙ অসী মচেৎ খজিক্তং ফক্তুন তকখায়বগ কলাগুম্বগী কোকচীকপদ তৈরবদি ফৈ হায়বগী থাজনবী লৈনরকই ॥ মরম অসীন হৌজিকসু নুঙজাউ অসীগী মচেৎ খজিক্তং ওইরবসু ফক্তুন পুনব হোৎনব মী কয়া লৈ ॥ থাজনবী

অসীমক্তি মীচমশিংন মফম লান্ন থাজনখিব ওইগনি ।। লূফৌনুঙ অসীবু নুঙ্গোয়বী ওইন মীচমশিংন খন্নখিবদগী ওইগনি ।। লূফৌ নুঙদি লালফাগী লালূ চনফম নত্তে ।।)

**৫) মংলেন ঃ** উত্ত্রাগী নোংপোক চীংখৈদ মংলেন লৈ ।। মংলেন লৈরিব মফম অসী থিংক্রুচীংগী নাপোম খা থংবদ খূদুপ মরি লাপ্ন মফমদনি ।। *(নুঙলোন)* মফম অসী লৈপাক অসীগী নিংথৌশিংন শিরগ পোৎলোইফম্নি ।। নিংথৌগী ইমুং-মনুং, মচা-মসু অমসুং নুপী-অঙাং শিবগীদি মফম অসীদ পোৎলোইনদবগী চৎনবী লৈরকই ।। অদুবু করিগুম্ব মতমদ নিংথৌগী লৈম অহল/ মহারানী শিবদ মফম অসীদ পোৎলোইখিবসু য়াওখি ।। মসীগী খুদমদি **চৈথারোল কুম্বাবাদ** অসুম্ন ইরি — *"কুম শক ১৭২১ --- লমদা থাদি নিংথৌকাবন হনএ ।। --- ২০নি থাঙজদ শিজ শরোৎখাইবী তমপাক লৈম মহারানী শিএ ।। মংলেন্দ পোৎলোইএ ।।" (লা: ১৭৭)* নিংথৌ বুধচন্দ্রগী অশিব হকচাং অদু মতম অদুগী কংলাদ লৈরিব অসাম রাইফলসকী অয়াব লৌরগ মংলেন মনাক্ত পোৎলোইখি ।। মতাং অসী **চৈথারোল কুম্বাবা** দ অসুম্ন ইরি — *"--- শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ শ্রীবৃন্দাবন যাত্রা ওই ।। --- পোৎলোইবদি মংলেন্দি সরকারগী ওইখ্রে য়াররোই হায়ন পন্দিতন হায়রবদ শ্রীমতি মহারানীনা ঐনা য়ানব ঙাঙনগনি হায়ন শ্রীযুক্ত কমিস্নারদা হায়নরুদুনা কংলাদ লোইখিএ ।।" (লা: ৬৮৯)* মংলেন্ন লৈরিব মফম অসীবু 'সনচীং সুমেরু' হায়নসু কৌই ।। মফম অসীবু নোংদোলসু কৌনরম্মী ।। মীতৈশিংগী অরিব লাইনীংগী থাজনবীদ শিববু নোংগাব কৌনৈ ।। শিরব মতুংদ য়াইবী থৱায়ন কোরৌ নোংগাফমনি হায়বগী থাজনবী লৈবদগী মফম অসীবু নোংদোল কৌনরকখিব ওইগনি ।। লৈবাক নিংথৌন মফম অসীদ ঈরাৎ থৌনিজরবদি পুন্সি নুংশাংই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**৬) নুংজেং অচৌব ঃ** হৌজিক হৌজিক উত্ত্রাগী অৱাং কৌব্রু পাংবদ, খাথোঙদগী অৱাংথোঙ তাব লম্বীগী হেক নোংচুপ্ত লৈরিব খা-ৱাংন ময়ুং ওইব অচৌব ঈয়োক্লোম অসী নুংজেং অচৌবনি ।। নুংজেং অচৌব অসীগী হেক খাথাংবদ পাখংবগী শঙফম লৈ ।। ঈয়োক্লোম অসীগী লাইকোই মনুংদ য়াই কৌব নুঙ ১৩ লৈ; ৯দি মীগী মশক মাল্লি, মমায় নোংপোক ওল্লি, লাইশিং

অসীদি হয়ি চকঙৈদ নোংপোক্র পাঙ্ছোইবীবু লৌঙৈদ লাই অয়াম্বন হৈজিং পুঙৈদ তাইবং মপুন উরদুন — পুহৈদে নামুংএ হায়ন খাল্লবদ উমংলাই মাপলমক্তি হল্লরোই ইকাইরে হায়ন লৈহৌব লাইনি ।। লাই মবিদি মীগী মশক মাল্লি ।। মীতৈশিংগী অবিব লাইনীংগী চৎনবীদ নুংজেংগী ঈশিং অসী মঙাং/নিংথৌজা য়েক শলাইগী অপোকপ খুকম্বদ য়াওদব য়াদে ।। অসীগীসু মথক্ত নুংজেং অসী খোংলম অম ওইন লৌদুন ঈরম খোংলম ৭কী ঈশিং শোকপদ ঈয়োক্লোম অসীগী ঈশিং য়াওদব যাদবগী মতাং লাকই ।। খাখোং, লাইখোং, মবোংখোং, চবোইখোং, য়াম্বীখোঙ, ফিসুখোং — তব্বক অসীগী মথক্ত নুংজেং য়াওবগী চৎনবীসু লৈ ।। অদুগ অমুক চহী খুদীংগী ওইন কালেনগী ১৫নি পানবদ কংলা মনুংদ পাঙথোকপ **পাখংব চেঙহোঙব** থৌবমগী ওইন খোং মাপলদ খযোম লাকপগী মতাংদ নুংজেং অচৌববু নোংদমখোং কৌব খোংলম অম ওইন লৌদুন খয়োম লাকনৈ ।। *(ইনাৎকী হরাউকুম্মে)* অসুম্ল, নুংজেং অচৌব হায়বিব ঈয়োক্লোম অসীগী ঈশিং অসীবু মীতৈশিংগী অবিব শাগোল্লবকপ লাইনাংদ অশেংব ঈশিং ওইন অমসুং ঈয়োক্লোম অসীবু লাইফম ওইন লৌনবকই ।।

৭) **পাউনম হিদেল/পাউনম ঈরেল/পাউতাক হিদেল/পাউদা হিদেল ঃ** ইম্ফাল তুবেলন কংলা মনুংদ নোংপোকলোমদগী নোংচুপলোমদ লাক্লগ অমুক নোংপোক মৈবম পাংন চেনখ্রিব তোরৈ তুথেক অসীগী নোংচুপ থংব তোর্বান অসীদ পাউনম হিথাথেল/পাউনম হিদেল/পাউনম ঈবেল/পাউতাক হিদেল/পাউদা হিদেল লৈ ।। মফম অসী মীতৈশিংগী অবিব লাইনীংগ মবীলৈনব লাইনীংগী ওইব অশেংব মফম অমনি ।। চহী খুদীংগী কালেনগী ১৫নি পানব নুমিত্ত কংলাদ **পাখংব চেঙহোঙব** গী ঈবাৎ থৌবম পাঙথোকপদ হিদেল অসীদগী ইবুধৌবু ঈকৌখৎলগ চেঙহোঙবগী থৌরম পাঙথোক্লবকই ।। অদুগ চহী খুদীংগী মেবা থাদ কংলাদ পাঙথোকপ **মেরা মেনভোংব** গী থৌবমসু পাউনম হিদেলদ পাঙথোক্লরম্মী ।। *(ইনাৎকী হবাউ কুম্মে)* পাউনম হিদেল্দ নুঙলেন শিদব কৌব নুঙ ৭ লৈ হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। তেংবানবমপুন তাউথবকপদ মপারী অতোনবন মপল পনথৌবু হিদেল অসীদ লোকপ মতমদ শম্লা ৭ তাহৌখি ।। শম্লা ৭ অদু মাঙফদব ওইবন নুঙ ৭ ওইখি ।। *(নুঙলোন প্রস্থাল)* নুঙ ৭ অসী নুঙলেন শিদব কৌই ।। *(নুঙলোন)*

লমদম অসীগী মীওই অয়াম্বন হৌজিক হৌজিক খঙদুন লৈরব, কংলা মনুংদ লৈরিব মথক্ত পনজখিব মরুওইব মফম তরেৎ অসীদ ফীরেপ নত্তগ মায়ওল থল্লগ কংলাদ লৈরম্ব/লৈরক্লিব মরুওইব লাইফম ওইরিব চীং, পুঙ, থেল, শঙফম, শলাই পোকফম, খোং, ঈয়োক্তোম অমসুং পাৎ তুরেল মকনাচিংবশিংগী মফমশিং অদু মথং মথং ওইন মখাগী পন্দুপ্তু লৌখৎচরি ।।০।।



# ৪

## ২ ঃ কংলাদ লৈব মরুওইব লাইফমশিং

কংলা মনুংদ চীং, থেল, পুঙ, শঙফম, ঈয়োক্লোম, য়ুমফমনচিংব মীতৈশিংগী য়েলহৌঙেদগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনীং অমসুং নাৎকী ওইব লাইফম কয়ামুক লৈরম্মী ।। অসীগুম্লব লাইফমশিং অসী খঙনবগীদমক ঐখোয়ন কংলাগী মরম য়াওব অরিব লাইরিক কয়া পাশিনবগ লোয়নন কংলা নুঙলোনগী অরিব লাইরিকশিং পাশিন-য়েংশিনবগী তঙাইফদব লৈ ।। অরিব লাইরিকশিংদ ইরম-হায়রম্বগী মতুংইন্ন কংলাদ লৈব অরিব নাৎ অমসুং লাইনীংগ মরী লৈনব লাইফম মশীং অসী চাউরাক্ল ৩০০ (চাহুম) রোমনি হায়ন লৌব য়াই ।। লাইফম ৩০০ রোম অসীগী মনুংদ লমদম অসীগী মী অয়াম্বন খঙনরব লাইফম খরদি মথক্কী শরুক্ত পনজখ্রে ।। হৌজিক্তি মায়চৌ পন্দিতশিং, কংলাগী ব্রারী ব্রাখোঙ থিজিনব মীওইশিং অমসুং লাইফমশিং অদুদ হকথেংনন ঈরাৎ থৌরম তৌরকপ অমাইবশিংনদি খঙব অদুবু মীচম অয়াম্বনদি কয়া খঙনদব মরুওইব লাইফম খর পন্দুপ অসীদ শরুক কয়া থোক্ল লৌখৎচরি ঃ

**১) কংলা থোল তরেৎ থোল্লাংমৈ ঃ** তেংবানবমপু শিদব অমসুং লৈমরেল শিদবী অনীন লৈ হায়বগীবু কংলৈপুঙ ময়োল ময়ায়সুমতোংপল কংলা থোল তরেৎ থোল্লাংমৈ, মীরেল পোংমুরাবচীং লাংশঙ চীংময়োল কৌই ।। তেংবানবমপু অমসুং লৈমরেল শিদবী অনীন নেৎলিব নুঙ মরি অদুগী মমিংদি থব্রা, চেংঙা, য়ুচেং অমসুং য়ুহা কৌই ।। নুঙ মরি অসীদি চীংঙু খোইয়ুম অসীব সনামহী মহীরেলন মালেম লৈশেমঙেদ মায়কৈ চিথেক মরিমকপু লৈঙাকহনখিব লাইবুংথৌশিংনি ।।

**২) তেংবানবমপু, অসীব, অতিয়া শিদব অমসুং কোনজিল তিংথোকপ পাখংব — মরিগী লাইফম ঃ** মালেম অসীদ লৈরিব লাইনীং

অয়াম্বদ তেংবানবমপু অম লৈ হায়বসীদি য়ানৈ ।। মীতৈশিংগী অরিব লাইনীংদ তেংবান মপু অমসুং মপারী অহুমগী মফম চাউন লৈ ।। অরিব লাইনীংগী মরুওইব শরূক অম ওইরিব উমংলাইশিংগী লাইয়িংথৌশিং অসী মপারী অহুম অসীগী লাইওল/লাইচৎ/লাইয়াৎ ওইন লৈ ।। মরুওইশ্রব লাই তেংবানবমপু অমসুং মপারী অহুমগী লাইফম অসী সনচীংগী মশা অনীমক্র তমথরকপ, চমেন চীংগীদি মখা, নিংঙেল চীংগী মচি, নুংবঙ খোংগী ময়ায়, খাকী য়ুমফমগী তুথুপ অদুদ লৈ ।। মপারী অহুম্ন মপল পঙ্খৌবু খন্দুন লৈ ।।

৩) **চীংঙু খোইয়ুম অসীবগী লাইফম ঃ** কোরৌ নোংলিংব, মালেম লৈশেম্ব, নমু পোংশেম্ব, মপুক্র নোংথৌ ওইব, মনম্ন মালেম ওইব চীংঙু খোইয়ুম অসীবগী তোঙানব লাইফম খবসু কংলাদ লৈ ।। খুদম অম অনীদং পনজরি ।। নুঙ্গোয়বীগী কৌব্রুদ, খাব য়ুমফমগীদি মৈরমদ নুংপুঙ লৈ ।। মদুদ মচু ঙাওব লাইশক মানব, মমায় মৈরম পাংব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মহাক্তি চীংঙু খোইয়ুম অসীবনি ।। অসীদ নত্তন অতোপ্প মফম অমসু লৈরি মদুদি — লাংশঙগী নোংচুপ্ত খুদুপ কুন লাপ্ন অশৈব লোয়শঙ লৈ ।। মদুদসু লাইগী মশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি চীংঙু খোইয়ুম অসীব কৌই ।। *(নুঙলোন)*

৪) **চীংঙু খোইয়ুম অসীব অমসুং অতিয়া শিদব-অনীগী লাইফম ঃ** নোংশাব ফৈদোমদি মাপলনি ।। নোংশাব খোয়বুঙদ য়াই কৌব নুঙ অনী লৈ ।। অমগী মশক্তি মচু ঙাঙই, কৈগী মশক্রি; অতোপ্প অমদুগী মচুদি ঙৌই, নোংশাগী মশক্রি ।। অনীমক অসীদি চীংঙু খোইয়ুম অসীবগ অতিয়া শিদবগ অনিমক্র নোংথৌ মখোঙ কোয়নব কৈগ নোংশাগ অনীমক্রি ।। মফমদি থাঙহুৎব্রাদনি ।।

৫) **লাইয়িংথৌ পাখংবগী লাইফম/শঙফম ঃ** উত্তরাগী অব্রাং কৌব্রু পাংব, খাথোঙদগী অব্রাংথোঙ তাব লম্বীগী নোংচুপ্ত লৈরিব নুংজেং অচৌবগী খা থংবদ লাইয়িংথৌ পাখংবগী শঙফম লৈ ।। লাইয়িংথৌ পাখংবদি য়াম্ন মতীক ময়াই লৈব লাইনি ।। হয়িচক, হয়াচক, খুনুংচক, লাংব/কোন্নচক - চক মরি অসীদ পানখিব পাখং য়োইরেল তোমপোকপ, তাংজ লিলহা পাখংব, সেম্ৰেং লোলাং পাখংব, তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংব — মরি অসীদি লাই পাখংবগী শায়োল/লাংওন্নি ।।

৬) **লৈমরেল শিদবীগী লাইফম ঃ** খোমইনবোনগী চনুক্ত নমু পোংশক অরেম্ম মানব, খীকলেন খোমহুক য়াওদব, খী কৌব নুঙ অম লৈ ॥ মহাক অদুদি তেংবানবগী মমা লৈমরেল শিদবীনি ॥ নিংথৌগী মচা পোক্লবদি লাইমাবু ঈরাং থৌনি তৌজরবদি মচা ফংজে হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥ মরম অসী লৈবগী লাইফম অসীবু চাপোকপুঙ, লৈখোমশঙ, খোমইন খাইনপুঙসু কৌনে ॥

৭) **পাখংবগী নাউফম নাউয়োম ফুম্ফম ঃ** শাহোঙপুঙগী নোংপোক্ত খুদুপ মরিফু লাপ্প পোংযুমফম লৈ ॥ যুমফম অসীগী ময়ায়দ পাখংবগী নাউফম নাউয়োম অনীমক লীক্লাইগী চফুদ হাপ্পগ ফুমদুন লৈ ॥ অতিংকোক শিদবগী নাউফম নাউয়োমসু লুপাগী চফুদ হাপ্তুন মফম অসীদ ফুমখি হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥

৮) **পাখংবগী নাউফম লৈফম ঃ** নুংজেং অপিশকী মনুংদ পাখংবগী নাউফমগী মশক ওইব নুঙ অম লৈ ॥ মদুবু ঈরাং থৌনিজরবদি নিংথৌগী পুন্সি নুংশাংব ওই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥

৯) **লাইসনান কৌ-কৌফম ঃ** নুংজেং মচাগী নোংপোক মৈরম পাংবদ লাইসনান কৌ-কৌফম লৈ ॥ মফম অদুবু পাখংব নোংগাপুঙসু কৌই ॥ [কংলা মনুংদ লৈব পুঙশিংগী শদুগ্ত য়াওব 'পাখংব নোংগাপুঙ' য়েংবীয়ু] পাখংব নোংগাপুঙ কৌবগী মরমদি অঙাং ওইরিব খুইদ খাবন ইনশিন্দুন লাইসনান কৌরাদ কৌ কৌববু লিন্ন কৌ চারে হায়বদগী লিল ওইন লাকপ পাখংববু মফম অসীদ খুইন হাংখি ॥

১০) **লাইসনানা পাখংববু খোনগংফম ঃ** নুংজেং অচৌবগী লাইকোই মনুংদ লাই ১৩ লৈব লাইফম অদুগী নোংচুপলোমদ খুদুপ মরি লাপ্প পাখংববু (নোংদা লাইরেল পাখংব) লাইসনান খ্রখোল লোং অরেংন খোনগংফম লৈ ॥ পাখংববু খোনগংপ অসী লাইসনা য়াওন লাইরেম্বী অরেংন খোনগংপনি হায়বগী খাফমসু লৈ ॥

১১) **কোনজিল ভিংখোকপ হরাব লৈখিনগায় পাখংব অমসুং নোংথাঙ লৈম অনীগী লাইফম ঃ** মপল পঙ্খৌ তেংবানবমপুগী য়াথং মতুং ইন্ন মপারী অতোনব কোনজিল ভিংখোকপবু পাখংব মিংথোল পীদুন লৈবাক মপু

নমু পোংনিংথৌ ওইহনখি ।। পাখংবগী মশানৌ নোংথাঙ লৈমন ওয়রম ফম্বাল লাংন লৈখি ।। তগুপচীংগী নোংপোকলোমদ খুদুপ মঙা লাপ্প সনাথেংক্রুচীং কৌব লৈপাকশঙ অদু লৈ ।। মদুদ খোমইনকোল কৌব খোমদাপাৎ লৈ ।। মদুগী চবুক কারলদ কোনজিন তিংথোকপ পাখংব হুরাবগ মশানৌ নোংথাঙ লৈমগ অনীন লৌনঙৈদ ফমখিব ফান্দেং য়াই অদু লৈ ।।

**১২) পাখংবগ লাইয়ামগ য়াকাফম ঃ** নুংজেং মচাগী নোংপোক্ত খুদুপ মরি লাপ্প লাইফম অম লৈ ।। লাইফম অসীদি পাখংবন অহিং মীওইন অদুগ নুংথিল লাই ওইন অতৈ লাই খিবিক্ক য়াকাফম্লি ।। (মফম অসীদ পল্লিব পাখংব অসী কংলৈপাক পুরারীগী অহানব নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংব ওইগনি ।। মরমদি অহিং মীওইব নুংথিল লাইওইব নিংথৌ হায়রগ মহাকপু খঙনৈ ।।)

**১৩) লাই পাখংব খাংজেং ঃ** নোংহুমশঙগী খাদ খুদুপ মাপল লাপ্প সুমশঙ লৈ ।। সুমশঙ অসীগী মৈরমদ খুদুপ তরেৎ লাপ্প মালংচীং লৈ ।। চীং অসীগী হুইথরকপ চীংমৈদ লৈব লাই অদুদি থাঙলেন য়াশাবন থোঙথিংব, লাংকোই মোইশায়ান থোঙলোনব লাই পাখংব খাংজেংগী লাইফম্লি ।।

**১৪) কৈথেল লাইরেম্বী তরেৎকী লাইফম ঃ** লূফৌ নুঙগী খারোমদ খুদুপ মরি লাপ্প কৈথেল লৈ ।। অরাং থংব নুঙ মনাক্ত লাইগী মশক মানব, মমায় মখা ওনব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি সনাকৈথেল নিংথৌব কৌই ।। মহাক্কী মনাক্ত লাইরেম্মা তরেৎকী লূকমায় তরেৎ লৈ ।। লাইরেম্মা তরেৎমক্কী মশক্তি মীগী মশক মাল্লি ।। অহুম্ন মমায় নোংচুপ ওল্লি, অহুম্ন মখাওল্লি, অমন লাইজি ওল্লি ।। মখোয়বু কৈথেল লাইরেম্বী তরেৎ কৌই ।। লাইরেম্বী তরেৎ অসীবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি চাকহোঙ-ঙাহোঙই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**১৫) থাংজীং ঃ** থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল অমসুং কৌব্রু হায়ব লাই মরি অসীদি মীতৈশিংগী অরিব লাইনীংগী ঈরাৎ থৌরম অয়াম্বদ য়াওরব মায়কৈ ঙাকপগী থাক্ত লৈরিব লাইশিংনি ।। কংলাগী মোইরাং চিথেক্ত চৌব্রিপুঙ লৈ ।। মদুদ য়াই কৌব ঙাঙ্গ্রনব নুঙ অম লৈ ।। লাই মাগী মমিংদি থাংজীং কৌই ।। লাই মাবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি মীবু ঙমই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**১৬) মারজীং ঃ** লাইজিগী সুমদ মীগী মশক মানব মচু ঙাংয়েক্রব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি মারজীং কৌই ।।

**১৭) ব্রাংবরেল ঃ** কংলাগী মৈরমগী সুমদ মীগী মশক মানব, ঙাগী মরোঙ ওইব, লৈচিল মচু মানব হী কৌ নুঙ অম লৈ ।। মমায়দি ঈগুম ঙাঙই ।। মমায় মৈরম পাংই ।। মমিংদি ব্রাংবরেল কৌই ।। লাই মাবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌ পুন্সি ।।

**১৮) কৌব্রু ঃ** কংলাগী কৌব্রুগী সুমদ লাইশক মানব, মচু ব্রাউথাংনব মমায় কৌব্রু পাংব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি কৌবরেল কৌই ।। লাই মাবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি অফব ওই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**১৯) চীংখৈ ঃ** চীংখৈগী সুমদ শগোলগী মরোঙ মানব, মীগী মশক মানব, মচু অরাংব, মমায় লাইজি পাংব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি চীংখৈ কৌই ।। লাইমাবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি চীংমীবু ঙমজে হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**২০) থোঙঙারেলগ লাইখুরেম্বীগ অনীগী লাইফম ঃ** মালংচীংগী নোংপোক্ত খুদুপ অম লাপ্ল য়াই কৌব নুঙ অমগ হী কৌব নুঙ অমগ — নুঙ অনী লৈ ।। অনীমক মীগী মশক্লি ।। অমন মমীৎ য়ুংয়াৎনৈ, মখয়াৎ লৈখা খোল্লি, থীক্লেন থাহুক হাঙই, মহাক্তি লাইরেম্মা লাইখুরেম্বীনি ।। অদুগ অতোপ্প অমদুন লাইয়িংথৌ থোঙঙারেলনি ।। মফম অদুবু খম্লুং কৌই ।। লাইশঙ কল্লবদি হায়বদি লৈবাক্কী ওইন মী য়াম্ন শিরবদি লাইফম অদুদ ঈরাৎ থৌরম তৌরবদি ফৈ, মীশি মীনা তৌদে হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**২১) মঙাং, লুৱাং, খুমন — চীংঙু অহুমগী লাইফম ঃ** কংলাগী কৌব্রু পাংবদ উশোই কারল লৈ ।। *(চীংগোইরোল)* উশোইগী নোংপোক্ত খুদুপ তরূক লাপ্ল চীংঙু অহুম অসীগী লাইফম লৈ ।। অহুম্মক্কী মশক্তি মীগী মশক্লি ।। মচুদি অমন ঙাঙই, অমন ঙৌই অদুগ অমন শংই (মুই) ।। অহুম অসীদি মঙাং, লুৱাং, খুমন -- চীংঙু অহুমগী মশক ওইব নুঙনি ।। চীংঙু অহুম অসী কুম অমগী শজিবু চৈরাউব নুমিত্ত ফীরোয় ফীঙাম হোংদুন ঈরাৎ থৌনি তৌনরকই ।। *(কংলৈ নিংথৌ চহী)* চীংঙু অহুম অসীদি মীতৈশিংগী চংনলোনচং, লাইনীং লাইশোল, থকশী খাশী কয়া তাকপি তম্বীরকপ ইবুথৌশিংনি ।।

২২) **লাই তরাগী লাইফম ঃ** সনা শঙ্গাইগী নোংপোক্ত খুদুপ অহুম লাপ্প য়াই কৌব হী কৌব নুঙ তরা লৈ ।। মখোয় তরামক্কী মশক্তি মী মাল্লি ।। মমিংদি — ১) শজীবী, ২) য়াইসনা ৩) হীপোকপী ৪) য়াইপোকপী ৫) হীকুবী ৬) য়াইকুবী ৭) হীরৈম ৮) য়াইরৈম অমসুং ৯) তাউবীরোইনাই কৌই ।। লাইফম অসীবু ১০) তাউরোইনাইন মমৈবু ময়াদ থিংজিন্দুন চিক্ল কোল্লি ।। লাইফম অসীদ ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌ পুন্সি নুংশাংই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

২৩) **লাইতিনকোল ঃ** পৌদা হিদেল/পাউনম হিদেলগী অৱাংদ খুদুপ তরুক লাপ্প পাউতাকপুঙ লৈ ।। পুঙ অসীবু লাইতিনকোল কৌই ।। মফম অসীদ লাই লীশীং কুম্বা সুপ্প হুমফুহুমদোই লৈ ।। লাইফম অসীদি অফব ফত্তব পুন্নমকপু শীংশৎ শীংথাফমনি ।।

২৪) **নোংপোক অমসুং পানথোইবীগী লাইফম ঃ** নোংমাইজীং চীংদোন্দ য়াম্ন মরু ওইব লাইফম ওইন লৈরিব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনী অসীগী লাইফম কংলাদসু লৈ ।। শঙলাংমৈগী কৌব্রুদ খুদুপ হুম্ফু লাপ্প ফৌকৈগী মনীংদ লাইয়িংথৌ নোংপোক্ক লাইরেম্মা পান্থোইবীগ অনীগী ৱাঙ্গোল মফম লৈ ।। লাইফম অসীদ ঈরাৎ থৌনিজরবদি পুন্সি নুংশাংই ।।

২৫) **লাইয়িংথৌ নোংশাবগী লাইফম/শঙফম ঃ** উত্ত্রাগী অৱাং কৌব্রু, খাথোঙদগী অৱাংথোঙ তাব লম্বীগী হেক নোংচুপ্ত নুংজেং অচৌব লৈ ।। নুংজেং অচৌব অসীগী খাদ পাবংবগী শঙফম লৈ ।। পাখংব শঙফমগী খাদ, নোংচুপ সনথোঙদগী উত্ত্রা য়ৌব লম্বীগীন অৱাংদ নোংশাব শঙফম লৈ ।। লাইফংবম শাগৈন লাই নোংশাবগী লূক হৌরগ য়ুমশকৈশ নুমিৎ খুদীংগী লাইশঙ থোঙ হাংদুন চয়োলগী লূক কংলি ।। কুম অমগী শজীবু চৈরাউব নুমিৎকী অয়ুক্ত লাইশঙ থোঙ হাংদুন ফিরোই ফিঙাম হোংই, হৈ-লৈ কৎলি, লৈহুন কায়দন হুন্দুন ঈরাৎ থৌনি তৌনরকই ।।

২৬) **য়ুমজাউ লাইরেম্বীগী লাইফম ঃ** য়ুমজাউ লাইরেম্বীদি সনা কোংনুংগ থাদোক্লব য়াদব লাই অম ওইন লাকখি ।। নিংথৌন লাল চৎলুরগ হল্লকপদ লাইরেম্বী অসীদ হুইয়েন লালগী লালপাউ তম্ব হায়বসী লৈবাক নিংথৌগী

য়াম্ন লিরব চৎনবী অম ওইন লাকখি ॥ কুম খুদীংগী শজীবু চৈরাউবগী অযুক্ত লাইরেম্বী অসীগী লাইশঙ থোঙ হাংদুন ফীরোয় ফীঙাম হোংদুন হৈ-লৈ কত্তুন থৌনিনরকই ॥ লৈবাকপোকপ নুমিৎ খুদীংগী থৌরোইজম শাগেগী পিবান লূক কত্তুন থৌরম তৌদুন লাকখি ॥

২৭) **শিদ উপাল ঃ** কংলা ফালখোঙগী মথক্ত উরেল শিদব উপাল অম হৌরি ॥ শিদ উপাল অসীগী মশা মাপল লোঙই ॥ মসীগী ময়ায় মতোনগী মথক্ত তাইবং মপু শিদব অমসুং লৈমরেল শিদবী অনীগী মকাইফম্নি ॥ মরম অসীবু খঙজরবদি মীওইবগী অৱা-অনা কোকচৈ হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥ *(কংলা লৈয়াৎ)*

২৮) **থোঙলেন ৪ ঙাকপ লাই ঃ** কংলাগী থোঙলেন ৪ লৈ ॥ মখোয় অদুদি — ১) নোংচুপ থোঙলেন, ২) খা থোঙলেন, ৩) নোংপোক থোঙলেন অমসুং ৪) অৱাং থোঙলেন অসীনি ॥ ১) নোংচুপ থোঙলেন ঙাকপ লাইদি লাইয়িংথৌ থোঙঙারেন্নি ॥ লাইয়িংথৌ মহাক্ন মমায় অৱাং ওল্লগ থাঙজৌ কোইরেম্ব চৈসু থাঙ পায়রগ ঙাকএ ॥ থোঙলেন অসীদি লাংগোই মোইশায়ান থোঙথিংই, থাঙলেন য়াশাবন পৌরোল ওই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥ কংলা কোনুং মনুংদ তীলশঙ লাইশঙ কল্লবদি পোৎলম চৈরম সুন কৎলগ লাইয়িংথৌ অসীবু লাৎচরগ ফৈ হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥ ২) খা থংব থোঙলেন্দি লাইয়িংথৌ ৱাংবরেলন লাইথাঙ তোনকোনব পায়দুন মমায় মখা ওন্ন ঙাকই ॥ পোৎলম চৈরম কয়াগ লোয়নন অমাইব অমগ অশৈব অমগ — অনী অসীন লাইয়িংথৌ অসীদ ঈরাৎ থৌনি পাঙথোক্কনি ॥ ৩) নোংপোক থোঙলেন্দি লাইয়িংথৌ নোংপোক অপানবন থাঙ তেমশাব পায়রগ মমায় নোংপোক ওন্ন ঙাকই ॥ পোৎলম চৈরম সুন হাপ্লগ লাইয়িংথৌ মাগী মফমদ ঈরাৎ থৌনিজগনি ॥ ৪) অৱাং থোঙলেন্দি লাইয়িংথৌ মারজীংন শগোল মোরা তোংলগ লাইথাঙ কানাইব লাইশমথাঙ পায়দুন মমায় অৱাং ওল্লগ ঙাকই ॥ পোৎলম চৈরম সুন হাপ্লগ লাইয়িংথৌ মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজগনি ॥ *(কংলা নুঙলোন লাইফম্নে)*



# ৪

## ৩ ঃ কংলাদ লৈব খোংশিং

কংলা মনুংদ খোং ৫০ রোম লৈরম্বগী ৱাফম মথক্তে পনজখ্রে ॥ খোংশিং অদুগী মনুংদগী লাইনীংগ মরী লৈনব মরুওইব খোং খরদং লৌখৎচরি ঃ

**১) পুমশাইখোং ঃ** পুমশাইখোংদগী খোং অহুম হায়বদি (ক) খাখোং (খ) লাইখোং (গ) মরোংখোং — খোং অহুম অসী থোকখি ॥ *(লৈহৌ নাউফম্লোন)* পুমশাইখোংবু য়াওরৈবীসু কৌই ॥ মফম অদুদ পাখংববু ঈরাৎ থৌনিজরবদি নীংব খিবিক থুংজৈ হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥

**২) খাখোং ঃ** খাগেম্বপুঙদগী খুদুপ মবি লাপ্প খাখোং লৈ ॥ খাগেম্বপুঙগী মফম খঙগে হায়রবদি থোঙগী খারোমদ খুদুপ মাপল লাপ্প চৎলগ ফমগাশঙ লৈ ॥ শঙ অসীগী চীংখৈ সুমজিদ লোইখোমপুঙ লৈ ॥ লোইখোমপুঙগী মৈরমদ খুদুপ তরেৎ লাপ্প, ফমগাশঙীন চবুক মপাদ খাগেম্বপুঙ লৈ ॥ খাখোংগী মচুদি শংই ॥ খোং অসীদ চোইনৌ সনা সরীক, কোরৌনোংলুপান লুপা শরীক, চেঙ তরেৎ, নুঙদুম অম লা লাতোন অমদ থাদুন ঈরাৎ থৌনিজরবদি পুন্সি নুংশাংই হায়বগী চৎনবী লৈরকই ॥ খাখোংগী ঈরেন্দ নুঙ মাপল লুপ্তুন লৈ ॥ মখোয় মাপল অদু মথংশিংন — ফৌরৈম, ঙারৈম, থুমলৈম, ফিরৈম, কোল্লৈম, লল্লৈম, শেল্লৈম, শামুলৈম, মীলৈম মাপল অসীনি ॥ মাপলমক্কী অসুপ্প মমিংদি 'থুপলেংচি' কৌই ॥ ফৌ-চেং, পোৎ-চৈ হোঙহনগে হায়রবদি মমিং অসী হায়দুন খুরুমজগনি হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥

**৩) লাইখোং ঃ** মরোংখোংগী অৱাংলোমদ খুদুপ তরা লাপ্প তোইবী লৈম হিদেন লৈ ॥ হিদেল অসীদগী অৱাংলোমদ খুদুপ ৯০ লাপ্প লাইখোং লৈ ॥ মরম অসীন লাইখোং লৈফম অসী মরোংখোংদগী অৱাংলোমদ খুদুপ

(১০+৯০)=১০০ রোম লাপ্প লৈ হায়ব তাই ।। লাইখোংগী নোংখং ঈরেন্দ অরাপ্প নুঙ ৪ অঅউব নুঙ ৪ লৈ ।। *(নুঙলোন থম্বাল)* লাইখোংদগী উমংলাইকোল মাপল — ১) মুরাকোল, ২) চাখাবকোল, ৩) মোংবকোল, ৪) মুমোইকোল, ৫) তৌরঙকোল, ৬) য়াইকোল, ৭) নাউফমকোল, ৮) লাইতিলকোল, ৯) তিলশিকোল — অসী পোকখি হায়ন থাজনরকই ।। *(লৈহৌ নাউফমলোন)*

৪) মরোংখোং ঃ নুংজেং অচৌবগী খাদ পাখঙব শঙফম লৈ ।। পাখংব শঙফমগী খাদ নোংশাব শঙফম লৈ ।। শঙফম অসীগী নোংচুপ্ত ফৈদেনবী, ফৈদেনবীগী খাদ লাংশঙ লৈ ।। লাংশঙ লৈরিব অসীগী অৱাংলোমদ খুদুপ ১০ লাপ্প মরোংখোং লৈ ।। মরোংখোংগী ঈরেন্দ সোরারেলগী মচা হেলোই তরেৎন নুংথিলদ নুঙ ওই, নুমিদাংদ মীসু লাইসু ওইদুন লৈ হায়দুন থাজনরকই ।। মরোংখোংগী ঈরেন্দ মীরানখোম্ব কৌব নুঙ ৪ খক খুদুপ ৪ লুন লৈ। কনাগুম্বন লল লৈগে, ফমনাইগে, নিংথৌবু চানহলগে হায়রবদি ঈরেল অসীদ সনা লুপা কোনয়াই চল্লবদি নীংজরিবশিং অদু থুংহনবী হায়ন থাজনরকই ।। *(নুংলোন থম্বাল)*

চৌরিপুঙগী খারোমদ, উত্ত্রাদগী য়েংলকপদন মোইরাং লাইজিদ, য়াকাবুঙগীন খা থংবদ হেক তাইনন মরোংখোং মরীল লৈ ।। কংলাগী কৌব্রুরোমদ লাইখোং মরীল তাখি অদুগ মোইরাং লাইজিরোমদ খাখোং মরীল তাখি ।। *(কংলা মেপ – মনিপুর স্তেত আর্কিওলোজিদ লৈব)*

কংলা মনুংদ লৈরিব খোংলম কয়া পোক্লক্রিব, লৈরক্রিব খোংগী লীচংকী মতাংদ নুঙলোন কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন হায়রি, মদুদি — চীংঙু খোইয়ুম অসীবন মালেম তাইবংপান্দ ঈশিং খোংলম ওইন শাফোঙলগে খল্লদুন চিৎনু, থম্মু, অরৈনু, অহুম্মু, তেৎনু তাইনু, তোনথাংনু, থেরেলোংবম চনু — লাইরেম্মা তরেৎমকপু থোকহল্লকখি ।। মফম অদুদ নুঙপাক অম থাদুন লৈ ।। নুঙ অদুগী মখাদ ঈশিং অঙাঙবন ফন্থী শেমখি ।। চীংঙু খোইয়ুম অসীবন মমিৎ, মখোঙ, মখুৎ লীশীং লীশীং পান্ন চোংথোক্লকখি ।। কোলোয় মমিংলেন্দি লাইজ ঈশিং ওংথি কৌখি ।। ঈশিং অদুদগী খোং তরেৎ পোকখি ।। খোংশিং অদুদি — ১) কুমসুখোং, ২) ফিসুখোং, ৩) তুমুখোং, ৪) আওবীখোং, ৫) নোংদমখোং,

৬) চরোইখোং, ৭) মুৱাখোং — খোংলম তরেৎ অসী থোক্ল চেনখি ॥ নোংহুমশঙদন ১) খাখোং, ২) লাইখোং, ৩) মরোংখোং — অহুম্মক্ল চেনখি ॥ খোংলম অহুম অসীদগী খোংশা খোংলম মাপল পোকখি ॥ খোংশাশিংগী মমিংদি — ১) নোংপোক থংবদ লৈপোংখোং কৌন চেনখিদুন পোংলৈপাক য়ৌখি ॥ ২) খোংশা অমন ময়াংখোং কৌদুন তখেল লৈবাক্ত ফাওখি ॥ ৩) খোং অমন য়াম্বীখোং কৌদুন খাকী পাশা লৈপাক ফাওখি ॥ ৪) খোংশা অমন লৈহলখোং কৌদুন থোংজাউদা ফাওখি ॥ ৫) খোংশা অমন ৱাকপীখোং কৌদুন কুসু পাথাল লৈপাক ফাওখি ॥ ৬) খোং অমন মরিংখোং কৌন চৎখিদুন মোক লৈপাক য়ৌখি ॥ ৭) খোং অমন তুখোং নোংথৌ কৌন চৎখিদুন লংকা লৈপাক য়ৌখি ॥ ৮) খোং অমন তিংবীখোং কৌন চৎখিদুন তেখাউ লৈপাক ফাওখি ॥ ৯) খোংশা অমন খোংথাম্বী কৌন চৎখিদুন তির্লিপ লৈপাক ফাওখি ॥ খোং মাপল খায়ব মফম অদুদ ঈরাৎ থৌরম তৌরবদি লৈপাক খূদীংন লোই হারৈএ ॥ খোং মাপল অসিন উমংলাইকোল মাপল পোকখি ॥ মখোয় অদুদি — ১) মুৱাকোল, ২) চাখাকোল, ৩) মোংবকোল, ৪) য়ুমওইকোল, ৫) তাউথিংকোল, ৬) যোইহৈকোল, ৭) নাউখংকোল, ৮) তিনশিকোল, ৯) লৈতোলকোল — মাপল অসীনি ॥ *"কুমজা খূদীংদ ঈরাৎ থৌবম তৌজববদি লৈখোঙ লৈরা চেৎপনে ॥ নিংথৌ পুন্সিবনে ॥ ৱারোল অসীবু তাববদ নত্তব ৱানে হায়ন নবুক্ত লৌদ্রবদি লাইথোঙ খূদীং লাৎত্রবদি পাখংবগী থাঙদ চঙ-ও ॥ নিংথৌন খঙলবসু তৌদ্রবদি ইবুধৌ পাখংবগী মকোক চাব ওইসনু ॥ ইবুধৌগী চাকচা পীদ্রবদি নিংথৌ খাগেম্ব ঐগী মীচৈ থাঙদ চঙব ওইসনো — হায়ন নিংথৌ খাগেম্বন কুচুদ ফম্ন চৈরেম্মে ॥"(নুঙলোন)* খোংগী লীচত্ত ফোঙদোকলিব ৱাফম অসীদগী ঐখোয়ন খঙজিনজরিবদি থেঙলবদ নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদ কংলৈপাক মনিপুর অসীগী নোংপোক অমসুং নোংচুপ্ত লৈরিব লৈবাকশিংগী ফীভম খঙজিন্দুন কংলৈপাক মনিপুর অসী মতম কুইন মনীংতম্ন লৈপাক নিংথৌ মরাচেৎন পানব ঙম্নবগী ৱাখল অসী নিংথৌ অমসুং লৈবাক মীয়ামগী মফমদ লৈরম্লে হায়বসীনি ॥

কংলাদ লৈব খোংশিংগী মনুংদ খ্বাইদগী মরুওইব খোং মাপলখক লৈ ॥ খোংলম মাপল অসীগী ঈশিং অসীদি মীতৈশিংগী শাগোম্নরক্লব অরিব লাইনীংগী

ঈরাৎ থৌরম কয়াদ হৌজিকফাওব থাদোক্লব য়াদ্রি ।। খোংশিং অদু লৈখিদব ফুনজিনখিব য়াওরবসু হৌজিক হৌজিক্কী ওইন খোংশিং অদুগী লৈরমফম্নি হায়ন খঙনরকপ মফমশিংদগী লৈপাক লৌদুন খোংলমশিং অদুগী ঈশিংগী মহুৎ শিন্দুন ঈরাৎ থৌরম কয়াদ শীজিন্নরি ।। মফমশিং অদুদ খয়োম লাক্লরি ।। খোং মাপল অদুদি — ১) **খাখোং** — খোং অসীগী ঈতাফম অসী নিতাইপাৎ চিথেক মপাদনি হায়ন থাজনৈ ।। ২) **লাইখোং** — খোং অসীগী ঈতাফমদি পি: দবলিউ: দি: লৈরিব অসীগী নোংপোক্তনি হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। ৩) **মরোংখোং** — খোং অসীগী ঈতাফমদি হৌজিক পুবৈবোম্ব খোংনাংখোঙ লৈরিব অসীগী নোংচুপ থংবদ লম্বেল অম চংনরিব অসীদনি হাযন থাজনরকই ।। অদুবু নোংচুপ থোঙলোমদগী কংলা চঙলকপদ লম্বীগী খা থংবদ চৌব্রিপুঙ লৈবিব অসীগী খাদ, উত্ত্রাদগী যেংলকপদ নোংচুপ মোইরাংলাইজি অদুগ য়াকাবুঙগীন খা থংবদ হেক তাইনন মবোংখোংগী ঈচিল তাফম লৈবম্বগী ব্রাফম অমসু মথক্ত পনজব্রে ।। মতম অমদদি মসীগী থাজনবীসু লৈনরকখি ।। ৪) **চরোইখোং** — খোং অসী হৌজিক হৌজিক অনৌব চেক্কোন লম্বী হায়নসু খঙনরিব হাত্তাগী লম্বী আব:দি:এস: হায়স্কুলগী নোংচুপ্ত চংলিব লম্বী অসীদ লৈরিব চীংনাংখোংনাংখোঙ হায়ন খঙনরিব মফম অসীগী খাদ খোংলম অসীগী ঈতাফম ঈচীল ওইরম্মী হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। ৫) **য়াম্বীখোং** — খোং অসী মিনুথোং ময়াগী পাৎ — কেক্রুপাৎ হাযন হৌজিক মী অয়াম্বন খঙনরিব মফম অসীদনি হায়ন থাজনৈ ।। ৬) **লিলহাখোং** — খোং অসীদি হৌজিক হৌজিক ইম্ফাল পোস্ত ওফিস অসীগী নোংচুপ থংবদ ঈতাবম্মী হায়বগী থাজনবী লৈ। ৭) **ফিসুখোং** — খোং অসী মিনুথোংগী নোংচুপথংব থোংখোঙ অসীদ ঈতারম্মী হায়ন থাজনরকই ।। ৮) **মনুংখোং** — খোং অসীদি হৌজিক হৌজিক কংলা মনুংদ লৈরিব নুংজেংমচা হায়রিব ঈয়োক্কোম অসীদ লৈ হায়ন থাজনৈ ।। ৯) **নোংদমখোং** — খোং অসীদি হৌজিক হৌজিক নুংজেং অচৌব হায়ন খঙনরিব ঈয়োক্কোম অচৌব অসীদনি হায়ন লৌনৈ ।। খোং মাপল অসীগী মনুংদ অহানবগী তরেৎ অসীদি মীতৈশিংগী অরিব লাইনীংগ মবী লৈনব থৌরমশিংগী ঈরাৎ থৌনিবদ খোংলম তরেৎকী লাইজ ঈশিং ঈকৌবদ য়াওনৈ ।। অদুগ **পাখংব চেঙহোঙব** অমসুং **সনামহী চেঙহোঙব** থৌবমগী খয়োম লাকপদদি খোং মাপল অসীদ খয়োম

লাকপগী চংনবী লৈরকথি ।। খোং পুন্নমক্কী মনুংদগী খাখোং, লাইখোং, মরোখোং — খোং অহুম অসীন য়্বাইদগী মরুওই ।। মরমদি ঈরম ৭কী ঈৱানবগী ওইরবসু, খোংলম কয়াদ খয়োম লাকপগী ওইরবসু অহুম অসীদি চীৎথব য়াদে ।।

কংলা মনুংদ অতোপ্প খোং কয়াসু লৈরি, মখোয় অদুদি — কাংদ্রুক – খোং, খুমখোং, তৌপোকপীখোং, তরোখোং, থুমখোং, নোংজুখোং, নাপঙখোং, নুংবংখোং, নোংগৌখোং, পুরমখোং, পুকচাউখোং, পুন্সিখোং, শঙখোং, মঙাংখোং, মরৌখোং, মালংখোং, সুমপীখোং, মায়তাখোং, লুৱাংখোং, চৌব্রিখোং, লায়থুংখোং, লীকচাউখোং, লোইবীখোং, ৱাইরংখোং, সন্দংখোং, সঙাইখোং, সনাখোং, হন্নুবীখোং, হন্নুবখোং, শজিবীখোং, হীয়াইখোং অসীনচিংবনি ।।০।।



# ৪

## ৪ ঃ কংলাদ লৈব ঈয়োক্কোম অমসুং পাৎ মরুশিং

কংলা মনুংদ ঈয়োক্কোম অমসুং পাৎ মরু কয়া লৈ ।। কংলা মনুংদ লৈব ঈয়োক্কোম খরদি অঙনব মতমদগী লৈরক্লব লাইনীংগ থাদোক্লব য়াদ্রব মরী লৈনরকই ।। ঈয়োক্কোমগী মতাংদ নীংশিংব য়াবদি নুংজেং ঈয়োক্কোম হায়বসী মী অয়াম্বন খঙনবদ অহুম শুই ।। মখোয অদুদি নুংজেং অচৌব, নুংজেং মচা, নুংজেং অহোব — অহুম অসীনি ।। অদুবু 'নুংজেং অফুনব' কৌব লাইফম অম কংলাদ লৈরকপগী ৱাফম অরিব লাইরিক্ত থেংনৈ ।। নুঙলোন লাইরিক্ত অসুম্ন হায়রি — *"নুঙজেং অহুমনে ।। নুংজেং অহোবগী নোংপোক্লম খুদুপ মঙাগী মতমদ মৈরম পাংবদ লৈব লাইফমদো অফুনবনে ।। মদুদ য়াই কৌব নুঙ অম লৈবনে ।। মশক্তি শাগী মশক্রে ।। মমায় অৱাং পাংএ ।। মমিংদি লৈমরেল নামুংবী কৌএ ।। --- লৈবাক পুরিব লৈমরেলনে ।।"* কংলা মনুংদ লৈব মরুওইব ঈয়োক্কোম খর লৌখৎচরি ঃ

**১) নুংজেং অচৌব ঃ** কংলা মনুংদ লৈব ঈয়োক্কোমশিংগী মনুংদ নুংজেং অচৌবন খ্বাইদগী চাউব ঈয়োক্কোমনি ।। ঈয়োক্কোম অসীগী অকূপ্প ৱারোলদি *মী অয়াম্বন খঙনরব কংলাগী মফম/লাইফমশিং* — হায়ব পন্দুপকী ৬সুব মশীং *নুংজেং অচৌব* হায়বদু য়েংবীয়ু ।।

**২) নুংজেং মচা ঃ** হৌজিক হৌজিক নুংজেং অচৌব ঈয়োক্কোম লৈরিব অসীগী নোংচুপ কৌব্রু পাংবদ লৈরিব ঈয়োক্কোম অসীবু নুংজেং মচা কৌই ।। ঈয়োক্কোম অসীগী অৱাং পাংব লৈরাই মপান্দগী পাঙথাপ থাপ্তুন লাইয়িংখৌ ৱাংবরেলগী লাইফম অম লৈ ।। লাইফম অসীগী অৱাং কৌব্রুদ পাংথাপ থাপ্লদন লাইয়িংখৌ কৌব্রুগী লাইফম লৈ ।। কৌব্রু লাইফম অসীগী

নোংপোক মৈরমদ লাইয়িংথৌ সোরারেলগী লাইফম লৈ ।। লাইফম অহুম অসী ফুঙ্গা নুঙদুম শান লৈ ।। *(Imphal Municipality, Kangla Map, Sheet No. 32)* নুংজেং মচাগী নোংপোক মৈরমদ লাইফম অম লৈ ।। লাইফম অসীদি লাইস্নানা কৌ কৌফম্লি ।। মফম অদুবু পাখংব নোংগাপুঙ কৌই ।। নুংজেং মচাবু নুংজেং অপিশক হায়ন অরিব লাইরিকশিংদ ইরম্মী ।। নুংজেং অপিশক্ত মনুংখোং হায়ব খোং অদু লৈ হায়ন থাজনরকই ।। মরম অসীদগী সনামহী চেঙহোঙব অমসুং পাখংব চেঙহোঙব ঈরাং থৌরম অনী অসীগী খোংলম কয়াদ খয়োম লাকপগী মতাংদ নুংজেং অপিশকপু মনুংখোং ওইন লৌদুন খয়োম লাক্লরকই ।।

৩) **নুংজেং অহোব ঃ** নুংজেং অফুনবগী নোংচুপ কৌব্রুদ খুদুপ মঙা লাপ্ল নুংজেং অহোব লৈ ।।

কংলা মনুংদ লৈব ঈয়োক্লোমশিংগী মনুংদ নুংজেং অচৌব অমসুং নুংজেং মচা অনী অসীন লাইনীংগ মরী লৈনব খ্বাইদগী মরুওইব ঈয়োক্লোম ওইন লৈরকই ।। মসীগী খুদমদি — **সনামহী চেঙহোঙব** অমসুং **পাখংব চেঙহোঙব** গী থৌরমশিংগী খোংলম মাপলদ খয়োম লাকপদ নুংজেং অচৌববু নোংদমখোং ওইন অদুগ নুংজেং মপিশকপু মনুংখোং ওইন লৌদুন খয়োম লাকপগী রাফম মথক্তসু পনজম্রে ।। অদুগ চৈরাউব নুমিত্ত খোং তরেত্তগী লাইজ ঈশিং ঈরাল্লগ, ঈশিংশিং অদু পুনশিল্লগ নিংথৌগী ঈরু-শাদেংবগী থৌরম পাঙথোক্লরকই ।। অসুম্ল খোংলম তরেৎকী ঈশিং ঈরানবদ নুংজেং ঈয়োক্লোম্বু খোং অম ওইন লৌদুন ঈয়োক্লোম অসীদগী ঈশিং শোক্লে ।।

মথক্ত পনথ্রিব ঈয়োক্লোমশিং অসী নত্তব অতোপ্প ঈয়োক্লোম খরসু কংলা মনুংদ লৈ ।। মখোয় অদুদি — ১) উত্তরাগী অৱাং চীংখৈদ ফনয়াম্ল চৎলগ ৱাংগোল ঈয়োক্লোম, ৱাংগোল ঈয়োক্লোমগী নোংপোক চীংখৈদ ২) চীংখৈ ঈয়োক্লোম, নুংজেং অচৌবগী অৱাং কৌব্রুদ ৩) লাই ঈয়োক্লোম অসীনচিংবনি ।।

**পাৎ মরুশিং ঃ** কংলৈপাক অসীদ লৈরিব মরুওইব পাৎ খরগী হৌরকফম মরু লেমফুশিং অদু কংলা মনুংদ লৈ হায়বগী ৱাংউরোল অম কংলাদ কোনুং ওইদুন পাল্লকপ ইপা ইপুশিংদা লৈরকই ।। ৱাংউলোন অসীদ নুংগী ওইব লাইনীংগী ওইব ঈচেল অম য়াওরি ।। লৈবাক অসীগী মরুওইব পাৎ অহুমখক্কী হৌরকফম

মরুশিং অদু লৌখৎচরি — ১) লোক্তাক মরু ঃ য়াইঙং ইংখোলগী খারোম থংবদ লৌশিংখোক্রুপুঙ লৈ ॥ পুঙ অসীগী অরাংদ লোক্তাক মরু লৈ ॥ লোক্তাক মরুন লৈরিব মফম অসী কংলা লাইয়েক অমদ মংনাউতাগী নোংচুপ্ত ওইন ফজন উংলি ॥

২) পুমলেন মরু ঃ য়াইঙং ইংখোলগী নোংচুপ্ত মংখোংতাং লৈ ॥ মংখোং — তাংগী অরাংদ নুক্রাম মরু অমসুং পুমলেন মরু লৈ ॥

৩) লমফেল মরু ঃ লাইখোংগী মনাক্ত লমফেল মরু লৈ ॥

কংলা মনুংদ পাং কয়াসু লৈরম্লগী রাফম অরিব লাইরিকশিংদ ইরম্মী ॥ মখোয়শিং অদুদি — য়েক্লাপাং, তিনপাং, খোঙহামপাং, লাইশেংপাং, নায়োলপাং, লাইকোকপাং, মুরাপাং, কোংঙাপাং, তোইবীলৈমপাং, নাউওমপাং অসীনচিংবনি ॥০॥



# ৪

## ৫ ঃ কংলাদ লৈব পুঙশিং

কংলা মনুংদ পুঙ ৮০ রোম লৈ ।। পুঙশিং অদুগী মনুংদ লাইনীংগ মরী লৈনব মরুওইব পুঙ খর লৌখৎচরি ঃ

১) **পংখংব নোংগাপুঙ ঃ** নুংজেং অপিশক্কী নোংপোক মৈরম পাংবদ লাইফম অম লৈ ।। লাইফম অদুদি লাইসনানা ফৌ ফৌফমনি ।। মফম অদুবু পাখংব নোংগাপুঙ কৌই ।।

২) **চৌত্রিপুঙ ঃ** চৌত্রিপুঙ হায়ব পুঙ অসীদি কংলাদ লৈব য়াম্ন মরুওইব থেল মাপলগী মনুংচনব থেল অমসুনি ।। নোংচুপ সনথোঙলোমদগী কংলা মনুং চঙলকপদ লম্বীগী খারোমদ পুঙ অসী লৈ ।। চৌত্রিপুঙগী খোকচঙদি লাইয়িংথৌ থাংজীংগী নাউয়োমনি ।। থব্রানমিচাক মোইরাং শনগোন্ন পাল্লিব মফম্নি ।। পুঙ অসীদ পোৎচঙ চৈজঙ মরম চুম্ন কত্তুন ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌ পানব লম পুন্নমক লোইচনব ওমই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

৩) **লোইখোমপুঙ ঃ** থোঙগী খারোমদ খূদুপ মাপল লাপ্প, ফমকাশঙগীদি চীংখৈ সুমজি অদুদ লাইশক মানব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি লাইয়িংথৌ মীখোম্ব কৌই ।। নিংথৌ পানব লৈবাক পুন্নমকপু লোইচনফমনি ।। অদুগীবু লোইখোমপুঙ কৌই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

৪) **খাগেম্বপুঙ ঃ** লোইখোমপুঙগী মৈরমদ খূদুপ তরেৎ লাপ্প, ফমকা—শঙগী চবুক্কী মপাদ খাগেম্বপুঙ লৈ ।। পুঙ অসীদ নুঙ অম লৈ ।। মদুদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী খুবমনি ।।

৫) **পাউতাপুঙ ঃ** উত্ত্রাগী খারোমদ খূদুপ অহুম লাপ্প পাউতাপুঙ লৈ ।। মদুদ লাইশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম মমায় নোংচুপ পাংন লৈ ।। মদুবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি পাউতাব ফংজে ।।

৬) থারেপপুঙ : উত্তরাগী অথাংলোমদ খুদুপ অনী লাপ্ন থারেপপুঙ লৈ ॥ মফম অদুদ লাইগী মশক মানব মচু মেমানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ॥ থারেপ্পব ঙমদ্রব মতমদ মফম অদুদ ঈরাৎ থৌনিজরবদি থারেপ ফংই ॥

৭) লাংমৈপুঙ : য়োইমোংবন মচল মেনু লৈতববু মহাক মশান মচল মেনু শাশিন্নদুন সোরারেলগ লুহোংখি ॥ লুহোংব থিল্লকপদ লাংমৈ পুঙলেন চিন্দুন তুরেল লাইজ ঈশিংদ চোংথখি ॥ মহাক মশাদি ঈশিংদ লুপথখি অদুবু মহাক্ক চিল্লিব লাংমৈদি তাউখৎলকখি ॥ অদুগীবু মফম অদুবু লাংমৈপুঙ/লাংমৈ পুঙলেন হায়ন কৌনখি ॥ মফম অসীবু য়াংখুব কুয়াল্লোক য়াংহ্নব কুতাউলোক হায়নসু কৌই ॥ *(নুঙলোন)*

৮) পাখংবপুঙ : ফৈদোম মাপলমক্কী কারলগী মফমদগী অথাংলোমদ খুদুপ মরি লাপ্ন পাখংব পুঙ লৈ ॥ পুঙ অসীদ লিলগী মশক মানব লাই অম লৈ ॥ মফম অসীদ ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌগী পুন্সি নুংশাংব ওই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ॥

৯) মারজীংপুঙ : য়ুশৌপুঙগী মৈরমদ খুদুপ তক্নক লাপ্ন মারজীংপুঙ লৈ ॥ পুঙ অসীদ লাইগী মশক মানব নুঙ অম মমায় লাইজি পাংন লৈ ॥ মমিংদি মারজীং কৌই ॥

১০) লাইপোংপুঙ : পোংশিংন লাল হৌরক্লবদি লাইপোংপুঙদ পোংলম চৈরম সুন ঈরাৎ লাইশোল শোন্দুন খোঙপাক অহুমলক থীনবদ লাল হৌরকপ অদু মতোমত কায়জখিগদবনি হায়বগী থাজনবী লৈরম্মী ॥

১১) শাহোঙ ঙাহোঙ পুঙ : থেংক্রুচীংগী নোংপোক খুদুপ ৬৫ লাপ্ন শাহোঙ ঙাহোঙপুঙ লৈ ॥ মফম অদুদ শারৈম-ঙারৈম, ফৌরৈম, য়ুমলৈম, লললৈম, শিল্লৈম — লাইরেম্মা মখোয় মঙা লৈ ॥ মখোয়বু ঈরাৎ থৌনিজরবদি চাকহোঙ ঙাহোঙই হায়বগী থাজনবী লৈবকই ॥

১২) খোয়পুঙ : লাইকংলা মোংবীচীংগী নোংচুপলোমদ খুদুপ অহুম লাপ্ন সনাগী য়ুম অম লৈ ॥ অদুবু খোয়পুঙ কৌই ॥ মদুদ হয়িচক কৌব চীংঙু লৈ ॥ য়ুম অসীগী মমাঙদ খুদুপ মঙা লাপ্ন শেলগী ফুরা অম লৈ ॥ ফুরা অদুগী

মনুংদ হয়াচক কৌব চীংঙু লৈ ।। চীংঙু অনীমকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈবাক নুংঙাই, নিংথৌ পুন্সি হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**১৩) খূরায়পুঙ ঃ** কংলাগী লাইজিদ খূরায়পুঙ লৈ ।। পুঙ অসীদি লাইয়িংথৌ পাংগনবগী খুবমনি ।। পুঙ অসীদ লৈচেং মচু মানব মমায় লাইজি পাংদুন য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। লাই মাবু ঈরাৎচরবদি মীবু ঙমই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**১৪) লোইরেল সনাপুঙ ঃ** কংলাগী নোংপোক পাংবদ লোইরেল সনাপুঙ লৈ ।। পুঙ অসীদ তাইবংপানবগীমপু শিদব লৈ ।। খাগী লাইন সনা তাঙবল ওই, থক্কী লাইন থাকল ওই ।। মখোঙ অনীমক্ত লৈরোল তরেৎমক তূন নেৎলি ।। মকোক্ত নোংথৌ মরোল তরেৎমক তূন লৈ ।। তাংখু তাংহল অনীমক্ত মখূত্ত লীরুংতেল সূদুন ঙাক্লি ।। তাইবংমপু মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈবাক মীয়ামগী অফব, নিংথৌগী পুন্সি নুংশাংব ওই হায়ন থাজনরকই ।।

**১৫) কেক্রুপালগী পুঙ ঃ** খূরায় পুঙগী মথংদ কেক্রুপালগী পুঙ লৈ ।। পুঙ অসীদ মীগী মশক মানব, মমায় চীংখৈ পাংব, মখুত্ত থাঙশাং সুব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। পুঙ অসীদ ঈরাৎ থৌনিজরবদি মীবু ঙমজৈ হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। কেক্রুপান্দ নিংথৌ পুথিবগী মচা অনীন কুম্লম্ব মফম লৈ ।। কেক্রুপান্দ লৈব নুঙদি চরাইরোংবন থয়োং মরুদগী পানা মরিমকপু পুহল্লকখিবনি ।। কেক্রুপালবু কেক্রুপাং হায়নসু কৌনৈ ।।

**১৬) নুংশিৎ পুঙ ঃ** খাখোংদগী খা পাংন খূদুপ ২০০ লাপ্ন নুংশিৎপুঙ লৈ ।। পুঙ অসীদ লাইশক মানব, মচু ঙাঙব, মমায় মোইরাং ওনব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি থাংজীং কৌই ।।

**১৭) খমুংপুঙ ঃ** লাইখোংগী অব্রাংলোমদ খূদুপ য়াঙখৈ লাপ্ন খমুংপুঙ লৈ ।। পুঙ অসীদ মমায় লীক্রম ওনব, মীগী মশক মানব, মচু ঙাঙব হী কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি কৌব্রু কৌই ।। *(নুঙলোন)*

**১৮) চুঙয়ানপুঙ থাঙয়ানপুঙ ঃ** সুমশঙগী অব্রাংলোমদ খূদুপ মঙা মখায় লাপ্ন চুঙয়ানপুঙ থাঙয়ানপুঙ লৈ ।। পুঙ অসীদ মীগী মশক মানব, মমায় নোংপোক

# ৪

## ৬ ঃ কংলাদ লৈব চীংশিং

কংলা মনুংদ চীং কুম্বারোম লৈরবগী বাফম মথক্ত পনজগ্রে ।। চীংশিং অসীগী মনুংদগী লাইনীংগ মরী লৈনব মরুওইব চীং খর লৌখৎচরি ঃ

১) কুরমচীং ঃ কংলাদ লৈরব চীংশা/চীংদুম কুম্বারোম অসীগী মনুংদ কুরমচীং অসীন য়াইদগী মরুওইব চীংনি হায়ন লৌব য়াই ।। উত্ত্রাগী নোংপোক চীংথংদ কুরমচীং লৈরম্মী ।। তেংবানব মপুন মপারী অহমগী মতীক ময়াই য়েংগে হায়রবগী সনচীং মজেনদগী সল য়োংযানবীগী মউস অকংব তেংদুন খোইনিংখোই মতু চিংদুন কুরুং লাউন শাম্বকমথনি হায়বগী কুরমচীং কৌখি ।। তাউথরকপদি মরোনবেন্দ অউনরকখি ।। লায়রেল অরেংমক্র থোক্রকপগী তগুপ তরং তরংখি ।। মরম অসীগী কুরমচীংবু তগুপ নোংখাং চীংসু কৌই ।। কুরমচীংবু নোংহুমশঙসু কৌই ।। *(লৈরেং নাউবন্দোন)*

২) সনচীং সুমেরু ঃ মংলেনবু সনচীং সুমেরুসু কৌনরকখি ।। (মিংথোল অসীমক্তি হিন্দু লাইনীংন লৈবাক নিংথৌগী মরুওইব লাইনীং ওইরক্লব মতমদ থোরম থোকলিনবিব ওইমনি ।।) চীং অসীদি লাই কৈরংবগী চীং ওইন লৌনরম্মী ।। মফম অসীবু নোংদোল হায়নসু কৌনরম্মী ।। চীং অসীগী মতোন্দগী খোইরেংনিংন লমহনপুঙ ওইখি হায়বগী থাজনবী লৈরকখি ।। মফম অসীদি লোংরৌ লোংখৌ কানব নোংখৌবাকম লমলেল্লি হায়বগী থাজনবীসু লৈরম্মী ।। মতাং নিংখৌ পুন্সিদা মফম অসীদ মং লিং-ও হায়বদগী নাউথিংখোংন মফম অসীদ মং লিংবি হায়রবগী রাফমসু লৈ ।

৩) তিরখোংচীং ঃ উত্ত্রাগী বা মৈরমদ কুচু লৈরম্মী ।। কুচুবু তিংগোই চীংসু কৌনরম্মী ।। চীং অসীগী মৈরম চিখেক্ত হী কৌব মীগী মশক মানব নুঙ

অম লৈরম্মী ।। মহাক্ন মখুত্ত শেলগী ৱায়েল চপথাও অম পায়দুন য়াথং অরানববু চপথংকে হায়দুন ঙাইদুন লৈ হায়বগী থাজনবী লৈনরকই ।।

৪) লাইকংলা মোংবী চীং ঃ লাংমৈপুঙগী লাইজীরোমদ খুদুপ নিফু লাপ্প মৈরাচীং কৌব চীং অদু লৈরম্মী ।। চীং অসীদ য়াই কৌব নুঙ অম লৈরম্মী ।। মৈরাচীং অসীগী মৈরমদ খুদুপ তরা তরেৎ লাপ্প সনা সঙ্গাই লৈরম্মী ।। মদুবু লাইকংলা মোংবী চীং কৌনরম্মী ।। ইম অসীগী মনুংদ অতিয়া শিদব লৈ হায়বগী থাজনবীসু লৈনরম্মী ।। অদুবু লাইকংলা হায়বসী লাইয়িংথৌ ফালৌখোম্ব হায়বদি লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইশঙনি; নিংথৌ খাগেম্বন শারম্ব লাইশঙ অদুগী অয়েকপ শক্তম অদু কংলাগী পাফল লাইয়েক্ত য়াওবগী ৱাফমসু লৈ ।।

৫) থিংক্রুচীং ঃ মংলেনগী অৱাংদ খুদুপ মরি লাপ্প থিংক্রুচীং/থেংক্রুচীং লৈরম্মী ।। ৱাফম অসী অসুম্ন হায়বসু য়াই মদুদি মংলেন্ন লৈরিব মফম অসী থিংক্রুচীংগী নাপোম খা থংবদ খুদুপ মরি লাপ্প লৈরম্মী ।। চীং অসীদ তেংবানব মপুগী মহুকচাং অদু সনাগী মতুম ওইন লৈ হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। মফম অসীদ ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈঙাক মপু নিংথৌ পুন্সি নুংশাংই হায়ব থাজনরকই ।।

৬) লীক্লচীং ঃ থিংক্রুচীংগী মৈরমদ খুদুপ ৩০১ লাপ্প লীক্লচীং লৈরম্মী ।। মদুদ হী কৌব মীগী মশক মানব নুঙ অম লৈরম্মী ।। মমায়দি মৈরম পাংলম্মী ।। মমিংদি লাংশং তনৌবী কৌই ।। তাইবংপানবগী মমা লৈমরেল শিদবীন চীং অদুগী মথক্ত লেপ্তুন তাইবংপানব অসীদ করিবু ৱাৎলিবগে হায়ন হন্ন য়েংলম্মী হায়বগী লীক্লচীংবু হুলয়েংকোন হায়নসু কৌনরকখি ।।

৭) কুবীচীং ঃ খাব ফৈদোমগী মোইরাং পাংব চিথেক্ত কুবীচীং কৌব লাইফম অদু লৈরম্মী ।। মপারী পাখংবন তেংবানব মপুবু মফম অসীদ পুরুম (খুরুম) লৈপায়জখি হায়বদগী পুরুমচীংসু কৌনরকখি ।। মপারীন পুরুমজরবদ মপল পম্থৌ তেংবানব মপুন থৌজাল লনকুবীখি হায়বগী চীং অসীবু কুবীচীং হায়ন কৌনরকখি ।।

৮) চীংনুংহুৎ ঃ সনথোঙগী নোংচুপলোমদ খুদুপ চনী লাপ্প চীংনুংহুৎ কৌব মফম অদু লৈ ।। মদুবু থরৈ লেমলৈ হায়নসু কৌনরম্মী ।। (মফম অসীদ পল্লিব সনথোঙ অসীদি উত্তাগী হেক নোংপোক্ত খুদুপ তরা লাপ্প লৈরম্ব কংলৈ

সনথোঙ অদু ওইগনি ।।) চীংনুংহুৎ অসীদি থোঙ থিংদুন য়োৎকী পৌরোল লোন্দুন লৈ ।। মী অম শিবগী থৱায় অদু থরৈ লেমলৈরোমদ চৎখি হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**৯) চীংমু চীংজাউ ঃ** সুমশঙবু চীংমু চীংজাউ কৌই ।। সুমশঙ কৌবদি ফৈদোম অহুমনি ।। (ক) লাইজিংগী সুমদ মীগী মশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মহাক্তি চীংখৈ লাইনি ।। মমায় চীংখৈ পাংই ।। মহাকপু ঈরাৎচরবদি নিংথৌ পুন্সি নুংশাংই ।। (খ) মৈরমগী সুমদ মীগী মশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমায় নোংপোক লাইজি পাংই ।। মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈপাক্কী য়াইফ নুংঙাইব ওই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। (গ) মোইরাং থংব সুমজিদ য়াই কৌব লাইশক মানব নুঙ অম লৈ ।। মমায় খা চিথেক পাংই ।। মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈপাক নুংঙাই ।। (ঘ) কৌব্রুগী সুমজিদ য়াই কৌব লাইশক মানব নুঙ অম লৈ ।। মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌ পুন্সি ।। **ফম্বাল মসিল** দদি অসুম্ন হায় — *"চীংমু কৌবদি কংলানে, চীংজাও কৌবদি য়ুমজাউনে, চীংথেন কৌবদি শঙ্গাইনে ।।"*

**১০) থোঙঙাক অশিথেল মকোই নুংঙোল চীং ঃ** চীং অসীদি য়ুমজাউগী মমাঙলোমদ অদুগ পুন্সিখোংগীন নোংচুপলোমদ খূদুপ তরূক লাপ্ন লৈরম্মী ।। মী অম শিরবদ অশিবগী থৱায় অদুন থোঙঙাক অশিথেল মকোই নুংঙোলচীং য়ৌন চৎখি, মফম অদুদগী থৱায় অদুন তাইবংদ লৈহৌব মপারী মমোমশিংদ হন্ন য়েংলকই; মপারী মমোমশিংবু উরগ য়াইবী থৱায় অদুন মথম্মোই নুংঙোলখি হায়বদগী চীং অদুবু নুংঙোলচীং হায়ন কৌনৈ হায়ব লাইনীংগী ওইব থাজনবী লৈ ।।

কংলা মনুংদ অতোপ্পা চীং চীংশাং/চীংদুম কয়াসু লৈরম্মী ।। মখোয় অদুদি — ১) লময়েংচীং, ২) মৈরাচীং, ৩) তেৎনৌ য়োৎলি খীংবচীং, ৪) পারোৎ ব্রাংবচীং, ৫)মালংচীং, ৬) ঔরীচীং, ৭) হনচীং, ৮) ওল্লাংচীং, ৯) কেক্রুচীং, ১০) খানিলোঙবচীং, ১১) চমেনচীং অসীনচিংবনি ।।০।।



# ৪

## ৭ ঃ কংলাদ লৈব খেলশিং

কংলা মনুংদ খেল কয়া লৈ ॥ খেলশিং অদুগী মনুংদ খেল মাপলখকপু মীতৈশিংগী য়েলহৌঙেদগী শাগোন্নরক্লব লাইনীং অমসুং নাৎক মরী লৈনব য়াম্ন মরুওইব খেল ওইন লৈরকখি ॥ মখোয়শিং অদুদি — ১) কংলা ফালখোঙ, ২) কুচু, ৩) নুঙ্গোয়বী, ৪) মোরাম্ব কৈথেল, ৫) নোংহ্মশঙ, ৬) য়াওরৈবী, ৭) চৌরিপুঙ, ৮) সনখোঙগী মচীন অমসুং ৯) ওকশঙ – মাপল অসীনি *(কংলা লৈয়াৎ)* ॥

১) **কংলা ফালখোঙ ঃ** কংলা ফম্বাল তোংফম কংলা মেন (সুরুং) লৈখুল লৈফমদ কংলা ফালখোঙ কৌব খেল অসী লৈ ॥ ***মী অয়াম্বন খঙনরব কংলাগী মফম/লাইফমশিং*** হায়ব মথক্কী পন্দুপুসু হায়জগ্রে মদুদি খাখোং, লাইখোং, মরোখোং অহুম্মক্কী ঈরেল অসীদ মী-পোং, শা-ঙা, তীল-কাঙ পুম্নমক্কী থবায়শিং অদু মেন লৈখুল অসীগী মনুংদ পৈদুন লৈ ॥ মেন লৈখুল অসীদ ফম্বাল তোংদুন নিংথৌ ওইবগী চৎনবী লৈরকখি ॥ অরিব লাইরিক - কংলা হৌব দ অসুম্ন হায় — *"কংলাগী ফালখোঙ নিপান্নি ॥ লৈচওদি খুদুপ মাপলনি ॥ মেন কৌবদি লৈখুল (সুরুং) বু কৌই ॥ লৈখুল অসীবু তুবী পাখংবন মথেক মাপল শান মেন লৈখুলবু কোয়ন ফালখোঙ নিপালমকপু য়েৎন লৈ ॥ মদুবু মেন কৌই ॥"* অদুগ অমুক সকোক লমলেন অহানব কৌব অরিব লাইরিক অদুদসু অসুম্ন ইরি — *"অসীব লাইন তাউরোইনাই শাদুন লৈপাকপু পুদুন মমৈবু ময়ান চীকুন কোয়ন লৈরে ॥ মদুদ পাখংবন ফম্বাল ওইনরে ॥ মফমদি কংলানে খঙ-ও ॥ হে মীওইব ॥"* কংলা ফালখোঙ লৈরিব মফম অসীদি কংলা মনুংদ লৈরিব লাইফমশিংগী মনুংদ খ্বাইদগী হেন্ন মরুওইব লাইফম অমনি হায়ন লৌব য়াই ॥

২) কুচু ঃ মথক্কী পন্দুগুসু পনজব্রে মদুদি — উত্রাগী খা-মৈরমদ কুচু কৌব লাইফম অসী লৈ ॥ কুচুবু তিংগোইচীং হায়নসু কৌনরম্মী ॥ কুচুগী মৈরম চিথেক্ত হী কৌব মীগী মশক মানব নুঙ অম লৈরম্মী ॥ মহাক্র মখুত্ত শেলগী ব্রায়েল চপথাঙ অম পায়দুনা য়াথং অরানববু চপথংকে হায়দুনা ঙাইদুনা লৈ হায়বগী থাজনবী লৈনরকই ॥ কুচুবু অনীসুব খেল ওইনা লৌনরকই ॥

৩) নুঙ্গোয়বী ঃ মথক্কী পন্দুগুসু পনজব্রে মদুদি নুঙ্গোয়বী লাইফম অসী কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) গী নোংচুপ ওইরপ তৌব মফমদ লৈ ॥ নুঙ্গোয়বীগী ময়ায়দ লাইশক মানব হী কৌব নুঙ অম লৈ ॥ লাই মহাক্তি লালু চাব লাইনি ॥ মমিংদি চাইসনা কৌই ॥ নিংথৌন লাল ফারকপদ য়েক্লবগী লালু চনফম্নি ॥ নুঙ্গোয়বী অসী পুরৈরোম্বগী নাউফম্নি, থব্রানমিচাক নিংথৌ তুরেলগী পালফম্নি, লাইমিংদি কুপত্রেং শেম্ত্রেং কৌই ॥ ফীরোয় অসুব অমগ লোয়নন ঈরাং থৌনিজরবদি ফম কাই, লানফম খায়ব ঙমই হায়বগী থাজনবী লৈরম্মী ॥ নুঙ্গোয়বী হায়বসী য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাঙলৈমগী লাইওল লাইচং ওইবী লাইরেম্বী অমনি হায়বগী ব্রাফমসু লৈ ॥ লাইফম অসী অহুমসুব থেলনি ॥

৪) মোরাম্ব কৈখেল ঃ উত্রাগী নোংপোক্ত খুদুপ তরা লাপ্ন কংলৈ সনথোঙ কৌব থোঙ অম লৈরম্মী ॥ সনথোঙ অসীগী নোংচুপ্ত খুদুপ কুনহুদোই লাপ্ন মোরাম্ব/মোইরাম্ব কৈখেল লৈরম্মী ॥ কৈখেল অসীবু মরিসুব থেল অম ওইনা লৌনরকই ॥

৫) নোংহুমশঙ ঃ মথক্কী পন্দুগতসু পনজব্রে মদুদি নোংহুমশঙ অসী উত্রাগী চীংখৈ পাংবদ লৈ ॥ শঙ অসীদ ফৈদোম অহুম লৈ ॥ ময়ায় থংব ফৈদোমদ মীগী মশক মানব মচুদি নোংথাঙ কুপ্পগী মচু মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ॥ মমিংদি অতিংকোক মরু শিদব কৌই ॥ অইবংপানব মপুন মপারী মহুম্মক্কী মতীক য়েংগে হায়বগী সনচীং মতোম্দগী কুরুং লাউনা তাওথরকই হায়বগী নোংহুমশঙবু কুরুমচীংসু কৌই ॥ নোংহুমশঙবু তগুপচীং, নোংথাঙচীং অমসুং সনচীং সঙ্গাই হায়নসু কৌনৈ ॥ শঙফম অসীদি মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী — ফম্বাল তোংফম্নি ॥ মফম অসীবু মঙাসুব খেল ওইনা লৌনরকই ॥

**৬) য়াওরৈবী ঃ** য়াওরৈবীবু পুমশাইখোংসু কৌই ।। পুমশাইখোংদগী খাখোং, লাইখোং, মরোখোং হায়ব খোং অহুম অসী পোকখি ।। ৱাফম অসী মথক্কী পন্দুপ্তু খোংগী মতাংদ পনজগ্রে ।। খোংলম অহুম অসীগী ঈশিংদি ঈরাৎ থৌরম অয়াম্বদ তঙাইফদব ওইন লৈরকখি ।। মফম অসীদ লাইয়িংথৌ পাখংববু ঈরাৎ থৌনিজরবদি নীংজব খিবিক থুংজে হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। য়াওরৈবীবু তরূকসুব থেল ওইন লৌনরকই ।।

**৭) চৌত্রিপুঙ ঃ** মথক্কী পন্দুপ্তু পুঙগী মতাংদ পনজগ্রে মদুদি — পুঙ অসী নোংচুপ সনথোঙলোমদগী কংলা মনুং চঙলকপদ লম্বীগী খা থংবরোমদ লৈ ।। চৌত্রিপুঙগী খোকচঙদি লাইনিংথৌ থাংজীংগী নাউয়োম্নি হায়ন থাজনরকই ।। মফম অসীদি থৱানমিচাক মোইরাং শনগোন্ন পাল্লিব মফম্নি ।। পুঙ অসীদ পোৎচঙ চৈজঙ মরম চুম্ন কত্তুন ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈবাক পুম্নমক লোইচনব ঙমই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। পুঙ অসীবু তরেৎসুব থেল ওইন লৌনরকই ।।

**৮) সনথোঙ ঃ** থেল মাপলগী মনুংদ কংলা সনথোঙগী মচীন অসীবুসু নিপালসুব থেল ওইন লৌনরকখি ।।

**৯) ওকশঙ ঃ** ওকশঙগী চবুক কারলদ লাইনিংথৌ পাখংব অমসুং লাইরৈম লাইসনাগী মশক ওইব নুঙ অনী লৈ ।। লাইনিংথৌগীন হীগোক মচুনি অদুগ লাইরৈমগীন সনা অহিংব মচুনি ।। লাই অনী অসীবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈবাক্কী মপু ওইরিব নিংথৌগী পুন্সি নুংশাংই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। শঙফম অসীদি মৈদিংঙু খুইয়োই তোমপোক্কী ফম্বাল মফমনি ।। শঙফম অসী থেল মাপলগী অরোইব থেলনি ।।

মথক্ত পনজখ্রিব থেল মাপল অসীদি লাইবুংথৌ মাপলগী থেল মফমনি ।। **কংলা লৈয়াৎ** ন অসুম্ন হায় — *"হুইয়েল লালগী থাঙ হায়ব, থেঙ্গৌ শাব, হান্ন শামি লালমিচনব, লোইবীচীং কাব অয়াম্ব চীংদ খৌশাব, তমদ খৌশাব থেংনবদ শোয়রোয়দবনি ।। হীরি কোনশিন্ন চিংগদবনি ।। শা লাল চংপ মতমদ অখঙ অহৈশিংন থেন্দ খৌশাব থেঙ্গৌ শাব, থাঙ হায়ব অসী পাচা লোয়শঙন নিংথৌরোল খূদীংদ পাঙথোকম্নরকখি ।। লাইফম মাপল অসীদি তাউরোইনাইগী মথেক তূথুপ মাপলগী মফম্নি ।।"* কংলাদ কোনুং ওইদুন পানখিব কংলৈপাক

মনিপুরগী নিংথৌশিংন লাল চৎলমদাইদ অখণ্ড অহৈশিংন থেল মাপল অসীদ থাঙ তাগী থেঙ্গৌ শাদুন শাফম লানফমশিং অদুদ মায় পাক্লবগীদমক লাইনীংগ মরী লৈনব থৌরম কয়া পাঙথোক্লরম্মী ॥

মথক্কী থেল মাপল অসী নত্তব অতোপ্প থেল খরসু কংলা মনুংদ লৈ ॥ মখোয় অদুদি — কায়নথেল, নোংখামথেল, নোংফাইথেল, পীনথেল, মিকৌথেল, লালুমথেল, লমদাইথেল, য়াকাথেল অসীনচিংবনি ॥০॥



# ৪

## ৮ ঃ কংলাদ লৈবা শণ্ডশিং

কংলা মনুংদ লাইনীংগ মরী লৈনবা শণ্ড ৰব য়াওন শীংথাব য়াব শণ্ড কুল্লারোম লৈ ।। মখোয়শিং অদুগী মনুংদগী মকওইব ৰবদং লৌখৎচরি ঃ

১) নোংহমশণ্ড ঃ কংলা মনুংদ লৈব লাইফমশিংগী মনুংদ য়ায় মরুওইব লাইফম অম ওইরিব নোংহমশণ্ড হায়বসী উত্তরাগী নোংপোক চীংবৈদ লৈ ।। শণ্ড অসীদ ফৈদোম অহুম লৈ ।। মখাইথংব ফৈদোমদ মীগী মশক মানব, মচুদি নোংথাং কুপ্পগী মচু মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মসিংদি অতিংকোক মরু শিদব কৌই ।। অইবংপানব মপুন মশারী অহুমকী মতাক য়েংগে হায়বগী সনচীং মতেন্দগী সলয়োংমানবীগী মউল তেংদুন খোইনিংখোই মতু চিন্দুন কুরুং লাউন অউথরকই অদুগী নোংহমশণ্ডবু কুরুমচীংসু কৌই ।। কুরুমচীংসি নোংহমশণ্ডনি ।। (মথক য়াওখিব কুরুমচীং য়েংবীয়ু) ।। লায়েন তরেং থেক্লকপগী তগুপ তগুপ তরুং তরুংখি হায়বগী নোংহমশণ্ডবু তগুপ নোংথাঙ চীং হায়নসু কৌনৈ ।। অইবংপানব মপুন অউথরকখিব অসী কুরুমচীংদগী মরোংখোং মরিক্কদ অউথরকখিবনি ।। নোংহমশণ্ড অসী কংলা মনুংদ লৈব অউরোইনাই শিদবগী ভুখেক খেল মাপালগী মনুংদ মথক্তসুব খেল ওইনসু লৌনৈ ।। নোংহমশণ্ডগী শণ্ডকম অসী অউরোইনাইগী কিশি ওইদুন লৈরিব ভুপুম্বুঙ খোয়দৌ ওইব ময়াম্ব অদুনি হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। শণ্ডকম অসী কুমজাওগী লৈশাকশণ্ডগী নোংচুপ্ত পুমুপ মঙা লায়, খা থংবদ পুমুপ তরামাথোই লায় লৈ ।। কুরুমচীং অমসুং তগুপ নোংথাঙচীং হায়ব মমিং অনী অসী নত্তব নোংহমশণ্ডগী অতোপ্পা মমিং খরসু লৈরি, মখোয় অদুনি — তগুপচীং, নোংথাঙচীং, সনচীং, সজাই অসীনি ।। নোংহমশণ্ড অসীদি মৈমিংঙু অউমিংথাংগী কল্লাল তোংখমনি ।। *(কল্লাল মশিল)*

নোংহ্মশঙগী মফম শ্ম কংলা মেন লৈখুন (সুরুং) গী নোপোকলোমদনি ॥ *(চিংশংলোন)*

২) **লুরাং নোংহ্মশঙ :** উত্তাগী খা পাংব চিথেক অদুদ লুরাং নোংহ্মশঙ লৈরম্মী ॥ লুরাং নোংহ্মশঙবু লুরাং নোংহ্মফমসু কৌনে ॥ মফম অসীবু লুরাং খোকন্নাপোক চেঙাপালসু কৌনে ॥ মফম অসীদ লাইশক মানব, মমাঙ মোইরাং পাংব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ॥ মমিংদি খোকনম চেংনম্ব কৌই ॥ লুরাং পুন্সিবন ময়াম্ববু শিরববা হায়দুন মফম অসীদ ফুমখি ॥ মফম অসী লুরাংগী ফম্বীনি হন্নবগী থাজনবী লৈরকই ॥ লুরাং নোংহ্মশঙন লৈরম্ব মফম অসী হৌজিক নুংকৌনুঙ লৈরিব অসীগী চীংখৈ পাংলপ খুদুপ মঙা লাম্ব মফমদনি ॥ *(লৈহৌ নাউফমলোন)* লুরাং নোংহ্মশঙদ ফম্বীন্নদুন মায়চৌশিংন পুয়া ইবগী চংনবী লৈরকখি ॥ খুদম ওইন, সান্দিং কৌব পুয়া অসীমক মায়চৌ মঙান শঙ অসীদ পুয়া ফম্বীন্নদুন নিংথৌ খাগেম্বগী হাকত্ত ইখিবনি ॥ *(সান্দিং পুয়া : গুরিয়ামময়ুম কুলচন্দ্র)*

৩) **লাংশঙ :** নুঙোযবীগী নোংচুপলোমদ খুদুপ তরূক লাম্ব তরৈ লাংবী লৈ ॥ তরৈলাংবী লাইফমগী নোংচুপলোমদ খদুপ অহুম লাম্ব লাংশঙ লৈ ॥ লাংশঙবু শিন্নাইশঙসু কৌনে ॥ মফম অদু য়াই কৌব নুঙ অম লৈরম্মী ॥ মমিংদি ওয়ালৌতোন লৌথিব কৌই ॥ লাংশঙ হায়বসী কংলৈপাক্কী পুরারীদ চোইনৌ মনাগী মুংনাইন্নব মুক্ত ইদুনা লৈবক্কব মফম অম ওইরকখি ॥ মসীগী মরমদি লৈবাক অসীগী পুরারীগী ইতান হানব নিংথৌ খুন্তকুম ৩৩দগী পানখিব নোংবা লাইরেল পাখংবগী কম্বাল তোংফম মফম অদু লাংশঙদনি ॥ কম্বাল মসিন কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন ইরি — *"লাইনিংথৌ পাখংবগী কম্বাল য়াবু হায়খে ॥ পাখংবগী কম্বাল মফমদি লাংশঙনি ॥"*

৪) **শঙলাকৈথে :** হৌজিক হৌজিক গী অয়াম্বন খঙনরব নুংকৌনুঙ হায়রিব অকোয়ব নুঙপাক নুঙজাউ অসীন লৈরিব মফম অসীদগী খারোমদ খুদুপ মরি লাম্ব সনাকৈথেল লৈরম্মী ॥ সনাকৈথেলগী নোংচুপলোমদ খুদুপ তরা লাম্ব মাইব লোইশঙ লৈরম্মী ॥ মাইব লোইশঙগী খারোমদ খুদুপ মরিফুত্তরা লাম্ব শঙলাকৈথে লৈরম্মী ॥ শঙলাকৈথে হায়ব শঙ অসীদি ইবুধৌ পাখংব অমসুং মশানৌ

অলোয় লৈম লাইসনা অনীগী ফম্বাল ফিশেংফম্নি ॥ *(নুঙলোন)* ফিশেং অহানবদি লৈরুম, নিঙখম, ফিরেল লুশেং, লোল্লৈ, শমজিন লেংখাং, ফুরিৎ কোনখা, ফিহাই নীংখম — পুন্নমক অসীদি পাখংবগী ফিশেংনি ॥ লাইসনান শেংপদি — লুরেল লুচাউ, কুমশঙ ফানিক, কাব্রং কানক, কাব্রং খাওল, ফৈশা লেংখাং, ফুরিৎ সংপারেল (সমপ্রেৎ), ফিরেল কানক, থারোল ফানিক, সমজি, নাসি, খানীক খাংখা, পুমথিৎ সায়ব, নায়ান, সারেনকমথাঙ, খোঙলী, খাঙবম — পুন্নমক অসী শঙলাংমৈ হায়রিব শঙফম অসীদ শেংখি ॥ ফিশেং অসী তম্ন মোইমিৎ লৈচুনখি, অয়েক অখোং তম্ন শাখি ॥ মরম অসী লৈবগী শঙ অসীবু শঙলাংমৈ কৌনরকখি হায়ন লৈহৌ নোংহৌ কৌব অরিব লাইরিক অদুদ ইরি ॥

৫) **সুমশঙ ঃ** সুমশঙবু চীংমু চীংজাউসু কৌই ॥ সুমশঙদ ফৈদোম অহুম লৈ ॥ (ক) লাইজিংগী সুমদ মীগী মশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম মমায় চীংখৈ পাংন লৈ ॥ পোৎচঙ চৈজঙ চুম্ন চীংঙু মাবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌ পুন্সি নুংশাংই হায়বগী থাজনবী লৈরকখি ॥ (খ) মৈরমগী সুমদ মীগী মশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম মমায় নোংপোক লাইজি পাংন লৈ ॥ মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি লৈপাক্কী য়াইফ নুংঙাইব ওই হায়বগী থাজনবী লৈরকখি ॥ (গ) মোইরাং থংব সুমজিদ অরেপ্প লাইশক মানব, মমায় মখা চিথেক পাংব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ॥ লাই মাবু ঈরাৎচরবদি লৈপাক মীয়ামগী নুংঙাইব ওই ॥ (ঘ) কৌব্রুগী সুমজিদ অরেপ্প লাইশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ॥ লাই মাবু ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌ পুন্সি নুংশাংই ॥ সুমশঙন লৈরম্ব মফম অসী নোংহুমশঙগী খারোমদ খূদুপ মাপল লাপ্প মফমদনি ॥ *(মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা)* সুমশঙ অসী কংলৈপাক পুরারীদ নীংশিংনিঙাই ওইব মরুওইব মফম অমনি, মরমদি — মৈদিংঙু খুই নিংঙোনবগী ফম্বাল তোংফম অসী সুমশঙদনি ॥ *(ফম্বাল মসিল)* সুমশঙবু চীংমু চীংজাও হায়নসু কৌবগী ৱাফম মথক্ত পনজখ্রে ॥ কংলা শকয়েক অমদ য়েকপগী মতুংইন্ন চীংমু চীংজাউ অসী মংলেনগী নোংপোক্ত লৈ ॥

৬) **য়ুমজাউ ঃ** য়ুমজাউদ ফৈদোম মাপল লৈ ॥ খুনুং লীচৎ শাজৎ ন অসুম্ন হায় মদুদি — য়ুমজাউগী অহানব ফৈদোম কাদি পাখংব চৎলম ফালশাং

কানি ।। অনীসুব কাদি অঙৌব পুরৈরোম্ব কানি ।। অহুমসুব কাদি পেতংঙা লীক্লু লৌথিবী নোংগা কানি ।। মরিসুব কাদি লৈমরেল খোঙহাম লপলেন কানি ।। লপলেন কাদি য়ুমজাউ লাইরেম্বীগী কানি ।। মঙাসুব কাদি ইমোইনু অহোঙবী কানি ।। তরুকসুব কাদি ফদিবী মৈরিং কানি ।। তরেৎসুব কাদি নেনে য়াহিপ কানি ।। নিপালসুব কাদি তরা চউম কানি অদুগ মাপলসুব কাদি লাইয়িংথৌ সনামহী কানি ।। য়ুমজাউগী লেপলেন কাদি মৈদিংঙু পেংশিবগী ফম্বাল মফমনি ।। *(ফম্বাল মসিল)* **লোয়মুম্ব সিনয়েল** কৌব অরিব লাইরিক্ত — লাইনিংথৌ নিংথৌরেলগী য়াতাফমদি য়ুমজাউনি, য়াহিপ চাক্তাফমদি শঙ্গাইনি, অদুগ য়াথোকফমদি কংলানি — হায়ন ইরি ।। য়ুমজাউদ নিংথৌগী ফমজাউ থাগনি ।। মৈদিংঙু কৌন নিংথৌন ফমজাউদা য়াতাগনি ।। য়োইপুলেন্নচিংব নিয়াইপী অয়াম্বীন পুঙলৈ খৈল্লে য়েংন পুঙথি খেনথি খঙন থৌগল চঙই ।।

**৭) ওকশঙ ঃ** ওকশঙগী চবুক কারলদ লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীমক্কী মশক ওইব নুঙ অনী লৈ ।। লাইনিংথৌগী মচুন হীগোকনি ।। লাইরেম্বীগী মচুন সনা অহিংব মচুনি ।। অনীমক্কী মমিংদি লাইনিংথৌগীন পাখংব অদুগ লাইরেম্বীগীন লাইসনা কৌই ।। অনীমকপু ঈরাৎ থৌনিজরবদি নিংথৌ পুন্সি নুংশাংই হায়বগী থাজনবী লৈ ।। পুন্নারীগী ওইব মীৎয়েংদ ওকশঙ অসী মরুওইব মফম অমনি মরমদি মৈদিংঙু খুইয়োইতোমপোক্কী ফম্বাল মফমদি ওকশঙদনি ।। *(ফম্বাল মসিল)*

**৮) অসৈবশঙ ঃ** লাংশঙগী নোংচুপ্তু খূদুপ কুন লাপ্প অসৈব লোয়শঙ লৈরম্মী ।। শঙফম অসীদ লাইগী মশক ওইব য়াই কৌব নুঙ অম লৈরম্মী ।। লাই মাগী মমিংদি অসীব কৌই ।। ব্রাফম অসীদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি ঈশৈগী ল্যাইদি চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীনি ।।

**৯) মাইবশঙ ঃ** সনাকৈথেলগী নোংচুপলোমদ খূদুপ তরা লাপ্প মাইব লোয়শঙ লৈরম্মী ।। সঙফম অসীদ লাইগী মশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈরম্মী ।। লাই মাগী মমিংদি ওক্করেল সিদব মারজীং কৌই ।। মরম অসীন লাইনিংথৌ মারজীংদি অমাইব লোয়শঙবুসু পুব লাইনি ।।

**১০) সনা শঙ্গাই ঃ** নোংহুমশঙগী লাইজী পাংব অদুগ য়ুমজাউগীন খা পাংব অনীমক্কী মরক অদদ সনা শঙ্গাই লৈরম্মী ।। শঙ্গাইদি নিংথৌগী

য়াহীপ চাক্তাকমনি ।। মৈদিংঙুন নিংথৌ অথোইব কৌন সনা শঙ্গাইদ লৈ ।। কাংখোল ফমজাউ থাই ।। লৈমঅহল লৈমরেনবীন অহিং খল্লি ।। অপাম্বীনচিংব ইবেন্মশিংন নুংখিল খল্লী ।। *(লোয়য়ুম্ব সিনয়েল)* শঙ্গাই মনুংদ য়াই কৌব নুঙ অনী লৈরম্মী ।। অমদি লাইশক মাল্লি, মচু ঙাঙই, মমিংদি চীংঙু চীংখৈ কৌই ।। অমদি য়াবা চেংঙাচা নিংথৌব কৌই ।। মখোয়বু ঈরাৎ থৌনিজরবদি পুন্সি নুংশাংই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।।

**১১) লাইফম, অহল্লুপ, নহারূপ, খাবমগী শঙফম মরি ঃ** কংলাগী কৌব্রুরোমদ লাইখোং মরিল তাফম অদুগ কংলাগী মোইরাং লাইজীরোমদ খাখোং মরিল তাফম লৈ ।। ঈতাফম অনী অসীগী মরক্ত, অরাংলোমদগী মথং মথং ওইন (ক) লাইফম শঙফম, (খ) অহল্লুপ শঙফম, (গ) নহারূপ শঙফম অমসুং (ঘ) খাবম শঙফম লৈরম্মী ।। লৈফম মথং মনাউগী মৱোঙদি নোংচুপ সনথোঙদগী উত্ত্রা য়ৌব লম্বী অসীগী খা থংবরোমদ নহারূপ শঙফম অমসুং খাবম শঙফম মথং মথং লৈরম্মী ।। অদুগ লম্বী অসীগী অরংলোমদন অহল্লুপ অমসুং লাইফম শঙফম মথং মথং লৈরম্মী ।। *(কংলা মেপ — স্তেত আর্কিওলোজি)*

কংলা মনুংদ লাইনীংগ মরী লৈনব শঙশিং য়াওন অতোপ্প শঙফম/লোয়শঙ কয়াসু লৈরম্মী ।। মখোয় অদুদি — খোইশঙ, নোংদোলশঙ, নোংখাম শঙ, পিবাশঙ, লোয়রেলশঙ, অপোংশঙ, চৈরাপশঙ, কোকশঙ, কুমশঙ, নিংশিংশঙ অসীনচিংবনি ।। কংলা মনুংদ লৈরম্ব শঙফমশিংগী মরমদ শীংথারকপ মতাংসিদ ঐখোয়ন খঙজিনকম থোকপদি — মফম হোংদোক হোংজিল তৌবদ থোইদোক্ল ফত্তব অকায়ব ওইরোইদব শঙফম খরদি পুরারীগী তাংকক খরদ মতম মতমগী ওইন মফম হোংদোক হোংজিল, থৈদোক থৈজীল খর তৌবসু য়াওরমগনি হায়বসীনি ।। কংলা মনুংদ লৈরিব মফমশিং/লাইফমশিং মুন্ন য়েংশিনবদগী ঐখোয়ন খঙব ঙমই মদুদি — মফম অসীদ লৈরিব মরুওইব মফম/লাইফম খরদি কংলৈপাক মনিপুর অসীগী মফম কয়াদ লৈব মরুওইব মফম/লাইফম খরবু খুবম য়াবগী মশক ওইন লৈরকখি ।।

মথক্কী পন্দুপশিং অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙলে মদুদি কংলা হায়বসী লাইয়মলেন অম ওইনসু লৈরকখি ।। কংলা হায়বসী কংলৈপাক মনিপুরগী

কোনুংলেন অম ওইরকখিবত নত্তন মীতৈশিংগী য়েলহৌঙেদগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনীংগী লাইফমলেন অম ওইনসু লৈরকখিবগী মতাংদ কংলাগী মরমদ য়াম্ন কুপ্প থিজিল্লব মনিপুর্র তাইবংমহৈকোন গী প্রোফেসার দা. পাউনম গুনিন্দ্রন অসুম্ন হায় — *"নিল খোংলব ইম্ফাল সহরগী ময়োলদ কুমজা কয়াগী নোংজু নুংশান শকফম কায়হল্লব কংলাগী ফুরা-দলাল, চেকপলশিংন তুরোয় ঙাপ্লোয় লেপ্লি অদুগুৈ লমদমসীগী হৌখ্রব পুৱারীগী ৱারী শীংবুল কয়াবু মথানুংদ চেংন কোন্দুন ।। তেক কায়রব চেকপল, লৈপল, লাইশঙশিং, মরিল ফুনখ্রব খোংলমশিং, হাঙলব লমপাকশিং, অহল ওইরব উজাউশিংন অদুগুৈগী ৱারী শীংবুল কয়াবু লীগদবগী ঙাইদুন লৈরি ।। চহী চা কয়াগী শাংলব পুৱারীগী ঈচেল চেল্লি কংলাগী ঈরোন্নুংদ ।। লমদমসীগী পুৱারীগী খ্বাইদগী মরুওইরব কংলা য়েলহৌঙেদগী হৌন নিংথৌবোল কয়াগী হাক্তক্ত কোনুং ওইরকখিবগ লোয়নন লমদমসীগী য়াম্ন কিন লুন নীংনরব শেংলব লাইফমলেনসু ওইবকখি ।।" (কংলা ঃ দা. পি. গুনিন্দ্র, পোক্লফম-১০।১২।০৪)* কংলা অসী কয়া য়াম্ন লুব লাইফম্নো হায়বগী মতাংদ অরিব লাইবিক সকোক লমলেন অহানব ন অসুম্ন হায়রি —
*"কংলাগী লাইফম অসিদো সনচীং লাইফমলেন অথোইবনে ।। থৱানমিচাক নিংথৌ শিদবন চোঙ ওইন খাল্লিবনে ।। খাল্লি খান্দে ওই ওইদে হায়ব মীৎন উব ৱাদি থুপ্প থমখিগে ।। লাইনীং অহলশিংগী খুয়াখাদ থিজৌও ।। লাইবক ফন্দুন খঙজরবদি থৱায় লানব ঙম্লগদবনে ।। অসুম্ন খঙও, হে মীওইব ।। পংগনো ।।০।।"*



# ৫

# কংলা ঃ য়েক শলাইশিংগী অপূনব মশক

**১ঃ কংলাদ য়েক শলাইশিংগী পোকফম** — কংলৈপাক মনিপুরগী কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন ওইদুন য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী লাকখিব কংলা মসীদ মীতৈ ফুরুপকী য়েক শলাইশিংগী পোকফম শাংফম ওইরকই হায়বগী ৱারী ৱাখোঙ লৈরকই ॥ য়েক শলাইশিং অদুগী পোকফমশিং কংলাগী তেঙান তেঙানব মফমশিংদ অসুম্ন লৈ, মদুদি — (১) মঙাং/নিংথৌজা/নিংথেমগী পোকফমদি ঙায়ানশঙদনি, (২) লুৱাংগীন খুল্লক মংলক থিংগ্রাবিদনি, (৩) খুমনগীসু খুল্লক মংলক থিংগ্রাবিদনি, (৪) অঙোমগীদি অপোং ইংখোলদনি, (৫) মোইরাংগীদি অতাং শল্লুংফৌদনি, (৬) খাঙানবগীন তোকপপুঙদনি, (৭) সরাংলৈশাংগীদি লুমকোনবীদনি, (৮) থাঙওকম্বোংগীদি ঙাপ্রুমপুঙদনি, (৯) খেন্দে চাইরেলগীসু ঙাপ্রুমপুঙদনি, (১০) হৈরেম খুনজামগীসু ঙাপ্রুমপুঙদনি, (১১) উরোক উশাইগীসু ঙাপ্রুমপুঙদনি, (১২) হাওরোক কোনথৌগীদি খোইবিদনি, (১৩) চাইরেলগীদি খাবলৌরেলপুঙদনি ॥ *(থিরেল লায়াৎ)* মতাং অসীদ ঐখোয়ন খঙজিনফম থোকপদি থাঙও — কম্বোং, খেন্দে-চাইরেল, হৈরেম-খুনজাম অমসুং উরোক-উশাই হায়রিব মীওই কাঙলুপশিং অসীদি মীতৈগী হৌজিক হৌজিক লৈরিব য়েক শলাই তরেৎ অসীগী মনুংদ লৈব য়েক শলাই অম নত্ত্রগ অতোপ্পা অমদ ঙল্লিঙৈ মতমদগী তিনশিনব্রে ॥

**২ ঃ কংলাদ য়েক শলাইশিংগী চউম খোয়রেনফম অমসুং নাউফম ফুম্ফম** — অঙাং অম হেক পোকপগ মখোয় অদু লেনথংলগ নাউফম অদু মফমচান থৌনিরোল লাইশোলগ লোয়নন ফুমজিনব হায়বসী মীতৈশিংগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লব চৎনবীনি ॥ মীতৈগী য়েক শলাইশিং অদুগী পুকোক পুরেলশিং নত্ত্রগ মখোয়গী মহুৎ মরেং শিনবশিং অদু কংলাদ পোকখি, গোক্লব

মতুংদ নাউফমশিং অদু কংলাগী মফমশিংদ ফুমজিনখি হায়বগী থাজনবী ৱারী ৱাখোঙ লৈরকখি ॥ ১) নিংথেম/নিংথৌজা/মঙাংগী খোয়রেনফমদি য়ুমজাউদনি অদুগ নাউফম ফুমফমদি ৱাংগোম্দনি ॥ ২) লুৱাংগী খোয়রেনফমদি লাংশঙদনি অদুগ নাউফম ফুমফমদি মোংব শঙ্গাইদনি ॥ ৩) খুমনগী খোয়রেনফমদি নোংহুম্নশঙদনি অদুগ নাউফম ফুমফমদি কাংপোকপীদনি ॥ ৪) চেঙলৈ হাউরোক কোন্থৌগী খোয়রেনফমদি মোংশোনবীদনি অদুগ নাউফম ফুমফমদি য়াওরৈবীনি — অসীনচিংব ৱাফম অসী অরিব লাইরিক *লৈহৌ নাউফমলোন* দ ইরম্মী ॥

**৩ ঃ কংলাদ য়েক শলাইশিং য়ুমজাউ অমদ পুন্ন লৈমিন্নরম্ব —** মীতৈ ফুব্দপকী য়েক শলাই মীওই কাঙলুপ পুন্নমক অসী কংলাদ লৈব কা মাপলগী য়ুমজাউ অমদ পুন্ন মপা মমা অমত্তগী মচাশিংগুম লৈমিন্নরম্বদগী কোন্ন চংথোক্লখিবনি হায়বগী ৱাবী ৱাখোঙ লৈরকই ॥ মীওই কাঙলুপশিং অসীন য়ুমজাউ অদুগী তোঙান তোঙানব কাশিংদ অসুম্ন লৈমিন্নরম্মী, মদুদি — ১) লুৱাংন মমাঙ ইথং থংব কাদ, ২) চকপন ২সুব কাদ, ৩) শরাংলৈশাংন ৩সুব কাদ, ৪) উবোক উশাইন ৪সুব কাদ, ৫) মঙাং / নিংথৌজান ৫সুব ময়ায় কাদ, ৬) হৈরেম খুনজান্ন ৬সুব কাদ, ৭) মোইরাংন ৭সুব কাদ, ৮) খুমন্ন ৮সুব কাদ, ৯) ঙানবন ৯সুব কাদ ॥ *(লৈহৌ নাউফমলোন)* থৌৱোঙ অসীমক্তি নুংশি চান্নব মরা চেংপ ফুব্দপ অম শাগৎনবগীদমক মীওই কাঙলুপশিং অদুগী পিবাবেল নত্তগ মখোয়গী মহুৎ মবেং শিনওম্বশিংন পুন্ন লৈবগী চৎনবী ওইগনি ॥

**৪ ঃ কংলাদ য়েক শলাই তরেৎকী য়ুমফম তরেৎ —** য়েক শলাই অমসুং মীওই কাঙলুপ কয়ান কংলাদ লৈব য়ুমজাউ অমগী মনুংদ কা তোপ্প তোপ্প পুন্ন লৈমিন্নরম্বদগী পুকোক পুরেলশিং নত্তগ মখোয়গী মহুৎ মরেং শিনওম্বশিং অদুন কংলাগী অককুব মফম অমদ য়ুম্ফম তরেৎ শেমদুন য়ুম তরেৎ শারগ য়ুম্বান কৈবান্দুন লৈরকপগী ৱাফম অসীসু অরিব লাইরিক খরদ অমসুং কংলাগী পাফল লাইয়েক নোংশান্দ য়াওই ॥ মঙাং/নিংথৌজা, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খাঙানব অমসুং শরাংলৈশাং য়েক শলাই তরেৎ অসীগী য়ুমফম তরেৎ অদু কংলা মেন লৈখুলগী চীংখৈ পাংবদ লৈরম্মী ॥ য়ুমফম তরেৎ অসীন লৈরম্বগী

**মখোঙ মতৌদি** — ১) মঙাং/নিংথৌজাগী য়ুমফম য়েক শলাই পুম্নমক্কী খ্বাইগী মকোক ইথং থংন নোংগোক থংবদ লৈরম্মী ।। য়ুমফম অসীগী নোংচুপলোমদ মথং মথং ওইন ২) লুবাং, ৩) খুমন, ৪) অঙোম, ৫) মোইরাং, ৬) খাঙানব অমসুং ৭) শরাংলৈশাংগী য়ুমফমশিং লৈরম্মী ।। য়েক শলাই তরেৎকী য়ুমফম কংলাদ লৈরম্বগী মতাংদ নুঙলোন কৌব অরিব লাইরিক অদুদসু অসুম্ন ইরি — *"পাউজা হিদেন (পাউনম হিদেন) দগী খুদুগ মঙা লাপ্ন সনা শঙ্কাই লৈ ।। সনা শঙ্কাইগী মনাক্ত শাগে তরেৎমক্কী য়ুমফম লৈ" ।।*

**৫ ঃ কংলাদগী য়েক শলাই, মীওই কাঙলুপ কয়ান মফম হোংদুন লৈনখিব** — য়েক শলাইশিং অমসুং মীওই কাঙলুপ কয়াগী পুকোক পুরেলশিং নত্তগ মখোয়গী মহুৎ মরেং শিনঙম্বশিং অদুন পূন্ন লৈমিন্নরম্বদগী মতম খরগী মতুংদদি মখোয় পুন্নমক অসীন কংলাগী মনুং অমসুং মপানগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদ য়ুমলীং কৈরীংদুন লৈনখি ।। অসুম্ন হোংদোক্তুন লৈনখিব মফমশিং অদুদি — ১) মঙাং/নিংথৌজা/নিংথেম্ন সঙলাংমৈদ, ২) লুবাংন কেক্রুপান্দ, কেক্রুপান্দগী অমুক লাঙ্গোন্দ অদুগ লাঙ্গোন্দগী অমুক লুবাংচীংদ, ৩) খুমন্ন কুমশঙদ, কুমশঙদগী অমুক য়াইরিপোক্ত অদুগা অমুক মংখুদ, অকোনবদ মংখুদগী লৈকোয়দ, ৪) অঙোম্ন কোন্থাদ, অদুদগী অমুক তুরেল বাংমদ চৎখি, ৫) খাঙানবন শঙলাংমৈদ অদুদগী অমুক চাইথোক্তুনা লৈখি, ৬) চকপন কাংগোকপীদ, অদুদগী অমুক লাঙ্গোন্দ, ৭) হৈরেম খুনজাম্ন কিরি চীংদ, ৮) উরোক উশাইন খোইপুঙদ অদুদগী চীংদ কাদুন চীংমী ওইন লৈখি ।। *(লৈহৌ নাউকপ্রোন)*

**৬ ঃ কংলাদ লৈব য়েক শলাই অপোকপশিংগী নুঙগী শক্তম** — কংলা মনুংদ লৈব য়ুমজাউ ফৈদোম মাপন্দ য়েক শলাই অপোকপশিংগী নত্তগ মহুৎ মরেং শিনবশিংগী নুঙগী শক্তম কয়াবু লাই ওইন নীংজদুন লৈরম্বগী বাফম কয়া অরিব লাইরিক্ত ইদুন থম্বীরম্মী ।। মতাং অসী লৌখৎচরি — য়ুমজাউ কৌবদি ফৈদোম মাপলনি ১) ময়ায়গী ফৈদোমদ য়াই কৌব মচু ঙৌব মশক্তি লাইশক মানব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি পুরৈরোম্ব কৌই ।। মাঙোন্দ ঈরাং খৌনিজরবদি নীংব থুংই হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। ২) মনীংগী ফৈদোমদ মচু

রাউব, মশক্তি মীগী মশক মানব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি লুরাং লুংব কৌই ।। মাবু ঈরাং থৌনিজরবদি মীবু ঙমজে হায়না থাজনরকই ।। ৩) ফৈদোম অমদ মচু ঙাঙন লৈচিল মানব, মশক্তি চীংঙু লাইশক অরেপ্প মানব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি ঙানব কৌই ।। ৪) ফৈদোম অমদ লৈচরেং মচু মানব, মমায় মোইরাং ওনব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি খেখোম্ব কৌই ।। মহাক্তি থাঙ্গ, কম্বোং, উরোক, উশাই পোকপনি, ৫) মথং ফৈদোম অমদ মচু ঙাঙন লাংব, মশক্তি লাইশক মানব মমায় মোইরাং পাংব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি নোংদ্রেংখোম্ব কৌই ।। মহাক্তি মোইরাং পোকপনি, ৬) মথং ফৈদোম অমদ মচু মুব, মীগী মশক মানব, মমায় মখা ওনব য়াই কৌব নুঙ অম লৈ ।। মমিংদি খুমন কৌই ।। *(নুঙলোন)*

**৭ ঃ কংলাদ কোনুং ওইদুন পানখিব য়েক শলাইশিং —** মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবন কোন্নচক্ত কংলাদ খৃস্তকুম ৩৩দগী কংলৈপাক মনিপুর পুরারী মতমগী অহানব নিংথৌ ওইন পানখিব মতম অদুগী মমাঙদ কংলাদ য়েক শলাই কয়াগী নিংথৌশিংন পানখিবগী রারোলশিং অরিব লাইরিকশিংদ য়াওরি ।। মখোয়শিং অদুদি — ১) চক মরিগী মনুংদ অহানব চক ওইরিব হয়ি চক্ত কংলাগী কোকশঙ কৌব মফমদ কোনুং ওইদুন ঙানব সলাইন পানখি ।। ২) মঙাং নক্তুগ নিংথৌজা অরিব শলাইগী নিংথৌনি হায়ন হায়নরিব কাংব নিংথৌন কংলাগী মোংবী চীংদ কোনুং ওইদুন পানখি ।। মহাক অসী হয়ি চক্ত পানখিব মাঙজীন থাব নিংথৌ অমনি হায়ন লৌনৈ ।। ৩) হয়া নক্তুগ খুন্নুংচক্ত সরাংলৈশাংনসু কংলাগী থাঙহুৎরাদ কোনুং শেমদুন নিংথৌ ওইদুন পানখি ।। ৪) অসীগী মতুংদ মোইরাং য়েক শলাইনসু কংলাদ কোনুং ওইদুন পানখি ।। ৫) অদুগ লাংবচক্ত অঙোম্নসু কংলাগী খাখোং মপান্দ কোনুং শেমদুন পানখি ।। ৬) কোন্নচক্ত মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবন খৃস্তগী অহানব চহীচাদ কংলাদ নিংথৌ ওইদুন পাল্লিঙৈ মতমদ খাবশিংন লাল হৌরক্তুন নোংদা লাইরেল পাখংবন মায়থীবদগী মোইরাংদ চেন্দুন লৈপ্তরবদ খাব শলাইন কংলাদ চঙদুন কংলৈ লৈপাক মপু ওইদুন পানখি ।। মতম খর লৈরগ মোইরাংগী মতেংন খাববু কংলাদগী তাম্থোক্তুন নোংদা লাইরেল পাখংবন অমুক হন্ন কংলাদ নিংথৌ ওইদুন পানখি ।। *(থিরেল লায়াৎ, চকপ খুন্দা খুম্থোক, লৈহৌ নাউফমলোন)*

৮ ঃ লাইরেম্বী তরেৎনা য়েক তরেৎকী পুকোকশিংবু চেপখোল লোংদা খোনজাংল — লোয়মগী নুমিত্ত, চীংঙু খোইয়ুম কোনজিল তিংখোকপ পাখংবগী লাংঙল ওইরিব মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবন, মশানৌ লাইসনান কৌরাদ কৌ কৌরিব মফম অদুদ তাংজ লিল লাইরেলগী শায়োল লৌদুন লাকখি ॥ থৌবোং মতৌ অদুবু খাবনদি য়াম্ন শেংন খঙখি ॥ খাব মহাক্তি নোংদা লাইরেল পাখংববু য়াইবী মথৱায় লৌগে খন্দুন খুদোংচাব মফম মতম ঙাইদুন লোম্ন থুপ্ন লৈরক্লিবনি ॥ নোংদা লাইরেল পাখংবন তাংজ লিল লাইরেলগী শায়োল লৌদুন কৌরা মথক্ত চঙশিনখিব মতম অদুদ পুঙজা মতম চারে খল্লদুন অঙাং ওইরিব খুইদ — তাংজ লিল অমন, কৌরাদ কৌরিব লোইমোম কৌ চাগদৌরে, হাংলো হায়ন ইনশীনখি ॥ নোংদা লাইরেল পাখংবগী শায়োল ওইরিব তাংজ লিলজাউ লাইরেল অদুবু অঙাং ওইরিব খুইন চৈবী চৈথেং পীদুন হাংখি ॥ শিরব লিনজাউ লাইরেল অদুবু অঙাং খুইন নুংজেং ঈয়োক্কোমদ থাদখি ॥ ঈয়োক্কোমদ থাদপ্রিব তাংজ লিনজাউ লাইরেল অদু মশাবীনি হায়ব খঙলবী লাইসনান মতারোয় লাইরেম্বী তরাক্ক লোয়নন — লাইরেম্বী তরেৎ অসীন মথম্মোই শোক্র মমিত্ত পিরেল খকমা তান মবৃত্ত চেপখোন লোং পায়দুন মশাবীবু ঈয়োক্কোম মনুংদগী খোনগাংনব হোৎনখি ॥ চেপখোল লোং খোনগৎপদ য়েক শলাই তরেৎকী পুকোক পুরেল অপোকপ তরেৎমকপু পলেম মমাগী পীবুক্লুংদ লৈরিব অঙাং নাউব্না অশিশক্রুম লাইরেম্বী তরেৎন অমমম খোনগংলকখি ॥ নাউব্রা অপিশক তরেৎ অদুন লাইরেম্বী তরেৎকী পীবুক শীয়োমনুংদ চঙখিদুন য়েক শলাই তরেৎকী হায়বদি — মঙাং/নিংথৌজা, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খাঙানব অমসুং শরাংলৈশাং তরেৎ অসীগী অপোকপ তরেৎকী মশক ওইন অমুক শোক্লকখি ॥ *(কংলা লৈয়াং)*

মায়চৌ পন্দিত অয়াম্নন খঙনরব মথক্কী বারী অসী লাইবারী, থাজবারী ওইৱসু য়াই ॥ অদুবু বারী অসীন কোঙদোক্লিব নুংগী বাখল্লোন অসীদি য়াম্ন মরু ওই ॥ বারী অসীন কোঙদোক্লিবদি — কংলৈপাক্কী ময়োল ওইরিব কংলৈপুঙ ময়োল কংলাদ কোনুং ওইদুন লৈবাক্কী মপী-মপা ওইন লৈরিব, লৈশেমলোন বারীদ লৈবাক মপু ওইব কোনজিল তিংখোকপ পাখংবগী লাংঙল ওইরিব নোংদা লাইরেল পাখংব মহাক্তি লৈবাক অসীদ লৈরিব য়েক শলাই কম্নাগী

মীওই পুন্নমকপু য়েক্লব ওইন খন্দে, মখোয়বু তোপ্ন লৌদে, মহাক মশামক ওইন খল্লি, মহাক মশান মশাবু নুংশিজগুম য়েক শলাই তরেৎমকপু নুংশি অমসুং য়েক শলাই তরেৎ অসীদি তাইবং হকচাং অমদ কায়াৎ কয়া লৈবগ পাংখক্লি হায়ব ব্রাখল্লোন অসীনি ।। লাইরোলগী ওইব থাজব্রারী অসীদ য়াওরিব লাইরেম্বী ৭ অসী য়েক শলাই ৭পু পোকপীরিবী পলেম ৭কী শক্তমনি । নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী য়েক শলাই ৭কী অপূনব মীতৈ ফুরুপকী শক্তম লৈরে হায়বসী ব্রারী অসীন ঐখোয়দ উৎলি ।।

মীতৈ ফুরুপকী য়েক শলাইশিংগী অমসুং য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লব তোঙান তোঙানব মীওই কাঙলুপ কয়াগী পুকোক পুরেলশিং অদু কংলাদ পোকখিব, মখোয়গী খোয়রী নাউফমশিং অদু কংলাদ ফুমখিব, পুকোক পুরেলশিং অদু কংলাদ লৈব য়ুমজাউ অমদ পূন্ন লৈমিন্নখিব, মখোয়গী য়ুমশিং কংলাদ লৈরম্ব, তোঙান তোঙানব য়েক শলাইশিংগী মীওইশিংন তোঙান তোঙানবা মতমদ কংলাগী মফম কয়াদ নিংথৌ ওইদুন পানখিব, য়েক শলাইশিংগী পুকোক পুরেলশিংগী নত্তুগ মহুৎ মরেং শিনবশিংগী নুঙগী শক্তমশিংবু কংলাদ লৈব য়ুমজাউ ফৈদোম মাপন্দ থমদুন ঈরাৎ থৌনিজরকপ অমসুং নুংজেং ঈয়োক্লোমদগী য়েক শলাই তরেৎকী পুকোকশিংবু পীবুক্লুংগী অঙাং অপিশক ওইন চেপখোল লোংন খোনগৎখিব — ব্রারী ব্রাখোঙ, ব্রাফম পুন্নমক অসীন ঐখোয়দ য়াম্ন শেংন উৎলিব অমসুং খঙহল্লিবদি — কংলৈপাক মনিপুরগী কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন ওইদুন হয়ি চক্কী মতমদগী লৈরক্লব কংলা হায়রিব মফম অসী মীতৈগী য়েক শলাই পুন্নমক্কী অমসুং য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লব মীওই কাঙলুপ কয়াগী মপা মপুশিংগী পোকফম শাৎফম ওইব, য়াম্ন নুংশি চান্নন লৈমিন্নরকফম ওইব, মখোয় পুন্নমক্কী হৌরকফম ময়োল ওইব, মীওই কাঙলুপ অমখক্কীদ নত্তব মীওই কাঙলুপ কয়াগী কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন ওইরকখিব, লৈবাক অসীগী মীওই কাঙলুপ পুন্নমক্ল য়াম্ন নুংশিন ঙাক শেন্দুন, কন্দুন, শেমগৎ-শাগত্তুন থমফম থোকপ মফম অমনি হায়বগী ব্রাখল অমসুং মীৎয়েং অসী লৈবাক মীয়াম মীওই কাঙলুপ পুন্নমক্কী অমসুং লৈবাক নিংথৌগী থম্মোইদ য়াম্ন ঙল্লিঁঙৈ মতমদগী লৈরকখি — হায়বসীনি ।।০।।



# ৬

# পুব্বারীগী মতমদ কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইন কংলাবু শেমগৎ-শাগৎলকপ

মীতৈশিংন ইংখোল অমদ য়ুম শাদুন লৈবগী চৎনবী নাৎ, অরিব লাইরিক **ফম্বাল মসিল** নচিংবদ হায়রম্ব ৱাফমশিং অমসুং *'কোনুং লৌরবদি লৈবাক লৌরে, নিংথৌ ফারবদি লাল লোইরে'* হায়ব ফৃরূপ অসীগী ৱাখল্লোন পুম্নমক অসীগী মতুংইন্ন কংলাগী অকোয়বদ লৈরম্লিব থাওকমপাৎ/থাঙ্গপাৎ, লৈপল পনজাউ, থাঙ্গপাৎকী মনুংদ লৈরিব মরুওইব শঙশিং, লাইশঙশিং, লাইনীংগ মরী লৈনব চীং, পুঙ, ঈয়োককোম, খোংনচিংব অয়াম্বদি কংলাদ কোনুং ওইরকঁঙেদগী লৈরক্লম্লগনি হায়বগী ৱাফম মমাঙগী পন্দুপশিংদ পনজম্রে ॥ হৌজিক্তি চৈথারোল কুম্বাবা, দি রোয়েল ক্রোনিকল ওফ মনিপুর (দি লোস্ত কিংদম), সাহেবশিংন ইরম্ব লাইরিকশিং অমসুং লমদম অসীগী শক্লাইরব মায়চৌ, পন্দিত অমসুং স্কোলারশিংন ইরম-হায়রম্বশিংদ য়ুমফম ওইরগ, নিংথৌরোল কয়াদ কংলাবু শেমগৎ-শাগৎলকপগী থৌশীল, থৌৱোও অমসুং থবকশিং অদু অচুম্ব থিবগী মীৎয়েংন য়েংশিন্দুন মখাদ শীংথারি :

১) নিংথৌ নাউফংব অসী পুব্বারীগী অহানব নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবদগী মশীং থীধরকপদ ৮সুব নিংথৌনি ॥ নিংথৌ অসীন খৃস্তকুম ৪২৮ দগী ৫১৮ ফাওব পানখি ॥ মহাক্ত কংলামেন লৈখুল (সুরুং) গী মথক্ত শাব শঙ অদু শাখি ॥ ৱাফম অসীবু দি রোয়েল ক্রোনিকল ওফ মনিপুর ন অসুম্ন হায় — *"Naophangba who built the Kangla or the throne room".* *(p.1) (কংলা হায়রগসু খঙনরিব নিংথৌ ফম্বাল তোংফম শঙ শারম্ব নিংথৌ নাউফংব)*

২) কংলাদ লৈব শঙশিংগী মনুংদ য়ুমজাউ হায়বসী য়াম্ন মরুওইব নিংথৌগ থাদোক্লব য়াদব শঙজাউ অমনি ।। খৃস্তকুম ১৫১২ দগী ১৫২৩ ফাওব পানখিব নিংথৌ লমকিয়াম্বন কংলা মনুংদ য়ুমজাউ অমসুং কংলা মেন লৈখুলগী মথক্ত শঙ শাদুন হোংখিবগী বাফম চৈথারোল কুম্বাবা দ য়াওরি ।। নিংথৌ অম লৈরবদি ইমুংলাই কয়া লৈব য়ুমজাউ অমসুং কংলাশঙদি নিংথৌ অসীগী মমাঙদগী লৈরক্লমফম থোক্লবনি ।। নিংথৌ নাউফংবন কংলা মেন লৈখুল মথক্ত শঙ শারম্বগী বাফমদি মথক্ত পনজস্রে ।। চৈথারোল কুম্বাবা দা অসুম্ন ইরি — *"হাওবাচম খোংয়ুংবগী কুমশক ১৪৪০ --- মৈদিংঙু লমকিয়াম্বন য়ুমজাউ হোঙএ ।। (লা:২২) --- নোংপোকপম খানিংথৌবাগী কুমশক ১৪৪৪ --- মৈদিংঙু লমকিয়াম্বন কংলা হোঙএ ।।" (লা: ২৩)* মফম অসীদ 'কংলা হোঙএ' হায়রিব অসী কংলাশঙ অদু হোঙবগী লাইগী থৌরম পাঙথোকই হায়বনি; কংলাশঙ শাব হৌদোকখি হায়ন বাহন্দোক পীফম থোক্তে ।।

৩) কংলাগী মনুং অমসুং মপাল অনীমকপু শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়া পায়খৎপিরম্ব শীংথাব য়ান মাঙজীন থাব নিংথৌদি খাগেম্বনি হায়ব য়াই ।। মহাক্ল খৃস্তকুম ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওব চহী ৫৫ নিংথৌ ওইদুন পানখি ।। নিংথৌ অসীন কংলাগী সনথোঙ ফজন শারম্বত নত্তন সনথোঙগী নাকল নাকন্দ চেকপল খাগৎপগী থবক পায়খৎখি ।। মহাক্কী মমাঙদ পানখিব নিংথৌশিংন কংলা মনুংদ লৈব নিংথৌগী শঙ্গাই অসী ইচম চম্ন শানরম্ব অদু পেন্দ্রদুন শঙ্গাই মথোল মঙা শাখি ।। মদুদসু অমুক পেন্দ্রদুন হেন্ন ফজনব অমসুং ফগৎনবগীদমক চহী খরগী মতুংদ শঙ্গাই অদু মমায় মশা ৯ (মাপল) ফাংন শাখি ।। ফুরা লাইশঙ শাবত নত্তন সনা য়াইকোনুংগী হোজঙ ওইরিব উত্ত্রাসু শাখি ।। মহাক্কী মমাঙদ পানখিব নিংথৌশিংন নিংথৌ ফম্বাল তোংফম ওইখিব কংলাশঙ অদুসু অমুক শাদুন হোঙখি ।। কংলা মনুংদ লৈব বায়েলশঙ ওইরিব কুচুদ শা, ঙা, হৈ, লৈ কয়া কত্তুন ঈরাৎ থৌনিবগী থবক কয়া পায়খৎখি ।। চহী কয়াগী মমাঙদ সনথোঙগী চেকপল খাগৎপ হৌখিব অদু অমুক মখা চৎথন চেকপল খাবগী থবক চৎথখি ।। সনথোঙ চেকপল খাগত্তুন কোনুংদ য়েক্লব চঙলকপ ঙমদনব থৌরোঙ কয়া পায়খৎপদ নত্তন নিংথৌ অসীন লাই কয়াগী ফুরা লাইশঙ শাদুন কংলৈপাক

অসীদ লাইনীং লাইশোলগী মশেক মঙাল ফুদোকহনবি ॥ কংলাগ মরী লৈনন নিংথৌ অসীন পায়খৎলম্ব থবকশিং অদু চৈথারোল কুম্বাবা দ অসুম্ন শীংথারি — *"সাইরেম লুকোক্নী কুমশক ১৫৩৬ --- সনথোঙ চেকপল কোয়বসুং অদুঙৈ হৌএ। (লা:৩৫) মোইরাংথেম শানোংবগী কুমশক ১৫৩৮ --- সনা শঙ্গাই মথোল ৫ শাইএ ॥ (লা:৩৬) --- খুমুকচম লাংমৈগী কুমশক ১৫৪৩ --- শঙ্গাই ৯ ফাংন শাইএ ॥ চোংথাম তেনবগী কুমশক ১৫৪৯ দা --- ফুরা লাইয়িম শাইএ ॥ (লা: ৩৭) --- কুমশক ১৫৫১ উত্ত্রা শঙ্গাই শাইএ ॥ ফুরা লাইযুম শঙ্গায়এ ॥ (লা:৩৮) নোংপোকপম পাঙনগী কুমশক ১৫৫২ --- তুরেল অমনব খিংএ ॥ --- কুমশক ১৫৫৩ লাইয়িংথৌ খাগী ঙম্বনা লমদা থা ১০নি পানব য়ুমশকৈশাদা কংলা হৌএ ॥ অন্ন হোঙএ ॥ কৌব্রুনচিংন লাই খিবিকপু কুচুদা ফীশঙ খদুনা --- মশীং ১০০/১০০ থীঙম হায়ঙমদনা থৌনিদুন পুন্সি লৈনিএ ॥ (লা: ৩৮) --- কুমশক ১৫৫৪ --- সনথোঙ চেকপল শাবসুং অদু কুমদা শাইএ ॥ (লা: ৩৮) কুমশক ১৫৫৫ --- কালেন থাদা লাইয়িংথৌ নোংশাবগী কংলা হোঙএ ॥" (লা: ৩৮)*

নিংথৌ খাগেম্বন কংলাগী মনুং অমসুং মপানবু শেমগৎ শাগৎখিবদ ঐখোয়ন য়াম্ন শীংথানিংঙাই ওইব অমনি হায়ন লৌব য়াব অমদি নিংথৌকোল ওইরিব কংলা মনুংদ চেল্লম্ব ইম্ফাল তুরেল অসীসু কোনুংগী নোংপোকলোমদ খোংলম তৌরগ থৈদোকখিদুন তুরেল চেল্লম্ব মফম অদু লৈবাক ফুনজিনবগী থবক পায়খৎপ হৌরকখিব অসীনি ॥ নিংথৌ অসীন পায়খৎলম্ব থবকশিংগী মতাংদ দি রোয়েল ক্রোনিকল ওফ মনিপুর দ অসুম্ন ইরি — *"In 1613-14 Khagemba built Sanathong gate and two brick built walls called Hogaibi, the palace enclosure was surrounded with small brick walls" (p.7) "--- He built the house called Uttra and a temple of Nongsaba in 1628-29". (p.9) "In 1629-30 he filled up the river inside the palace and turned up its course by cutting a canal to the east of the palace. In 1631-32 he built a pucca bridge over the Nambul river." (p.10)*

নিংথৌ খাগেম্বন কংলাবু অমসুং কংলা মনুংদ ফুরা লাইশঙ, শঙলেন, লোয়শঙনচিংবশিংবু শেমগৎ-শাগৎখিবগী মতাংদ লমদম অসীগী অখঙ অহৈ

অমন অসুম্ন হায় — *"মৈদিংগু খাগেম্বন কৈবুংদগী খৃস্তকুম ১৬০৮ দ কংলাদ কোনুং ওইন হোংগৎলকখি অদুগ সনামহীগী ফুরা, উত্রা, শঙ্গাই, কংলা শঙলেন, কুচু শঙলেন, নোংশাবগী লাইশঙ, পাঙল লোয়শঙ, লাইরিকয়েংব লোয়শঙনচিংব কয়া লিংখৎখি ॥ অদুগ কোনুং ওইরব কংলাবু নিংথৌকোনগী লানবল অম ওইনসু চেকশিন্ন শেমগৎপ হৌখি ॥" (কংলাগী হোংলক্লিব মশকশিং ঃ সাপম ভৈগ্য, সনথোঙ, দিসেম্বর, ২০০৪)* লমদম অসীগী শকনাইরব স্কোলার অমনসু অসুম্ন হায় — *"খাগেম্বন খৃ: ১৬১৭, ১৬২৭ অমসুং ১৬২৯ দ রাঙ্গোনগী মফমদ লাইয়িংথৌ তাইবংখায়বগী চেক্কী লাইশঙ শাদুন, খৃ: ১৬৩৩ দ লাইয়িংথৌ নোংশাবগী, খৃ: ১৬৩৫ দ লাই কাসাগী অমসুং খৃ: ১৬৪৮ দ নোংপোক নিংথৌ অমসুং অপানবী (পাম্থোইবী) গী লাইকোনশিং লিংখত্তুন কংলাদ লাইনীংলোন লৈতেং হাপখি ॥ (দি ইভোলুশন ওফ আর্ট এন্দ আর্কিতেকচর ওফ কংলা ঃ বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা, সেমিনার পেপর, ওক্তোবর ২৩/২৪, ২০০৫) ॥*

৪) নিংথৌ খুনজাউবন খৃস্তকুম ১৬৫২ দগী খৃস্তকুম ১৬৬৬ ফাওব কংলাদ কোনুং ওইদুন পানখি ॥ নিংথৌ অসীসু য়েক্লবন কংলা মনুংদ ইরায় লায়ন চঙশিল্লকপ য়াদনবগীদমক কংলাবু শেমগৎ-শাগৎলম্ব নিংথৌ অমনি ॥ অসীগীসু মথক্ত নিংথৌ অসীদি কংলাগী অকোয়ব মনাক্ত লৈব ঈরম ঈখোং কয়া শেম-শাব অমসুং অনৌব কয়া তৌব পাম্ব নিংথৌ অম ওইরম্মী ॥ নিংথৌ অসীন পায়খৎখিব থবকশিংগী মতাংদ **চৈথারোল কুম্বাবা** ন অসুম্ন হায় — *"কুমশক ১৫৮২ --- পোইনু রাকচীং থা অনীমক্ত সনথোঙগী চেকপল লাংখোং কোয়ন তৌএ ॥ (লা: ৪৪) --- কুমশক ১৫৮৭ --- লাংবন থাদ চীংঙাদগী হৌন থাংরাইপন য়ৌন লাংখোং মরিল তৌএ ॥ (লা: ৪৫) --- ফাইরেল লমদা থা ২ মাদ খ্বাইরম্বনগী লাংখোং কোয়ন তৌএ ॥"* (লা: ৪৬) কোনুংগী নোংচুপ্ত চেল্লম্ব তুরেলগী ঈচেল অদু নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদ কোনুংগী নোংপোক্লোমদ খোংলম তৌদুন থৈদোকপ্রব মরম্ন *"সনথোঙগী চেকপল লাংখোং কোয়ন তৌএ ॥"* হায়রিব অসী ঐখোয়ন নোংচুপ সনথোঙ হায়রগ খঙনব মপানথংব থাঙ্গপাংকীদ লৈব সনথোঙ অদু ওইগনি অদুগ *"চেকপল লাংখোং*

*কোয়ন তৌএ"* হায়রিব অসী নোংচুপ সনথোঙগী মখা অমসুং অৱাংলোমদ শন্দোকখিব নোংচুপ থাঙ্গপাৎ, খা অমসুং অৱাংথংব থাঙ্গপাৎকী শরুকশিং তৌথোক্লুন মনুংথংব নাকল্লোমদ লৈবাক হুনগৎলগ লৈপল থোনব অমসুং চেকপলন খাগৎপগী থবক পায়খৎপ ওইফম থোকই ॥ নিংথৌ অসীন কংলাগী মনুং অমসুং অকোয়ব শেমগৎপগী মতাংদ দি রোয়েল ক্রোনিকল ওফ মনিপুর দ অসুম্ন ইরি — *"In 1660-61 the palace compound was surrounded by new brick walls. In 1662-63 the river inside the palace was filled up and its course was turned through outside the palace." (p.14)* কোনুংগী মনুংথংবদ লৈরিব তুরেল অদু ফুনজিল্লগ ঈচেল খোংলম অদু কোনুংগী মপাল্লোমদ থাদোকখি হায়রিব অসী খাগেম্বন কোনুংগী নোংপোক্ত খোংলম তৌদুন তুরেলগী ঈচেল থৈদোকখ্রব তুরেল অমনবগী শরুক ফুনজিনবদ মপুঙ ফাহৌদব ৱাংহৌব শরুক অদু ঈশিং চিথোক্লগ অমুক মপুঙ ফান ফজন ফুনজিনবগী থবক ওইগনি ॥

৫) নিংথৌ পাইখোম্বন খৃস্তকুম ১৬৬৬ তগী খৃস্তকুম ১৬৯৭ ফাওব পানখি ॥ মহাক্কী হাক্তক্তদি চেক শাবগী থবক অসী ফজন পায়খৎলে হায়ব য়ারে ॥ লৈবাক মীয়াম হৌদুন চেক শারগ কংলাগী উত্ত্রা, কংলা অকোয়ববু চেকপন্ন কোয়শিনব, সনথোঙ, কংলা ফম্বাল তোংফম মেন লৈখুল (সুরুং) গী মথক্ত শাব কংলা ফম্বালশঙনচিংব চেক্ল মপুঙ ফান অমুক হুন্ন শাগৎপগী থবক ফজন পায়খৎলে ॥ নিংথৌ অসীন কংলাগী ওইন পায়খৎলম্ব থবকশিংগী মনুংদ য়াম্ন নীংশিংনিংঙাই ওইব অমখক্তি মহাক্কী মতমদ কংলা অসী চেকপলন কোয়শিনব লোইখি হায়ব অসীনি ॥ অসীগুম্ব থবকশিং অসীগী মতাংদ চৈথারোল কুম্বাবা দ অসুম্ন ইরি — *"কুমশক ১৫৯৩ শজিবু থাদ --- মংকন চেকশাব মচিন মনাউসু --- থোক্লকএ ॥ (লা: ৪৭) --- কুম শক ১৬০৯ --- ৱাকচীং থাদ লোইরম, কৈশঙ, য়ুমশঙ, খুনচা, নাইচা খাক্তনা নিপা ৫০ না চেকফূ ১/১ লিংহনএ ॥ তন্ন চেক শীদোকএ ॥ থা ৩ চেক শাইএ ॥ লমতা থা --- ১৭নি শগোলশেন্দ উত্ত্রা হৌএ ॥ (লা:৫৩) কুমশক ১৬১০ --- লাংবন থাদি -- - ১৭নি ঈরাইদ ফরাইকোন কোয়বলোইএ ॥ --- কুমশোক ১৬১২ --- পোইনু ১০নি নিংথৌকাবদা সনথোঙ শীদোকএ ॥ ২৩নি লংমাইচীংদা চেক*

*ঈরাংএ ।। ২৪নি নিংথৌকাবদা সনথোঙ হৌএ ।। --- কুমশক ১৬১৩ --- লমতা --- ২৫নি শগোলশেন্দা কংলা শীএ ।। --- কুমশক ১৬১৪ --- শজিবু ২নি শগোলশেন্দা কংলা হৌএ ।।" (লা: ৫৩)*

৬) নিংথৌ চরাইরোংবন খৃস্তকুম ১৬৯৭ তগী খৃস্তকুম ১৭০৯ ফাওব পানখি ।। নিংথৌ অসীন পায়খৎলম্ব থবক খর হায়ব তারবদি কংলা মনুংদা য়েংবদ ফজরব য়ুমশিং শাখিব, হান্ন শাদুন লৈবল্লব উক্তা শঙনচিংব শেমজিন শাজিনব, কোনুংগী নোংপোকলোমদ খাগেম্ব মতমদগী তুরেলগী ঈচেল খূরায়রোমদ থৈদোক্তুন থমখ্রব অদু হেন্ন পাকচাউন মপুঙ ফান তৌথোকপ অমসুং লাইগী শক্তম্বু শেলন হৈব, শেল মপাক পান হৈদুন য়ুম কুপ্প অসীনচিংবনি ।। হীবম অসীগী মতাংদ **'চৈথারোল কুম্বাবা** দ অসুম্ন ঈরি — *"কুমশক ১৬২১ --- হিয়াংগৈ --- ৬নি ঈবাইদ পানথোইবীগী মুর্ত্তি হৈগদবগী অহৈবা হনজবা তারিনা লৈমি তমএ ।। ১১নি য়ুমশকৈশদা পাম্থোইবীগী মুর্ত্তি হৈএ ।। --- কুমশক ১৬২২ -- ঈঙা --- ৪নি ঈবাইদা লাইরা হায়বগী (লাইনিংথৌ সনামহী) মুর্ত্তি হৈএ ।। (লা:৬৩) --- কুমশক ১৬২৬ --- হিযাংগৈ --- ১৬নি ঈবাইদা লাইরা হায়বগী ফৃবা শঙ কাযএ ।। (লা:৬৮) --- ফাইরেল --- ২৬নি ঈরাইদা শঙকাইরেল হৌএ ।। সঙ মথোল ৩ শাইএ ।। শেন্না ই ওইন কুপএ ।। --- কুম শক ১৬২৭ --- রাকচীং ১৭নি ঈরাইদা খূবাইরমদা তুরেল তৌএ ।। --- ফাইরেল --- ১৯নি নিংথৌকাবদা খূরাইরমদা তুরেল পাল্লোইএ ।। (লা:৬৯) --- কুমশক ১৬২৮ রাকচীং ১৭নি ঈবাইদা য়ুমজাউবু চেক্কা উপাক্কনা মালহৌনাএ ।।" (লা: ৭০)*

৭) নিংথৌ পামহৈব/গরিবনিৱাজন খৃস্তকুম ১৭০৯ দগী ১৭৪৮ ফাওব কংলাদ কোনুং ওইদুন লৈপাক ঙাক্তুন পানখি ।। নিংথৌ অসীন পানব মতমদ, মহাক্কী মমাঙদ পানখিব নিংথৌশিংন তৌথোকপ হৌরল্লব কংলাগী অকোয়বদ লৈব থাঙ্গপাৎপু হেন্ন মশক থোকপ থাঙ্গপাৎ ওইনবগীদমক অরিব মতমদ তুরেল লাংমৈপুঙ হায়রগ খঙনরম্ব হৌজিক্কী মিনুথোং ময়াগী তুরেলগী শরদ্রু কংলারোমদ থেকচিল্লক্তুন চেনশিল্লকফম অসী তুরেলগী ঈশিং ঈচেলন নমখায়রক্তুন কংলারোমদ চেনশিল্লকপ ঙমদনবগীদমক ফজন মপুঙ ফান

ফুনজিনখি ।। হান্ন তৌথোক্লুন লৈরম্লব কংলাগী অকোয়বদ লৈরিব থাঙ্গপাৎপু হেন্ন মপুঙ ফানবগীদমক নিংথৌ মশামক কংলাদগী চৎথোক্তুন, কদাইদ শোয়খিগদগে হায়্রব ব্রাখলগ লোয়নন কংলা অকোয়বগী থাঙ্গপাৎ অসী চহী অমগী মনুংদ শেম-শাদুন তৌথোকখি ।। অসুম্ন কংলাগী অকোয়বদ লৈরিব থাঙ্গপাৎপু শেম-শাবত নত্তন নিংথৌ অসীন, মমাঙগী নিংথৌশিংন ফুনজিল্লম্লব কংলা মনুংদ লৈরিব তুরেল অমনবগী মরিল অদুবু অমুক হন্ন মপুঙ ফান ফুনজিনবগী থবক পায়খৎখি ।। কোনুংগী নোংপোক্ত ইম্ফাল তুরেলন অদুগ খা ব্রাং অমসুং নোংচুপ্তুন থাঙ্গপাৎন কোয়শিল্লব কংলা অসীবু য়েক্লবন ইরায় লায়ন চঙশিল্লকপ ঙমদনব অমসুং য়েংবদ ফজরব নিংথৌকোন অম ওইনবগীদমক মমাঙগী নিংথৌশিংনসু পায়খৎলম্লব চেকপল খাজিনবগী থবক অদু অমুক পায়খৎখি ।। অদুগ নিংথৌগী শঙ্গাই লৈরিব মফম অদুবুসু চেকপলন (ফবাইকোন) কোয়শিনবগী থবক পায়খৎখি ।। অসুম্ন নিংথৌ অসীন কংলাবু শেমগৎ-শাগৎলম্বগী থবকশিং অদু চৈথারোল কুম্বাবা ন ঐখোয়দ অসুম্ন পাউদমলি — *"কুমশক ১৬৪৭ --- পোইনু থা --- ২২নি য়ুমশকৈশদা লাংমৈপুঙগী তুরেল ফুলএ ।। (লা: ৮৬) কুমশক ১৬৫১ --- লাংবন থা ৭নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম কোনুং চৎথোক্তুন থাঙ্গপাৎ তৌএ ।। (লা: ৯০) --- কুমশক ১৬৫২ লাংবন থা ৩নি ঈরাইদ অব্রাংগী থাঙ্গপাৎ তৌএ ।। --- পোইনু থা --- ২৫নি য়ুমশকৈশদা কোনুংগী তুরেল ফুনএ ।। (লা: ৯১) --- কুমশক ১৬৫৩ লমদা --- ১০নি শগোলশেন্দা কোনুংগী ফরাইকোন কোয়ব হৌএ ।। (লা:৯২) --- কুমশক ১৬৫৮ মেরা থা ২২নি ঈরাইদ থাঙহৎব্রা মনাক্কী তুরেল ফুলএ ।। (লা: ৯৬) --- কুমশক ১৬৬৬ --- লাংবন থাদি নিংথৌকাবনা হলএ ।। থা অহন নোংদা ফরাইকোন শেমএ ।।" (লা:১১০)* অসুম্ন পামহৈব নিংথৌন চহী ৪০ রোম পানব শাংলব মতম অসীদ কংলাবু ফজরব লানবন অম ওইবদ মতীকচারব কোনুং অম ওইহনখি ।।

৮) নিংথৌ পামহৈব/গরিবনিবাজ গী মতুংদ তঙদু লৈতাদন নিংথৌ ওইদুন পল্লকখিব চিংশাই, ভরতশাই অমসুং মরাম্ব নিংথৌন কংলাবু শেমগৎ-শাগৎপগী থবক পায়খৎপ ঙমখিদ্রে ।। নিংথৌ চীংথংখোম্বা/ভাগ্যচন্দ্রন পানখিব

শাংলব চহী ৩৫ অদুসু কংলাদ লৈবাক্কী কোনুং ওইখিদ্রে ॥ অসুম্ন চহী মতম শাংন কংলাবু হন্দোক্তুনা থমলুরব মতুং খৃস্তকুম ১৭৯৮ দ লাবন্যচন্দ্রন কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌ ওইরক্লব মতম অদুত্তদ কংলাদ অমুক হন্ন চঙদুনা পানখি ॥ শিথরুরব কংলাবু অমুক হিংগৎহল্লকপগীদমক ঐখোয়না ইনিংথৌ ইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রবু হন্ন হন্ন নীংশিংফম থোকই ॥ লাবন্যচন্দ্রন খৃস্তকুম ১৭৯৮ দগী ১৮০১ ফাওব নিংথৌ ওইদুনা পানখি ॥ তেল্লব চহী অহুল্লোমগী মতম অসীদ মহাক্র হেক ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা চহী ৩৫ চুপ্প হন্দোক্তুনা থম্বীরুরব লমহাঙ, নারক মোংশোঙ, উমং ওইরুরব কংলাবু অমুক হন্ন শেমগৎ-শাগৎনব থবক কয়া পায়খৎখি ॥ মতম শাংন হনদোকলুবদগী মাঙলুরব লাইফম খুবম কয়া লৈবাক মীয়ামগ লোয়নন অমুক নৌহৌন শেমগৎনব হোৎনখি ॥ নিংথৌ ওইব চহী অদুমক্তদ নিংথৌ অসীন কংলা মনুংগী লৈমায় শেমজিন-শাজিনবগ লোয়নন কংলাগী অকোয়বদ লৈরিব হান্নগী চেকপল অমনবশিং অদু শেমজিন-শাজিনখি ॥ কংলা মেনতোংফম শঙদ নত্তন অতোপ্প মরুওইব শঙ কয়াসু অমুক নৌহৌনন শেম-শাব হৌখি ॥ কংলাগী মনুং অমসুং অকোয়বগী চেকপল শেমগৎ-শাগৎপদ নত্তন মহাক্র লৈবাক নিংথৌগী থাদোক্লব য়াদ্রব লাই অম ওইরিব ইবুধৌ পাখংবগী চেংলৌ শকপানথোংসু খুৎহৈবশিংবু শাহনখি ॥ অসুম্ন নিংথৌ অসীন থা ৮গী তেল্লব মতমদ তৌখিব থবকশিং অদুগী মতাংদ চৈথারোল কুম্বাবা দ অসুম্ন ইরি — *"কুমশক ১৭২০ ব্রাকচীং থা --- ১০নি য়ুমশকৈশদা কোনুং সনালৈপাক চহী ৩৫ লৈতরববু লৈরগে হায়দুনা মতোন ইবুংঙো মহাসিংহ কত্থানবু লৈবাক পুম্নমা খুৎচিংলদুন তীনফম লাইফম অয়াম্ব মাঙলববু অমরক লিংখৎএ ॥ (লা: ১৭৫) --- ব্রাকচীং থা ১৬নি লৈপাকপোকপদা লৈপাক সূবা হৌএ ॥ ফরাইকোন কোয়এ ॥ --- ফাইরেন থা --- ৫নি লংমাইচীংদা নোংহুমশঙ, মোংবচীং, য়ুমজাউ ৩ মা হৌএ ॥ ১৩নি নিংথৌকাবদ কংলা হৌএ ॥ --- লমদা থা ১০নি ঈরাইদা শঙ্গাই হৌএ ॥ মথোন অহুম শাইএ ॥ --- ২০নি লৈপাকপোকপদা শঙ্গাইরেল পুন্সিবসু হৌএ ॥ (লা: ১৭৫) কুমশক ১৭২১ --- থব্রান থাদি ঈরাইন হনএ ॥ অদু নুমিত্তা পাখংবগী মূর্তি শাব হৌএ" (লা: ১৭৬) ॥* মধুচন্দ্রন খৃস্তকুম ১৮০১ দগী ১৮০৩ ফাওব নিংথৌ ওইখি ॥ অদুবু নিংথৌ

অসীন কংলা শঙ হৌব অমসুং শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙগ মান্দোপক অনীবু শঙ্গাব নত্তন থোইদোক্ল শীংথাব য়াব কংলা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌখিদ্রে ॥

৯) নিংথৌ চৌরজিৎন খৃস্তকুম ১৮০৩ দগী ১৮১৩ ফাওব পানখি ॥ মহাক্ল ময়াম্বুং মধুচন্দ্রবু তানথোক্লগ কংলৈপাক মনিপুর অসীগী নিংথৌ ওইদুন পানখিব অহানব কোনুং মফমদি হৌজিক গবর্নরগী লৈফম ওইরিব কোনথৌজম য়ুমফম হায়ন খঙনরম্ব মফম অসীদনি ॥ নিংথৌ অসীন মফম অসীদ লৈরিঙৈদগী হৌন কোনুংলেন কংলাবু শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়া পায়খৎখি ॥ মহাক্ল পায়খৎপিরম্ব শেমগৎ-শাগৎপ থবকশিংগী মনুংদ কংলৈপাক মনিপুরগী পুরারীদ সনাগী ময়েক্ল ইশিন্দুন লৈহৌবগদব থবক অমখক্তি উত্রা মমাঙদ য়াম্ন ব্রাং-চাউরব কংলা শা অনীখক খা-ব্রাং লম্বা ওইন মমায় নোংচুপ ওন্দুন শারমখিব অসীনি ॥ *[ নিংথৌ অসীগী মমাঙদ পানখিব মৈদিংঙু মুংয়াম্ব (খৃ: কুম ১৫৬২-৯৭) ন পানব মতমদ কংলাশা শাখি হায়বগী ব্রাফমসু লৈ ॥ (মৈহৌবোল পুকোক ঃ ইরোম অমুবী, মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি ঃ মুতুম ঝুলোন) অদুগ অমুক, কংলাশা অসী নিংথৌ পামহৈবগী মতমদ লৈরম্বগী ব্রাফমসু লৈ ॥ (প্রো: গাংমুমৈ কামৈ) অদুগ খাগেম্বন অহানব ওইন শাখিবনি হায়ন থাজনবসু লৈ ॥ (মুতুবা বহাদুর) মরম অসীন নিংথৌ চৌরজিৎন শারম্ব কংলাশা অসী কংলাদ ইহান হানব ওইন শাব কংলাশা অদুমক্তি ওইরোইদ্রা হায়বগী ব্রাফম লাকই ॥]* মহাক্লা কংলাবু য়েংবদ ফজব শকফম অম ওইহন্নবগীদমক উত্রা অমসুং শা মমাঙদগী নোংচুপ সনথোঙ ফাওব হৈনৌ পাম্বী থাহনখি ॥ হান্ন লৈরম্নব ব্রাঙ্গোল শঙ, উত্রাশঙ, নোংহুমশঙ, মোংবশঙ, সঙ্গাই, কংলা, য়ুমজাউ, লৈখোমশঙ, ঈরুশঙ, শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙনচিংব কংলা মনুংদ লৈব শঙ কয়াবু অমুক নৌহৌন শেমগৎ- শাগৎখি ॥ অসুম্ন শঙ কয়া শাখিবত নত্তন কংলা মনুংগী লৈকুৎ লৈরাই কয়া শেমজিনব, শ্রীগোবিন্দজীগী মান্দোপ শাব অমসুং ঈরম ঈখোং শেমজিন-শাজিনব অসীনচিংব থবক কয়ামরম পায়খৎখি ॥ নিংথৌ অসীন পাঙথোকখিব থবকশিংগী মনুংদ মতম পুম্নমক্কী ওইন নীংশিংনিঙাই ওইব অনীখক্তি কংলাশা শারম্ব অমসুং মনুং-থাঙকমপাং তৌথোক্লম্ব অসীনি ॥ মহাক্ল পায়খৎখিব থবকশিংগী মতাংদ চৈথারোল কুম্বাবা দ অসুম্ন ইরি

— "*কুমশক ১৭২৬ --- ইঙা --- ২০নি শগোলশেন্দা ব্রাঙ্গোনগ উত্ত্রাগ ২মা হৌএ ॥ --- ২৫নি নিংথৌকাবদা উত্ত্রা মমাঙদ নোংশা শাইএ ॥ ইঙেন --- ২নি নিংথৌকাবদা শা উত্ত্রা মমাঙদগী হৌনা ম্নথোঙ ফাওবা হৈনৌ থাএ ॥ --- ১৩নি ঈরাইদ উত্ত্রা শঙকায়এ ॥ (লা: ১৮৫) লাংবন থা --- ২০নি নিংথৌকাবদা --- পানা ৪মা কৌব্রুদা কংলা, য়ুমজাউ ২ মাগীনচিংনা উয়াম য়ানব চংএ ॥ --- মেরা ২৬নি নিংথৌকাবদ ফম্বাল কাগদবগী ব্রাঙ্গোল হৌএ ॥ অদু নুমিত্তা নোংহুমশঙ, মোংবশঙ ২মাসু হৌএ ॥ --- হিয়াংগৈ ১০নি নিংথৌকাবদা শংকাই, কংলা, য়ুমজাউ, লৈখোম শঙ, ঈরুশঙ, শ্রীগোবিন্দজীউগী লাইশঙ, নর্ত্ত-শালা শঙ, ৭মা শাএ ॥ --- ব্রাকচীং ১২নি থাঙজ নুমিত্তা মৈদিংগু ব্রাইরং পামহৈবনা চহী ২৮দা কংলা মেন্দা ফমদুনা লাইশ্রম চনু মৈতৈ লৈমা থোংনাং লানথাবীন য়ুমজাউ সুমাঙদা ফীশঙ খন্ন ফমদুন মায়োক্লন ফম্বাল কামিন্নেএ ॥ --- ২৬নি থাংজদা কোনুংগী থাঙহুংব্রা মরীল ফুলএ ॥ অদু নুমিত্ত --- সংগাইরেলদগী শঙ্গাই পুন্সিব তান্না তুরেল ফুন্দুন লম্বী ওইন চংনৈএ ॥ ২৭নি লাংমাইচিংদা চেকপল অমনব শেমএ ॥ (লা: ১৮৭) --- কুমশক ১৭২৭ --- লমদা থা ৮নি য়ুমশকৈশাদা পুলিনবন উমং শেমএ ॥ রাসমন্দলসু শাইএ ॥ (লা: ১৯৩) --- কুমশক ১৭২৮ লাংবন ---১০নি নিংথৌকাবদা গোবিন্দজীগী মান্দোপ হৌএ ॥ অদু নুমিত্তা ফরাইকোন (শঙ্গাই চেকপল) কোয়হৌএ ॥ (লা: ১৯৫) --- মেরা থা --- ৮নি নিংথৌকাবদা পাউত্তা হিদেনকী তোরৈ তৌখৎএ ॥ (লা: ১৯৬) কুমশক ১৭৩০ --- ইঙা থাদি --- ৫নি নিংথৌকাবদা উত্ত্রা হৌএ ॥ (লা: ২০৬) কুমশক ১৭৩৫ --- মেরাথা --- ১৮নি লৈপাকপোকপদা মনুং থাঙকমপাৎ লয়তৌএ ॥" (লা: ২১০)*

১০) নিংথৌ মারজিৎন কংলাদ কোনুং ওইদুন খৃস্তকুম ১৮১৩ দগী-১৮১৯ ফাওব চহী ৬ লোম পাল্লম্মী ॥ মহাক্র পংশাং শাংন পাল্লমদ্রবসু কংলাবু শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক, য়েংবদ ফজব মফম ওইনবগীদমক অমসুং কংলাগী ঙমখৈ অসী মমাঙঙৈগী নিংথৌরোলশিংগী মতমদ লৈরম্ব অদুদগী হেন্ন পাকথোক-চাউথোক্লবগীদমক থবক কয়া পাঙথোকখি ॥ মহৌশাদগী শান্ন-খোৎনবদ থব্রায় য়াওব হায়বসী নাৎ অম ওইন লাক্লব মীতৈশিংগী মুক্না কাঙজৈ অমসুং শাগোল

কাঙজৈনচিংব অকন-অথৌ, শা-লানগ মরীসু লৈনব মশান্নশিং অসী য়োকখৎনব অমসুং পুক্লীং থৌগৎনবগীদমক কংলা-শা অনীগী খাথংবদ লৈব তেনকৈখো হায়ন খঙনরক্লিব মফম অসী ফজরব কাঙজেবুঙ অম ওইন শেমগৎখি ।। মমাঙগী নিংথৌ কয়ান শেমগৎলম্লব মপানথংব থাঙকমপাংকী মনুংলোমদ লৈব লৈপল পনজাউ অদুগী অৱাংপ শরুকশিং অমসুং অকায় অতোইশিং অদু শেমজিন-শাজিন্দুন য়েক্রুবন ইরায় লায়ন চঙশিল্লকপ ওমদনব থবক পায়খৎখি ।। মীতৈ অয়াম্বন হিন্দু লাইনীং চৎলব মতমদ মরুওইব লাই অম ওইরিব শ্রীগোবিন্দজীগী ফুরা লাইশঙ শাখি ।। হান্ন শানরক্লিব কংলা য়ুমজাউগী য়ুমফমগী অৱাংব অমসুং মশক মতৌ অদুদ পেন্দ্রদুন শঙ্গাই য়ুমফম অদু লম অহুম ৱাংন থোনগৎতুন কা ৭কী য়ুমজাউ ওইন শারগ ই-ন কুপ্লগী মহুত্ত উপাক্ল কুপ্লগ সনা তৈরম্মী ।। য়ুমজাউ অদুখক্ত নত্তন মেন লৈখুন (সুরুং) গী মথক্ত শাব কংলাশঙ, নোংহ্যমশঙ অমসুং ঈরুশঙসু সনা তৈব উপাক্ল কুপ্লম্মী ।। কংলা মনুংদ হান্ন লৈরম্লব ঈয়োককোমশিং অদুন পেন্দ্রদুন মহাক্ল ঈয়োকোম অনী অমসু তৌদুন য়াম্ন চাউন হোঙলম্মী ।। নিংথৌগী শঙ্গাই কোয়শিল্লিব মনুং ফরাইকোল চেকপল অমসুং মনুং-থাঙকমপাংকী মনুংথংব নাকল্লোমদ লৈরিব ফরাইকোন চেকপল কোয়শিনবগী থবক মপুঙ ফজন পায়খৎখি ।। নিংথৌ অসীন পাঙথোকখিব কংলৈপাক মনিপুরগী পুৱারীদ মতম পুম্নমক্কী ওইন লৈহৌরগদব কাউঙম্লরোইদব কংলা শেমগৎ-শাগৎপগ মরীলৈনব থবক অমখক্তি ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোকলোমদ লৈরিব খূরায়গী লমদা কোনুং ওইগে খনবদগী ফনয়াম্ল চৎথোক্লগ, কংলাগী লমখৈ চাউথোক্লবগীদমক থাঙকমপাং তৌথোক্লগ চেকপলন খাজিনবগী থবক পায়খৎলম্ব অসীনি ।। হান্নগী কংলাগী লমদি ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক্ত চিংনাংখোংনাং (চিনগাংবম খোংনাং) অসীগী খা-ৱাংদ আর.দি.এস. হায়স্কুলগী নোংচুপ্তগীন মীনুথোং য়ৌব ফাওব অসীন কংলাগী নোংপোকথংব ওমখৈ ওইরম্বদগী খূরায় অহোঙ্গৈ অমসুং নাম্বম চিথেক ফাওব ইনখৎলগ থাঙ্গপাং তৌদুন নোংপোকথংব ওমখৈ ওইহনখিব অসী নিংথৌ অসীন ওইগনি ।। থাঙ্গপাং লৈরম্বগী মমি হৌজিকসু ফজন লৈরি ।। থাঙ্গপাংকী মনুংথংব নাকল্লোমদ চেকপল কোয়ন খাগৎলম্মী ।। নিংথৌ অসীন য়াাংলম্ব ওমখৈ অসীন কংলাগী খ্বাইদগী চাউব ওমখৈ ওইগনি ।। ১৯সুব চহীচা লোইশিল্লকপদ ওইরম্ব কংলাগী ওমখৈ

অসী মরাক মযুং শাংব চাউরাক্ল মান্নরম্ব মরম্ন নোংপোক থংব থাঙ্গপাৎকী শরূক অসী নাম্বম চিথেক্তগী খূরায় তেলিপতি অহোঙ্গৈ ফাওবগী পরিংদ লৈরম্ব ওইগনি ॥ লেপ্তুনেন্তু দম্ম হায় — "The Pat or enclosure consists of an outer masonry wall enclosing a square mile each side ..." নিংথৌ মারজিংন পাঙথোক্লম্ব কংলাবু শেমগৎ-শাগৎপগী থবকশিংগী মতাংদ চৈথারোল কুম্বাবা ন ঐখোয়দ অসুম্ন পাউদম্মী — *"কুমশক ১৭০৬ --- হিয়াঙ্গৈ --- ২নি নিংথৌকাবদ --- তেনকৈশাদা কাওজৈবুও শেমএ ॥ --- পোইনু --- ৬নি নোংমাইজিংদা নোংমৈথাদুনা মী খোমগৎলগ থাংকমপাৎ পনজাউ নায়এ ॥ (লা: ২১২) কুমশক ১৭৩৭ --- ফাইরেল --- ২নি য়ুমশকৈশদা শ্রীগোবিন্দগী ফূরা হৌএ ॥ (লা: ২১৩) কুমশক ১৭৪০ --- ইঙা ২নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ নোংপোক ব্রাইরং পামহৈবদি স্না শঙ্গাই য়ুমফম লম অহুম ব্রাংন থোনতুনা কা ৭ শাইএ ॥ উপাক মথক্তা স্না পুম্না লুপএ ॥ কংলাসুং য়ুমজাউসুং নোংহুমশঙসুং ঈরুশঙসুং উপাক্ল কুপএ ॥ স্নারূপএ ॥ শঙ্গাই নোংপোক পাংপতা পুম্রি ২ তৌতুনা স্না হাচং য়েনা হোঙএ ॥ --- লমদা ১৪নি য়ুমশকৈশাদা ফবাইকোন মনুং মপান চেক্ল থুংএ ॥ (লা: ২১৫) কুমশক ১৭৪১ --- লাংপন ৬নি শগোলশেন্তা খূবায় খুনফমবু কোনুং ওইকে হায়তুনা উরোং থাতুনা লৈনাবা হৌএ ॥ --- পোইনু থাতি --- ৪নি নিংথৌকাপাতা খূবায় চেকপন কোয়পা হৌএ ॥ --- ব্রাকচীং থাতি --- ২নি পানবা লংমাইচিংতা অব্রা লাকএ ॥ খূরায় খুনফমতগী লৈপাক পুম্নমা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক ব্রাইরং পামহৈপনচিংনা অব্রা নাবা চংএ ॥ --- ২২নি লৈপাকপোকপদা লৈপাক কায়এ ॥" (লা:২১৬)*
খূরায়রোমদ ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক্লোমদ হেক য়ারিবমখৈ চাউন লমখৈ কোনশিন্দুন থাওকমপাৎ তৌথোক্লগা মনুংলোমদ চেকপল খাজিল্লম্ব অসীগী মতাংদ কংলা ওমখৈগী মরমদ থিজিন হুমজিনখিব আর্ত অমসুং কলচরগী দাইরেক্তর ওইরম্ব সমরেন্দ্র চোংথাম্ন অসুম্ন হায় — *"ইংশোক ১৯৯০ দা অইবন মনিপুর সরকারগী আর্ত এন্দ কলচরগী দিরেক্তর ওইরিঙৈ মতমদ, লৈবাক তৌথোক্তুন চেকপলগী ফাউন্দেসন থিখি; ফংসু ফংখি ॥ হৌজিক মুস্লিম ব্রার সিমিত্রি লৈরিব অসীগী শম্বল ময়াদ তৌদুন য়েংবদ চেক্কী ফাউন্দেসন অদু শক্তম ইকায় কায়দন*

*লৈরম্ব থেংনখি ॥" (কংলাগী ওয়খৈ : সমরেন্দ্র চোংথাম, পোক্নফম-২০/১১/০৪)*

নিংথৌ মারজিংকী মতুংদ পাল্লকখিব কনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তনসু নোংপোকথংব থাঙ্গপাং তৌরম্বগী রাকম চৈথারোল কুম্বাবা দ নত্তস বি রোয়েল ক্রোনিকল ওফ মনিপুর দ পল্লমদে ॥ মরম অসীন ১১সুব চহীচা লোইশিল্লকপদ লৈরম্ব নোংপোকথংব থাঙ্গপাং অদু নিংথৌ অসীন তৌরম্ব অদু ওইরগনি ॥ (হেন্না মরীকচুম্ব রারোলগীদমক ১৫সুব পদুপকী অহানব রাকম য়েংবীয়ু)

১১) নিংথৌ চীংলেন নোংদ্রেনখোম্ব গম্ভীর সিংহন অরাশিংবু লৈবাক অসীদগী তাম্থোক্তুন খৃস্তকুম ১৮২৫ দ লৈবাক অসীদ অমুক হন্না নিংথৌ ওইরব মতমদ কংলাদ কোনুং ওইখিদ্রে ॥ লম্মাংদোংদ কোনুং ওইদুনা পাল্লনগ লাংথবান্দ অমুক হোংখি ॥ মহাক্কী মতুংদ নিংথেমশিশক চন্দ্রকির্তিন য়াম্না অঙাং ওইনা, মমিংতগী ওইন চহী ১০ রোম (খৃ:কু: ১৮৩৪-৪৪) অহানব ওইনা পানব মতম অদুদ কংলাবু শেমগৎ শাগৎপগী শীংথাব য়াব থবক পায়রকখিদ্রে ॥

১২) নিংথৌ নরসিংহন লাংথবান্দগী কোনুং হোংগৎলকুন খৃস্তকুম ১৮৪৪ দগী ১৮৫০ ফাওব কংলাদ নিংথৌ ওইদুনা পানখি ॥ চহী ৬ কী মতম অসীদ নিংথৌ অসীন কংলাগী ওইনা শীংথাব য়াব থবক যন য়াম্না পাঙথোক্লম্মী ॥ কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইনা লাক্লব কংলাদ লৈরম্নব, অদুবু চহী তবেৎ খুম্তাকপগী মনুংদ অরাশিংন য়ৈবায় — খুগাইবীরম্নব শঙ কয়া মঙ্গক্ল অমুক হন্না শাগৎখি ॥ হিন্দু লাইনীংগী ওইব লাইশঙ কয়াসু শাগৎখি ॥ নিংথৌ অসীন পাঙথোকখিব থবকশিংগী মনুংদ পনব য়াব খরদি উত্তরাশঙগী নোংচুপ্ত রাংচাউন লৈরকখিব নিংথৌ চৌরজিংকী মতমদ শারম্ব কংলাশা অনী অদু অমুক হন্না শাবম্ব অমসুং লাংথবান্দ লৈব ফুরা অদু শীদোক্লগ চেকশিং অদু কংলাদ পুয়ক্লগ শ্রীগোবিন্দগী ফুরা লাইশঙ শারম্ব অসীনি হায়রব য়াই ॥ কংলা মনুংদ লৈব শঙ অমসুং লাইশঙ কয়া নৌহৌন শেমগৎ-শাগৎশিরম্ন্দ নত্তনা নিংথৌ অসীন কংলাগী সনথোঙ চেকপন্নচিংবসু শাগৎলম্মী ॥ কংলাবু হেন্না ফজব মফম অম ওইনবগীদমক উপাম্বী কয়াসু মফম চাব য়েং-য়েংদুনা থাবীরম্মী ॥ নিংথৌ অসীন পাঙথোকখিব থবকশিংগী মতাংদ চৈথারোল কুম্বাবা দ অসুম্ন ইরি —

"কুমশক ১৭৬৬ --- কালেন থাতি শগোনশেন্ন হনএ ॥ অতু নুমিত্ত যুমজাউ, নোংহমশঙ, যোংকশঙ ৩মা হৌএ ॥ শঙকাই মুমযম লম ৩ খাংগসুং তেমথৈএ ॥ ২নি ঈরাইত্ত শ্রীহরি মন্দির মা শঙকাইরেমচিব শঙ ১১ হৌএ ॥ ৬নি যুমশকৈশাত শ্রীরামখেনুবী শঙনচিংপা শঙ ১৫ হৌএ ॥ ১১নি নিংথৌকাপত্ত কারোং হৌএ ॥ --- ১৯নি নিংথৌকাপাত্ত শ্রীশক্ষযুক্ত জয়মান চৈতন্যসিং নরসিংহ মহারাজনা লাংথবান্দগী ম্নাকোনুংলেন্দা হোংখংলকএ ॥ --- ২১ নি যুমশকৈশাত্তা চৈরাগ হৌএ ॥ ২২নি শগোনশেন্দা শ্রীগোবিন্দগী মান্দোপ হৌএ ॥ --- ইঙা --- ১৭নি লংমাইচিংদা উত্তা মাঙতগী নোংশা ২মা শাপা হৌএ ॥ --- ইঙেন থা --- ৫নি ঈরাইতা থোঙলেন হৌএ ॥ --- থবান --- ৯নি যুমশকৈশাতা (২৪।৭।১৮৪৪) --- শা মমাঙতগী থোঙলেন য়ৌন কেলি থাইএ ॥ ২৭নি লংমাইচিংদা ফম্বাল খাংগোল হৌএ ॥ কুমশক ১৭৬৭ --- খাকচীং ১২ ঈরাইতা --- লাংথবানগী ফুরা শীথোকএ ॥ --- ১৯নি ঈরাই নুমিত্তা লৈপাক পুন্নমাকী ঈরোইনা লাংথবান্দগী চেক হোনএ ॥ --- নোংঙাল্লমদাই মতুং পুং ৬ তাখিপা ৭কী মনুং ঈশিংকী --- পূংফম অতুদা ফুরা হৌএ ॥ --- সনা কৈথেল তৌরিপা পুন্নমানা গোবিন্দগী সেবানে হায়ন ম্না য়াথং নত্তন চেক হোনএ ॥ (লাঃ ২৭৪) কুমশক ১৭৬৮ --- লমদা --- ১০নি থাংজ নুমিত্ত ঈরুশঙ, লৈখোমশঙ, লাইয়িংথৌ নোংশাবা শঙ ৩ মাপু হৌএ ॥ --- শজিবুথা --- ৫নি নোংমাইচিংদা ঈরুশঙ, লৈখোমশঙ ২মা শঙকায়এ ॥ (লা: ২৭৯) --- কালেন থা --- ২০নি যুমশকৈশদা যুমজাউ কংলা ২মা মালহৌনৈএ ॥ --- ২৩নি থাঙজ নুমিত্তা মহারাজ কংলা ফম্বাল তোংএ ॥ (লা: ২৮২) কুমশক ১৭৭০ --- কালেন থা --- ২নি ঈরাইদা কারোং শঙকায়এ ॥ পাখংপা শঙসু হৌএ ॥ (লা: ২৮৬) --- ফাইরেন থা --- ৫নি নিংথৌকাপতা ম্নথোঙ চেকপল শাহৌএ ॥ (লা: ২৯০) কুমশক ১৭৭১ --- মেরা থা --- ১৫নি লৈপাকপোকপতা কংলা উখুল শেমএ ॥ --- ফাইরেন থা ---- ২নি লৈপাকপোকপত্ত উত্তাসুং হৌএ ॥ (লা ঃ ২৯৭) --- লমদা থা --- ১১নি ঈরাইদা --- লাকথোঙ লাকতোন ২মাসুং শীদোকএ ॥ --- শজিবু থা --- ২৮নি যুমশকৈশদা --- মৈদিংগু লৈরেন নোংলেন সেন্ত্রেং মনিকখোম্বা নোংপাইএ ॥" (লা: ২৯৯)

১৩) নাউজিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা চন্দ্রকির্ত্তি নিংথৌন অনীরকসুব ওইন খৃ: কু: ১৮৫০ দগী খৃ: কু: ১৮৮৬ ফাওব কংলাদ নিংথৌ ওইদুন কংলৈপাক মনিপুর ঙাকুন পানখি ।। শাংলব চহী ৩৬ রোমগী মতম অসীদ নিংথৌ অসীন কংলাবু কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইন শেমগৎ-শাগৎপ য়াব থবক কয়া পায়খৎখি ।। মহাক্ন অনীরকসুব ওইন নিংথৌ হেক ওইবগ কংলৈপাক মনিপুরগী ওইব হিন্দু লাইনীংগী খ্বাইদগী বাংন মতীক মঙাল লৈন নীংনরিব লাই শ্রীগোবিন্দগী মান্দোপ হৌখি ।। মথং চহীদ মনুং - থাঙ্গপাৎ হেক চঙশিনবদ লৈরিব চিরাই থোঙ হায়বদুগ, ব্রালহৌশঙগ অতোপ্প শঙ অহুমগ শাগৎপ হৌখি ।। মহাবিষ্ণুগী চেংলৌ শকপানথোং অমসু শেন্ন হৈখি ।। চহী ৭ লোমগী মতুংদ য়ুমজাউ শাদুন শঙকাখি ।। মথং চহীদ ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক থংবদ লৈব কংলাগী ঙমখৈ মনুংগী অব্রাংথংব শরূক অদু থাঙ্গপাৎ ফজন তৌখৎখি অদুগ ইংখোল কোইখি ।। মসীগী মতুং চহী ৬/৭ লোম লৈরগ নুংজেং অচৌবগী অব্রাংথংব নাকল্লোমদ ঈয়োক্কোমদগী থোইদোক্ন থাপতোক্তন ফাদোপশঙ শাখি ।। মবুধৌ পাখংবগী শঙ্গাই য়ুমজাউ শাদুন শঙ্গাখি ।। চহী ২রোম লৈরগ, চহী ১৫রোমগী মমাঙদ শাখিব চিরাইথোঙ অদুগী নাক য়েৎলোমদ চেকপন্ন খাজিনবগী থবক পায়খৎখি ।। মথং চহীদ কংলা মনুংদ লৈব য়াম্ন মরুওইপ্রব শঙ — নোংহুমশঙ হায়বদু শাব হৌখি অদুগ মথংগী চহীদন কংলা মেনগী শঙ অদু শাদুন শঙকাখি ।। ওল্লকপ চহীদ লাইয়িংথৌ সনামহী, পাখংব, নোংশাবা — লাইয়িংথৌ অহুম অসীগী ফম্বাল থৌরম তৌদুন চন্দ্রকির্ত্তি নিংথৌবু 'নাউজিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা' হায়ব ফম্বাল মিংহুন তমখি ।। নিংথৌ অসীন লাইরেম্বী য়ুমজাউ লাইরেম্মা, লাইয়িংথৌ সনামহী, পাখংব, নোংশাবা — লাইরেম্মা লাইয়িংথৌশিং অসীদসু স্নাগী লীক পরেং কংখি ।। অসুম্ন কংলাদি কোনুংলেন অম ওইবত নত্তন লাইফমলেন অমসুনি হায়বদু নিংথৌ অসীন য়াম্ন ফজন উংখি ।। নিংথৌ অসীন ফম্বাল মিংথোল লৌরব মতুং চহী অহুমলোমগী মনুংদ চিরাইথোঙবু হেন্ন ফজব থোঙ অম ওইনবগীদমক য়োংঙৌন কুপ্পগ শঙকাখি ।। মসীন চিরাইথোঙগী ইকোন কোনব শকফমনি ।। ওল্লকপ চহীদ কংলা মেনতোংফমগী অব্রাং-চীংখৈরোমদ লৈরিব ব্রাঙ্গোল ঈয়োক্কোম মপান্দগী হৌদুন চেকপল খাগৎপ হৌখি ।। মথংগী চহীদ নিংথৌ অসীন উত্ত্রাশঙ শাখি ।। [নিংথৌ অসীন শারম্ব

উত্রা শঙগী মশক অসীবুনি হৌজিক মীয়াম্ন খঙনরিবসী ] চহী ৪/৫ রোম লৈরব মতুংদ, কংলাগী নোংপোক থংব থাঙ্গপাংক ঈরিল তুরেলগ ঈশিং লম্বীগী মরী লৈননবগীদমক নোংপোক ইংখোল্দগী পোরোমপাৎ, পোরোমপাত্তগী কোংব তুরেল, কোংব তুরেলদগী ঈরিল খোঙবান ফাওব নোংপোক পাংন ঈরম ঈখোং অশাংব অম তৌখি ।। খোংলম অসী তৌখিবন মরম ওইরদুন কংলা অসী ইম্ফাল তুরেলগ শম্নহনবত নত্তন ঈরিল তুরেলগসু শম্নহনখি ।। অসুম্ন কোনুংলেন ওইরিব কংলাবু কংফাল লম্বীশিংগী চঙলকফম, উনফম ওইহনবত নত্তন ঈশিং লম্বীগীসু উনফম ওইহনখি ।। (মতমদুদদি ঈশিং লম্বীগী তঙাইফদব লৈরম্মী) ।। চহী ২ রোমগী মতুংদ, নিংথৌরোল অয়াম্বগী ফম্বাল তোংফম ওইরক্লব কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) অদু শেমজীনবীদবদগী খর খর ফুনজিল্লকপগুম তৌবিব অদু তৌহৈদব থবক্লি হায়দুন নিংথৌ অসীন অমুক হন্ন মখুল/লৈখুল অদু লৈবাক খোত্তোক্লগ ফজন শেমজিন-শাজিনখি ।। নিংথৌ অসীন কংলাবু হেন্ন ফজব, হেন্ন মপুঙ ফাব মশক অম ওইনবগীদমক পায়খৎখিব থবকশিংগী মতাংদ — চৈথারোল কুম্বাবা ন ঐখোয়দ অসুম্ন পাউদম্মী — *"কুমশক ১৭৭২ লাংবন থা --- ৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীগোবিন্দজীগী মান্দোপ হৌএ ।। (লা: ৩০০) কুমশক ১৭৭৩ শজিবু --- ২৫নি ঈরাইদা --- চিরাইথোঙনে ব্রালহৌশঙনে ২ মানাচিংদুনা শঙ ৫সু হৌএ ।। --- ফাইরেন থানিল নোং শগোনশেন্দা লাইয়িংথৌ সনামহীদা মমাঙঙৈ বিষ্ণু থল্লম্বু মাংলে হায়দুন মহাবিষ্ণু ১ হৈএ ।। (লা: ৩১১) কুমশক ১৭৭৯ --- লমতা থা --- ৮নি শগোলশেন্দা নোংপোক অৱাং থাঙ্গপাং কোয়খৎহৌদনা ইংখোল কোই ।। (লা: ৩৪০) কুমশক ১৭৮৬ --- কালেনথা --- ৫ য়ুমশকৈশদা নুংজেংগী--- অৱাংথংবদা চেক্কী ফাদোক কৌব বন্দি থম্নব ১ শাই ।। (লা: ৩৫৬) --- লমতা থা --- ৬নি ঈরাইদা মবুধৌ পাখংবগী শঙ্গাই য়ুমজাউ হৌএ ।। --- শজিবু --- ১২নি ঈরাইদ মবুধৌ পাখংবগী শঙ্গাই ঈমজাউ শঙকায়এ ।। (লা: ৩৫৯) কুমশক ১৭৮৮ --- লাংবনথা --- ৫নি ঈরাইদা (১৪।৯।১৮৮৬) চিরাই থোঙদগী হৌনা চেকপল পালোইবা হৌএ ।। (লা: ৩৬৪)--- কুমশক ১৭৮৯ --- ইঙাথা --- ৩নি য়ুমশকৈশদা নোংহুমশঙ হৌএ ।। (লা: ৩৬৭) --- কুমশক ১৭৯০*

*--- ইঙা থা --- থানিল নোং ঈরাইদা কংলা শঙকায়এ ॥ (লা: ৩৭১) কুমশক ১৭৯১ --- ইঙাথা --- ২২নি ঈরাইদা লাইয়িংথৌ পাখংবা, নোংশাবা, স্নামহি লাই ৩মাবু স্না ফম্বাললাংবু লিংখত্তুনা শংকলপ তৌনা সনা খোংনাং মনাদা নাম ইদুন খোইরু থাউমৈ অহুম খন্দমদুনা থাল্লে ॥ খুমুজমচা শাবম শেল্লুংবহন পন্দিংন হুনব থাউমৈ অকোনবা নামদা লোইদুন তোপ কাপ্তুনা শ্রীস্না ফম্বাল মিং 'নাউজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা' হায়ন মিংহল্লে ॥ --- ২৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজন যুমজাউ লাইরেম্মদা স্নাগী ক্যাংলিকফাং ২ কংলে ॥ মবুথৌ পাখংব, মবুথৌ নোংশাব, মবুথৌ স্না লাই ৩ মাদ স্নাবুং ঙাংগোই স্নাগী ক্যাংলিকফাং ২ কংএ ॥ (লা: ৩৭৯) কুমশক ১৭৯৩ লাংবন থা --- ১৬নি ঈরাইদা চিবাইখোঙ য়োংঙৌনা কুম্না শঙকায়এ ॥ কুমশক ১৭৯৪ -- ৱাকচীং থা --- ১৬নি লৈপাকপোকপদা ৱাংগোন পুত্রী মশান্দগী হৌনা চেকপল কোয়ন হৌএ ॥ --- কুমশক ১৭৯৫ --- ঈঙেন থা --- ২নি ঈরাইদা উক্তা হৌএ ॥ (লা: ৪০৯) কুমশক ১৭৯৯ --- কাইরেন থা --- ৪নি ইমশকৈশদা (৬।২।১৮৭৮) ঈরিপ্দগী কোনুং নোংপোক ইংখোল থাওবা তৌএ ॥ পোরোমপাংতগী কোংব তুরেল তবা তৌএ ॥ কোংবসু তৌএ ॥ (লা: ৪৩৬) কুমশক ১৮০১ লাংবন থা --- ৫নি থাঙজদা কংলা সুরুং ফুল্লি হায়দুনা খুমুজাম্বা পন্দিংনা শ্রীযুৎতা হংগত্তুনা স্না য়াথং ফুনবা য়াদে হায়দুনা শেম্মএ ॥" (লা:৪৪১)*

১৪) ইনিংথৌ ইবুংঙো সুরচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্রন মথংশীংন খুঙকুম ১৮৮৬ তগী ১৮৯০ অমসুং খৃ: কু: ১৮৯০ দগী ১৮৯১, এপ্রিল ২৬কী নুমিদাং ফাওব কংলাদ নিংথৌ ওইদুন পানবি ॥ নিংথৌ অনী অসীদি লাইবক থীবদগী কংলাবু শেমগৎ-শাগৎপগী শীংথাব য়ার থবক পায়খৎপ ঙমখিদ্রে ॥

মথক্ত পনজখিব ৱারোলশিং অসীদগী ৱাফম অসীমদি য়াম্ন শেংনা খঙব ঙম্রে মদুদি — থেঙলবদ লৈবাক অসীগী পুৱারী হৌব মতমদগী কংলৈপাক মনিপুর অসীগী কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইদুন লাকলিব কংলা অসী নিংথৌরোল কয়াদ চহীচা কয়া চঙন শেমগৎ-শাগৎলকখিবনি ॥ মফম অসীবু মপুঙফারব কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইনব শেমগৎ-

শাগৎলকপদ মনাৎ অমসুং লাইনীংবু নুংশিজৱ লৈবাক মীয়াম অমসুং লৈঙাক নিংথৌশিংগী পাংগল থৌনা অমসুং ৱাখল লৌশিং শীজিন্নখি হায়ব অসীদি য়াম্ন শেংলব ৱাফমনি ।। অসীগুম্লব পাংগল থৌনা অমসুং ৱাখল লৌশিং অসী ঐখোয়গী ইপা ইপুশিং অদুগী পুক্লীং হকচাংদ লৈরম্বদগী কংলা অসী মনীংতম্লব লৈবাক অমগী কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইন চহী ১৯০০ লোম চুপ্প খা-নোংপোক এশিয়াদ মতীক মঙাল লৈন হিংব ওন্নকখিবনি ।।

কংলাগী ৱারী ৱাখোঙ অসীদি কংলৈপাক মনিপুরগী ওইনদি য়াম্ন মরু ওইব্রে ।। কংলাগী ৱারী ৱাখোঙ য়াওদব কংলৈপাক মনিপুরগী লাইনীং, নাৎ অমসুং পুৱারীগী মশক অদুদি য়াইবী থৱায় য়াওদ্রব তাইবং হকচাংগী মশক্লি ।।০।।



# ৭

## কংলা ফম্বাল তোংবদ ঈনাৎ লাইনীংগী থৌরম

কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌ ওইদুন লৈশেম লৈঙাক্কী থবক পাঙথোক্লবগীদমক লৈবাক অসীগী লাইনীংগী ওইব অরিব চৎনবীগী মতুং ইন্ন ঈরাৎ থৌরম কয়া পাঙথোকপগ লোয়নন নিংথৌ ওইগদব মীশক অমন মহাক লৈবাক অসীগী নিংথৌ ওইরে হায়বদু লৈবাক মীয়াম খঙন কংলা মেন লৈখুল মথক্ত লৈব ফম্নব ফাল অমগী মথক্ত কাব/তোংব/ফম্নবু নিংথৌ ফম্বাল তোংব কৌই ।। নিংথৌ ফম্বাল তোংববু ফম্বাল কাবসু হায়নৈ ।। কোনুং শেমদুন লৈবাক্কী মপু ওইরিব নিংথৌন ফম্বাল তোংব অসী কংলা মেন লৈখুন্দ (সুরুংদ) তোংব মরমদগী ফম্বাল তোংববু মেনতোংব হায়নসু কৌনৈ ।। লৈবাক অসীগী নিংথৌশিংন মতম মতমগী খুদোংচাব য়েংদুন লৈবাক অসীগী অতোপ অতোপ্প মফমদ, চীংয়া তময়াদ ওইরবসু কোনুং কয়া শেমদুন লৈখিব য়াওই; খুদম ওইন লাংথবান (কানচিপুর) কোনুং, লম্মাংদোং (বিষ্ণুপুর) কোনুং, শঙাইথেল, কোনথৌজম য়ুমফম অসীনচিংবনি ।। অসুম্ন মফম অতৈ অতৈদ কোনুং শেমদুন নিংথৌশিংন লৈখিব য়াওরবসু ফম্বাল কাব/তোংবদি কোনুংলেন কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) দ কানরকখি /তোংনরকখি ।। লৈবাক অসীগী নিংথৌশিংন কংলা ফম্বাল তোংব হায়বসী লাইনীংগী ওইব ঈরাৎ থৌনিরোল কয়াগ লোয়নব য়াম্ন কুপথব অমসুং মতম শাংনসু চৎথব থৌরম অমনি ।। থৌরম অসীবু লামায় ৭/৮ দ মপুঙফান শীংথাব হায়বসীদি ওইথোক্লরোইদব থবক্নি ।। অদুবু কংলা মনুংদ পাঙথোকপ থৌরম অম ওইবদগী লইরিক অসীদ য়াওশিন্দব য়াদ্রব তঙাইফদ্রব শরূক অমনি হায়ন খনজবদগী থৌরম অসীগী চাউরাকপ শক্তম অম য়াম্ন শমজীনব মরোঙদ শীংথারি ।।

কংলৈপাক মনিপুর পুবারীগী অহানব নিংথৌ অসী খৃস্তকুম ৩৩ দগী পানখিব নোংদা লাইরেল পাখংবনি ।। অরিব লাইরিক ফম্বাল মসিল গী মতুং ইন্ন — নোংদা লাইরেল পাখংব, খুইয়োই তোম্পোক, তাউথিংমাঙ, খুই- নিংঙোনব, পেংশিব, কাউখংব — নিংথৌ তরূক অসীদি কংলা মেন্দ ফম্বাল তোংখিদে ।। নিংথৌ তরূক অসীদি কংলাগী ঙমখৈ মনুংদদি লৈব মফম তরূক হায়বদি — লাংশঙ, ৱোকশঙ, নোংহুমশঙ, সুমশঙ, য়ুমজাউগী লপলেনকা অমসুং ফান্দোন — মফম তরূক অসীদ মথং মথং ওইন ফম্বাল কাখি ।। কংলা মেন্দ অহানবগী ওইন ফম্বাল কাখিব নিংথৌদি নাউখম্বনি (খৃস্তকুম ৪১১- ৪২৮) ।। নিংথৌ নাউখম্বগী মতুংদ নাউফংবসু (খৃ: কু:৪২৮-৫১৮) মবুথৌ পাখংবন — *"নংন ফম্বাল কাগে হায়রবদি কংলাদ কা-ও ।। খাখোং, লাইখোং, মরোখোং — খোং অহুমকী ঈরেল অসীদ মী-পোং, শা-ঙা, তীন-কাঙ পুম্নমক্কী থৱায়বু য়াম্ন পৈদন লৈবনে ।। থৱায় পুম্নমক অদুবু চোইখিদনব মখুন অদুবু মেনশিন্দুন ফম-ও ।। ফম্বাল্লাংদি নুমিৎকী থাগী মকোয় তম্ন শাদনা ফমও হায়রমএ" ।। (ফম্বাল মসিল)* — হায়দুন মবুথৌগী য়াথং মতুং ইন্ন কংলা মেন লৈখুন্দ ফম্বাল্লাং অকোয়বদ ফমদুন ফম্বাল তোংখি ।।

নিংথৌন কংলা ফম্বাল তোংবগী থৌরমদ ঈরাৎ থৌরমগ লোয়নন কংলা ঙমখৈ মনুংদ লৈব শঙ কয়াদ চঙবগী শরূক য়াওরি ।। শঙশিং অদুদ চঙব মতমদ করম্ব খোঙল হান্ন থাংজিনগদগে হায়বনচিংব কুপ্প য়াওরি, মদুদি — ১) নিংথৌন কংলাশঙ চঙবদ ওয়থংব খোঙন হান্ন ফান্দোল কানগনি ।। ওয়ন থুংগনি অদুগ হন্দোক্লকপদ য়েৎন হান্ন হন্দোক্কনি ।। ২) নিংথৌন য়ুমজাউ চঙবদদি থোঙজীন্দ খোঙ অনী মান্নন লেপকনি অদুগ য়েৎন থাংজিনগনি ।। খুন্দোম শাগেগী থৌগাল চঙব নুপা অদুগী মখুৎ নেৎকনি ।। খোঙ ওয়ন হনগনি ।। ৩) নোংহুমশঙ চঙবদি নিংথৌগী খোঙ য়েৎন হান্ন থুংগনি ।। ৪) লাংশঙ চংবদি খোঙ য়েৎন থুংগনি অদুগ ওয়ন হনগনি ।। ৫) ৱোংবশঙ চঙবদ খোঙ ওয়ন থুংগনি অদুগ য়েৎন হনগনি ।। ৬) সুমশঙ চঙবদদি ওয়ন হান্ন থুংগনি, য়েৎন হনগনি অদুগ খৃবাক খৃদোক্লমগনি ।। ৭) লৈখোমশঙ চঙবদ ওয়ন হান্ন থুংগনি অদুগ থোঙজীন্দ পায়দুন য়েৎন হনগনি ।। ৮) খামশঙ চঙবদদি খোঙ অনীমক

মায়োক্লন থুংগনি অদুগ খোঙ ওয়ন হনগনি ॥ ৯) য়াওরৈ চঙবদ খোঙ ওয়ন থুংগনি, অদুগ য়েৎন হনগনি ॥ ১০) খুনথাম চঙবদদি মীৎন হান্ন য়েংদুন চঙগনি অদুগ খোঙ য়েৎন হন্দোক্লক্কনি ॥

নুমিৎ ৫১নি সুরগ শঙ্গাইগী চীংখৈ পাংব চিথেক্ত উতংব্রান শগাই অম শাগনি ॥ শাবগী মরোঙদি মরেপ খূবোম অম, লৈচঙ খূবোম অম, ময়ুং খুদুপ অনী, মফৈ খূদুপ অম পাক্ল শাগনি ॥ শগাইগী পয়াসু উতংব্রাগী, লাসু উতং লান ওইগনি ॥ খমুং কিকোইগী শক্তম অম লৈপাক অমুবন শারগ ফিশেৎ লৈতেং তৌবীদুন শগাই মখাদ ফমহনগনি ॥ তাইবংমপু অমসুং খমুং কিকোই অনীদ পোংচঙ চৈজঙ কয়া য়াওন কংকনি ॥ খূরায় পনথক অমসুং ব্রাংখৈ পনথক লাংকনি ॥ য়ুমজাউদ অমুক লাই ঈকৌদুন খুরুমগনি ॥ ঙায়েন্দসু খুন্দোময়াইদসু খুরুমগনি ॥ নুমিৎ ৭নিদ লাই কয়াসু খুরুমগনি, মদুদি — ১) নোংমাইজীং নুমিত্ত কংলা, ২) নিংথৌকাবদ নোংশাবগ নোংহুমশঙগ, ৩) লৈপাকপোকপদ কাকয়েলগ মোংবশঙগ, ৪) য়ুমশকৈশদ লিলগ সুমশঙগ, ৫) শগোলশেন্দ উচিগ ওকশঙগ, ৬) ঈরাইদ শনগ শামুথোঙগ অমসুং ৭) থাংজ নুমিত্ত শামুগ লাংশঙগ- অসীনি ॥

কুম অমদ লৈরিব থা ১২ গী থা থাগী ওইনসু কংলা মনুংদ লৈরিব শঙ কয়াদ পোংচঙ চৈজঙ য়াওন খুরুমগনি, মদুদি — ১) শজিবু থাদ য়ুমজাউ, ২) কালেন্দ শঙ্গাই, ৩) ঈঙাদ লৈখোমশঙ, ৪) ইঙেন্দ হীরুশঙ, ৫) থব্রান্দ লাকখোঙ, ৬) লাংবন্দ লাকতোন, ৭) মেরাদ উত্রা, ৮) হিয়াংগৈদ চৈরাপ, ৯) পোইনুদ য়োইরেল, ১০) ব্রাকচীংদ মাইবশঙ, ১১) ফাইরেন্দ ঈশৈ শকপশঙ অমদি শিনশঙ অমসুং ১২) লমতাদ শঙ পুম্নমক্কী মকোক ওইব শঙ — শঙলাক খুরুমগনি ॥ কংলাগ ওকশঙগসু খুরুমগনি ॥ ফান্দোন্দসু ফম্বাল থাফমদ ঈশাইফু অনীদ নোংজেংদগী ঈশিং থন্ন শোক্লগ সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই হাপ্তুন থমগনি ॥

নিংথৌগ লৈমগ অনীমক লাইশোল থৌরম য়াওন চীনত্তে মায়তাগনি ॥ য়ুমজাউ লপলেন কাদ ব্রাশক্লগনি ॥ মসীদ লৈম, নিংথৌ অমসুং নিংথৌগী ইবেন্ম তরেৎসু য়াওগনি ॥ পোৎলম চৈরম সুন থল্লগ ঈশায়ফুদ মি য়েংগনি ॥

মসীদ মাইবী য়াওগনি ॥ লৈম নিংথৌ অনীমক ঈক্লানে, খোং ৩দগী ঈশিংনে — অসী য়াওব পুখম অনীদ লেপহন্দুন অনম অথৌ লাইশোল শোক্লগ মখোঙদ ঈশিং হৈথগনি ॥ নোংহুমশঙদ উনিংথৌগী ফাল অমসুং ব্রাংগী খুদেং থাদুন *ঈরুপান লাইশোল* শোন্দুন খোঙ-খুৎ হ্যামদোক্কনি, মায়-মিৎ তাথোক্কনি ॥ মিয়েংফৃদ উশিল শিনগনি ॥

নিংথৌ ফম্বাল কাবদ শঙলাংমৈদ নুমিৎ ৫নি লৈগনি ॥ নোংমন তমপাকয়ুমদ চত্তুন পোৎচঙ চৈজঙ য়াওন লাই খুরুমগনি ॥ অমুকসু পোৎচঙ চৈজঙ য়াওন তুরেল তরেৎকী ঈশিংন ঈরুজগনি ॥ নিংথৌন ফম্বাল তোংবগী থৌরমগ মরী লৈনন ঈরম/খোং তরেৎকী ঈশিং হায়বদি — ১) খাখোং, ২) লাইখোং, ৩) মরোংখোং, ৪) নুংজেং, ৫) তাক্লা, ৬) লাঙ্গোনগী পুনসিখোঙ, ৭) লাইরেলখোং — দগী ঈবানবগী চৎনবীসু লৈ ॥ খোং ৭ অসীগী মনুংদ অহানবগী মরি অসীদি কংলা মনুংদ লৈ ॥ অদুগ লৈমগী মপামদ নোংম চত্তুন ইপুলাই খুরুমলুগনি ॥ নোংমন সরাংথেম লাইফমদ চত্তুন লমাবীগী লাইফম অনীদ থৌরম পাঙথোক্কনি ॥ হল্লক্লগ অহল্লুপ লোয়শঙ চঙগনি ॥ অদুগ কোনুংগী থোঙ ময়াদ মায় মিৎ তাথোক্কনি ॥ অদুগ অমুক শঙলাংমৈ চঙগনি ॥ মফম অদুদগী ফিজেৎ লৈতেং তৌদুন কংলাদ লাক্কনি ॥ মিকৌ লম্বী চৎকনি ॥ ওকশঙ য়ৌরমদাইন ইরুংবম শাগৈন *লাল লাউব* গী লাইশোল তৌগনি ॥ লৈ-সু কৎকনি ॥ ঈশৈ শকপন ঈশৈ শক্কনি ॥ তোয়বিজম শাগৈন কোনুংগী থোঙ্গান্দ থরাউচি খোংগনি ॥

নিংথৌন মেন্দ ফল্লিবৈঙদ শৈশকপন *ফম্বাল ঈশৈ* শক্কনি ॥ য়ুমজাউদন *সনা লমওক* শক্কনি ॥ য়ুমজাউদ নুমিৎ ৫নি লৈরিবৈঙদ শৈশকপন পোৎচঙ চৈজঙ য়াওন *অহিং হোনব* হায়ব ঈশৈদু শক্কনি ॥ অদুগ নিংথৌন লূক হারমদাইদ নুংথোনবম শাগৈগী শৈশকপন *চরাহুনব লাইশোল* শোনগনি ॥ চাক চারগ নোংহুমশঙদ অমুক চঙগনি ॥ নোংহুমশঙগী লপয়ানকাদ ফন্নগ মাইব, মাইবী, পেনা শৈশকপ অহুম্ন পোৎচঙ চৈজঙ য়াওন চীংঙু অহুসু খুরুমজগনি ॥ য়ুমজাউদ লৈরিবৈঙদ অশাংবম্ন পোৎচঙ চৈজঙ য়াওন নিংথৌগী খোঙ হ্যামগনি ॥ অরাম্বম্ন নিংথৌগী হুকচাংবু ঈরুজগনি ॥ থোঙঙাক লাইরেম্বীগী লাইফম থোঙ থিংগনি ॥

লোইরগ *মিকৌরোল শকুন* ঈশিং শোক্কনি ।। অসুম্ন লাক্লগ য়ুমজাউদ চঙলক্কনি ।। সুম্নু খোঙ থিংলুগনি ।। লোইরগ ঈশিং শোকলক্কনি ।। শুগ্গুদ ফম্বাল থৌরমগী ঈবানফমদি — *শক্লাইমাঙ ঈরেল* হাম্নব মফম অদুদগীনি ।। নিংথৌন য়ুমজাউ চঙবদ খোঙজীন্দ খুষ্টোবম শাগে ওইব নুপা অমগী মখুৎ নেত্তুন চঙগনি ।। লৈমন শাগে অসীগী নুপী অমগী মখুৎ নেংকনি ।। ফিজেৎ লৈতেং সুন, থাঙজৌ, থাঙ্গোলনচিংব য়াওন থৌতেম কৈসু কুমগনি ।।

নিংথৌগী ফম্বান্দ পায়নব থাঙ — ফম্বাল থাঙ শাবদ মাইবন কোনয়াই হুনগনি ।। লাইফম পুম্নমক্ত মাইব, মাইবী, পেনা অহুম্ন কোনয়াই হুনগনি ।। পোৎচঙ চৈজঙ য়াওন লাই বাংবরেলগী থোঙ থিংগনি ।। তুশাং তুরেলগী লাই খুদিংদ কোনয়াই হুনগনি ।। খয়োম লাক্কনি ।। লৈম নিংথৌ অনীন অচৌব হি অমদ তোংদুন চংকনি ।। মাইব, মাইবী, পেনা থৌগল তৌগনি ।। মাইবগ অশৈবগন হিবান্দ য়েদুন খরায়মি কৌগনি ।। য়ুমজাউগী লপলেন কাদ থুংগনি ।। শৈশকপন *মিকোল লমওক* শক্কনি ।। হি অদুন হেক থুংলবদ মাইবীন খোইজু, লৈখাম, ব্রাইমচং কম্বী অমদ হাপ্পগ মৈ থাদুন ওক্কনি ।। হিদেল য়ৌরকপদ নিংথৌগী ঈরোম্ন-ঈওম সুন ওক্কমগনি ।। অদুগ য়ুমজাউ লপলেন কাদ থুংলবদ খোইজু, লৈখাম, ব্রাইমচং মৈ থাদুন ওক্কনি ।। শঙ্গোংথিংব লাই, থাংজীং লাই, ঈথিংব লাই, কৌব্রু, ঈশৈ নিংথৌ, ককচীং নিংথৌ, লাংবুম নিংথৌ, চীংথাং লাইরেম্বী, য়াঙ্গোই নিংথৌ, থোংনাং নিংথৌ অসিনচিংব লাইয়িংথৌ লাইরেম্বীশিংবু খুরুমদুন থৌনিজগনি ।।

লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনব মেরা থাগী ১০নি পানবগী অয়ুক্ত থাঙ-অ, খুৎসু-খুৎলাই, চেঙ-পে, শগোল-শামু পুম্নমক য়ুমজাউ নাকথদ খুরুমগনি ।। খুরুম্বদ য়াওব হৈরুক লৈরককশিং অদু শামী লানমীশিংদ য়েনথোক্কনি ।। লাংমৈপুঙগী লাইফমদ শৌবোন য়াইগী লাইফম, য়াইরোক্কী লাইফম অমসুং ফম্বাল মফমগী লৈবাকসু খুরুমগনি ।। *কৈম্যাংথেকপ* (লাইশোল তীনশোন্ন শাগী মথরায় কৌরগ হাৎপ) লোইরগ নিংথৌন য়োইরেন লোয়শঙদ ফমগনি ।।

ফম্বাল শারিব খারা মখোঙ অদু কোয়নব অশাংব কি অম, থাকল অম, খারা মথক্ত থানব কি অম, খুনু অম অমসুং পোৎচঙ চৈজঙ কয়ামরম

য়াওগনি ॥ নিংথৌন ফম্বাল হেক কাবগ অহানব লাল *ফম্বাল লাল* চৎপদ মাইবী লুপকী শাখোম্ব শাগেন শামি লানমি খোমগনি ॥ শৈশকপন *ঔগ্রী লাইরোল ঈশৈ* শকনি ॥ মাইবন থবায়মি কোনশিনবগী লাইরোল শোনগনি ॥ অদুগ য়ুমজাউগী লপলেন কাদ লৈমনিংথৌ অনীমক ফমগনি ॥ মৈবা চিংদুন মৈ থাগৎকনি ॥ অসুম *তৌরিংভেদ লালকা ঈশৈ* শকনি ॥ অদুগ য়ুমজাউগী অৱাংথংব য়ুমজি নাকথদ শা-লানগী থবায়মি কৌদুন কুমগনি ॥ ইরুংব কৌব ফম্নাইবন *লালহোই* চৈ হায়ব শামি লানমি কৌবদ শীজিন্নব চৈ মখল তরেংথক অদু পায়দুন লানমি কৌগনি ॥ নুঙ্গোইবীদগী লা হেক্লগ পানা মরিদ য়েনথোক্কনি ॥ মাইবীন নিংথৌগী হৈরুক অম লাদুদ হাপ্তুন *লানচাক* থাগনি ॥

ফম্বাল কাব থৌরমগ মরীলৈনন য়াইরিপোক্ত লৈব শামুলাই, থৌবাল হাওখাদ লৈব লালগী শগোল, লমজাউ সামোক কোনজিন্দ পুকশৃ লাইরেম্বী অদুগ কুম ফহন্নবগীদমক বাংবরেল, থাংজীং, য়াঙ্গোই নিংথৌ, থোংনাং নিংথৌ মরিমকপু পোংচঙ চৈজঙ য়াওন খুরুমজগনি ॥

অসুম্ন ফম্বাল কাবগী থৌরম মতোল লোম্নবদ মাইবন য়ুমজাউদ লৈম নিংথৌ — অনীগী কা অমমম তোঙান্ন লেঙশিনহনগনি ॥ সুগ্নু থোঙ থিংলুব হন্নকপদ য়ুমজাউগী লপলেন কাদ থুংগনি ॥ লাই সোরারেল খুরুম্বদ কোরী থরাউচি অম, খীরোম্ন অম, হৈরুক পান অম, কোনয়াইপু, থাউমৈ ১০ য়াওগনি ॥

নিংথৌন ফম্বাল কাবদ নুমিৎ ৫নি গী মনুংদ য়ুম শেংগনি ॥ মাইবশঙ অহমন কংলাগী য়ুমজি মরিদ *লৈখোঙ নোংখোঙ অইব* হায়ব লৈপাক মরা তপ্পব লাই খুরুমগনি ॥ মাইবীশঙন ময়কৈ মরি পুবলাই — লৈখোঙতাউ, নোংখোঙতাউ, লৈশাতাউ, নোংশাতাউ — মরিবু খুরুমগনি ॥ অচানব লোয়শঙন পুরৈরোম্ব, সোরারেল খুরুমগনি ॥ হমনি সুবদ অচানবী অমসুং মাইবশঙ অহমগ-মরি তিন্নদুন খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং — লাইফম খুরুমগনি ॥ উশোই কারলদ কোনয়াই হনগনি ॥ মোংব শঙ্গাইদসু খুরুমগনি ॥ মঙানি সুরগ লৈম নিংথৌন *পোংশঙব শঙলাংমৈ* দ নীংথিন ফীজেৎ লৈতেং তৌগনি ॥ *নাউতা অরেম্ব* হায়ব ফমলুম্ন লাইনিংথৌ পাখংবদ পোংলম চৈরম কত্তুন খুরুম্লগ লৈম নিংথৌদ লৈকংকনি ॥ লৈম নিংথৌন তাঙবল লেংজাউ (দোলাই) তোংদুন কংলারোমদ

লেঙলক্লনি ॥ অঙৌব মচুবু পাম্বৈ ওইন পায়দুন ফম্বাল কাগনি ॥ *খোং অয়ুংবগী মমিংদি সনাহিং কোনসৌরেল কৌই* — হায়ন শোন্দুন নিংশা কামথোক্লগ মেন লৈখুল (সুরুং) অদু মেনগনি ॥ (খোং অয়ুংব হায়বসী কংলা মনুংদ লৈব লাইফম অমগী মমিংনি) অসুম্ব হায়রিব লাইফম অদু অমাংথোঙন মেন্দুন থমগনি ॥ অসুম্ব তৌরবদি লৈম নিংথৌ পুন্সি হায়বগী থাজনবী লৈনরকই ॥

ফম্বাল কাব নুমিৎ তরেৎনি সুবগ চয়োল তরেৎপু খুরুমগনি ॥ চয়োল তরেৎ লৈব মফমদি কংলা মনুংগী চৎলম হায়ব লাইফম অদুদ লৈ ॥ নিংথৌন ফম্বাল তোংলবদ — ফম্বাল কাবগী য়াইফ নুঙাই লাইশোল ঈশৈ শক্লব মতুংদ চহী কুইন নিংথৌ ওইহনবীয়ু হায়দুন ফম্বালগী ফানখোঙ মরিদ মায়কৈঙাকপ লাইশিংগী মৈংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন সনা শেনগোই, লুপা শেনগোই কক্লুন থৌজাল নিজগনি ॥ ফম্বাল কাবগী য়াইফ নুঙাই লাইশোল ঈশৈ শৈরোলদি ঃ

*লাইম্নিংথৌ পাখংবন*
*চীরেল লাংয়েন*
*লৈখাম চিম্লে ॥*
*থরাক লৈসুং চিম্লে*
*থরাকলৈবু হায়বদি*
*লোইদাম থাজবু হায়বনি ॥*
*সাবল লৈসুং চিম্লে*
*সাবল লৈবু কৌবদি*
*কোরৌ নুমিৎপু কৌবনি ॥*
*উরেক শেকপু হেক্লে*
*নোইনিং খোইবু হেক্লে*
*লাংমৈ পুঙদোং হেক্লে ॥*
*উরেক খেকরাই লৈবু হেক্লে*
*য়াংনু লৈবু হেক্লে ॥*
*লৈসুং হোঙলে হোঙলে*
*থরাক লৈসুং হোঙলে হোঙলে ॥*
*সাবল লৈন ঙানবঙম*
*খোঙঙাংসুং নীংথিরে, নীংথিরে ॥*
*অঙৌব পুরৈরোম্ব লৈবু*
*হোঙলে হোঙলে*
*উরেকশেকপু হোঙলে হোঙলে ॥*
*ঙানব লৈবু হোঙলে হোঙলে*
*নোংনিংখোইবু হোঙলে হোঙলে ॥*
*চেংলৈ লৈবু হোঙলে হোঙলে*
*লুন্নাং লৈবু হোঙলে হোঙলে ॥*
*উরেক খেকরাই হোঙলে হোঙলে*
*খুমন লৈবু হোঙলে হোঙলে ॥*
*য়াংনু লৈবু হোঙলে হোঙলে*
*মোইরাং লৈবু হোঙলে হোঙলে*
— — — — — —
*পীথীংনবু হোঙলে হোঙলে*
*পীতাম্নবু হোঙলে হোঙলে ॥০॥*

অসুম্ন শাংলব ঈশৈ পরীং অসি শকপ লোইরগ কংলা ফানখোঙ মরিদ সনা অমসুং লুপান মথংশীংন নুমিৎ অমসুং থা মান্ন ইকোয় কোয়ন শাব শেনগোই মরি মরিদং পায়দুন অমাইবন ফানখোঙ মরিমক্ত হুনগনি ।। মসীগী লাইশোন্দি — *"থবা, চেংঙা, য়চেং, য়ুহা ।। চকমরিংব, অংমরিংব, মুংমরিংব, মানচিব, হায়শাব — নখোয় পুন্নমান ননোংয়াই মৈদিংঙু তাইবং সোরারেল নমু পোংহনববু ফম্বাল চহৈ কুইন পানহনবী-ও ।।"* — হায়ন শোনগনি ।। অসুম্ন লাইরোল অসী শোল্লবদি লৈবাক্কী মপু ওইরিব নিংথৌন ফম্বাল চহী মতম কুইন পানব ঙমই হায়বগী থাজনবী লৈবদগী চৎনবী অসী অঙনব মতমদগী লাকখি ।। *(ফম্বাল মসিল)*

ফম্বাল তোংবগী কৃপ্পব অমসুং শাংলব থৌরম অসী নিংথৌরোল অম অনীগী হাক্তক্ত পুন্নমক মপুঙ ফান শাগৎখিবদি ওইরোইদ্র, নিংথৌরোল কয়াচঙন শেমগৎ-শাগৎখিব ওইগদ্র খনজে ।। থৌরম অসীদ হিন্দু লাইনীংগী ওইব লাইশিংদ ঈরাৎ থৌরম থৌনি পাঙথোকপগী শরূক য়াওদব অসীন উৎলিবদি — নিংথৌ ফম্বাল কাবগী থৌরম অসী থেঙথরবদ নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তদি মপুঙ ফারব থৌবম অম ওইন লৈরম্লে হায়বসীনি ।। নিংথৌন কংলা মেন ফম্বাল তোংবগী মবমদ খ্বাইদগী মপুঙফান অমসুং মরীকচুম্ন ইব অরিব লাইরিক্তি **ফম্বাল মসিল** কৌব লাইরিক অসীনি হায়ন মায়চৌ পন্দিতশিংন লৌনৈ ।।

করম্ব নিংথৌগী হাক্তক্তগীনো হায়ব চপ চাব মতম খঙদ্রবসু, কংলাদ মৈদিংঙুন ফম্বাল তোংব তারবদি অঙোম নিংথৌবু হান্ন ফম্বাল তোংহল্লী — হায়বগী ৱাফম অমসুং মসীগ মরীলৈনব ৱাফম অমন — অঙোম নিংথৌবু হান্ন ফম্বালদ ফমহল্লবসু মৈদিংঙুগ অঙোম নিংথৌগ অনীগী ফম্বাল তোংফম তিন্নদে, মৈদিংঙুদি কংলা মেন্দ ফম্বাল তোংবনি অদুগ অঙোম নিংথৌন অঙোমগী কোনুং পুরৈরোম্বগীদ ফম্বাল তোংবনি — *(মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংব : নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, অপুনব ৱারেং, ১৯৯৩)* — হায়রিব ৱাফমশিং অসী কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌন ফম্বাল কাব থৌরমগী তঙাইফদব মরুওইব শরূক অমদি ওইরোইদ্র খনজে ।। মরমদি থৌবোঙ অসীগী মতাংদ অরিব লাইরিক **ফম্বাল মসিল** দ করিসু পল্লমদে ।। মরম অসীন অঙোম নিংথৌবু হান্ন ফম্বাল

তেংহনবগী থৌরোঙ অসীদি মীতে কৃরূপকী মরুওইব শরক অম ওইরিব অভোম য়েক শলাইবু ইকাইখুম্নব উত্তুন মখোয়গী মীনুংশি ফংনবগী থৌরোঙ থৌশীল ওইগনি ॥ ১১সুব চহীচগী অরোইব মতম ফাওবদ কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাক বায়েল থৌশূবগী থবক্ত অভোম *নিংথৌ* গী কম অসী অৱাংব থাক্কী কম অম ওইন লৈরকখি ॥০॥



# ৮

## কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পুয়া মৈ থাব

ইনিংথৌ ইবুংঙো গরিবনিৱাজ পামহৈবন (খৃ: কুম ১৭০৯-৪৮) হিন্দু রামান্দি লাইনীং লৌরব মতুংদগীদি ইনিংথৌ অসীন মীতৈশিংগী য়েলহৌঙৈদগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনীংবু মুৎথৎনব অমসুং মীতৈ খুন্নাইবু হিন্দু খুন্নাইদ ওম্বোক্লবগীদমক থবক কয়া, মহাক্কী লাইনীং উজা সান্তদাস গোসাইগী পাউতাক মতুং ইন্ন পায়খৎপ হৌরকখি ।। সান্তদাসন্ন মীতৈ ময়েক্ল ইব লাইরিকশিং অমসুং পাখংবগী পাফল উবদ নিংথৌ গরিবনিৱাজদ — ইনিংথৌ, লাইরিকশিং অসীদি মীগী লাইরিক নত্তে ।। লাইগী লাইরিক্লে ।। তাইবংপান্দ য়াম্ন থুপ্ন লৈব লাইরিক্লে, য়াম্ন অরুবনে, অদুন মৈদ ওন্ন থাদোক্লো — হায়রবদ নিংথৌন লৈবাক খন্নখিগে হায়দুন সনা কোনুংদ লেঙশিনখি ।। সনা কোনুংদ নিংথৌগ লৈবাক মীয়ামগ খন্নরিঙৈদ চীংঙু মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাব লাক্লুন — হে নিংথৌ লৈবাক্কী মপু ইবুংঙো, ঐখোয়গী লৈবাক্কী লাইরিকপু মৈদ ওন্ন থাদোক্লো হায়বসিদি য়াম্ন তৌহৈদব ৱানি — হায়রবদ লৈবাক মীয়াম্নদি চীংঙু মায়চৌ খোংনাংথাবন চুম্মে, মায়চৌন হায়বদুন ফগনি খনখি ।। অদুবু নিংথৌন ইয়া ময়াদ্রব অদুদদি খোংনাংথাবসু হনব্রে ।। নিংথৌন লৈবাক মীয়ামদ হায়খি — হয়েংদি শামু তোংদুন কৈথেল পাউ চেল্লো ।। মীতৈ ঐখোয়গী লাইরিকমখৈ খোমগত্তুন কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পৈরো ।। অসিদগী লাইরিক অমতং লেমহৌরবদি লাইরিক থমহৌরিব মীশক অদু মশম মনা কোক্কনি, মতীকচাব চৈরাক পীগনি, অৱাফম তাহনগনি — হায়ন অঙম্বশিংদ শিন্নখি ।। নোংঙাল্লগ শামু তোংদুন পাউ চেনখি ।। অফংব লাইরিক মখৈ পুরক্তুন কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পৈরখি ।। মতম অদুদ চীংঙু মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাবন সনা কোনুংদ কারক্তুন নিংথৌগ উনরখি ।। মায়চৌ অসীন নিংথৌদ — লাইরিকপু মৈদ থাবদি নবুথৌ নিংথৌরোল কনাগী হাকথক্তসু

তৌরক্তে ।। ইনিংথৌন লৈপাক্কী মমা মপানি, মসী য়াম্ন তৌহেদব থবক্রি, লৈপাক্কী য়াম্ন অৱাব ওইগনি — হায়খি ।। মদু তারবদ নিংথৌন — গুরু সান্তদাস্ন হায়ব অসীদি নিংথৌ ঐন হান্ন য়াপ্লে ।। হৌজিক্তি য়াদব ঙন্নরোই —— হায়ন খুমখি ।। নিংথৌগী পাউখুম তারবদ চীংগু মায়চৌ খোংনাংথাবন —— অদুদি অফ-ফত্ত পুন্নমক নিংথৌগী নশরুক্লে — হায়রম্লগ হন্নখি ।।

গুরু সান্তদাস গোসাইন মখুত্ত থাঙ অমনে মৈবুল অমনে পায়দুন নিংথৌ য়াওন মৈ কোয়রগ পৈরিব পুয়াশিং অদুদ মৈ চূখি ।। *(নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, অরিব মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস)* কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পাঙথোকখিব পুয়া মৈথাবগী লাইবকথীব থৌদোক অদু চৈথারোল কুম্বাবা গী মতুং ইন্ন খৃস্তকুম ১৭৩২ মেরা থাগী ১৭নি পানব নোংমাইজীং নুমিত্তনি ।। থৌদোক অসীবু চৈথারোল কুম্বাবা দ অসুম্ন ইরি —— *"কুমশক ১৬৫৪ --- মেরা থাদি থাঙজনা হনএ ।। --- ১৭নি লংমাইচিংদা মৈতৈ লাইরিক মাঙহনএ ।।"* অদুগ লামায় অসীমক্কী চেনীংদ চৈথারোল কুম্বাবা বু লেংশিনবীরিবন অসুম্ন ইরি —— *"মহারাজ গরিবনিৱাজগী গুরু শান্তদাসগী থৌইনশিন্দগী অফংব মৈতৈ লাইরিক মখৈ শামু তোংদুন পাউচেল্লগ কংলা উত্ত্রা মমাঙদা পৈরগ মৈ থাখি ।।"* লাইবক থীরব থৌদোক অসী ৱাকচীংগী ২৩নি পানবদ থোকখিবনি হায়নবসু য়াওই ।। য়াম্ন তৌহেখিদ্রব থৌদোক অদুদ মমিং তেঙান তেঙানব পুয়া লাইরিক ১২০ (চামকুন) দগী তাদন মৈ থাখি ।। মৈ থাখিব লাইরিকশিং অদুগী মমিংশিং মখাদ পীজরি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | তাউরোইনাই য়াঙবী | ২) | পাখংবা য়াঙবী |
| ৩) | পাখংবা নাউয়োম | ৪) | পাখংবা থিরেন |
| ৫) | পাখংবা লাইহুই | ৬) | সনামহী নাউয়োম |
| ৭) | সনামহী লাইহুই | ৮) | সনামহী লৈখন নোংখন |
| ৯) | সনামহী থিরেন | ১০) | সনামহী লমহিং |
| ১১) | তাউরোইনাই পিচা | ১২) | লৈথক লৈখারোল |
| ১৩) | লৈখা নোংখারোল | ১৪) | লৈচিল্লোন য়ূম্বী |
| ১৫) | নোংলোন য়ূম্বী | ১৬) | নোংলোন লাইচম |
| ১৭) | নোংলোন ক্রথোং | ১৮) | নোংদোন লাংপুম |

১৯) নোংদোন লৈচিনলোন
২০) নোংদোল য়ূমচেৎপা
২১) লৈচিনলোন নাউয়োম
২২) লৈপাক্ত হৌব লৈচিনলোন
২৩) পাতাল লাংপুম
২৪) থিরেন সাকোক
২৫) থিরেন সীংকাপ
২৬) খুনুং সীংকাপ
২৭) থিরেন মৈরমলীবা
২৮) থিরেল লায়াৎ
২৯) থিরেল লাইচম
৩০) থিরেন চেম্পী
৩১) থিরেল থিপোকপী
৩২) থিরেল ক্রথোং
৩৩) লৈশাংখোং থিরেল
৩৪) য়ূম্বী থিরেল
৩৫) নোংমাইজীং থিরেল
৩৬) হৈপোক থিরেল
৩৭) লাঙ্গোল থিরেল
৩৮) কৌব্রু লাইখৈ
৩৯) থাংজীং লাইখৈ
৪০) চীংখৈ সেকনীং
৪১) চীংঙা লানখৈ
৪২) ললাম্বং লানখৈ
৪৩) ব্রাংবরেল সেকনীং
৪৪) নূংলোন লম্বুবা
৪৫) নূংলোন য়ূম্বী
৪৬) নূংলোন খরা
৪৭) নূংলোন লাইচম
৪৮) নূংলোন য়াঙবী
৪৯) সাকোক লাইচম
৫০) খোই মহৌ
৫১) মহৌ লাংপুম
৫২) মহৌ চাংদ্রাখেল
৫৩) মহৌ সেকনীং
৫৪) মহৌ ফাফী সাকোক
৫৫) মহৌ লাংপুমখেন
৫৬) তাম্থোঙ মহৌ
৫৭) লেমথোঙ মহৌ
৫৮) য়ূম্বী মহৌ
৫৯) লৈহৌ মহৌ
৬০) নোংপাই মহৌ
৬১) থেনখেন মহৌ
৬২) লৈচাই মহৌ
৬৩) থেনকা মহৌ
৬৪) নোংলোন মহৌ
৬৫) লৈরোল মহৌ
৬৬) চকপরোন মহৌ
৬৭) হিরি লংসুং মহৌ
৬৮) কিথুম মহৌ
৬৯) চকপরোন থেনকাবা
৭০) কোন্না নুংবুং কোইবা
৭১) নোংদোন হিরি
৭২) খুনুং সমপুম
৭৩) মানাংলোন
৭৪) চুনাংলোন

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৭৫) | মরাকলোন | ৭৬) | থিয়াইলোন |
| ৭৭) | হিরি লংসুংলোন | ৭৮) | চোংখুলোন |
| ৭৯) | খাম্বীরোন | ৮০) | লাইয়াং থেংগৌরোন |
| ৮১) | চরাপলোন | ৮২) | অপোকলোন |
| ৮৩) | অপোক লাংপুমলোন | ৮৪) | লংমাইচীং চীংগোইরোন |
| ৮৫) | হৈপোক চীংগোইরোন | ৮৬) | চীংথাং চীংগোইরোন |
| ৮৭) | থাংজীং চীংগোইরোন | ৮৮) | কৌব্রু চীংগোইরোন |
| ৮৯) | লোইজীং চীংগোইরোন | ৯০) | কোনজেং কোকফাইরোন |
| ৯১) | চোংখু লম্বী | ৯২) | খুনুং পুঙগোইরোল |
| ৯৩) | খাবী থেলেনলোন | ৯৪) | সিবিকা |
| ৯৫) | জতিং | ৯৬) | খুম্বোকয়াঙবী |
| ৯৭) | চীংসৎলোন | ৯৮) | মহৌ য়াঙবী |
| ৯৯) | উলোন | ১০০) | ব্রালোন |
| ১০১) | পাবোৎ খাংচীংলোন | ১০২) | সংবুম লাংপুমলোন |
| ১০৩) | ক্রি লংসুংলোন | ১০৪) | থায়াং হিবুকলোন |
| ১০৫) | সীংখল লাংখললোন | ১০৬) | সীংতাবুং |
| ১০৭) | সনা সেকনীং | ১০৮) | পোইঁরেতোন খুনথোকপা |
| ১০৯) | পোইঁরেতোন নিংচিং | ১১০) | খম্মোই য়াম্মোই সেকনীং |
| ১১১) | নোংশাব খুনথোক | ১১২) | নূংবী নূংথারোন |
| ১১৩) | ব্রাবা লাংকালোন | ১১৪) | কোংখা লাইচৌলোন |
| ১১৫) | সেল্লোই নিংচিংলোন | ১১৬) | পাফল উহৌলোন |
| ১১৭) | নুমিৎ খেনচংলোন | ১১৮) | থা খেনচংলোন |
| ১১৯) | থব্রানমিচাক খেনচংলোন | ১২০) | তাউমা হিয়াং কোললোন |

মথক্ত পীরিব লাইরিকশিং অসী নত্তব শক্র-শোন্নবদ শীজিন্নব লাইরিক অয়াম্বসু কংলা উভ্রা মাঙদ পৈরগ মৈ থাব অদুদ য়াওখি ।। *(লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ)* মমিং চপ মান্নব লাইরিক মশা অমত্তদ

লাইরিক মশীং কয়ামুক লৈবসু য়াওব মরম্ম মৈ থাগ্রিব লাইরিক মশীং অসী ৭০০ (চাতরেৎ) লোম্লি হায়বগী ৱাফমসু লৈ ॥

লাইরিকশিং অদু মৈ থাব লোইশ্লব মতুংদসু চীংঙু মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাবন সনা কোনুংদ অমুক কারক্তুন নিংথৌগ উনরখি ॥ করিগী লাকপনো হায়ন নিংথৌন হংলবদ মায়চৌ খোংনাংথাবন খুমখি — ঐন হায়ব নিংথৌন য়াদ্রবদি ঐন লৈব করিসু কাম্নদ্রে ॥ ঐদি লৈররোই ॥ নিংথেম্ম ঐগী লৈবাক্কী লাইনীং লমচৎ হুন্দোক্তুন মীগী লৈবাক্কী লাইনীং লমচৎপু অফব ওইন তৌরবনিন নবুধৌ পাখংবগী মউল অসীদি নবুধৌন লৈব মফমদ লীশিল্লম্লগে – হায়দুন মউল অদু হাপ্প উপু অদু পুদুন লাইন লৈব মফমদ লীশীল্লমখি ॥

লমদম অসীদ য়েলহৌমী ওইন লৈরক্লব মীতৈশিংগী লাইনীং, নাৎ অমসুং পুৱারীগী মচাক্ল থল্লব, হী-য়াইগী পুক্কে লনগৈগী মশক ওইরব, লাইওইবব ইপা ইপু চীংঙু মায়চৌশিংন থশ্বীরম্ব পুয়া লাইরিকশিংবু লমদম অসীগী কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন কংলাগী উত্তা শংলেন মমাঙদ মৈ থাখিব, নীংশিংলুবদ মীৎলুদগী পিরাং ঈহৌবক্লিব, য়াম্ম লাইবক থীরব, তমথিরব অৱা-তেংথানিংঙাই ওইরব থৌদোক অসীবু থৌদু নুঙপাক্ত হক্তুন লাইরিক ইবদগী হেন্ন হকচিন্ন, পুয়া মৈথাব হায়ন লৈবাক মীয়ামগী থম্মোইদ হকচিন ইশিন্দুন চহী ২৭০ রোম চুপ্প ঙসী ফাওব লৈরক্লি ॥০॥



## ৯

# কংলাদ পাঙথোকপ ঈনাৎ লাইনীংগী হরাউ-কুম্মেশিং

কংলৈপাক মনিপুরগী ময়োল কংলৈপুঙ ময়োল কংলা কোনুংলেন্ন লৈবাক নিংথৌগী ওইব হরাউকুম্মে কয়া চহীগী ওইন পাঙথোক্লুন লাকখি ।। ঈনাৎকী ওইব হরাউ-কুম্মেশিং অদু পাঙথোক্লরকপগী নুংগী ওইব ৱাখল্লোন অদু কুপ্প য়েংশিনবদগী ঐখোয়ন খঙব ঙমই, মদুদি হরাউ কুম্মেশিং অদুগী মনুংদ অয়াম্বদি লাইনীংগী ওইব ঈরাৎ থৌরম ওইন পাঙথোক্লরকপদগী অসুম অসুম চাউখৎলক্লুন হরাউ কুম্মেগী থাক্ত কাখৎলকখিব ওইন তৌই ।। মালেমগী ওইন য়েংব মতমদসু ঙল্লিঙৈ মতমদগী লৈরক্লব হরাউ কুম্মে অয়াম্ব লাইনীং লাইশোলগ মরী লৈনবগুম তৌই ।। কংলা মনুংদ পাঙথোক্লরকখিব মরুওইব হরাউ কুম্মে খর লৌখৎচরি ঃ

১ ঃ **পাখংব চেঙহোঙব** —— পাখংব চেঙহোঙব হায়ব হরাউ কুম্মেগী থাক্ত লৈরব ইবুধৌ পাখংবগী মফমদ ঈরাৎ থৌরম তৌদুন য়াইফ থৌজাল নিজবগী থৌরম অসী লৈবাক নিংথৌ পূন্ন কংলাদ পাঙথোক্লরকপ লাইনীংগী ওইব মরুওইব হরাউ কুম্মে অমনি ।। লাইনীংগী ওইব হরাউ কুম্মে অসী পাঙথোক্লবদি লৈবাক নিংথৌ পুন্সি নুংশাংব, নুংঙাই য়াইফব, লৈবাক মরা তপ্প, চাকহোঙ ঙাহোঙব ওই হায়বগী থাজনবী লৈরকপদগী হরাউ কুম্মে থৌরম অসী ঈরাৎ থৌনিরোলগ লোয়নন পাঙথোক্লরকখিবনি ।। হরাউ কুম্মে অসীগী মরমদ খুনুং লীচৎ শাজৎ কৌব লাইরিক্ত অসুম্ন ইরি —— "*কালেন থাগী পানখৎলকপ তরামঙানি পানবদ ইবুধৌ পাখংব চেঙহোঙএ ।। পাউনম হিদেন্দগী ঈকৌখৎলে ।। চীংঙু মরম্বু খোইয়ুম মমাইবন সনালমওক শক্লুন মাইবীন, পেনা খোংবন লাই থেমগৎলগ লৈম নিংথৌ, লৈবাক মীয়াম, ফমদৌ নিংথৌন পুখৎলে ।। লাইশঙ য়ৌরগ মাইবন অনম অথৌ কোক্লে ।। নাহৈথোক্লগ অহোংলোন শকই, পেনান ফম্মাঙ খল্লি ।। মাইবীন চীংঙু উদব মমিতম, খোইয়ুম*

*খঙদব মপা লাক্কুন লাইপাউ চেল্লি ।। লৈপাক মীয়াম্ন হরাউ কুম্মৈ তৌদুন নুংঙাই মথোই তোংএ ।। ঙমজব চেঙ-চাক, য়েনশাং-নাপী, ঙা-থুম মশীং লাকঙমদন কংলগ চাকচা হৈজানৈএ ।।" (লা: ১১)*

পাখংব চেঙহোঙবদ থুম মপাক ২৫, চুঙৌ ২৫, হৈ মনম নাইব ২৫, লৈশং শঙলেন মরোং ২৫, মরাক তাইরগ চেঙ হৈনব লা খর, লাই ফানখোঙ ৪গী চেঙ চেঙকোক ৪, চনীংগী চেঙকোক ১, লৃকলেন অমসুং পাম্বোমগী মেরুক ১৫/১৫ হৈগনি ।। মীতৈ থৃম মপাক, ঙানু মরুম, লফোই লফাং চঙ থোকপ ২৫/২৫, শি-থোকপ লফোই লফাং ১ (তীনখাই-লাইখাইবগী), ক্কা ৫০, মনা ৫০ চঙগনি ।।

খোং মাপল হায়বদি — ১) খাখোং, ২) লাইখোং, ৩) মরোংখোং, ৪) চরোইখোং, ৫) য়াম্বীখোং, ৬) ফিসুখোং, ৭) লিলহাখোং, ৮) মনুংখোং, ৯) নোংদমখোং — মাপল অসীদ লৈহৌলান খয়োম লাক্কনি ।। অহানবগী খোং অহুম অসীগী খয়োম লাকপগী মরোঙদি — লাংথরৈ মতোন, য়েরুম, চেঙ মেরুক অমসুং পৈশা ১/১ খয়োমদ হাপকনি ।। লৈহৌলা ৩/৩ ন খয়োমশিংদু য়োমগনি, পয়া ৩/৩ য়েত্ত লৈদু পুনগনি ।। কবোক নাচল ৭ হাপকনি ।। অদুগ অরোইবগী খোং ৬ অসীগী ওইনদি লৈহৌলা ৫/৫ ন য়োমগনি, য়েরুম অমসুং পৈশা ১/১ হাপকনি ।। খোং ৬ অসীগী অহানব খোং ৪গী ওইনদি পায়া ৫/৫ন পুনগনি ।। অদুবু অকোনবগী খোং ২গীদি পায়া মশীং ৭ অমসুং ৯ন মথং শীৎন পুনগনি ।। লিলহাখোং অমসুং নোংদম খোংগীদি খয়োম মখাদ খুদা শেল ১/১ হাপকনি, অতৈগীদি চেঙগ য়েরুমগ তাইনবদ খুনেৎ শেল ১/১ হাপকনি ।।

ফীরোয় ফীঙামগী মতাংদদি — লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীগী অনৌব ফীরোয় অসুব ১/১ য়াওগনি ।। লাইবুংথৌ ৯গী খুদৈ ৯, লফুৎ ৯, খোইরু থাউমৈ ৯, লাইনুরা ৭কী খুদৈ ৭, লফুৎ ৭, খোইরু থাউমৈ ৭; ফৌদাং ফৌ শঙবাই ১, থুম কাগুপ ১, ঙারি পরেং ১, খোইজু লৈখাম, উচাল শীংচেপ মৈরানচিংব চঙগনি ।। "তুবি ননোংয়াই নোংদা লাইরেল পাখংব, নঙগী নতীক নঙলবু থাঙমলোইএ ।। চীংঙু নঙগী নশাইওলদি হয়িচক্ত পাখং য়োইরেল

তোমপোকপ কৌএ ।। হয়াচক্ত তাংজ লিলহা পাখংব কৌএ ।। খুন্নুংচক্ত সেন্দ্রেং লোলাংপাখংব কৌএ ।। লাংবচক্ত তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংব কৌন লাংওল্লকপ লাইয়িংথৌ নঙবু ননাইন পুনেমজরিএ, তাথিবীগনো ।। হুম হৈ" — হায়ন খুরুমজগনি ।। *(ইনাংকী হরাউ কুম্মৈ)*

*লৈবাক মরা তম্প, চাকহোঙ ঙাহোঙব, লৈপাক নিংথৌ পুন্সি নুংশাংব ওইহনবীয়ু হায়বগী হিংন চাব মরম চাম, থোংন চাব মরম চাম, চবি চবান কংচরিয়ে, অশি থোঙ থিংবিয়ু, অচঙ থোঙ হাংবি-ও* — হায়ন ইবুধৌ পাখংবদ থৌনিজদুন লূক কংকনি ।। থৌনিরোল লাইশোল শোনগনি ।। (**পাখংব চেঙহোঙব** হায়বসী, ২০০৫ গী ফেব্রুরারীদ পাঙথোকখিব কংলা **ফোর্ত বোর্দ** কী অনীসুব মীফমদ বোর্দ অসীন চহীগী ওইন পাঙথোক্লব লেপ্লব্রব হরাউ কুম্মৈ মঙাগী মনুংচনব হরাউকুম্মৈ অমনি ।। **কংলা ফোর্ত বোর্দ** ন শেম্ব **কংলা** রিলিজিয়স কমিতি ন শীল্লাঙদুন ২০০৫ দগী **পাখঙব চেঙহোংব** অসী কংলাদ পাঙথোক্লক্লি ।।)

২ ঃ **সনামহী চেঙহোঙব** — সনামহী চেঙহোঙব হায়ব হরাউ কুম্মৈ অসী মীতৈশিংগী লাইনীং অমসুং নাংকী ওইব মীতৈশিংগ তংন থানব য়াদ্রব ঈরাং থৌনি মখল অমনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীবু ঈরাং থৌনিজবন মপুঙ ওইব হরাউ কুম্মৈ অসী লৈবাক্কী ওইন কোনুংলেন কংলাদ লৈরিব নিংথৌন লৈবাক মীয়াম পুম্নমক্কী মপী-মপা ওইন লুচিংবীদুন পাঙথোক্লরকখি ।। থৌরম অসী ঐখোয়ন ইশা ইশাগী য়ুমদ পাঙথোকচবসু য়াই ।। থৌরম অসী ইঙাগী ১৫নি পানব হায়বদি থানিল নুমিত্ত পাঙথোক্লরকখি ।। থৌরম অসীগী মরমদ খুনুং লীচং শাজং কৌব লাইরিক্ত অসুম্ন ইরি — "*লোইদাম ইঙা থা --- তরামঙানি পানব নুমিং অদুদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু মাগী মাগী য়ুমদ ওইরবসু, মীয়াম তিন্ন ওইরবসু চেঙ-চাক তাইবংপানবন চান-থক্লরিব অমসুং ফিরোল কত্তুন চেঙহোঙএ ।। ইঙা কুমদমএ ।।*" *(লা: ১২)* অরিব লাইরিক থালোয় নোংখায়লোন দসু অসুম্ন ইরি — "*ইঙা থাদ --- লাইয়িংথৌ সনামহী চেঙহোঙএ ।। কুমগী লাইজ ঈনিদুনা, নোংজু নোংশা ফবা মহৈ মরোং চুম্বু থৌনিয়ে ।।*" *(লা: ১২)*

সনামহী চেঙহোঙবগী থৌরম পাঙথোক্লবগীদমক্ত চেঙ চেঙকোক ৫/৬ লফোই লফাং ৫২ (য়াঙখৈ নিথোই), লা লাতোন, পয়া পরল, লাংথরৈ মতোল, ঙানু মরূম, লৈহৌলা খর, সনা-লুপা কোনয়াই, লাইশেল, য়োৎ খুনেৎ ২, শেল খুনেৎ ২, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীগী ফীরোই অসুব, মথোল অহুমগী থাকখল, শেকপিন ১/১, য়াংকোক ১০ য়াওগনি ॥

হৈথা লূকথাগী মরোঙদি — লাইয়িংথৌগী ফালখোঙ মমাঙদ লূকলেন ১, পাম্বোম য়েৎ ওয় অনীদ লূক ১/১, ফানখোঙ মরিগী লূক ১/১, ফানখোঙ মখাদ চনীংগী লূক ১, পুন্নমক অসী থাবদ লফোই চঙ থোকপ লফাং ১/১ হাপকনি ॥ চনীংদ থাব লফোইন উপাকনি, চমাঙদ থাব লফোইন লোংগনি ॥ য়েৎকী ফানখোঙ অনী লাইয়িংথৌগীনি উপকনি, ওয়গী ফানখোঙ অনী লাইরেম্মাগীনি লোংগনি ॥ লাইবুংথৌ ৯গী লফোই উপকনি, লাইনুরা ৭কীন লোংগনি ॥ লম কোল্লিব অমসুং খুল্লোন্নব লাইগী হায়বদি লাইৱাংব, ৱাংখৈ নিংথৌ, য়াইস্কুল থোঙলেন চাইচম্ব, থোঙলেন লাকপ, চাখাবা, মোংবহনব, কোনথৌজম য়ুমফম, হুনি নারোৎকী চেঙ খুৎলাক ১/১, লফোই ১/১ দং ওইরবসু হাপ্তুন থাগনি ॥ মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি হায়বদি — থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল অমসুং কৌব্রুগী মপা লাক্ল লূক ১/১ থাগনি ॥ মথক্ত পনখিব খুল্লোন্নব লাইশিংগীসু লূক ১/১ থাগনি ॥

লৈহুনগী মতাংদদি — লাইয়িংথৌ সনামহীগী লৈহুন তম্ব লোইরগ লাইয়িংথৌগী তুংলোমদ শঙলেনগী য়েক্ত নোংমাইগী অদুগ ওয়দ ফূরাগী লৈহুন তমগনি ॥ থৌগল চঙবগী মতাংদদি – অমাইব অহুম্ন অহোঙলোন শক্লনি, অহুম অমন খুমগনি ॥ মাইবী মঙান লাইগী হৈথা-লৈথা লৈহুন্নচিংব তৌগনি ॥ পেনা খোংব অমদি য়াওদব য়াদে ॥ লাইগী ঈরাৎ থৌরম অসীগী অশোয় অঙাম য়েংশিন্নব মাইচৌ (পন্দিৎ) অমসু য়াওদব য়াদে ॥

অমাইবন খোং ৯দ খয়োম লাক্লনি ॥ খয়োম খূদীংমক্ত ঙানু মরূম, চেঙ মেরূক, লাইশেল ১/১, লাংথরৈ মতোন ৩/৩ হাপকনি ॥ সনা লুপা কোনয়াই চনগনি ॥ খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং — খোং অহুম অসীগী খয়োমদি লৈহৌলা লারোল ৩/৩ ন য়োমগনি, উতং পয়া ৩/৩ ন য়েৎলোমদ পরৈ

লৈদুন পুনগনি ॥ চরোইখোং, য়াম্বীখোং, ফিসুখোং, লিলহাখোং, মনুংখোং, নোংদমখোং — খোং ৬ অসীগীদি লৈহৌলা মরোল ৫/৫ ন খয়োমদু য়োমগনি, উতং পয়া ৫/৫ ন য়েৎলোমদ পরৈ লৈদুন পুনগনি ॥ সনামহীখোংদ খয়োম লাকপগীদি লৈহৌরা ৭ন খয়োমদু য়োম্লগ উতং পয়া ৭ন য়েৎলোমদ পরৈ য়েৎলগ পুনগনি ॥ *(ইনাৎকী হরাউ কুম্মৈ)*

*লাইয়িংথৌ সনামহী তেংথা লাইশোল শোন্দুন থৌজাল* লনকুবীনবগীদমক পুনেমজগনি ॥ অদুগা লাইয়িংথৌ অসীদ *লূক কংপগী লাইশোল শোন্দুন — পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, পোইরৈ হেনব, ৱাংঙম থোইববু চরৈ ফীগাউ শান নিজরিয়ে ॥ চীংঙু নরলকুবু কুবিরম-ও ॥ খোইয়ুম নথৌজালবু লেপ্প তানফংনরবঁঙেনে ॥ চীংঙু নরম্বু, খোইয়ুম নমাইবন তিনথা লাইথা ৱাৎপসু চীংঙু নঙাক থোক্কী ঙাকথোকপিরম-ও, খোইয়ুম নকনথোক্কী কনথোকপিরম-ও* — হায়ন থৌজাল নিজগনি ॥ অসুম্ব লাইয়িংথৌ সনামহী চেঙহোঙবগী থৌরম লোইশিনগনি ॥ সনামহী চেঙহোঙব পাঙথোক্লরপগী মরুওইব মরমদি কুম অদু নোংজু নুংশা ফব, মহৈ-মরোং চূপ্প, চাকহোঙ ঙাহোঙব, য়াইফ নুংঙাইব পীনবীয়ু হায়ন লাইয়িংথৌ সনামহীদ থৌনিজবনি ॥ (**সনামহী চেঙহোঙব** হায়বসী ২০০৫ কী ফেব্রুৱারীদ পাঙথোকখিব **কংলা ফোর্ত বোর্দ** কী মীফম অমদ, বোর্দ অসীন চহীগী ওইন পাঙথোক্লব ৱারেপপ্পব হরাউ কুম্মৈ মঙাগী মনুংচনব হরাউ-কুম্মৈ অমনি ॥ ২০০৬ ত **কংলা রিলিজিয়স কমিতিনা** শীন্দুন কংলাদ অহানব ওইন **সনামহী চেঙহোঙব** পাঙথোকল্লে) ॥০॥

৩ ঃ **মেরা মেন তোংব** — মেরা মেনতোংব হায়ব ঈরাৎ থৌনি হরাউ কুম্মৈ অসী কুম অমগী মেরা থাদ পাঙথোক্লরকখি ॥ থৌরম অসী পাঙথোক্লগা লৈবাক মরা তপ্পী, নুংঙাই য়াইফ ওই হায়ন য়াম্ন ঙল্লিবঁগে মতমদগী হৌন লৈবাক নিংথৌন থাজনরকখি ॥ মেরা থাদ থৌরম অসী পাঙথোক্লরম্মী হায়বগী মতাংদ অরিব লাইরিক থালোয় নোংখায়লোন দ অসুম্ন পল্লম্মী — *"মেরা মোনতেংথা, লোইবী হৌচোংথা পোইরৈ পুম্না হুপ্না হরাউ তোইতাউনব থা --- লোইদাম আরে মেরা থা-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা ॥"*

'মেরা মেনতোংব' হায়ব থৌরম অসী হৌরকপগী মতাংদদি — লৈবাক নিংথৌবু ৱাহনগে, ওৎ-নৈগে হায়দুন লাকখিব অৱোংপ লাই হুনি অমসুং নারোং কৌব লাই অনীন নিংথৌ ইরেংবদ (খৃ: কু: ৯৮৪-১০৭৪) লৈবাক্কী য়াইফ নুংঙাই ওইনবগীদমক হায়রম্বদগী থৌরম অসী ওইরকখি ।। মতাং অসী **সকোক লমলেন অহানব** কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন হায়রি — *"নিংথেম্ন হায়রকএ – হে লাই অৱোংপ মনিমা-ও, নিংথৌ ঐগী লৈবাক অসীদ নবিংঙানা পাম্বা খন্নরো — হায়রবদা হুনিনা হায়রে --- হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নিংথৌ নঙগীদমকপু লৈবাক য়াইফনবা ৱারম অমবু হায়পিরমগে — কুম ৱোইরকপা খুদিংদা নবুধৌ পাখংববু শাইব লীকাংথক্তা মেরা মেন তোং-ও ।। অতাই ঈরাং-ও --- অসুম তৌরগ লৈবাক মরা চেৎন য়াইফনা পানগদবনে খঙ-ও --- অসুম হায়রবগা নারোংনসু হায়রকএ – হে নিংথৌ অপানবা-ও নারোং ঐগী ইফমদি লৈশাং হিদেন মপান্দনে ।। তৌবসুং ৱারম অমতুম হাযগে — লৈবাক য়াইফনবা নবুধৌ পাখংববু কাউগনো --- লৈবাক য়াইফনবা লাই অনীমানা হায়রম্বা য়াথং মতুং ইন্না মবুধৌ পাখংববু শাইবা লীকাংথক্তা মেন তোংহল-এ ।।"*

মেরা মেনতোংবগী হরাউ কুম্মৈ অসী পাঙথোক্লবগীদমক মেরা থাগী ১০নি পানবা নুমিত্ত উহৌ-উরেপ তমদুন উত্তাদ চীরোঙ হাপ্ল লাইশঙ অম শাগনি ।। মেরা থাগী থানিল নুমিত্ত মেন তোংবগী কুম্মৈ অসী পাঙথোক্কনি ।। মসী নোংমতগী ওইব থৌরমনি ।। থৌরম অসী পাউনম হিদেন্দ পাঙথোক্কনি ।। লাইয়িংথৌ পাখংব অমসুং লাইরেম্মা লাইসনাগী কোনমায় অনী অদু ফীরোয়-ফীঙাম অসুব শেৎকনি ।। লাই অনী অসী লেঙশিন্নব হি অনী খাবক লাক্কুন থমগনি ।। লা, চেঙ, ঙানু মরূম, লাংথরৈ, হৈবী মনা শিংজু, লাইশেল, কবোক অথুম-অহাউ, হৈরূক লৈরূক, নাহৈফু, তাইরেল পুংফাইনচিংব য়াওগনি ।। ঈরাং থৌরম অম পাঙথোকপদ তঙাইফদ্রব লাইশোলশিং য়াওবগ লোয়নন *খয়োম লাইশোল* অমসুং *পাখংবা মেনলোন* শোনগনি ।। থৌরম অসী পাঙথোকপদ অমাইব ৩, অমাইবী ৩, পেনা শকপ ৪ য়াওগনি ।। 'মেরা মেন তোংব' গী থৌরম অসী পাঙথোকপদ লাইবুংথৌ ৯ অমসুং লাইনুরা ৭ কী চাকথাসু তমগনি ।।০।।

৪ ঃ **মেরা হৌচোংব** — মেরা হৌচোংব হায়ব হরাউ কুম্মে অসী কংলৈপাক মনিপুর অসীদ য়েলহৌঙেদগী খুন্দা লৈঅদুন লৈমিন্নরক্লব চীংমী অমসুং তম্মী অনীগী মপূনব শক্তম উংপ হরাউ-কুম্মে অমনি ।। খৃস্তগী অহানব চহীচাদ কংলাদ কোনুং ওইদুন পানখিব নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদ কুম খুদীংগী মেরা থাগী থানিল নুমিত্ত লৈবাক অসীগী চীংমী নিংথৌশিং, খুল্লাকপশিং অমসুং কংলা কোনুংদগী থাপ্ল খুন্দারিব তম্মী খুলশিংগী লুচিংবশিংন মখোয় মখোয়গী লোইন খমইনশিংগ লোয়নন মখোয় মখোয়গী অরৈ অরৈব পোৎলম চৈরম, মহৈ মরোং পোৎথোক কয়া নিংথৌগী মফমদ, মখোয় লৈবাক অসীবু নুংশিজব অমসুং কংলাদ কোনুং ওইদুন পাল্লিব নিংথৌ অসীবু মখোয়গী মপী মপানি হায়ন থাজজব মীওইশিংনি হায়ব উংপ তঙাই ফদ্রব মথৌদাং অম ওইন, খুদোল তম্ব লাকখি ।। মতমদু লৈবাক মীয়াম্ব নিংথৌবু মমা মপা ওইন খল্লিঙে অদুগ নিংথৌনসু লৈবাক মীয়াম্বু মচা মসুনি খন্ন লুন চান্ন লোয়নর্রিঙে মতমনি ।। লাক্লিব মীওই কাঙলুপশিং অদুন মখোয় মখোয়গী মনাংকী ওইব ফিজেৎ লৈতেং শেৎ-চাদুন থাঙ তানচিংব পায়দুন লাক্লরম্মী ।। মেরাগী ১০নি পানবদ লৈবাক মরা চেৎনবগীদমক্ত শন্দং অম নুঙ্গোয়বী লাইরেম্বীদ কৎলগ চীংবুরোয় হেম্ব তম্বু থনব পুম্নমক চামিন থকমিন্নরম্মী ।। চীংমী তম্মী অনী পূন্ন হরাউ মথোই কান হৌন লাউন হোই লাউদুন হৌ হৌ চোংদুন হরাউ ঈশৈ শক্লগ হরাউ জগোই শাদুন মেরা হৌচোংবগী হরাও কুম্মে পাঙথোক্লরম্মী ।। হরাউ কুম্মে থৌরম অসীগী মতাংদ খুনুং লীচৎ শাজৎ কৌব লাইরিক্ত অসুম্ন ইরি — *"লোইদাম মেরা থাগী তরানি পানবদ মেরা শন্দুব হায়ব ঈরাংপ থৌথোক তৌই ।। মদুদি নুঙ্গোয়বী লাইরেম্মাদ শা শন্দং কত্তুন ঈরাংলগ লোইবী চীংবুরোই হেম্ব তম্বু থনব পুম্নমক্ত পীজদুন হরাউ কুম্মে তৌই ।। মেরা হাওচোংব (হৌচোংব) কৌই ।।"* (লা: ১৫) হরাউ কুম্মে অসী করম্ব মবোঙদ পাঙথোক্লরম্বগে হায়বগী মতাংদ থারোন কৌব অরিব লাইরিক্ল অসুমন হায় — *"লোইবী হুইয়োমশা, চুম্বুন লানলে খেম, হুইরোং লূফা চিনবশিংনা লাঙ্গোই শামু উনবু চুঙলি লাইসম থাং, শরিক খিং খিং খিঙ, ঈঙেল লৈথেৎচুঙবু মরোঙ ঙক্ত হক, লোইবী কোইরেংঅ তেংনৌ অখোক ওইব অবু, তিমেন খাঙতপ পায়, সমু খোঙকাপ*

*তোয়ন লোইবী হাওচেং (হৌচোং) থানে ॥"* থৌরম অসীদ হরাউদুনা ঈশৈ শকপ, জগোই শাবত নত্তন অরম্ব নুঙ থাজংনব, নুঙ হনবনচিংব পাঙ্গল কনব অমবগী মশান্ন কয়াসু পাঙথোক্লম্মী ॥ য়াম্না শেংনা হায়রবদ মেরা হৌচোংব হায়ব অসীমক্তি চহী অমগী মনুংদ থা তরক্কী অশাব মতম্ম লোইশিন্নকপ, থা তরক্কী অয়াংব মতম্ম হৌরকপ, য়াম্নসু শাদব, য়াম্নসু ইঙদব, অয়াং অশা অনীগী তাইনফম লাংদাই ওইব, লৌউ শীংউবগী য়াম্না থবক চিনব মতমসু নত্তব মতম অসীদ য়েলহৌঙেদগী কংলৈপাক মনিপুর অসীদ খুন্দামিন্নদুন লৈমিন্নরক্লব চীংমী তম্মী মীওই কাঙলুপ পুম্নমক্ত জগোই শাদুন, ঈশৈ শক্তুন, মশান্ন কয়া শান্নদুন খুদোল পোৎ লান্নদুন অমসুং চামিন থকমিন্নদুন নুংশি চান্নন পুন্ন হিংমিন্নবগী য়াখল ফোঙদোকপ হরাউ কুম্মৈ অমনি ॥ মেরা হৌচোংব কুম্মৈ পাঙথোক্লিবৈঙে মেরাগী তরানি পানবদ শন্দুব থৌরম পাঙথোক্লিব অসীদি মেরা হৌচোংব হরাউ কুম্মৈগী য়াহৌদোক থৌরম্মি হায়ন লৌব য়াই ॥ লৈবাক্কী নিংথৌনসু মেরা হৌচোংবগী কুম্মৈ য়াওব লাকপ চীংমী শিংদ হান্ন থৌরাঙ তৌদুন থল্লব অচা-অথক কয়া পীজ পীথক তৌবগী চৎনবী অসী ১৯সুব চহীচা লোইরমদাই ফাওব লৈরম্মী ॥

মেরা হৌ চোংবগী থৌরম অসীদ অঙনব মতমগী করম করম্ব চীংমী কাঙবু লাকখিবগে হায়বসী হরাউ কুম্মৈ থৌরম অসীগী মসিল তাকপ অরিব লাইরিক্তগী ঐখোয়ন খঙব ঙম্মী ॥ থৌরম অসীদ, খুদম ওইন — চোথে, লাংতে, আইমোল, খুনবীচারম, তাংখুল খারূপ, তাংখুল অয়াংলুপ, মরিং, খোইপু, লাইরম চীংশাং, খারম চীংশাং, মকাসাং, ফাইরোং, তরাউ, মোয়োন, মোনশাং, পুরুম, অনাল, লূহুপ্পা, মকেং-থাঙ্গাল, নুরাথেল, ময়াংখাঙ, মোয়োন খুন্নৌ, মোয়োন খুল্লেন, মখুই, মখান খুল্লেন, মখান খুন্নৌ, কবুই চীংমায়, কাঙচুপ, কারাখুল, নাতোকপা, কোনশা খুলগী মীওইশিংনচিংব লাকখি ॥ ১৯ সুব চহীচা লোইরমদাই মতম অদুবাইগী মেরা হৌচোংবদদি হায়রিব চীংমী কাঙবুশিং অসীদগী হেন্ন লাক্লমগনি ॥ হরাউ কুম্মৈ অসীদ চীংমী কাঙবুদ নত্তন লৈবাক অসীদ লাম্ন খুন্দা লৈতান্দুন লৈরিব তম্মী কয়াসু লাকখি অদুগ মখোয় মখোয়গী পোৎথোক কয়া লৈবাক মপু নিংথৌগী মফমদ খুদোল তমখি, খুদম ওইন — লোত্তাক পাংপান অমসুং তুরেল মপান অব খুলশিংন শরেং, থাংচি,

ওমু, চীনওক খূদোল তন্মী ।। কুমফিন শরেং, থাঙচি, চীনওক, শেল, হেন্তাক খূদোল তন্মী ।। কক্চীংন খাইচা কংলি, কয়ন খোইচু, লৈখাম, য়াংকোক, সুমজিৎ, য়েন্দায়, চেঙচাম লুক খূদোল তন্মী ।। চীংমীশিংন ফি-রোল, থুম্মোক-তায়রুক লূবাক, চেঙবোন, লোং, হুইত্রি, শুমজিৎ, হৈ-রা অসীনচিংব পোৎলম চৈরম খূদোল তন্মী ।। চীংমী খরদি সন্দং ফাওব খূদোল তন্নব য়াওই ।। হরাউ কুম্মৈ অসীন লৈপাক অসীগী চীং তম অনীদ খুন্দাদুন লৈরক্লিব মীওই কাঙলুপ পুম্নমক্পু অমত্ত ওইবগী নুংশিনবগী লীপুন্ন চেৎন পুনশিল্লি ।। অসীগুম্ব চীংমী তন্মী মীওই কাঙলূপশিংগী অপূনবগী মশক উৎপ, হরাউ কুম্মৈন মপুঙ ওইব থৌরম অসী কংলা মনুংদ লৈব উত্ত্রাগী মমাঙ, কংলাশাগী নোংচুপ থংব অদুগ লাকখোঙগীন অব্রাং নোংচুপ ওইরপ, নুঙ্গোইবীগী খা-মোইবাংলাইজী পাংলপ ওইন লৈব লমপাক অদুদ পাঙথোক্লরম্মী ।। মেরা হৌচোংব হায়ব কুম্মৈ অসী কংলৈপাক মনিপুরদ খুন্দা লৈতাদুন লৈমিন্নরক্লিব চীংমী তন্মী অনীন য়াম্ন ঙল্লিঙৈ মতমদগী য়াম্ন নুংশি চান্নন অমত্ত ওইন লৈমিন্নরকপগী ময়েক লারব খুদম অমনি ।। (মেরা হৌচোংব হায়বসী ২০০৫ কী ফেব্রুৱারীদ পাঙথোকখিব কংলা ফোর্ত বোর্দ কী মীফম অমদ বোর্দ অসীন চহীগী ওইন পাঙথোক্লব ৱারেপ্পখ্রব হরাউ কুম্মৈ মঙাগী মনুংচনব অমনি ।। খৃস্তকুম ২০০৬ কী ওইন মৈরা হৌচোংব হরাউ কুম্মৈ অসী কংলা ফোর্ত বোর্দ কী মীৎয়েং মখাদ পাঙথোক্লবগীদমক কংলা রিলিজিয়স কমিতি গী মীফম অম চহী অসীগী জুলাই ৩১ দ পাঙথোকখি ।। কুমসি পাঙথোক্লিব অসীন বোর্দন পাঙথোকপ অহানব মেরা হৌচোংব হরাউ কুম্মৈনি ।। মেরাগী থানিল থাংজ নুমিত্ত কংলা হোলদ পাঙথোকখিব থৌরম অদুদ কংলা ফোর্ত বোর্দকী ভাইস চিয়ারমেন আর্ত অমসুং কলচরগী মিনিস্তর ফৈরোইজম পারিজাৎন চিফ গেস্ত, বোর্দকী মেম্বর, এম: এল: এ: আরঃ কেঃ থেখোন প্রসিদেন্ত অদুগ বোর্দকী মেম্বর, এম: এল: এ: ওঃ জয়ন গেস্ত ওফ ওনর ওইখি, 'কংলা রিলিজিয়স কমিতি' গী চিয়ারমেন প্রোঃ সাইরেম নীলবীরন 'কি নোৎ এদ্রেস' পীখি ।।)

**৫ ঃ শজীবু চৈরাউব** — শজীবু চৈরাউব হায়বসী মীতৈশিংগী কুম হৌবগী অহানব নুমিত্ত য়ুম্মুম খূদীংগী ওইনসু অদুগ লৈবাক নিংথৌগী ওইনসু

পাঙথোক্লরকপ পারম পুরমচৎকী ওইব মীতৈশিংগী থাগোন্নরক্লব লাইনীংগ মরী লৈনব হুরাউ কুম্মৈ অমনি ।। চৈরাউবগী থৌরম অসীগ মরী লৈননা কংলা কোনুংলেন্ন পাঙথোকফম থোকপ লাইনীংগী ওইব থৌদাং কয়ামুক লৈ ।। মীতৈশিংন চরক পুজা নুমিত্ত চৈরাউনরক্লিব অসীদি নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তগীত বঙ্গদেশ অমসুং আসামগী মতৌ তমদুন সৌরমান চৎতুন তৌখিবনি ।। *(মনিপুর ইতিহাস ২সুব খন্দ ঃ অতোম্বাপু শর্ম্মা, ১৯৪২)* মসীগী মমাঙদদি শজীবু থাগী নোংম পানবদ চৈরাউনরম্মী ।। লমতা থাংজ অহানব নুমিৎকী য়াচঙব মতমদ লাইফম মরী হায়বদি — ১) খুরায়পুঙ, ২) ব্রাংখৈ কোংব শৌদোনপুঙ, ৩) য়াইস্কুল লমদাইপুঙ, ৪) খ্বাই ব্রাংথোনবীপুঙ — মবীমক্ত কোনুংগী মাইব লোইশঙদগী মাইব ৭/৭ ন মতম চপ মান্নবদ থৌনিদুন খুম্থোঙ লাৎপগী থৌরম পাঙথোক্লনি ।। চৈরাউব নুমিৎকী নোংম ব্রাৎলিঙৈ নুমিদাং য়াচঙব মতমদ কোনুংগী অমাইবশিংন হৈবোকচীংদ লৈরিব লাইফমদ চত্তুন শীংশৎপগী থৌরম পাঙথোক্লুগনি ।। থৌরম অসীমক্তি লমতা থাগী অহানব থাঙজ নুমিত্ত লাইয়াম খুন্দিন্নরগ অনৌব লাক্কদব কুম অদুগী ওইন শিগদবশিংগী মশীং থাখিব শীংথেক শীংথাখিব অদুদগী লৌথোকপিয়ু, শিহনবীগনু, শীংশৎপিয়ু হায়দুন থৌনিজবগী থৌরমনি ।। চৈরাউব নুমিৎকী অয়ূক্ত ঈরু শাদেংনবগীদম কংলা মনুংদ লৈব খোং মরি হায়বদি ১) খাখোং, ২) লাইখোং, ৩) মরোংখোং, ৪) নুংজেং অদুগ মফম অতৈদ লৈব ১) পুরূক শৌবী, ২) লাইরেলখোং, ৩) লাঙ্গোলগী পুন্সি খোং — পুন্ন খোং তরেৎ অসীদগী ঈশিং শোক্লুরগ ঈরু শাদেংগনি ।। নাহৈগনি ।। অসুম তৌরবদি মী অমগী কুম অদুগী ফত্তব পুন্নমক কোকই হায়বগী চৎনবী লৈ ।। লৈবাক্কী মপু ওইরিব নিংথৌগী ওইনদি থৌরম অসী তঙাইফদন তৌদব সুকয়া য়াদে ।। নুমিৎ অসীদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী তাংবল অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীগী ঈশাইফু শেংদোক্তুন হৈরূক লৈরূক তনজম্নচিংব কৎলি ।।

নুমিৎ অসীগী অয়ুক্ত কংলা কোংনুদ লৈরিব ১) লাই নোংশাব, ২) ইবুধৌ পাখংব অমসুং ৩) য়ুমজাউ লাইরেম্বী — লাই অহুম অসীগী লাইশঙ থোঙ হাদুন, ফীরোয় ফীঙাম হোংদুন লৈসু কৎলি ।। লৈহুন কায়দন হুন্দুন, লূক কত্তুন থৌনিগনি ।। নুমিৎ অসীদ সনা কোনুংদগী মাইব, মাইবী,

পেনাশকপশিং থাদুন লাজোলদ লৈরিব থোঙজাক লাইরেম্মা, লাজোল নিংথৌ অমসুং তরুং লাইরেম্বী অমদি যুরেম্বম খুলদ লৈরিব লাইরেম্মা হুইনোন পোকপী — লাইশিং অসীগী ফীরোয় ফীজম হেংদুন, হৈরুক লৈরুক কতুন, অশি-থোঙ থিংবীরম্নব, অচঙ-থোঙ হাংবীরম্নব য়াইফ থৌজাল নিজবগী চংনবী থায়নতৌদগী লৈরকই ॥ নুমিৎ অসীদ সনাকোংনুদ লৈরিব মঙাং, লুয়াং, খুমন — চীংতু অহল্মক্ত ফীরোয় ফীজম, হৈরুক-লৈরুক কতুন যাইচৌন চহী অদুগী ওইন লৈবাক নিংথৌগী লাইনা লাইচং, য়ায়েল থৌদা, মঁহে মরোংদ মতীল মকাঙ অব, অক-কতগী য়ারমু লাইরিক পুয়াদ লৈরিব মরোলশিং অদু শাথোকুন নিংথৌ, অঙম-অথৌশিং অমসুং লৈবাক মীয়ামদ তাহন্দুন লৈবাক নিংথৌগী পুক্লীং লৌশিং ওইনে ॥ অসুম্ন চহী চহী অদুগী পাব পুয়া অদুবু কুম্নারোল কৌই ॥ *(শজিকু চৈরাউব ঃ ইরোম অমুবী)* নুমিৎ অসীদ পেনা লোয়শঙন লাইয়িংথৌ পোইরৈতোন্দ, মাইবী লোয়শঙন লাইরেম্মা লৈনাউতাবীদ অদুগ কৈরুংব লোয়শঙন য়াঙ্গোল নিংথৌ অমসুং য়াঙ্গোল লৈমগী মফমদ ফীরোয় ফীজাম, হৈ-লৈ কতুন থৌনিজগনি ॥ তনয়ৈশঙদ লৈরিব য়াংদৌব অমসুং য়াংদৌবী অনীমক্ত নূক কংলব মতুংদ নুংজেং ঈয়োক্লোমদগী অনৌব ঈশিং শোতুন তানগী ঈশিং শিনগনি ॥

নুমিৎ অসীদ খূরায় লাকপ, য়াংখৈ লাকপ, খ্বাই লাকপ, য়াইস্কুল লাকপ — লাকপ মরি অসীন মহাক মহাক্কী পানাগী ওইব কোয়েং অমসুং খদাঙচেং শীজিন্নদুন শগোল তেংলপ, মতোন্দ শরীক য়ানব চৈ ১/১ পায়দুন (মতোন্দ শরীক য়ানব চৈ অসী লৈবাক নিংথৌগী মতীক মঙম শক্তাক খুদম চৈনি ॥) ঙসীদগী অনৌব চহী অম হৌরে — হায়্নন মায়কৈ মরিমক্ত লৈবাক মীয়াম খঙনব লাউগনি ॥ অসুম্ন অনৌব চহী অম হৌরে হায়্নন লাউব অসীবু চহে (চহী) লাউব — চৈরাউব কৌই ॥ য়াম্ন ওল্লিঁঙে মতমদগী লৈরক্লম থৌরোঙ অসীদ, নিংথৌ কিয়াম্বগী হাক্তক্তগী (শককুম ১৪০৬) অহোংব অম লাকখি ॥ লৈকাই লাকপ মরিন অনৌব চহী হৌরে হায়্নন লাউথোকপ অদু তোঙ্গলা চহী খূদিংগী চৈবাব ১/১ হুপখি ॥ চৈবাকদুগী মখিং লৌদুন চহী অদু মপাক থাংলখি ॥ কুম অদুগী ওইন মহাক্ক লৈবাক নিংথৌগী অমা অনা পুব উনিলগীদু ওইখি ॥

হাক্কুমগী চৈথাব নুপাগ কুমসি চৈথাগদব নুপাগ অনী অসীন নিংথৌগী মাঙদ য়েৎ-ওয় ফমগনি ।। হাক্কুম চৈথাবন অসুম্ন লাউগনি — *"ঐবু শীজব ইবুংঙো! লাইয়িংথৌ নোংথৌরেল অথৌব-ও ।। নদাইরেম ঐন পুজরকপ চহী অসীবু নদাইরেম ইতাও (অনৌব চৈথাবগী মিং) ন পুজব কুম্ন লৈম নিংথৌ পুন্সিব, চাকহোঙ-ঙাহোঙব, ললহোঙ-থুমহোঙববু থোইন হেনব ওইসনো ।।"* অসুম্ন লাউরব মতুংদ অনৌব চৈথাবন অমুক অসুম্ন লাউগনি — *"ঐবু শীজব ইবুংঙো, লাইয়িংথৌ নোংথৌরেল অথৌব, তাইবং সোরারেল নমু পোংহন তাব-ও! নয়ু তুবী য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংবা, অঙৌব লংমাইনিংথৌ কায়নৌ চীংশোম্ব, চীঙডু অনীমাগী লোইদাম মকুম্মশাবু মৈন ৱায় তাংন শম্ন নয়ু নিংথৌরোল খুদীংদ কোংব লৈথোঙফাৎ, শজিবু লৈখুল ফুল, থাংজিং মখোক্লাং, খোক্লাং মচৈ খাও, পাখং হুয়েল লানপাম্বন, হুয়েল লান্দা খোক, কংলা মৈচল খোক, হুযেল লানমা লানচাউ ফান চৈ, শিনাই নানি লোংবন, খোক্লাং কামুচৈ, শরীক খিং খিং থাংন, লৈরক থৌগায় চৈবু, খোক্লাং লেংদ থোংন চৈথাব কুম, লোইদাম কুম্বা অনৌবন চৈকারকপ অসীদ ফত্ত হাওদি শাবাউ লানপাউ, কল্লক য়েক্ল পুম্নমক্তি থরৈ লেমলৈ তাবসনো ।। ৱারেম লানলেম, খুনচিন লানচিন, মীচিন মীপাউ, হকথি সোইনাই, তিনথুং লাইথুং, অরান অহুই পুম্নমক্তি নদাইরেম ঐন তাংজ লূদ থোংন পুজরগে ।। ঐবু শীজব ইবুংঙো লাইয়িংথৌ নোংথৌরেল অথৌবদি নুমিৎকুম মশোংচাউ, থাবাগুম মঙাল নাইন, কুমজা তেকহৌন, থাজ নৌহৌন পুন্সি চহৈ কুই, ৱাংঙম খোঙতোন শাং, তানথোং ময়ুং কুই, লেমখোঙ মফৈ পাকপ, পোইরৈ খুলহোঙ লৈহোঙব, খুনজাউ লৈচাউববু লেপ্ল তানফংলঙেনে ।।" (কংলৈ নিংথৌ চহী)* অসুম্ন লাউরব মতুংদ চৈথাব অনী অদু ফমফম ওম্থোক্লগনি ।।

শজীবু থাগী পানখৎলকপ তরেৎনি পানবদ কোংব লৈথোঙ ফাৎপ, শজীবু লৈখুন ফুনবদ পাখংব, পুরৈরোম্ব অনীমকপু অমাইবন ঈরাৎলি ।। মফমদি কোংবদনি ।। মফম অনী অদু নক্কন লৈ ।। মতাং অসীদ পনব য়াবদি — নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাঙদ পানখিব পাখংব লৈনুং লোনজা অরিবন লৈথোঙ ফাৎফমদি কংলা লৈথোঙদ ফাত্তুন থৌনিরম্মী ।। কোন্নদি কোংবদ লৈথোঙ ফাৎখি ।।

**মথক্কী ৱাফম খর অসীদগী ঐখোয়না য়াম্ন শেংন খঙলে মদুদি — মীতৈশিংগী কুম অমগী অনৌব চহী হৌরে হায়না লাউথোক্লুন খঙহনব শজীবু চৈরাউবগী হৱাউ কুম্মে নুমিৎ অসীদ কংলাদ লৈব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াগী মফমদ ঈরাৎ থৌনি থৌরম কয়া, কংলৈপুঙ ময়োন কংলাদ লৈরিব লৈবাক্কী মপী মপা ওইরিব নিংথৌ খঙন পাঙথোক্লুন লাকখি ।। কংলা মনুংদ লৈব লাইফমশিংগ থাদোক্লব য়াদব মরী লৈনরকখি ।।০।।**

৬ ঃ **ক্বাক তানব** — কংলৈপাক মনিপুর অসীদ হিন্দু লাইনীংন লৈবাক নিংথৌগী মপুঙ ওইব লাইনীং ওইন চৎত্রিঁঙৈদ কুম অমগী মেরা থাগী ১০নি পানবদ লমগী চেক্ল নোংগৌবী অম ফারগ কংলাগী নুঙ্গোয়বী লাইফমদ হুইয়েল লালু চল্লগ লাই নোংশাব, ইবুধৌ পাখংব অমসুং যুমজাউ লাইরেম্বীদ লালপাউ তম্বগী থৌরম অম লৈবাক নিংথৌগী ওইন কংলাদ পাঙথোক্লবম্মী ।। থৌরম অসীগী মতাংদ **খুনুং লীচৎ শাজৎ** কৌব লাইরিক্ত অসুম্ন ইরি — "*লোইদাম মেরা থাগী ১০নি পানবদা মেরা সন্দুবা হাযবা ঈরাৎপা থৌথোক তৌই ।। --- নিংথৌগী অফবা যাত্রাসু ওই ।। নিংথৌগী অঙম অথৌনা চীংনুং ৱাদি নোংগৌবী চেক্লা থৌরৈ ৱাকম্বোংবু ৱাযবা শাবু ওই, হুয়েল লাল্লু চল্লে ।। অদুগ মবুধৌ নোংশাবদা, মবুধৌ পাখংবদা, মবেনধৌ মোংবা থাঙ্গ যুমজাউ লৈমদা চীঙভু মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা হুযেল লালপাউ তম্মে ।। অদুগ হবাউ কুম্মে থাঙ-তাগী কুম্মো তৌএ ।। মতুংদা মৈদিংু মযাম্বা (গবিবনিৱাজ) সনা হাকথক্তগী নুমিৎ অদুদা ক্বাক্কী চানবা মচিঞ্জাক থাকলগা ক্বাক্লা পাইখিবা মায়গৈ য়েংদুন অফ ফত্ত ফল যেংই ।। ক্বাক তানব হায়ন মিংহুল্লি ।।*" **সনামহী লাইকন** কৌব অরিব লাইরিক অদুনসু অসুম্ন হায় — "*লোইদাম মেরা থাদ পোম্বী ৱাকম্বোং চীংনুং নোংগৌবীবু লোইদাম কুমশা থৌদি দশানন ক্বাক তানএ ।।*" **অসুম্ন চেক্ল নোংগৌবী ফারগ নুঙ্গোয়বীদ লালু চনবগী থৌরম্বু ইনিংথৌ ইবুংঙো গরিবনিৱাজ পামহৈবগী হাক্তক্তগীদি হিন্দু রামান্দি লাইনীংগী ৱাখল অমসুং থৌৱোঙ থৌদৌ খর হাপচিল্লগ ক্বাক তানব হায়ন কৌনরকখি ।।**

**অদুগ অমুকসু, লৈবাক অসীদ হিন্দু লাইনীং চৎত্রিঁঙৈদ কুম খুদীংগী ফাইরেল থাদ উ নত্তগ বান মীওইবগী হকচাংগী মৱোঙ মান্ন শারগ নিংথৌন**

কুম অদুগী ওইন লৈবাক্কী অফ-ফত্তগী মহৈ খঙনবগী অমসুং য়েক্লব ঙাকথোক্লবগীদমক উ নত্ত্রগ ব্রান শারিব মী অদুদ তেন্ন তমদুন কাপ্লম্মী ।। মদুদ পাল্লিব মফম অদু য়েংলগ লৈবাক্কী অফ ফত্তগী মহৈ য়েংলম্মী ।। মসীবু উকায় কাপ্প কৌই ।। উকায় কাপ্পগী মতাংদ অরিব লাইরিক থারোন দ অসুম্ন ইরি —

"--- *তুবী মমিয়োক লাইরেল মসানকনগী, য়োইহৈ নাকনবীনা মনু লাইহোইতান, খুৎচুম তেনলী থোক, লাইবক তেনবুম থি, মৈদিংঙু মদাইরেম হুইদ্রোন তেনজাইরোইনা কোংয়াং মীয়ু ওই, উরুপ ফান্দোং ওই, উকায় পানগা পায়, লাইরেল মৈদিংঙুনা ফমদৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহীকশাংগা লীরী থম্মোই তিং, লকা তেনমৈ লাক্ল ব্রায়রা সেঙ্গম থোং, উকায় পানগা তম্ন লোইদাম কুমশা থানে ।।" (লা: ৪৫)* উকায় কাপ্পগী থৌরম অসী ঙসী ফাওবদ লমদম অসীদ লৈরিব চীংমী খবন ফাইবেল থাদ লম্মীৎ কাপ্প, হীকাপ্প, হাকাপ্প হায়ন মিংথোন্দুন লথ্ং নত্ত্রগ উন মী শারগ লমদুগী খুল্লাকপ নত্ত্রগ ফম্নাইবশিংন তেন্ন তমদুন কাপই ।। মসীগী মরমসু কুমদুগী থোক্কদব ফত্তব য়েক্লব পুম্নমকপু ঙাকথোক্লবনি ।। উকায় কাপ্প গী থৌরম অসী লৈবাক অসীদ মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ/পামহৈবগী হাঙক্ত হিন্দু রমান্দি লাইনীং চঙলকঙৈদগী রাবন কাপ্প ন মহুৎ শিন্দুন পাঙথোকপ হৌখি ।। *(ক্লাক তানব ঃ আশোক কুমার, মতমগী খোঙথাং, ৪৮/৪৯ সুব মশীং)* ।। মেবা থাগী ১০নি পানবদ চেক্লা নোংগৌবী ফাবগ কংলা মনুংদ লৈব নুঙ্গোয়বীদ লালু চনব অমসুং ফাইবেল থাদ পাঙথোকপ উকায় কাপ্প হাযবসী লৈবাক নিংথৌগী ওইন কংলা কোনুংলেন্ন পাঙথোক্লকপ অরিব থৌরমশিংনি ।। উকায় কাপ্পগী থৌরম অসীদ য়োইমোংবগী মশানৌ তাউথিংমাংগী তেনবী যাইওইবন মশা শাগল ককখিব কাকয়েন মীঙম্বগী শক্তম অদু চরূন নত্ত্রগ লৈবাক্ল শাদুন থম্লগ তেন্ন তমদুন কাপ্পরম্বগী রাফমসু লৈ ।। লৈবাক অসীদ হিন্দু লাইনীংন লৈবাক নিংথৌগী মপুঙ ওইব লাইনীং ওইরকখিবগ লোয়নন, চেক্লা নোংগৌবী ফারগ নুঙ্গোয়বীদ লালু চনব অমসুং উকায় কাপ্প হায়ব থৌরম অনী অসী নুংদ থম্লগ, ক্লাক তানব অমসুং রাবোন কাপ্পগী থৌরোঙ অনী অসী কুয়োম ওইন লৌশিল্লগ ক্লাক তানব হায়ন নৌন মিংথোল্লগ, মীতৈশিংগী অঙনব মতমদগী লৈরক্লব লাইনীং অমসুং নাৎকী যুমফমদ শাগত্তুন কংলা কোনুংলেন্ন মেরাগী ১০নি পানবদ পাঙথোক্তুন লাকখি ।।

ক্বাক তানবগী অযুক্ত লানজীং পুরেল (সনাপতি) বু কংলা কোনুংলেন্দ কৌখত্তুন অনৌব ফীজোল তম্মী ।। নিংথৌন মাঙোন্দ কুম অদুগী শা-লালগী থবক নৌহৌন শিন্নে ।। মহাক্ন অমুক নুংথিলদ অনৌব ফীজোলদু শেত্তুন কোনুং কারকই ।। নুংথিলগী মতম অসীদ নিংথৌ, লানজীং পুরেল, অঙম-অথৌ পুন্নমক শগোল, শামু, তাঙবল লেংজাউ (দোলাই) তোংদুন বজাই বেঙ্গুল খোংদুন (মমাঙ্‌ঙৈদদি পুঙ য়ৈদুন, শেন খীঙদুন, পেনা তৌদ্রি খোংদুন চৎলমগনি) ক্বাকশঙ য়ৌন চৎলি ।। মাইব, মাইবী অমসুং পেনান নিংথৌগী থৌগল তৌই ।। হিন্দু লাইনীংন লৈবাক নিংথৌগী মপুঙ ওইব লাইনীং ওইরকঙৈদগীদি লাইনীং অসীগী অথোইব লাই রামজী প্রভু অমসুং বিষ্ণু থাকুরগী মফমসু চাউন লৈরকখি ।। নুমিৎ অসীদ ব্রাংখৈদগী রামজী প্রভুবু লৌখৎলুরগ মৈরা কৎলি ।। নিংথৌন ক্বাকশঙ চৎপদ রামজী প্রভু অমসুং বিষ্ণু থাকুরসু খোঙলেঙঙী ।।

ক্বাকশঙ য়ৌরদুন নিংথৌনচিংব লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্ন মহাক মহাক্কী ফমফমদ ফম্নব্রবদ লৈ লাংই ।। য়াংঙস্বম্ন নিংথৌদ য়াংঙৌ লৈ কত্তুন পাউ কৎলি ।। লাইফম, খাবম, অহল্লুপ, নহারূপ — পানা মরি অসীন মহাক মহাক্কী পানা ফীজোল শেত্তুন তা খৌশাই ।। থাঙ হাইবগী কুম্মৈসু তৌই ।। পানা হজারি অমন লুচিংদুন ক্বাক তাল্লুরগ ক্বাক পাইখিবগী পাউ অদু নিংথৌদ তম্লে ।। অতোপ্প পানা হজারি অমনসু লুচিংদুন রাবন কাপফমদ চৎলগ রাবন কাপ্পুবগী পাউ অদু নিংথৌদ তম্লে ।। পানাগী অঙম অথৌশিংন নিংথৌদ লালু চোমায়গী মহুৎ শিন্দুন ক্বা কৎলি ।। থৌরোঙ অসীমক্তি লানফমদ মায় পাক্রদুন অঙম অথৌশিংন য়েক্লবগী অককপ মকোক লালু চোমায় অদু নিংথৌদ কৎপগী মরোঙনি ।। ক্বাকশঙ শারিব অদুগী নোংপোকথংবদ ফীজঙ খল্লগ থন্নিব মিয়েংফৃ অচৌব অদুদ নিংথৌন লেঙশিল্লি ।। নিংথৌন য়া কাথোক্কুন লৈবগী মমি অদু মিয়েংফৃ অদুদ তাহল্লি ।। মায়চৌ পন্দিত য়াওন অমাইবশিংন নিংথৌগী মমি অদুদ সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই হুল্লি ।। নিংথৌন মিয়েংফৃদ য়েংলিঙৈদ অসুম্ন লাইরোল শোল্লি — *"হৌ, নপুক্র কোরৌ ওইরিব, ননম্ন য়াঙবী সুমদাই ওইরিব, নতু তুরীক খৃদীংদ সনান হাজং য়ৈরিব, লুপান কোঙ্গোল চাইরিব লাইয়িংথৌ ! লমলেনবু অনী থোক-ও, তুনেম্নু অহুম থোক-ও, হুল্লবনে হৌ ফরো ।।"*

ক্বাকতানবগী হরাউ কুম্মে থৌরম লোইরদুন নিংথৌন কংলা কোনুংলেন্দ লেঙশিল্লকপদ অমাইবশিং য়াওন পেনা শকপশিংন সনা লমওক, খোইজু লমওক অমসুং লানক্মা লমওক শক্কনি ।। নিংথৌন কোনুংদ লেঙশিনখ্রবদ অমাইবশিংন অসুম্ন লানবাউ তমগনি — *"পোইঁরে চীংখোঙ চীংয়াদ, হুয়েল লাল চৎলুবদ, মিরেল তোংবোইরে, অকন য়ানথেক্লে, অথৌ ককথৎলে ।।"* লানপাউ অসী তম্বগ লোয়নন লাল্লু চোমায়গী ক্বা অদু নুঙ্গোয়বীদ লাল্লু চন্দুন কৎকনি ।। মথৎদ নিংথৌন অমাইবশিংগ লোয়নন লাই নোংশাব, ইবুধৌ পাখংব অমসুং য়ুমজাউ লাইরেম্বীদ লানপাউ তম্লগ লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনব থৌনিগনি ।। য়ুমজাউ লাইরেম্বীদ অসুম্ন লানপাউ তমগনি — *"হে মোংব থাঙঙ য়ুমজাউ লাইরেম্মা, --- ঙসি কোরৌ নোংদ, নসু ইবুংঙো তাইবং সোরারেল নমু পোংহনবন, হুয়েল লানফম চৎলুববু, চীংনুং চেক্না চাদি নোংগৌবী, থৌরে ব্রাকম্বোংবু, ব্রায়র শাফারক্লে ।। হুয়েল লানফম খোইরক্লবগী, পোইঁরে মী পুম্নমক হল্লক্লে, ব্রাংঙম মীকোক তেক্তুন হলব্রাইরক্লবগী, মোংব মরাল য়াইদ হলব্রাইনখ্রে ।। পোইঁরে মীতৈ লৈমগী ফৈরা তাজীনথক্ত, হুয়েল লানপাউ তম্লকএ ।। চেঙজা নুঙ্গোয়বীদ হুয়েল লাল্লু চল্লমএ ।। নসু হেবুংথৌ, হেবেম্মশিংবু পুন্সি চহৈ কুই, ব্রাংঙম খোঙদোল শাং, তানথোং ময়ুং কুই, পোইঁরে লেমথোং মফৈ পাক্র, খুনজাউ লৈচাউববু কুবি-ও ।।"* অসুম্ন পাউদম্লব মতুংদ ক্বাক তানবগী থৌরম লোইশিনগনি ।।

মথক্কী ব্রাফমশিংদ য়াওরিব থৌরোঙ থৌদৌশিং অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙলে মদুদি ক্বাক তানব হায়রিব হরাউ কুম্মে অসীগী মপুঙ ওইব নুংগী ওইব ব্রাখল্লোন্দি নিংথৌন লাল চৎলুব অমসুং লানঙম ফিরাল থেক্তুন কোনুংলেন কংলাদ হল্লক্লগা লালগী লাইরেম্বী নুঙ্গোয়বী ঈরাংপদ য়ুমফম ওইব হরাউ কুম্মেনি ।। হরাউ কুম্মে থৌরম অসীদ মীতৈশিংগী অঙনব মতমদগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনীং অমসুং নাৎকী থাজনবী অমসুং থৌরমশিংদ কোন্ন চঙলকপ হিন্দু লাইনীংগী থৌরোঙ খর হাপচিনবগ লোয়নন নৌন চঙলকপ লাইনীং অসীগী অথোইব লাই অনীসু ঙাম্থোইদুন লৈবগী শরূক য়াওরি ।।০।।

**৭ ঃ হৈক্রু হিদোংব** —— হৈক্রু হিদোংব হায়বসী কুম অমগী মনুংদ অমুক্তং লৈবাক নিংথৌন পাঙথোকপ, ইবুধৌ পাখংবদ থৌনিজব থৌরমগী ওইব হরাউ কুম্মৈ অমনি ॥ লাইনীংগ মরী লৈনব হরাউ কুম্মৈ অসীমক্তি খৃস্তগী ১০/১১ সুব চহীচাদ অহানব ওইন হৌরকখিবনি ॥ লাই ফত্তব অৱোংপ লাই হুনি অমসুং নারেং অনীগী পাউতাক মতুং ইন্ন নিংথৌ ইরেংবন (খৃস্তকুম ৯৮৪-১০৭৪) ঈরাং থৌনিদ য়ুমফম ওইব হরাউ কুম্মৈ অসী হৌদোকখিবনি ॥ **সকোক লমলেন অহানব** কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুন্ন ইরি —— *"হে লাই অৱোংপা অনিমক-ও, নিংথৌ ঐগী (ইরেংবগী) সনা লৈবাক অসীদ নবিংঙানা পাম্বা খন্নরো —— হায়রবদ হুনিনা হায়রে --- হে নিংথৌ অথোইবা-ও, নিংথৌ নঙগীদমকপু লৈবাক য়াইফনবা ৱারম অমবু হায়পিরগে ॥ কুম ৱোইরকপা খৃদীংদা নবুধৌ পাখংববু শাইব লী-কাংথক্ত মেরা মেন তোং-ও ॥ অতাই ঈরাং-ও ॥ হৈক্রু হিদোং-ও ॥ খানিং মি কোল-ও ॥ মায়কৈ ঙাকপ -ক্রমংলাই ৯ মাবুসু ঈরাং থৌনি-ও ॥ অসুম তৌরগ লৈবাক মরা চেংনা য়াইফা নুংঙাইনা পানগদবনে ॥ --- অসুম হায়রগ নারোংনসু হায়বকএ —— হে নিংথৌ অপানবা-ও --- লৈবাক য়াইফনবা নবুধৌ পাখংববু কাউগনো ॥"* অসুন্ন, লৈবাক য়াইফনব লাই অনীমক্র হায়বম্ব য়াথং মতুংইন্না নিংথৌ ইরেংবন হৈক্রু হিদোংব হায়ব থৌবম অসী পাঙথোক্লুন লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবগীদমক মবুধৌ পাখংবগী মফমদ থৌনিজখি ॥ হরাউ কুম্মৈ অসী অহানব হৌগৎলকপদদি কংলা মনুংদ লৈব কংলা নোংলৈয়াং কৌব মফমদ পাঙথোক্লখি ॥ অদুদগী অমুক থাঙ্গপাত্ত পাঙথোক্লরকখি ॥ লৈবাক নিংথৌন হিন্দু লাইনীং লৌরকপগ ঈবোয়নন লমদম অসীগী লাইনীং অমসুং নাৎত অওনব কয়া লৈরকপগ লোয়নন মমৈথঙদদি বিজয় গোবিন্দগী থাঙ্গপাত্ত পাঙথোক্লরকখি ॥

হৈক্রু হিদোংব থৌরমগীদমক থাঙ্গপাৎ মপান্দ লৈম নিংথৌগী, তেংমাই লেপ্প অনীগী, অঙম অথৌ ফম্নাইবশিংগী, হিরোয় অমসুং খোঙবান চেনবশিংগী পোৎথাশঙ/ফমফমশিং শারম্মী ॥ লৈবাক অসীদ মীতৈ অয়াম্বন হিন্দু লাইনীং চৎলকপদগীদি লাইনীং অসীগী অথোইব লাই খরগী মফমসু চাউন লৈরকখি ॥ নোংপোক মৈরমদ বিষ্ণুগী মফম শেমদুন থম্নরকখি ॥ হৈক্রু হিদোংবগী হরাউ

কুম্মৈ অসী পাঙথোক্লবগীদমক নিংথৌগ বিষ্ণুগ তোংনব হিয়াং হিরেল — ২, অদুগ তান্ন হি-২ তঙাইফদন চঙই ॥ কুম্মৈ থৌরম অসীগীদমক কোনুংদগী নিংথৌন শামু তোংদুন অদুগ বিষ্ণুন শগোল তোংদুন লেঙথোক্লকই ॥ বিজয় গোবিন্দ অমসুং রাশেশ্বরী অনীন থাঙ্গপাত্ত লৈরিব খাবক লাকপ হি অনীদ লেঙশিন্দুন লৈ। লাই অনী অসীদ হৈক্রু পরেং অমগ চেঙ পরেং অমগ কংলি ॥ অদুগ হিদান্নগদব অনীদ শিবি ॥ হৈক্রু শিবন থোইব্রা, চেঙ শিবন থোইব্রা হায়বদু য়েংলগ মায়চৌ পণ্ডিৎশিংন লৈবাক নিংথৌগী ওইন কুম অদুগী অফ-ফত্ত ওইরক্লদব মহৈ অদু লেপ্পী ॥

হৈক্রু হিদোংব হায়ব হরাউকুম্মৈ অসীগী মতাংদ ঐখোয়ন খন্নব য়াব ব্রাফম অম লৈ, মদুদি — থৌরম অসীগী মপুঙ ওইবদি লৈবাক মরা চেৎপ, নুংঙাই য়াইফব ওইনবগীদমক হৈক্রু হিদোংহন্দুন ইবুধৌ পাখংবগী মফমদ থৌনিজবনি ॥ ব্রাফম অসী হিজগাঙদগী হি চিংথোক্লমদাইদ অমাইবন 'কোনজল যাইচনব' অমসুং 'অনম অথৌ কোকপ' লোইরব মতুংদ শোল্লিব *পাখংব তেমজাইবোল*'(থেমশৈরোল) কৌব লাইশোল অসীদগী খঙব ঙমই ॥ লাইশোল অসীদ অসুম্ন হায়রি — *"হা উং হা য়েং, হে ইবুধৌ পাখংব ॥ লোইদাম লাংবন থাগী (নুমিৎ মমিং) কোরৌ নুমিৎ ১১নি পানবদ হিয়াঙ তাউজিং হৈক্রু হিহোনজরগে ॥ নকুম কুমশীং কুমকাউদন, নথা থাশীং থাকাউদন থৌনিজবিয়ে ॥ নহালনোং কংলা নোংলৈয়াংদ তাউজিং হৈক্রু হিতোংববু চারোল খূদীং কায়দন, মীরোল খূদীং তত্তন হে ইবুধৌ পাখংব নঙবু থৌনিজরিয়ে ॥"* অসুম্ন শোল্লগ 'কোনয়াই' থাগনি, 'ঈশিং কোনথারোল' শোনগনি ॥ অদুগ হিয়াঙ তান্নে ॥ হৈক্রু পরেং শিবন থোইব্রা, চেঙ পরেং শিবন থোইব্র য়েংই ॥ থৌরম অসী ইবুধৌ পাখংবদ থৌনিজবগী থৌরমনি ॥ মরম অসীন ঈরাৎ থৌনিদ য়ুমফম ওইব হরাউ কুম্মৈ অসী অহানব হৌরকপ মতমদদি হৈক্রু পরেং অমসুং চেঙ পবেং অসী ইবুধৌ পাখংবদ কংলমগনি ॥ খাবক লাকপ হি অনীদ লেঙশিন্দুন লৈরিব শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দ অমসুং রাশেশ্বরী অনীদ হৈক্রু পরেং অমসুং চেঙ পরেং অনী অদু কংলগ তেংমায় লেপ্প অনীদ শিবিবগী থৌরোঙ অসীদি নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র নত্তগ মহাক্কী মতুংদ পাল্লকপ নিংথৌশিংগী হাক্তক্ত ওইরকখিব থৌরোঙ

ওইগনি ।। অদুগ খন্ননিংঙাই ওইব অতোপ্প ৱাফম অমদি — হিয়াঙ হিরেল অমদ বিষ্ণুন তোংব অসীনি ।। সনামহী লাইকন অমসুং খাগেম্ব লাঙজে দ ইরম্বগী মতুং ইন্ন তাইবং খায়ব লাইয়িংথৌ সনামহী হায়বসী গুরু সান্তদাস গোসাইন বিষ্ণু কৌরম্মী ।। (মতীক ময়াই য়েংলগ মান্নহনব ওইগনি ) শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মন ইব *মণিপুর ইতিহাস অহানব খন্দ* অমসুং বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মন খোমজীনব *সনামহী পুয়া* দ পিসনু (বিষ্ণু) হায়বসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং অম ওইন লৈ ।। কংলৈপাক মনিপুরগী পুন্নারী ইব কনাগুম্বশিংন *বিষ্ণুন হি তোংব সু খাগেম্ব মতমদগী হৌই* হায়ন ই ।। অদুবু চৈথারোল কুম্বাবা দদি *লাইন হি তোংবসু অদুঙৈ হৌএ* — হায়ন ই ।। *বিষ্ণুন হি তোংবসুং* হায়দে ।। খাগেম্ব হায়ব নিংথৌ অসীদি লাইয়িংথৌ সনামহীবু য়াম্ন চেৎন থাজন নীংজব নিংথৌনি।। নিংথৌ অসীন লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোংবু তরেৎ শেলহিংন হৈথিবনি ।। মরম পুন্নমক অসী কৃপ্ন য়েংশিল্লব মতুংদ অসুম্ন খল্লি মদুদি — খাগেম্বগী মতমদ হি তেংলিব লাই অসী চীংঙু খোইয়ুম অসীব তাইবংখায়ব লাই সনামহী ওইগনি ।। ঙল্লবদ মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ হাক্তক্ত নত্তুগ নিংথৌ অসীগী মতুংদ লাকপ নিংথৌরোলশিংদ লাই সনামহীগী মফম অসী লাই বিষ্ণুন শিনজিনখিব ওইগনি ।। লাইদ কংলব হৈক্রু পরেং অদু তেংমায় লেপ্পন শিরগ হিদ তোংলগ হিয়াঙ তান্নবদগী থৌরম অসীবু হৈক্রু হিদোংব হায়ন কৌনরকখিবনি ।। হৈক্রু পরেং লাইদ কত্তুন শিব অদু য়াওদ্রবদি ইচম চম্ন হিয়াঙ তান্নব কৌগনি ।।০।।

**৮ ঃ হিয়াঙ তান্নব** — লাইদ কংপ হৈক্রু পরেং অদু তেংমায় লেপকদব নুপা অদুগী ঙকশমদ শিজিল্লগ হিদোংদুন হি য়াঙব তান্নবদগী হৈক্রু হিদোংব কৌনখিবনি ।। হৈক্রু পরেং ঙকশমদ শিজিনব অসী য়াওদ্রবদি হিয়াং তান্নব কৌই ।। হিয়াঙ তান্নব অসী মীতৈশিংগী থায়নদগী লৈরক্লব নাংকী ওইব হরাউকুম্মৈ অমনি ।। চহী অমগী মনুংদ থা ১২ লৈরিব অসীগী ৮ সুব থা হিয়াঙ্গৈ হায়রিব মিংথোল অসী লৈবাক নিংথৌ লৈবাক মীয়ামগী ওইব হিয়াঙ তান্নব মশান্ন কুম্মৈ অসীগী মমিং লৌদুন থোনখিবনি ।। অরিব লাইরিক থালোয় নোংখায়লোন দ অসুম্ন ইরি — "*লাইরেল মৈদিংঙুনা বাকয়ৈ হিরেলথক্ত হিয়াঙ তেংমায়থিন্না, খোইয়ুম লাইথোঙ খুদীংদা, থেল্লাং কৈরাংলে ।। হিয়াঙ কুম্মৈ*

*শান্নরে ॥ হিয়াংকৈ থা-ও মিংথোল্লে ॥ (লা: ২৯)* হিয়াং তান্নব হায়ব কুম্মে অসী হিয়াঙ্গে থাদ পাঙথোকই হায়বগী মতাংদ খুনুং লীচং শাজং কৌব লাইরিক অসুম্ন হায় — *"লোইদাম হিয়াঙ্গে থাদ হিয়াঙ তান্নদুন কুম্মে তৌএ ॥" (লা: ১৫/১৬)* হিয়াঙ্গে থাদ পাঙথোক্লরকপ হিয়াঙ অম্নবগী কুম্মেদ লৈবাক্কী নিংথৌসু হি অমদ তোংদুন কুম্মে অদুবু হেন্ন মপুঙ ফাহনব হায়বসী মীতৈশিংগী অরিব চংনবী ওইরম্মী ॥ চৈথারোল কুম্বাবা দগী খুদম খর লৌখংচরি — ১) *"মৈদিংগু মুংয়াম্বন চহী ১৮দা কম্বাল কাইএ ॥ --- কুমশক ১৪৯৩ --- মুংয়াম্বনা অরুম হৌদুন হিয়াঙ্গে হি তোংদে ॥" (লা: ২৮)* ২) *"কুমশক ১৫৯৬ --- হিয়াঙ্গে থাদি লৈপাকপোকপন হনএ ॥ ১৪নি নিংথৌকাবদা নিংথেম পাইখোম্বা হি তোংএ ॥" (লা: ৪৯)* ৩) *"কুমশক ১৬২০ --- হিয়াঙ্গে থা নিংথৌকাবনা হনএ ॥ নিংথেম চরাইরোংবনা হিতোংএ ॥" (লা: ৬১)* ৪) *"কুমশক ১৬৩২ --- হিয়াঙ্গে থাদ নিংথেম পামহৈবা হি তোংএ ॥" (লা: ৭৪)* অসুম্ন হিয়াঙ্গে থাদ হিয়াং তান্নব পাঙথোক্লরকপ অসী কোন্নদি লাংবন থাদ পাঙথোকপগী চংনবীসু লৈরকখি ॥ মসীগী খুদমদি — ১) *"কুমশক ১৭০৯ --- লাংবন থা য়ুমশকৈশনা হনএ ॥ ৩নি ঈরাইদা খাবম লাইফম হিয়াঙ নাইএ ॥ লাইফম্না ঙমএ ॥ ৪নি থাঙজা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই ॥ অদু নুমিত্তা নহারূপ অহল্লুপ হিয়াঙ তঁম্নে ॥ নহারূপনা ঙমএ ॥" (লা: ১৪৯)* লাংবন থাদ হিয়াঙ তান্নব অসী নিংথৌ চন্দ্রকির্তিগী হাক্তকদি ফন ফজন চংনরকখি ॥ খুদম খর চৈথারোল কুম্বাবা দগী লৌখংচরি — ১) *"কুমশক ১৭৭৩ --- লাংবন থাদি ইমশকৈশানা হনএ ॥ --- ২২ নি য়ুমশকৈশদা হিয়াঙ কুম্মে য়েংবদা ইবেম্মশিং শামু তোংএ ॥" (লা: ৩০৯)*, ২) *"কুমশক ১৭৮৪ --- লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হনএ ॥ --- ২০নি থাঙজদা পানা হি তান্নবদা লাইফম খাবম অনীমক হি ওম্নন থুংএ ॥" (লা: ৩৫০)*, ৩) *"কুমশক ১৭৯০ --- লাংবন থা য়ুমশকৈশন হনএ ॥ ২৭নি নোংমাইজিংগী অযুক্ত মহারাজ থোক্কুনা লোংজমচা মেঙোরগা কাংঙবমচা মেঙোরগা ২ মকপু তেংমায় লেপহন্দুনা হিয়াঙ তঁম্নে ॥"(লা: ৩৭৩)* অসুম্ন নিংথৌ চন্দ্রকির্তিগী মতমদ লাংবন থাদ হিয়াঙ তান্নব কুম্মে পাঙথোকপগী চংনবী লৈরকপ অসীদ মতম অদুগী

পোলিতিকেল এজেন্ট দা: আর. ব্রাউন্নসু অসুম্ন ইরি — *"The boat races (Heeyang) occupy five days in September and take place in the moat which surrounds on three sides the Raja's enclosure." (Statistical Account of Manipur, p. 82)* সাহেবশিংন সেপ্তেম্বর হায়রিব অসী মীতৈশিংগী ওইনদি মপুঙ ওইন লাংবন থানি ॥

অসুম্ন, নিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিগী হাক্তক্ত লাংবন থাদ হিয়াঙ কুম্মৈ তৌবগী চৎনবী অসী ফন ফজন লৈরক্লবসু অনৌব কোনুংদ লৈরক্লব নিংথৌ চুরাচান্দনদি কুম্মৈ অসী মমাঙঙৈ হিয়াঙ্গৈ থাদ পাঙথোক্লরম্ব অদু অমুক হিংগৎহনখি ॥ মসীগী খুদমদি — *"কুমশক ১৮৪৮ --- হিয়াঙ্গৈ থাদি থাঙজনা হল্লে ॥ ২নি নোংমাইজিংদা ইমুগা ঈঙৌগা হিয়াঙ তান্নৈ ॥" (চৈ: কুম: লা: ৬০৫)*

মথক্কী ব্রাফম পুম্নমক অসী য়েংশিল্লব মতুংদ অয়ীবন অসুম্ন খল্লি মদুদি — হিয়াঙ তান্নব হায়ব হরাউকুম্মৈ অসী কুম অমগী হিয়াঙ্গৈ থাদ পাঙথোকপন হেন্ন মরমচাব মরাচেংপ নাংক্কী হরাউ কুম্মৈ অম ওইগনি ॥

হিয়াঙ তান্নব হায়বসী কংলৈপাক মনিপুরগী লৈবাক মীয়াম অমসুং নিংথৌগী ওইব খ্বাইদগী চাউব হরাউ কুম্মৈ অম ওইরকখি ॥ লৈবাক অসীন সাহেবশিংগী লোইলম ওইদ্রিঙৈ, ১৯সুব চহীচা লোইশিল্লকপগী মতম অদু ফাওবদ হরাউ কুম্মৈ অসী কংলা কোনুংলেনগী মায়োক্লবদ লৈরিব নোংচুপ থংব থাঙ্গপাৎ অসীদ নুমিৎ ৫ (মঙা) নি চূপ্ন ফাওব পাঙথোক্লম্মী ॥ হরাউ কুম্মৈ অসী পাঙথোক্লবগীদমক কংলা থাঙ্গপাৎ অসীগী মপাল — নোংপোক নোংচুপ অনীদ য়াম্ন চাউন থৌরাং তৌরম্মী ॥ নাকল অনীমক্ত শঙ কয়া শাগৎলম্মী ॥ নিংথৌগী শঙ অদুদি ফন ফজন চাউন শাগৎলম্মী ॥ হিয়াঙ তান্নগদব হি অনীগ নিংথৌন লেঙখৎকদব হি অদুগ হি অহুমদি তঙাইফদন চঙদব য়ারমদে ॥ হিয়াং তান্ননব হিশিং অদু য়াম্ন শাংলম্মী ॥ শাংলব হিশিং অদু উপাম্বী অমখক্তদগী শাগদবনি হায়বগী চৎনবী লৈরকখি ॥ উপাক অমসুং উকক তাইশিন-নপশিন্নদুন শাবগী চৎনবী লৈরমদে ॥ হিয়াঙ কুম্মৈ অসীগীদমক্ত হি হোন্নব হিরোয় ৭০ (হম্ফুদ্রা) রোম চঙলম্মী ॥ অদুবু খঙজীনব য়াব ব্রাফম অমদি — হিরোয়শিং অদুদ নত্তন হিমায় চুম্নব অমসুং হিরোয়শিং অদুবু মপুক্লীং থৌগৎনব মীওই

কয়াসু য়াওদব য়ারমদে ॥ তেংমায় লেপ্প নুপা অদুন নৌ অম পায়দুন লেপ্লগ মহাক্কী হিরোয়শিংবু মপুক্রীং ঘৌগৎনবগীদমক্ত মখোঙ য়েৎন হিরুবাক্ত তান নাইন মপাঙ্গল পুম্নমক ফুদোক্তুন য়াম্ন কম্ন কম্ন থীল্লম্মী ॥

হিয়াং তান্নব অসীদ হিদান্নরিব হিয়াঙ অনী অদুগী মরক্ত মায়থীরব কাঙলুপ অদুদ মরাইবক য়েংজনবগী খুদোংচাব পীবীবগী চৎনবী ওইন অমুকহন্ন হিদান্নহল্লম্মী ॥ কনাগ কনাগ হিদান্নগদগে হায়বগী পরম পথাপ শেম্বদি পানাগী চৎনবীদ য়ুমফম ওইরম্মী ॥ মরম অসীন লাইফম পানাগ খাবম পানাগ, অহল্লুপ পানাগ নহারূপ পানাগ অমসুং হীদাক ফানব পানাগ পোৎশঙব পানাগ লাম্বা লাম্বা ওইন হিয়াং তান্নরম্মী ॥ অদুবু পানাগী মথক্ত লৃগ নাউগ হিদান্নব হায়দুন ঈমু অমসুং ঈঙৌ খায়দোক্তুন হিদান্নবগী চৎনবীসু লৈরমদবনি নত্তে ॥ হিয়াং তান্নবগী মতাঙদ খুনুং লীচৎ শাক্তৎ ত অসুম্ন হৈরি — *"হি তান্নব অসী অহানবদ লু: নাউ তান্নে, অদুদগী পানা মরি তান্নে ॥ অদুদগী হিদাক ফানব পোৎশঙব পানা খুমৈ তান্নেএ ॥"* (লা: ১৬)

হিয়াঙ তান্নবগী হৱাউ কুম্মৈ অসীদ নিংথৌসু হিয়াঙ অমদ লেঙখত্তুন লৈবাক মীয়াম পুম্নমক্কী হৱাউ তয়াম্ব অদুদ মকোক থোংন লুচিংদুন য়াওশিল্লম্মী ॥ নিংথৌন তোংলিব হিয়াং হিরেনগী হিরুদ ফজন শেম-শারব মচি লোঙব শাকোক অমগী শক্তম হাপ্পগী চৎনবী লৈরকখি ॥ শক্তম অসীমক্তি লুব্রাং পুদাংকোই খুৎকোনবন ওনখিব শঙাই চিরেল তোমপোকপগী শক্তম্নি ॥ হিয়াঙ তান্নব অসীদ মায়থীরব তেংমায় লেপ্প অদু মায়পাক্লব তেংমায় লেপ্প অদুগী মীনাই ওইরবনি হায়ব হিয়াঙগী চৎনরোল অম লৈনরম্মী ॥ মরম অসীন মায়থীরব তেংমায় লেপ্প অদুগী মফি মরোল অদু মায় পাক্লব তেংমায় লেপ্পদ পীরম্মী ॥ মসীদসু নত্তন, মীনাইগী মমল হন্তোকপ ওইন মতম মতমদুগী চৎনরিব মীনাইনুপা অমগী মমলসু মাঙোন্দ পীনরম্মী ॥ মরম অসীন হিয়াঙ তান্নবগী হিরোয়শিংন মপাঙ্গল, মথৌনা, মরীংজেল পুম্নমক ফুদোক্তুন শিব কিন্দন হিদান্নরম্মী ॥ নিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদদি মীনাই অমগী মমল ওইন লু: ৬০ পীনরম্মী ॥ কংলা কোনুংলেনগী থাঙ্গপাত্ত পাঙথোক্লিব হিয়াঙ তান্নব অদু হেক লোইবগ থাঙ্গপাৎকী মনাক্ত লৈরিব কাঙজেবুঙ অদুদ পানা কাঙজে, মুক্লা শান্নরম্মী ॥ হিয়াঙ তান্নব হায়ব অসীদি

য়াম্ন চাউব লৈবাক নিংথৌগী ওইব কংলা থাম্বশাত্ত পাণ্ডথোক্লকপ হুয়াউকুম্মে অম ওইদুন লাকখি ॥ মশাম্ন অসীমক্তি লাইনীংগ থোইদোক্ল মরী লৈনদব হুয়াউ কুম্মেগী ওইব মশাম্ন অম ওইন চংথরকখি ॥ হুয়াউ কুম্মে অমদ মী য়াম্ন মশীং খণ্ডদন তিল্লবদি হৌজিক ফাওবদ হায়নরি — "হিয়াঙ কুম্মেগ চপ মান্নব্রে ॥"
[হিয়াং অন্নব অসী ২০০৫ গী ফেব্রুবারীদ পাণ্ডথোকখিব কংলা ফোর্ড বোর্দকী মীফম অমদ, বোর্দ অসীন চহীগী ওইন পাণ্ডথোক্লদব হুয়াউ কুম্মে মঙাগী মনুংচনব হুয়াউকুম্মে অম ওইন লৌখখি ॥]



# ১০

## ১৯ সুব চহীচা লোইশিল্লকপদ কংলাগী শকফম

চহী ১৯০০ লোম মনীংতম্ব লৈবাক অম ওইন লৈরকখিব কংলৈপাক মনিপুরগী কোনুং ওইদুন লাকখিব কংলা অসী, ১৯সুব চহীচা লোইশিল্লকপ, বৃতিশশিংগ শোক্রব লানফমদ মায়থীব ফংদুন সাহেবশিংগী লোইলম লৈবাক অম ওইরমদাই মতমদুদ কয়াম চাউন করম্ব শকফমদ লৈরম্বগে হায়বদু পন্দুপ অসীদ তেস্তক্র শীংথারি ॥ কনাগুম্ব অমন মতম অদুগী কংলাগী শকফম অদু শীংথাগে হায়রবদি মতম অদুব্রাইদ লৈবাক অসীদ লাকখিব বৃটিশশিং অদুন কংলাগী শকফমগী মতাংদ করি কবি হায়বম-ইরম্বগে হায়বসীসু য়েংশিনবগী তঙাইফদব লাকই ॥ মতাং অসীদ Captain E.W. Dun ন ইখিব, খৃস্তকুম ১৮৮৬ ত অহানব ওইন ফোঙখিব **Gazetteer of Manipur** দ করি হায়ন ইরম্বগে হায়বদু য়েংশিন্নব লৌখৎচরি ॥ লাইবিক অসীদ অসুম্ন ইরি — "*The Chief town of Manipur is called Imphal, which in Manipuri language signifies "Capital Town". - - - In the centre is the Raja's enclosure or, as it is called in Manipuri, the pat (Bengali word for the Raja's enclosure). Every road converges upon it,and it is in every sense the heart of the city and of the country. - - - The Pat is the only portion of the town which possesses any serious attempt at artificial defence. It is surrounded by a moat 20 yards broad and 6 feet deep at the deepest part, near the western gate. During the cold weather this moat only contains water round the south eastern and south western corners. It is divided into sections by the bunds over which the roads pass as they enter the four gates. The water round the south western angle can be drawn off by a*

*culvert (now closed up) and partially filled up, cutting across the main road which runs along the edge of the moat outside it. There are partially filled up cuttings, but no other culverts near each of the other corners.*

*Inside the moat there is a 10 feet (10 yards ?) berm crossed by thick traverses at 50 yards interval. The bank inside the berm is constructed of earth. It is about 20 feet thick at the base, has a ramp and loop-holes for musketry fire, but has no arrangement for securing flanking fire. The portion above the level of th ramp is about 4 feet thick. For 150 yards at the north-eastern corner the earth work has disappeared. In rear of the open space left by the river on the south face there is a mud wall. The houses on every side are not more than 100 yeards from the crest of the earthwork.*

*There is, I believe, an inner enclosure, semiliar but smaller in profile to the outer one.*

*The Western entrance has a strong brick gate way and a door in two leaves. They are closed like the flats of a theatre scene and by means of horizontal beams attached to them at the back and working in female screws.*

*There is a small brick gateway at the southern entrance, but (at present) no door.*

*At the eastern and northern entrances there are wooden gateways and doors.*

*None of them have any arrangement for their defence in the way of loop-holes etc.*

*--- The national temple and the Raja's and Princes' house, built of brick and situated inside the Pat". (p. 94-99)*

কেপতেন দম্ম ইরমলিব অসীগী মীতৈলোনগী পৌরম্ম বাহন্দোক অম পীজরি — মনিপুরগী খ্বাইদগী মকোক ওইব অউন অদুগী মমিংদি ইম্ফাল কৌই,

বাহে অসীন লৈঙাক্কী ময়োল ওইরিব তাউন অদুবু খঙনৈ ॥ --- ময়ায়দ নিংথৌকোল লৈ, মসীবু মীঁতেলোন্দ পাত (নিংথৌকোলবু খঙনব বঙ্গালী বাহে) কৌই ॥ মরুওইব অচৌব লম্বী কৃদীংমক মফম অসীদ য়ৌশিল্লকই; মীৎয়েং খুদীংমক্ত য়েংলগ অসুম্ন হায়ব য়াই মদুদি মফম অসীদি সীতী অসীগী ময়োল্লি অদুগ লৈবাক অসীগীসু ময়োল্লি ॥ --- য়েক্লবন চঙশিল্লকপ ঙম্নদনবগীদমক্ত য়াম্ন কুপ্ন খল্লগ শেমগৎ শাগৎতুন লৈব মফম অমবক্তং তাউন অসীগী ওইন হায়ব তারবদি নিংথৌকোল অসীতনি ॥ মফম অসী গজ ২০ (কুন) পাকপ অদুগ খ্বাইদগী লুব মফমদ ফুত ৬ (তরুক) ফাওব লুব লাংখোং (থাঙ্গপাৎ) ন কোয়শিল্লি, খ্বাইদগী লুব মফম হায়রিব অসী নোংচুপ সনখোঙ মনাক্কী শরুক অদুবুনি ॥ ইনথমথাগী মতমদদি লাংখোং (থাঙ্গপাৎ) গী খা-নোংপোক অমসুং খা-নোংচুপ থংব চিথেকশিং অদুখক্তদ ঈশিং লৈ ॥ সনখোঙ মরি অদুদ চঙলকফম লম্বী ওইরিব লৈবাক পন্দুপশিং অদুন থাঙ্গপাৎ অসীবু শরুক কয়া থোক্ল খায়দোকই ॥ থাঙ্গপাৎ অসীগী খা-নোংচুপথংব চিথেক্কী ঈশিং অদু থাঙ্গপাৎ অসীগী মপানথংব লৈরায় নাকল্লোমদ লৈরিব লম্বী অচৌব অদু ফাওদোক্তুন চৎলিব উকৃ অমন (হৌজিক্তি ফুনজিল্লব) চিংথোকপ য়াই; লম্বী অসীদ খর খরদি ফুনজিল্লব ককথৎপ মফমশিং লৈ ॥ অদুবু থাঙ্গপাৎকী অতৈ অতোপ্প চিথেকশিংদদি উকৃ লৈতে ॥

থাঙ্গপাৎকী মনুংথংব লৈরাইগ চেকপনগ তাইনব মপান্দু ফুং ১০ (গজ ১০?) পাকই ॥ হায়রিব লৈরাই মপাল অসীদ গজ ৫০ লাপ্ন লপ্পন লৈপল পন্দুপ পন্দুপ থোনগত্তুন লৈ ॥ থাঙ্গপাৎকী মনুংথংব শরুক্ত লৈরিব পল অদু লৈপাক থোনগত্তুন শেম্ব লৈপাক্কী পনজাউনি ॥ পনজাউ অদু মখোঙদ ফুং ২০ থায়, মদুদ মথক মখা শমজিন্নহ্নব লৈপল অম অমসুং নোংমৈ কাপফম মখুলশিং লৈ ॥ অদুবু নাকল্লোমদগী নোংমৈ কাপলকপদ ঙাকথোক্লবগীদমক শেম শাবগী মওংদি লৈতে ॥ লৈপাক্কী পনজাউ অদুদ লৈরিব থাক অদুগী মথকথংব শরুক্ত ফুং ৪ থায় ॥ অব্রাং নোংপোক থংব চিথেক্ত গজ ১৫০ দি লৈপল পনজাউগী শরুক লৈত্রে ॥ খা থংব মমায়রোমদ, ভুরেলন কোইথোক্ল চৎখিবদগী লৈহৌব মনীংথংব অহাঙব শরুক অদুদ লৈপাক্কী পল অম লৈ ॥ লৈপল অসীগী অকোয়বদ লৈরিব য়ুমশিং অদু লৈপল মতোন্দগী গজ ১০০ গী অরাপ্প মনুংদ লৈ ॥

মপানগী মবোঙ অসীগ মান্নব খাজিনব অম মনুংদসু লৈ হায়ন ঐন খল্লি ॥ নোংচুপ থংব চঙফম অদু অকনব চেক্র শাব সনখোঙনি ॥ মদুগী খোঙনা অনী পানব খোঙজাও অম লৈ ॥ খোঙনা অনী অদু দ্রামা জৌবগী স্তেজগী মমায় থিংজিনব অদুগুম্ব থিংজিল্লম্মী, অসুম্ব থিংজিন্নবগীদমক খোঙ অদুগী মনীংদ উগী বিম (কৈরেল) কৈন হাপ্লম্মী অদুগ ফিমেল স্ক্রু কৌব মরৈয়োংশী মখল অম শীজিন্নরম্মী ॥

খা-থংব চঙফমদ চেক্রী অপীকপ খোঙ্গাল সনখোঙ অম লৈ ॥ সনখোঙ অদু হৌজিক্তি খোঙগী শরুকশিং য়াওদ্রে ॥ নোংপোক অমসুং অৱাংগী চঙফমদি উ-ন শাবনি খোঙনাসু উ-ন ওই ॥

য়েক্লশিংবু য়েংনব অমসুং মখোয়দ নোংমৈ কাপ্পবগীদমক্ত অহোব মখুলনচিংবদি সনখোঙশিং অদুদ লৈরমদে ॥ --- লৈবাক মীয়ামগী ওইব চেক্র শাব লাইশঙ অমসুং নিংথৌগী অমসুং নিংথৌমচাশিংগী শঙ্গাইশিং অদুদি নিংথৌকোন মনুংদ লৈরম্মী ॥

খৃস্তকুম ১৮৯১ দ অহানব ওইন ফোঙখিব Mrs. Ethel Grimwood কী **My Three Years in Manipur** কৌব লাইরিক্ত মতম অদুগী মনিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্ত Mr. Grimwood কী নুপী অদুন কংলাগী শকখোঙ শকফমগী মতাংদ অসুম্ব ইরম্মী — *"The whole palace was fortified. Five walls surrounded the Maharaja's enclosure. The outer of these was much broken, and of no great height, but the inner ones were very strong, built of brick and supplied with bastions, and they surrounded the inner palace on all sides. On three sides of the outer wall was a canal, very deep and wide. It was here that the great boat races took place every year, and the water was always kept weeded and clean for those events. The whole citadel was built with a view of resisting attack in the time before Burmah was annexed, when armies of raiders used to come down upon Manipur with hostile intents and it was a place which could easily be held against an attacking force, provided big guns were not brought to bear upon it" (p.199)*

মিসেজ গ্রিমউদন ইরমলিব অসী মীতৈলোন্দ পৌরগ্ন অসুম্ন ব্রাহন্দোক পীব য়াই — কোনুং লৈরিব মফম পুম্নমক অদু লানবন অমগুম লৈরম্মী ॥ নিংথৌন লৈরিব মফম অদু চেকপল মঙান কোয়শিল্লম্মী ॥ চেকপলশিং অসীগী মনুংদ মপালথংব অদুদি য়াম্ন তেক কাম্নরে অদুগ মদুদি য়াম্ন ব্রাংবসু নত্তে ॥ মনুংথংব পল অদুদি মপাঙ্গল য়াম্ন কন্ন লৈরি; মদু চেক্ল শাবনি ॥ মদুদ লানবন অমগী হৌনবী কোনুং শেনব লানমীশিংগী লৈফম ওইব মপাল্লোমদ তুমথোকপগী শরুকশিংসু লৈরম্মী ॥ চেকপল অসীন নিংথেমকোনগী মনুংথংব মফম অদু মায়কৈ পুম্নমক্ত কোয়শিল্লম্মী ॥ মপানথংব চেকপলগী মায়কৈ অহুমদ য়াম্ন লুব অমসুং পাকপ লাংখোং (থাঙ্গপাৎ) লৈরম্মী ॥ চহী খূদীংগী হিয়াং তান্নব পাওথোক্লিবসী মফম অসীদনি ॥ মসী মতম পুম্নমক্ত নাপী শীংবী হৌজিন্দুন লৈরম্মী, নাপী শীংবীশিং অদু হিয়াঙ তান্নব অদুগীদমক শেংদোক্লম্মী ॥ বর্মা লৌশিন্দ্রিবৈদ, লান্দারকপ লানমীশিংন মাঙহল তাকহল্লগে হায়বগী ব্রাখলগ লোয়নন মনিপুরদ ইতত্তন লান্দারকপদ ঙাকথোক্লবগীদমক্ত লানবন (লান ঙাকথোক্লব পল) পুম্নমক অদু শাখিবনি ॥ মফম অসীদ লান্দারগে খন্দুন অতম্নন অচৌব নোংমৈ পুরক্লবদি য়েক্লবন লান্দারকপ অদুবু ইরায় লায়ন ঙাকথোকপ ঙম্ব মফম অমনি ॥

১৯সুব চহীচা লোইশিল্লকপ মতম অদুদ ওইরম্ব কংলাগী শকফমগী মতাংদ, সাহেবশিংন ইব লাইরিকশিং য়াওন লাইরিক কয়া পাবগ লোয়নন রেকোর্দ কয়া কুপ্ন য়েংশিল্লব মতুংদ এম: য়ু: গী প্রোঃ দা: পি: গুনিন্দ্রন অসুম্ন হায় মদুদি — মিসিজ গ্রিমউদন ***The whole palace was fortified. Five walls surrounded the Maharaja's enclosure*** হায়রম্নিব অসীদ Five walls (ব্রাল মঙা) অসী চেক্নী পন্ন কয়ানো অদুগ লৈপাক্নী পন্ন কয়ানো হায়বদু য়াম্ন শেংন পল্লমদমগুম তৌই ॥ অদুবু **The Manipur Expedition 1891** গী ৩সুব পন্দুপকী লামায় ১৩দ পীরিব রিপোর্ত অদুদদি খর মচা খায়ন ইরম্মী ॥ রিপোর্ত অসীগী মতুংইন্ন কোনুংলেন কংলাদ লৈরিব য়েক্লব ঙাকথোক্লবগী পল অসী অহুম থোক্ল খায়দোকপ য়াই ॥

(১) য়েক্লব ঙাকথোক্লব অহানব পল অদুগী নোংচুপ থংব শরুক অদু গজ ১৪০০ শাংই ॥ অব্রাং অমসুং খা থংব শরুক অদুন নোংচুপ থংব শরুক্কী

অংখাই অমমুক শাংই ।। অদুগ নোংপোক থংব অদুদি লোইন তেক কায়দুন মাঙখ্রে ।। য়েক্লব ঙাকথোক্লব অহানব পল অদু ফুৎ ২০ থাব ফুৎ ৮ ব্রাংব অচৌব লৈবাক্কী লৈপল পনজাউন কোয়শিনবনি ।। হায়রিব লৈপল পনজাউ অসীগী মপানথংব মমায়গী শরূক্ত লৈপল পনজাউ অদুদগী ফুৎ ৪ হেন্ন ব্রাংখৎপ ফুৎ ২ থাব চেকপলন কোয়শিল্লি ।। হায়রিব পল অসী লাংখোং (থাঙ্গপাৎ) গী হেক মনুংথংব নাকল্লোমদ লৈ ।।

নোংচুপ থংব সনথোঙগী অব্রাংথংব মায়কৈদ লৈব মপালগী চেকপল অদু তোপ তোপ্প মৱোঙদ গজ ১০০ (চামা) মুক্তং ওই অদুগ খা থংব শরূক অদুন গজ ৪০০ (চামরি) শাংই ।। হায়রিব চেকপলশিং অসীগী অয়াম্ব শরূক্তি লোইন তেক-কায়দুন মাঙখ্রে, রেসিদেন্সীরোম থংবদ গজ ১৬০ মুক শাংব শরূক খর অদু নত্তন ।। মপাল থংব চেকপল অদুগ মপালথংব-লাংখোং (থাঙ্গপাৎ) গ অনী অদুগী মরক্ত গজ ১২ পাকপ লৈরায় মপাল পরীং অম লৈ ।। মপানথংব লাংখোং (থাঙ্গপাৎ) অদু গজ ৫৪ পাকই ।। য়েক্লব ঙাকথোক্লব অহানব পল অদুগী নোংচুপথংব, সনথোঙগীন খা থংবরোমদ নিংথৌকোল লানবন অসীবু ঙাক শেন্নব লানমীশিং লৈনব চেকপলদগী তুমথোকপ অনীখক লৈ ।। হায়রিব তুমথোকপ অসী নোংচুপ সনথোঙগী মনাক্তসু অনীখক লৈ ।। হায়রিব মপানথংব পল অকোয়ব অসী ইম্ফাল তুরেলগী ব্রাংবদসু লৈরম্মী ।। অদুবু রিপোর্ত অসীদদি লোইন মাঙ তাকখ্রে হায়ন ইরি ।। পাফল (মেপ) অদুদ মাঙ-তাকখ্রব পনজাউ ওইন উৎলি ।।

(২) য়েক্লব ঙাকথোক্লব অনীসুব পল অসীদি য়াম্ন নীংথিজন চেকশিন্ন শেম-শারম্মী ।। হায়রিব অনীসুব পল অসীদি মায়কৈ মরিমক অদু নীংথিজন লৈরং তারব ফুৎ ১৫ থাব ফুৎ ৮ ব্রাংব লৈবাক্কী লৈপল পঞ্জাউন মায়কৈ মরিদ কোয়শিল্লি ।। লৈপল পনজাউ অদুগী মপালথংব মমায় অদু ফুৎ ২ থাব, লৈপল পনজাউ অদুদগী ফুৎ ৪ ব্রাংখৎপ চেক্কী পল চেকপলন কোয়শিল্লি ।। হায়রিব পনজাউ অসীগী মায়কৈ অহুম — হায়বদি খা, ব্রাং, নোংচুপ থংব — অদু গজ ২৫ পাকপ লাংখোংন (মনুং-থাঙ্গপাৎ) কোয়শিল্লি ।। নোংপোক থংব শরূক অদুন থেক্কোই নাকোই তৌদুন ইম্ফাল তুরেলগী মরিল মতুং ইন্ন খাজিল্লম্মী ।।

চেকপলশিং অদুদ লৈরিব থোঙশিং অদুগী নাকল নাকন্দ গজ ৩০ লাপ্প মফমশিংদ নিংথেমকোল লানবল অদু ঙাক শেন্নব লানমী লৈফম ওইব ইকোয় কোয়ব মৱোঙদ তুথোকপ মফমশিং লৈ ॥

(৩) য়েক্লব ঙাকথোক্লব অহুমসুব পল অদুদি নিংথৌগী শঙ্গাই অদুবু কোয়শিন্দুন লৈ ॥ হায়রিব পল অসীদি কংলাগী মফম অতৈদগী তোঙখৎ-ৱাংখৎপ মফমনি ॥ মফম অসীদি মরাক ময়ূংদ গজ ১৫০ x ১৫০ ওই ॥ অদুবু ফিল্দ ওপরেসনগী রিপোর্ততদি গজ ২০০ x ২০০ হায়ন ই ॥ লানবন/চেকপল অসীগী অৱাংবন ফুৎ ২০ লোমনি ॥ লানবনগী মৱোঙদ শারব চেকপল অসী মপাল্লোম থংব লৈমায়দগীদি ৱাংলবসু মনুংগী লৈমায়দগীদি ৱংদে ॥ লানবন চেকপল অসীগী মনুং থংব শরূক অদু ফুৎ ৬ পাকপ থাক অনী লৈ ॥ মথক থংব থাক অদুদগী চেকপল অদু ফুৎ ৩ দমক ৱাংখৎলি ॥ লানবন চেকপল অসীগী অকোয়ব অদু লানমী ৪০০/৫০০ ন ঙাকথোকপ ঙমগনি ॥ লানবন চেকপল অদুগী অৱাংব অদু কৈরাক থাদুন কাবদ অৱাব অরুব ওইগনি ॥ শীংনব ঙম্নরোইদব ফিরেপ্ত ৱাংচাউন লৈরিব লানবন অদুগী মৱোঙ মতৌ অদুবু থৌশাদব হায়বদুদি ওইথোক্লরোইদব হায়বদু ওইগনি ॥ অদুন, মসীদি করিগুম্ব অতোপ্প পাম্বে অমন খূদুম চনব তাবনি — হায়ন রিপোর্ত অদুদ ইরম্মী ॥ *(কংলা ঃ দা: পি: গুনিন্দ্র, পোক্রফম - ৭/১/০৫)*

ইকোন কোনব মতমদ ওইরম্ব কংলাগী মপুঙ ফারব শকফমগী মতাং খন্নব তারবদি মেক্ষ্যুল সাহেবকী কংলা মেপ অদুসু য়েংশিনফম থোকই ॥ সাহেব অসীগী কংলা মেপ্ত কংলা অসী মায়কৈ মরি — নোংপোক, নোংচুপ, খা অমসুং অৱাংদ থাঙ্গপাৎন কোয়শিল্লি ॥ থাঙ্গপাৎ অসীন কয়া য়াম্ন পাকচাউব কংলাগী লম্বু কোয়শিল্লম্বগে হায়বগী মতাংদদি — নোংচুপ সনথোঙদগী খা পাংন চৎত্রিব থাঙ্গপাৎ অসীন নিতাইপাৎ চিথেক য়ৌরগ মমায় নোংপোক পাংন চুমদ্রিং শনশেম্বোংগী অৱাং থংব নাকল য়ৌনিংচিং চৎপ্রগ তুরেল ৱাংম লানথোকখিদুন অমুক নোংপোক পাংন চুমদ্রিং চৎখি ॥ নোংপোক পাংন কয়াম শাংন চৎখিবগে হায়বগী মতাংদদি — নিতাইপাৎ চিথেক্তগী শনশেম্বোং ফাওব চৎলিব অসীগী চাউরাক্র শরূক অনীগুম্ব শাংন চৎলি ॥ অসুম্ন চৎলগ অমুক মমায়

অরাং ওন্দুনা চুমগ্রিং চৎখি ॥ অদুগী অমুক মমায় নোংচুপ ওন্দুনা চুমগ্রিং মিনুথোংগী খাথংব নাকনগী তুরেল অৱাৈন য়ৌনিংচিং চৎখি ॥ অসুম্ন চৎখিব অসীন তুরেল নাম্বোংতুন চুমগ্রিং অমুক চৎখিবন খোয়াথোংগী নোংপোক থংব শরক্ত য়ৌখি ॥ মিনুথোং মপাদগী নোংপোক লোমদ লৈত্রিব থাঙ্গপাংকী শরক অসীগী অশাংব অসীদি মিনুথোংদগী খোয়াথোংগী নোংপোকথংব শরক কাওব চৎখিব থাঙ্গপাংকী শরক অসীগী অশাংবগী ভংবায় অমদগী বজিতংদি হনথগনি ॥ খোয়াথোংগী নোংপোকথংব শরক্তগী থাঙ্গপাং অসীন অমুক মমায় মথা পাংন চুমগ্রিং নোংচুপ সনখোঙ য়ৌন চৎখি ॥ থাঙ্গপাং অসীগী মনুংথংব নাকল্লোমদ চেকপল (বাল) লৈ ॥ নোংচুপ থংব থাঙ্গপাংকী মরুওইন নোংচুপ সনখোঙগী খা থংব শরক্তদি চেকপল লৈবগী মখোঙ মতৌ করুন মরেক শেংন উংখি ॥ অতৈ মফমদগীদি শেংন উদ্রে ॥ নোংপোক থংব থাঙ্গপাংকী মনুংথংব নাকল্লোমদ লৈপল (আর্থ বাল) লৈব উংখি ॥ অদুবু, নোংচুপথংব থাঙ্গপাংকী শরক্ত চেকপল লৈবগুম অতৈ মায়কৈদসু চেকপল লৈরমগনি ॥ [ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক্ত লৈত্রিব অৱাংথংব থাঙ্গপাংকী মনুংথংব নাকল্লোমদ চেকপল লৈরম্বগী খুদম চাংদম খেংনখিবগী বাকম মথক্কী শদুগু শনজত্রে ॥] মায়কৈ মরিদ লৈরিব থাঙ্গপাংকী অশাংব অসী চাউরাক্ত মাঁত্রে ॥ [মতাং অসীদ E.W. Dun, Lieutenant 38 Bengal Infantry, Manipur ন কৃত্তকুম ১৮৮৫ দ ইরম্ব অদু নীংশিংকম থোকই মদুদি — "The Pat or enclosure consists of an outer masonry wall enclosing a square mile each side, within this is another strong enclosure, in which are situated the residences of the Royal Family —" *(কংলাগী হেংলক্লিব মশকশিং : সাগম ভৈগা, সনখোঙ, দিসেম্বর, ২০০৪)*]

মায়কৈ মরিদ থাঙ্গপাংন কোয়শিল্লিব কংলাগী মনুংদ 'মনুং-থাঙ্গপাং' হায়না খঙনব থাঙ্গপাং অমসু লৈ ॥ মনুং-থাঙ্গপাংকী নোংচুপ থংব শরক্কী লৈকমদি — নোংচুপ সনখোঙদগী নোংপোকলোমদ কংলাশা কাওব লাকপ নৱীগী ভংবাই চঞ্জিলৈদ খা-রাং চৎখি ॥ মনুং-থাঙ্গপাংকী অৱাংথংব শরক অসী তুরেল রাংমদসু চুমগ্রিং চুম্ন নোংপোক পাংন মিনুথোং মপা য়ৌগদব বজিতং রাংপ কাওব চৎখি ॥ অদুগ মমায় খা পাংন অমুক চৎত্রগ, মনুং-

থাঙ্গপাৎ অসীগী খাথংব শরুক্ত মমায় নোংপোক পাংন ইম্ফাল তুরেল ৱাংম লাম্ভোক্তুন লাকপ অদুগ শমজিন্নখি ।। নোংপোকথংব মনুং-থাঙ্গপাংকী শরুক অসী লৈখোম লৈনাং/লৈঙোইন ফুমজিল্লব হায়ন মেপ অদুদ উৎলি ।। অদুবু ফুনজিন্দ্রিঔেদদি মনুং থাঙ্গপাংকী য়াম্ন ফজরব শরুক ওইরমফম থোকই ।। মনুং-থাঙ্গপাংকী মনুংথংব নাকল্লোমদ চেকপল (ৱাল) লৈ ।। তুরেলগী নোংচুপ থংব নাকল্লোমদসু তুরেল ঈচেলগী মতুং ইন্ন খোয়দ্রিং খোয়দ্রাং তৌব চেকপল লৈ ।। চেকপল অসী খা অমসুং অৱাংগী মচীন অনী অদু খা অমসুং অৱাংদ লৈরিব মনুং-থাঙ্গপাংকী চেকপলগ শমজিন্নৈ ।। মায়কৈ মরিদ লৈরিব মনুং-থাঙ্গপাংকী অশাংব অসী চাউবাক্ত মান্নৈ ।। খা থংব মনুং-থাঙ্গপাৎ অমসুং মপাল-থাঙ্গপাৎ অনী অদুদি ইবাপ লাপ্পদে ।। অদুবু অৱাংথংব মনুং অমসুং মপাল-থাঙ্গপাৎ অনী অদুদি খারোমদ লাপ্পবিব অদুগী শরুক অনীগুম্ব লাপ্পন লৈ ।।

নিংথৌ লৈরিব শঙ্গাই অদু মায়কৈ মরিদ লানবনগুম চেকপন্ন (সিতাদেল) কোয়শিল্লি ।। চেকপল-লানবন অসীগী মরাক ময়ুং অসী চাউরাক্ত মান্নৈ ।। লানবন অসীগী থোঙ অহুম লৈ ।। খা রোমদ লৈব থোঙ অদুন শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙলোমদ ফাৎলি, নোংচুপ লোমদ লৈব থোঙ অমন দববাব শঙগ মায়োক্লে অদুগ অতোপ্প নোংচুপ লোমগী থোঙ অমন উত্ত্রাগ মায়োক্লে ।। নোংচুপ সনথোঙদগী মায নোংপোক ওন্দুন চুমদ্রিং চঙশিল্লকপদ কংলাশা অনী উত্ত্রাগী নোংচুপ্ত লৈ ।। কনাগুম্বশিংন উত্ত্রাবু নিংথৌ ফম্বাল কাফম শঙ (কোরোনেশন হোল) কৌনৈ ।। [কংলা ফম্বাল কাফমদি উত্ত্রাগী অৱাং চীংখৈ ওইবপ লৈব কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) লৈফম অদুদনি ।।] মেক্সুলগী মেপ্ত ফম্বাল কাফম শঙ (কোরোনেশন হোল) অসী উত্ত্রাগী অৱাং চীংখৈ পাংবদ লৈ হায়ন ফজন উৎলি ।। লানবন চেকপল (সিতাদেল) গী খা থংবদ শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙ অমসুং বৈথোপ লৈ ।। উত্ত্রাগী কৌব্রু ওইন, মনুং-থাঙ্গপাংকীদি মপাল্লোম থংব শরুক্ত বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙ অমসুং লাইশঙগী হেক নোংচুপ কৌব্রু ওইন জুবরাজগী শঙ্গাই লৈ ।। কংলাশা অমসুং দরবারশঙগী খাথংব, খাথোঙদগী অৱাংথোঙ তাব লম্বীগীন নোংপোক্ত অদুগ খা থংব মনুং-থাঙ্গপাংকীন অৱাংদ শগোল-কাঙজেবুঙ লৈ ।।

অসুম্ন, মেক্স্যুল সাহেবকী মেপ অসীদ কংলা মনুংদ লৈব লাইফম অমসুং লোয়শঙ কয়াগী লৈকমশিং অদু কুপ্ন য়েক্তুন ফজন উত্তৱ ফাওবদ কোনুং অম লৈবগী লানবন অম ওইন কংলাগী খ্বাইদগী ইকোন কোনব শকফম অমসুং থাঙ্গপাৎ মরোল অনীন মায়কৈ মরিদ কোয়শিন্দুন লৈরম্বগী মশক অদুদি ফন ফজন ময়েক শেংন উৎলি ॥ *(মেক্স্যুয়েলগী মেপ — Appendix-II য়েংবীয়ু)*

কোনুংলেন কংলাদ লৈরিব নিংথৌগী শঙ্গাই অদু মপান্দগী য়েক্রুবন লান্দাশিল্লক্তুন ইরায় লায়ন চঙশিল্লকপ ঙমদনবগীদমক লানবন অমগী মরোঙদ পাক চাউরব লাংখোং, অৱাংব চেক্কী পল অমসুং থারব ৱাংলব লৈবাক্কী পনজাউশিংন মরোল মরোল মায়কৈ মরিমক ইকোয় কোয়শীনব অমসুং খাজীনবগী ৱাফম মথক্ত পনজৱ্রে ॥ থাঙ্গপাৎ অমসুং চেকপন্ন কোয়শিল্লিব অসীগী মনুংদ চৈরাপ (সিভিল কোর্ত) গারোৎ (ক্রিমিনেল কোর্ত) দরবারশঙ, শগোল শঙ, শামুশঙ, ৱায়েল থৌদা লৈঙাক লোয়শঙ পুম্নমক লৈরম্মী ॥ খাজীন্দুন লৈরিব চেকপল লৈপলশিং অদুদ মফম চান চান থোঙ থোঙজাউ কয়া পাল্লম্মী ॥ থোঙজাউশিং অদুগী মনুংদ খ্বাইদগী মরুওইবদি মপাল ইথং থংব চেকপলদ লৈরিব সনথোঙ মরি হায়বদি —— নোংচুপ সনথোঙ, নোংপোক সনথোঙ, খা সনথোঙ অমসুং অৱাং সনথোঙ — মরি অসীনি ॥ মরি অসীগী মনুংদ নোংচুপ সনথোঙ অসীন খ্বাইদগী মরুওইব সনথোঙ ওইরম্মী ॥ নিংথৌন শা-লান চৎপদ অমসুং হৱাউ কুম্মৈগী চৎথোক চঙশিন তৌবদ নোংচুপ সনথোঙ অসীদ চৎথোক চঙশিন তৌরম্মী ॥ সনথোঙ অসী য়াম্ন ৱাং চাউরম্মী ॥ শামু অনী খাবক লাক্লগ মথক্ত শেম্বাং মহুম হাপ্তুন নিংথৌন লেঙথোকপ য়ান ৱাংলগ, মথক্ত চীরোঙ হাপ্ন কাংগী অলমারী মরোঙ মান্ন শাব নাক-য়েত্ত মথোল অনী নাইব নিংথেমকোন চঙফম ওইব সনথোঙনি ॥ সনথোঙ অসীগী য়েৎ ওয়দ লৈরিব কা অমমম অদু মরাং কায়ন পাক চাউরম্মী ॥ হায়রিব লৈমায়দ লৈরিব কাশিং অসীগুম্ন চাউব কাশিং মথকথংব দলানগী শরুক্তসু লৈরম্মী ॥ মথক্কী কাশিং অদু ফজন শেম-শারব ফৈরেল (রেলিং) ন কোয়ন খাজিল্লম্মী ॥ হায়রিব মথক অমসুং মখাগী কাশিং অদুদ থোঙঙাক-থোঙশঙব কংলা শেনব লানমীশিং

লৈরম্মী ॥ (হৌজিক হৌজিক লৈরিব নোংচুপ সনথোঙ অসী, হান্ন লৈরম্ব অদুগ হেক য়ারিবমখৈ মশক মান্নবব হোৎনদুন শাখিবনি ॥)

নোংচুপ সনথোঙদগী নোংপোকলোমদ খর চঙশিল্লগ চিরাইথোঙ লৈরম্মী ॥ মসী কোনঙৌন কুপলম্মী ॥ মফমদি য়েনগাউপুঙগী নোংপোক্তনি ॥ চিরাইথোঙদগী নোংপোকলোমদ খর অমুক চঙশিল্লগ খাগীন শারম্ব হোগায়বীথোঙ লৈরম্মী ॥ মসী মীতৈশিংন লান্দ ফাহৌব খাগীশিংন চেক্ল শারম্বনি ॥ মখোয়ন শাবম্ব থোঙ অদুমক্তি অৱা লানগায়বগী চহী ৭(তরেৎ) খুন্তাকপদ (খৃস্তকুম ১৮১৯-২৫) অৱাশিংন থুগাইরম্বদগী লানজেন্নরুবগী হনজিল্লকলগ হান্নগী শাফম অদুমক্তদ নিংথৌ গমভীরসিংহন হান্নগী অদুগুম্ন অমুক শাগৎখিবনি ॥ হোগায়বী থোঙ শারম্ব অসীগী মতাংদ মনিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্ট ওইরম্ব সার জেমস জোনস্তোন্ন ইরম্ব **My Experience in Manipur and Naga Hills** (1896) ত অসুম্ন ইরি — *"About the year 1250 A.D. a large Chinese force invaded the country and was signally defeated; all who were not killed being made prisoners – – – a number of them were settled at Susa Rameng (Kameng) in the valley where they have still descendants. The Chinese also taught the art of brick making, and erected two solid blocks of masonry in the palace between which the road to the Lion gate passed. These blocks were levelled with the ground by the Burmese invaders, but rebuilt on the old foundation by Gambhir Singh." (p.80)* সার জেমস জোনস্তোন্ন ইরমলিব অসীগী মীতৈলোন্দ পৌরপ্ল ৱাহন্দোক্তি অসীনি — খৃস্তকুম ১২৫০ অদুৱাইদ চিনাগী অচৌব লাম্মী তেংগোল অমন লৈবাক অসীদ লান্দারক্লম্মী ॥ মখোয়বু মপুঙ ফান মায়থীব পীরম্মী ॥ হাৎহৌদবশিং অদু লানফা ওইখি ॥ --- মখোয়গী মনুংদ কয়া অমদি তমপাক্লম অসীদ লৈরিব সুসা কমেং হায়ব মফম অদুদ খুন্দারম্মী ॥ মখোয়গী মচা মশুশিং অদু হৌজিক ফাওব মফম অদুদ লৈরি ॥ চিনাশিং অদুন চেক শাবগী শিনফম অসী তম্বীরম্মী ॥ অদুগ মখোয়ন, নোংশাথোঙ য়ৌব কোনুংলম্বীগী নাকল য়েৎ-ওয়দ চেক্ল য়াম্ন থা-চাউন ব্লোক অনী শারম্মী ॥ মখোয়ন চেক্ল অসুম্ন শারম্ব ব্লোক অনী অদু লৈবাক অসীদ লান্দারকপ অৱাশিংন লৈমায়গ মান্নন থুগাইরমখি

অদুবু হান্নগী শাফম অদুমক্তদ নিংথৌ গমভীরসিংহন হান্নগী অদুগুম্ন অমুক হন্ন শাখি ।।

মথংদ উত্ত্রাগী খারোমদ, দরবার শঙ য়ৌদ্রিবৈদ লাকখোঙ কৌব থোঙ অম লৈরম্মী ।। কনাগুম্ব অমন শ্রীগোবিন্দগীরোমদ নক্তগ কোনুং মনুংলোমদ চঙব তারবদি লাকখোঙ হায়ব মফম অসীদ মীশিং অদুগী মশাদ করি করি য়াওরি, চঙব য়াব মীওইবা হায়বদু য়েংশিন্নব মী তোপ্প থমলম্মী ।। অদুগ নিংথৌন লমথোক্ল লেঙব তারবদি অঙম অথৌ ফমনাইবশিংন শগোল, শামু, দোলাই য়াওন মফম অদুদ থৌগল চঙই।। থোঙ খুদীংদ মতীকচান থোঙশঙ-থোঙঙাকপশিং থন্নম্মী ।। লাকখোঙ্গী থোঙ লানশিল্লগ নিংথৌগী শঙ্গাই কোয়শিল্লিব ফুৎ ২০ লোম ৱাংব চেকপল সিতাদেল লৈরে ।। মদুদ সিতাদেলগী থোঙ অম অমুক লৈরে ।। অসুম্ন কনাগুম্ব অমন নিংথৌগী শঙ্গাই চঙগে হায়রবদি খুৎলাই পায়ব লানমীশিংন ঙাকশেল্লিব থোঙ মঙা অসী ফাওজীন্দুন চঙব তারম্মী ।।

লাকখোঙগী অৱাংদ কংলা উত্ত্রা লৈরম্মী ।। মসী চীরোঙ হাপ্তুন শাব শঙ অমনি ।। উত্ত্রাদগী ঈরোইশেম্ব চীংজীন য়ৌব মাইল অহুম খর হেন্ন শাংব লম্বী অসী পরীংদ শেম্বাং তোংবগুম চুমদ্রিং চুম্ব লম্বীনি ।। ইরোইশেম্ব চীংজীন মপাদগী উরীপোক লম্বীদ নোংপোক পাংন য়েংবদ কংলাগী উত্ত্রাশঙ ফাওব তশেং তশেংন উব ফংই। উত্ত্রাগী নাক-য়েত্ত হাইদোক্কুন লৈব চেক্কী চেকপল অদুগী মনুংদ নিংথৌগী সনা শঙ্গাই লৈরম্মী ।। | অসিগুম্ব মৱোঙ পুম্নমক অসী য়েংলগ অসুম্ন হায়নিংই মদুদি উত্ত্রাশঙ অসী মমাঙবৈ পুৱারীগী তাংকক অমদদি নিংথৌ, অঙম অথৌনচিংবন সনা সঙ্গাইদ চঙথোক চঙশিন তৌবদ অমসুং নিংথৌন লমথোকপদ শীজিন্নব ফাওদোক্কুন চৎপ য়াব অহোব শঙ-হোজঙ ওইরমগদ্র খল্লি ।। নুঙলোন নসু অসুম্ন হায়রি — *"উত্ত্রাগী নোংপোক্রম খুদুপ তরাগী মতমদ কংলৈগী সনথোঙনে ।।" (লা: ৩৯)* কংলৈ হায়ব ৱাহৈ অসীন নিংথৌন লৈরিব সনা শঙ্গাই কোনুং অদুবুসু খঙনৈ ।। উত্ত্রাশঙ অসী অনীসুব মালেম লানজাউ মনুংগী বোম তাবদ মাঙ তাকখিবনি ।। *(Protected Monuments & Archaeological Sites of Manipur Vol. III : State Archaeology, 1996, p. 4/5)*

উত্তাশঙগী নোংচুপ্ত, খাথোঙদগী অরাংথোঙ তাব লম্বীগী হেক নোংপোক্ত মমায় নোংচুপ ওন্দুন ময়া লাওন কাথোকপ কংলাশা অনী অদু লৈরম্মী ।। মমাঙঙেদ লমজেল তান্নব হায়বসী কোনুংলেন কংলাদ পাঙথোকপ লৈবাক নিংথৌগী ওইব অচৌব হরাউ কুম্মৈশিংগী মনুংদ অম ওইরম্মী ।। উরীপোক লম্বীদগী মমায় নোংপোক ওন্দুন চুমদ্রিং লমজেল চেল্লরুগ কংলাশা অদু চোংবত্তুন পায়নব হোৎনরম্মী ।। শা পায়ব অহানব মীশক অদুবু লমজেল থোইব ওইন খঙনরম্মী ।। চৎনবী অসী লৈরকপদগী ঙসীফাওবদ করিগুম্ব থবক অম তৌবগী অহানব মকোক ওইব অদুবু 'মান শা পায়ব্রে' হায়ব ৱাহৈ অসী শীজিন্নরিব অসীদি ।। খৃস্তকুম ১৮৯১ মার্চ ২৪গী নুমিদাংদ সাহেব মঙা অমসুং বেঙ্গুল খোংব অম — মখোয় তরুক অসীগী মকোক অদু কক্লগ থোক্লকপ ঈ অদু কংলাশা অনী অদুগী মচীন্দ তৈশিনখি ।। *শা মমাঙদ অঙৌব মকোক কেল্লানি* হায়ব 'মতমগী খোঙলৈ' পুয়াগী ৱাফমদু চুন্নখি ।। এপ্রিল ২৭ত সাহেবশিংন কংলা লৌশিল্লব মতুংদ, কংলাবু য়েখায় থুগাইবদ কংলাশা অনী অসীবুসু খৃস্তকুম ১৮৯১ জুলাই ২০ দ নোংমৈ হীদাক চল্লগ থুগাইখি ।। কংলাশা অনী অদু ফুৎ ১৮ রোম ৱাংই ।। চাউরাক্ল মপুঙফান ৱাং চাউরব নুপা অমগী মরেপ অহুমগুম্ব ওইগনি ।। কংলা শা অসী করম্ব নিংথৌ হাক্তক্তগী লৈরকপগে হায়বগী মতাংদ তোঙান তোঙানব ৱাফম কয়া লৈ ।। কংলাশা অসী নিংথৌ মুংয়াম্বগী হাক্তক্ত (১৫৬২-৯৭) শারম্বনি হায়ন মায়চৌ পন্দিত মুতুম ঝুলোন অমসুং ইরোম অমুবী অনীন হায়রি ।। অদুগ মমাঙঙৈগী অরিব নুঙদ হক্লম-ইরম্বনচিংব অরিব পোৎশক থিজিনব মুতুৱা বাহাদুরনদি কংলাশা অসী অহানব ওইন নিংথৌ খাগেম্বন (১৫৯৭-১৬৫২) শাখিবনি হায়বসীন হেন্ন চুম্লিংঙাই ওইগনি হায় ।। অদুগ অমুক, লমদমসীগী পুৱারীসুব শক্লাইরব প্রোফেশার গাংমুমৈ কবুইনদি নিংথৌ পামহৈব গরিবনিৱাজগী মতমদ (১৭০৯-৪৮) কংলাদ কংলাশা লৈরম্লে হায়ব ৱাফম অসীদ থাজব থম্মী ।। অদুবু চৈথারোল কুম্বাবা দদি নিংথৌ চৌরজিৎকী মতম খৃস্তকুম ১৮০৪ দ কংলা শা শাখি হায়রি ।। শাখি হায়বিব অসী মমাঙঙেদ লৈরম্ব মফম অদুদ অমুক হন্ন নৌন শাব ওইগনি ।। ৱাফম পুন্নমক অসী য়েংশিল্লব মতুংদ ঐখোয়ন অসুম্ন হায়ব য়াই মদুদি — উত্তা মমাঙগী কংলাশা অসী ঙল্লবদ নিংথৌ মুংয়াম্বগী (১৫৬২-১৫৯৭) মতমদদি লৈরম্লে ।। কংলাশা অনী অদু মচি

কয়া পানবগে হায়বগী মতাংদদি অসুম্ন হায়ব য়াই মদুদি — অহানব লৈরম্ব কংলাশা অনী অদু মচি অমমমত পাল্লম্বসু য়াই ।। মদুগী ওইথোকপ য়াবসু লৈ ।। শঙাই হায়ব শা অসী মচি অনী পানব শানি অদুবু লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মপারী শেনব মিমাবন ফাখিব শঙাই অদুদি শঙাই চিরেল তোমপোকপনি, মচি অমখক্ত মপাল্লি ।। বেক্কোক্ত লৈব, ঐখোয়গী কংলাশাগ য়াম্ন মান্নব শক্তমশিং অদুসু মচি অমমমত পাল্লি ।। *(পুন্সিগী খোঙচৎতা ঃ য়ুম্নাম য়াইমা, ২০০৫, লা: ১৫৩)* অসুম্ন, মহৌশাগী ওইন মচি অনী পানব শাদ ময়ামগ মান্নদব মতীক ময়াই ফোঙদোক্তুন মচি অমখক্ত পানব শা লৈরম্বগী থাজনবী অসী লমদম অসীদ ঙল্লিঔে মতমদগী লৈরকই ।। অদুবু, ইকোন কোনব লৈরম্ব, সাহেবশিংন থুগাইখিব কংলাশা অনী অদুদি অরোঙব মচি অনী অনী পাল্লি ।। কংলাশা অনী অদুবু কনাগুম্বশিংন নোংশা কৌনবসু য়াওই ।। অদুবু নোংশাদি মচি পানব শা নত্তে ।। কনাগুম্বশিংন নোংশা কৌনরম্লিব অসীদি শা অনী অদুগী শাব্রোঙ শাদা অদু নোংশা শাবান মানবদগী কৌনখিব ওইগনি ।। মরম অসীন শা অনী অদুবু ইশম শম্ন কংলাশা হায়বন হেন্ন অচুম্ব ওইগনি ।। মচি পান্দব শা অমসুং লিন্দ মচি পানব, মশা পান্দব শাদ মশা পানব — অসীগুম্বশিং অসীন শা নত্ত্রগ লিল অদু লাইগী মতীক ময়াই লৈব নত্ত্রগ লাইগী শায়োল ওইবগী থাজনবীসু লমদম অসীদ লৈরমদবদি নত্তে ।। খুদম ওইন মচি পানব লিল/লাইরেলগী পাফল, মশা পানব শগোল সামদোল অয়াঙব অসীনচিংব পনব য়াই ।। উত্ত্রা মমাঙগী কংলা-শা অনী অসীন কংলা মনুংদ চঙলকপ মীশিংবু ফত্তব তৌব ঙমহন্দে, ফত্তব পুম্নমক ঙাকথোকই, শা অনী অসী হেক উবদ চঙলক্লিব মী অদুগী নাপলগী চাং অমসুং শীংনবগী ব্রাখলবু মাঙহল্লি হায়ব থাজনবী অসী লৈরম্মী ।। অসীগুম্ব থাজনবী অসী লৈবদগী সনা শঙ্গাই চঙকম হোজঙ ওইরম্ব উত্ত্রাগী মমাঙদ ময়া লাওন কাথোকপ কংলাশা অনী অদু মমায় নোংচুপ ওন্দুন থম্লম্বনি ।। কংলাশা অসী কংলৈপাক মনিপুরগী শক্তাক খুদম শানি ।।

নিংথৌগী লৈকম সনা শঙ্গাই অদু মায়কৈ মরিদ ফুৎ ২০ লোম ব্রাংব লানবনগী মব্রোঙদ শাব চেকপলন (সিতাদেল) কোয়শিল্লম্মী ।। চেকপল অসীগী খোঙ অহুম লৈরম্মী ।। নোংচুপলোমদ লৈব খোঙ অনী অদুগী মনুংদ অমদি

উত্তাগী নোংপোক্ত মায়োক্লন লৈরম্মী ।। অদুগ অতোপ্প অমদুন দরবার হোলগী নোংপোক্ত মায়োক্লন লৈরম্মী ।। খা থংব থোঙ অদুন শ্রীগোবিন্দ লাইশঙগী লম্বীগ শম্নরম্মী ।। চেকপল অসীগী খারোমদ শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙ লৈরম্মী ।। (হৌজিকসু লৈরি) লাইশঙ অসী নিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতম কুম শক ১৭৯০ ব্রাকচীংগী ২৮নি পানব নোংমাইজীং (১০।১।১৮৬৯) নুমিৎকী অচৌব য়ুহার হাব অদুদ নীংখায়খিদুন চহী অদুমক্কী ইঙা ২২নি পানব শগোলশেল নুমিত্তগী (১৭।১।১৮৬৯) নুমিৎ ১০নিগী মনুংদ শেমজিল-শাজিনব লোইদুন শঙ্গারম্মী ।। লাইশঙ অসীগী মতোল চোঙাবোনগী শরূক অদু অপাব তবোপ্পী সনামপাক তৈবম্মী অদুগ লৈমায অদু জয়পুবদগী লৌরুব নুঙঙৌ মপাকশিং থারম্মী ।। শ্রীগোবিন্দ লাইশঙগী মমাঙথংবদ লাইশঙগ মায়োক্লন বৈথোপ লৈরম্মী ।। য়ুহার হাব অচৌব অদুদ বৈথোপ অদুসু নীংখায়খিবনি ।। নীংখায়খিব অদু অমুক হন্ন শেমগৎ-শাগৎলম্মী ।। বৈথোপকী খা-ব্রাংদ চেককী দলালশিং লৈরম্মী, ময়ায়দ মতুমতাব চেক্কী য়ুম্বী পরেংশিং লৈরম্মী ।। পরেং অমমদ য়ুম্বী ৪/৪ লৈরম্মী, পুন্ন য়ুম্বী ১২ নি ।। ঙাক্লৌ ওইরিব য়ুম্বীশিং অসীগী ফৈরেন্দি অচৌব চীংসু উ অমসুং খেউগী বিমশিংন ওইরম্মী ।।

কংলা উত্তাগী কৌব্রু পাংবরোমদ, মনুং-থাঙ্গপাৎকীদি মপাল্লোমদ বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙ লৈরম্মী ।। (হৌজিকসু লৈরি) লাইশঙ অসীদ মথংখনবশিংন চৎনবী অম ওইন বৃন্দাবনচন্দ্রবু লাৎনরম্মী ।। লাই থন্নিব কা অদুগী নোংপোকথংব থোঙজাউ অদু থারব থোঙনা অনী পাল্লম্মী ।। অব্রাংথংব থোঙনাদু হেক হাংদোকপদ থোঙনাদুন খুমজিনখিদুন খনজিনখিব মরুম অদুদ অরোনব লৈখুল (সুরুং) গুম্ব অম ফক্লাংগ তাইনন লৈ ।। লাইশঙ অসীগী নোংচুপথংব ফক্লাংগী অব্রাংথংব শরূক্ত লাইশঙগী মথক থংব কা অদু য়ৌব চপ য়ুংব, অমুক্তদ মী অমদগী হেন্ন কাব য়ারোইদব সিরি থাক লৈ ।। হায়রিব সিরি থাক অসীদ কাখৎখিবদ সিরি থাক অসীদ কাখৎলিব মী অদু মখাদগী কাখৎলকপ মীন থুগায় য়ৈখায়ব নত্তুগ ফানব হোৎনবদ লুন থোক্কনি ।। অদুগ অমুক লাইশঙগী মপান্দগী য়েংলকপদদি সিরি থাক লৈ হায়বদু ইরায় লায়ন উবদি ফংদে ।। সিরি থাক কাফম অসী অচৌব থোঙজাউ অম পাল্লমগদব মাল্লি ।। লাইশঙ অসীদ

লাইথুরক্লিংঙৈদ কনাগুম্বন মপান্দগী ফা-পুনগে হোৎনরকপদ ইরায় লায়ন নাম্বোক্লব অস্থী শেমদুন বাখল তৌরগ শারম্বনি হায়বসী লাইশঙগী খুৎশা মবোঙ অসীন য়াম্ন কক্সন উৎলি ।। *(কংলা: প্রো: দা. শি. গুনিন্দ্র, পোক্লফম-১১।২।০৫)*

য়েক্লবন ইরায় লায়ন চঙশিল্লকপ ঙমদনব লানবন অমগুম্ন লৈরক্লব কংলা মনুংদ মীতৈশিংগী য়েলহৌঙৈদগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনীংগী লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াগী লাইফম কয়া লৈরম্মী ।। লাইনীংগ মরী লৈনব অশেংব মফম, পুঙ, য়েল, খোংলম, ঈয়োক্কোম, লাইশঙনচিংব কয়াসু লৈরম্মী ।।

মথক্কী বাফমশিং অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙব ঙম্মী মদুদি — কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন কংলাদ মরোল মরোল লৈরিব থাঙ্গপাৎ, চেকপল, লৈপাক্কী লৈপল পনজাউশিং অসী, নিংথৌগী শঙ্গাই তম্ন য়েক্লবন চঙশিল্লকপ ঙমদনব মবোঙদ য়াম্ন বাখল তৌরগ হৈ-শিংন চেকশিন্ন শারম্বনি ।। অসুম্ন শেমগৎ-শাগৎলম্বগী থৌবোঙ অসীন, লাইফমলেন অমসু ওইরক্লিব কোনুংলেন কংলাবু মতীকচাব লানবন অমগী মবোঙদ ঙাকশেন্নবগীদমক করম্ন শেমগৎ-শাগৎকদগে হায়বগী অকৃপ্ন বাখল লৌশিং অদু ঙল্লিঙৈ মতমদ লৈরম্ব অদুঙৈগী ইপা ইপুশিং অদুগী মফমদ লৈরম্মী হায়বদু য়াম্ন ময়েক শেংন উৎলি ।। মপাংগল, মথৌনা অমসুং মরিংজেলগ লোয়নব অসীগুম্ব বাখল লৌশিং অসী য়াম্ন ঙল্লিঙৈ মতমদগী লৈরকপ মরমদগী কংলৈচা মনিপুরীশিংগী ইপা ইপুশিং অদুন কংলৈপাক মনিপুর অসীবু ঙাকশেন্দুন চহী লীশীং অমগ চামাপল্লোম অসী মনীংতম্ব লৈবাক অমগী লৈবাকমচাশিং (সিতিজন্স) ওইন লৈব ঙম্নকখিবনি ।।০।।



# ১১

## কংলাদ শোক্লখিব এঙ্গলো-মনিপুর লানগী অহানব লানফম

চন্দ্রকির্ত্তি নিংথৌগী মচা ইবুংঙো চীংলেন লাম্বাব সুরচন্দ্রন নিংথৌ ওইরিঁঙৈগী মতমনি ।। চন্দ্রকির্ত্তিগী মচা ইবুংঙোশিংগী মরক্ত মচীন-মনাউ ওইবগী নুংশিনবগী ৱাখল অদু মাঙশিল্লক্কুন য়েংথিনরকখি ।। অরোইবদ অমগ অমগ য়েংথিনবগী মৰোঙদ কাঙলুপ অনী থোক্লকখি ।। য়েংথিনব অদু মৈরি থোক্ল চাকখৎলকখি ।। খৃস্তকুম ১৮৯০ সেপ্তেম্বর ২২গী অহিংদ অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বগী কাঙবুন কংলা মনুংদ নিংথৌগী ময়োক্ত লাল হৌরকপদ সেনাপতি তিকেন্দ্রজিৎকী কাঙবুসু লাল য়াওশিনখি ।। মতম অদুমক্তি কুলচন্দ্র, তিকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বগী — মখোয় মখোয়গী মশা ঙাকশেন্নবগী মথংশিংন লানমী — ৩০০, ২০০, ৮০ অমসুং ৬০ পীরিঁঙৈ মতমনি ।। মখোয় ৪গী লাম্মী ৬৪০ অসী পূনশিন্নরবদি কোনুংদ লান্দাব হায়বসী অরুব থবক অমদি ওইরোই ।। কোনুং লালহৌ অসী থোকখিবগী হকথেংনব মরুওইব মরম অমখক্তি — নিংথৌগী মথক্ত লালহৌনব অঙৌসনান শরৌ অম শীল্লে হায়ন নিংথৌদ অরানব পাউ অম তমশিল্লুবদগী পাউ অদুগী অচুম অরান থিদোকহৌব তৌদন, অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্ববু সেপ্তেম্বর ২৩গী অয়ুক্ত ফাননব নিংথৌন য়াথং পীরুব অসীনি ।। কোনুং লালহৌ অসীদ নিংথৌ সুরচন্দ্রদি কংলাগী খা-সনথোঙলোমদ থোকখিদুন অহিং নোংয়াই মতুং পুঙ ২ রোম তাবদ বৃতিশ রেসিদেন্সী য়ৌশিনখি ।। লাল হৌরকলিব কাঙবুগ লালথেংনগে মতেং পাংবীয়ু হায়ন সুরচন্দ্রন পোলিতিকেল এজেন্তত হায়রম্মী ।। অদুবু চিফ কমিস্নারগী য়াথং ফংদ্রিফাওবদি লাম্থেংনগে হায়বদু য়াব ঙমদে হায়ন পোলিতিকেল এজেন্তন হায়রম্মী ।। নিংথৌগ লোয়নরক্লিব মনিপুরী লাম্মীশিং অদুগী খুৎলাইশিং অদু

লৌশিল্লব মতুংদময়ুম ময়ুমদ হনখিনব পোলিতিকেল এজেন্তন য়াথং পীরম্মী ।। থৌরোঙ অসীদ নিংথৌ ইকাইরম্মী ।। মিস্তর গ্রিমউদ অসী তিকেন্দ্রজিৎকী মীচঙদ লৈব মীশক অমনি হায়না নিংথৌন চিংনরম্মী ।। নিংথৌন পোলিতিকেল এজেন্তত — মনিপুর থাদোক্লগে, তির্থ চৎলগে, বৃন্দাবন্দ বাস তৌরগে হায়বগী অপাম্ব ফোঙদোকখি ।। নিংথৌ তাঙবল থাদোকপগী খুদম ওইন মহাক্ল নিংথৌ ওইবগী ফিজোল অমসুং থাঙশাং অদু পীখিরম্মী অমসুং মহাক্কী খোঙচৎ অদুগী খুজীল থৌরাঙ তৌবীনব চেরোল পীরম্মী ।। মফম থাদোক্লব সুরচন্দ্র মনাই মশন্ন থৌগল তৌদুন সেপ্তেম্বর ২৩গী নুমিদাং পুং ৭.৩০ তাবদ মনিপুর থাদোক্লুন বৃন্দাবনগীদমক খোঙশানখি ।। কাসার ফাওব মখোয়বু ঙাকশেন্নবগীদমক পোলিতিকেল এজেন্তন গুর্খা সিফাই ৩০ পীখি ।। ওক্তোবর ৩দ শিলচরদ থুংখি ।। শিলচরদগী কলিকতা হেক য়ৌখিবগ নিংথৌ খুভম হনজিনহনবীয়ু হায়ন গবর্নর জেনরেলদ ব্রাকৎ-চে অম থাখিরম্মী ।।

১৮৯০ সেপ্তেম্বর ২৩দ কুলচন্দ্রন কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌ, তিকেন্দ্রজিৎন মথংখনব/জুবরাজ অদুগ অঙৌসনান সেনাপতি ওইখি ।। সুরচন্দ্রন ফম্বাল থাদোক্লম্বদগী মহাক্ল ফম্বাল কারে হায়ন কুলচন্দ্রন ভাইসরোইদ চেরোল অম থাখি ।। চেরোল অসী মহাক্ল নিংথৌ ওইব অদুবু য়াবীনব নত্তে, মরূপ মপাং ওইব লৈবাক অম ওইন থাখিবনি ।। ইচম চম্ন খঙহনবগী ব্রাফম্নি ।। সুরচন্দ্রন ব্রাকৎখিব অদুন মরম ওইরদুন আসামগী চিফ কমিস্নার মি. কুইন্তন্ন গবর্নর জেনরেলগী য়াথং পুদুন কর্নেল স্কীন্ন লুচিংদুন সিফাই ৪০০ পুদুন বৃস্তকুম ১৮৯১ মার্চ ২২ নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুঙ ১০ তাবদ ইম্ফালদ থুংলখি ।। হেক থুংলবগ নুমিৎয়ুংব মতমদ রেসিদেন্সীদ দরবার তৌগনি মহারাজ কুলচন্দ্রসু তিকেন্দ্রজিৎক লোয়নন দরবার য়াওবিগদবনি — হায়ন পাউ থারকখি ।। হাথু হাথুন দরবার তৌগদৌরিব অসীগী মরমদি কুলচন্দ্রবু নিংথৌ ওইহনব অদুগ তিকেন্দ্রজিৎপু মনিপুরগী মপান্দ থাদোকপ — হায়ব গবর্নর জেনরেলগী য়াথং অসী হায়দোক্লবনি ।।

নুমিৎ য়ুংশিল্লক্লে ।। মহারাজ কুলচন্দ্রন বীর তিকেন্দ্রজিৎ, থঙ্গাল জেনরেল নচিংব অঙম অথৌশিংগ লোয়নন রেসিদেন্সীগী থোঙ্গালদ ঙাইদুন লৈরম্মী ।।

দরবার শেম-শাব লোইহিন্ত্রি হায়দুন মখোয় কনাসু চঙহল্লমদে ।। রেসিদেন্সী মনুংদ লৈরিব লাম্মীশিংগী চিংননিংঙাই ওইব মখোঙ মতৌ অদু তিকেন্দ্রজিৎন শগোল মথক্তগী উরম্মী ।। মহাকপু ফাগদবগী থৌরাং ওইরমাল্লে হায়ন মপুক্লীংদ চিংনরম্মী ।। মনাই অচানব দসু সর্দ্দারবু কোয়য়েং য়েংহল্লুবদ রেসিদেন্সীদ লানমী মপৈ মপৈ লৈবগী পাউ অদু মঙোন্দ তল্লম্মী ।।

মতম অদুদ তিকেন্দ্রজিত্তি হকচাং ঙমদবগ, রেসিদেন্সীগী থোঙ্গান্দ কুইন ঙাইহনবগী ব্রাবৌবগ অমসুং মাবু ফাগদৌরিব্রা হায়বগী চিংনবগ — পুম্নমক অসীন মরম ওইরদুন অমুক পন্থন ঙাইব তৌদন শঙ্গাইবোমদ হল্লকখি ।। বীর তিকেন্দ্রজিৎ য়াওদ্রবদি দরবার তৌব কান্নদে খল্লদুন দরবার অদু মথং নুমিৎকী অয়ুক পুঙ ৮দ য়েথোক্লম্মী ।। মদুদসু বীর তিকেন্দ্রজিত্তি মশা ঙমদদুন লৈরে দরবার যাওব ঙল্লরোই হায়রবদ নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুঙ ১দ অমুক য়েথোকখি ।। নুংথিল পুঙ ৪ তাবদ মি: গ্রিমউদ লাক্কুন মহারাজ কুলচন্দ্রদ বৃতিশকী য়াথং অদু খঙহল্লম্মী ।। বৃতিশত লাল্লে হায়দুন চঙজৌ হায়বদু তিকেন্দ্রজিৎন য়াদে, অদুগ তিকেন্দ্রজিৎপু ফাবসু ঙমলোই হায়ন মহারাজ কুলচন্দ্রন হায়রম্মী ।। মি: কুইন্তন, কর্নেল স্কীন অমসুং মি: গ্রিমউদ — অহুম অসীন তিকেন্দ্রজিৎপু নমদুন ফানবগীদমক লোন্ন ব্রা তানরম্মী ।।

মার্চ ২৪ গী অয়ুক্ত চিফ কমিস্নারন তুমু চৎকনি, মদুগীদমক কুলি ১০০ পীয়ু হায়রস্ব অদু তোকথোক্কুন কোহিমা চৎলগনি কুলি ৪০০ পীয়ু হায়ন মহারাজদ হায়রম্মী ।। কুলি ৪০০ অদু তাং ২৩গী অহিং পুঙ ১০ তাবদ রেসিদেন্সীদ থুংলম্মী ।। নুমিৎ অসীমক্কী নুমিদাংদ চিফ কমিস্নারন জগোই রাস য়েংগে হায়বদগী রাস য়াওগদব মী পুম্নমক লাক্কুন নুপা পালা হৌখি ।। রাস হৌরমদাই য়ৌরবদ য়েংলরোই হায়রকপদগী নুমিদাং পুঙ ৮ তাবদ মী পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদ হলহনখি ।। অসুম্ন সাহেবশিংন ওইদব ঙাঙদুন উৎ চাইবগী মরমদি মখোয়ন তাং ২৪গী নোংঙাল্লমদাইদ কংলা মনুংদ চঙদুন তিকেন্দ্রজিৎপু নমদুন ফানবগী থৌরাঙ তৌরিব অদু কংলৈচা মনিপুরীশিংন খঙখিদনব হোৎনবগী থৌশিলনি ।।

আসামগী চিফ কমিস্নার মি: কুইন্তন, কর্নেল স্কীন অমসুং মনিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদ অহুম্ন তিকেন্দ্রজিৎপু নমদুন ফানবগীদমক

লোন্ন ৱা তানখি ॥ মার্চ ২৪গী নোংঙাল্লমদাইদ য়ুম কোয়শিন্দুন তিকেন্দ্রজিৎপু নমদুন ফাব হায়্নন লেপ্লখি ॥ মতম অদুদ কংলৈচা মনিপুরীশিংসু ইপঙ পঙবদি ওইরমদে ॥ ওইরক্লিব ফীবম কয়া অদুদগী চিংনব কয়া লৈব মরম্ন তিকেন্দ্রজিৎন থবক খূদীংমক শীন্তোক শীনজীন তৌদুন কংলৈচা লানমী অয়াম্ব কংলা মনুংদ ৫/৫, ১০/১০ তুমিন তুমিন চঙশিন্দুন তাং ২৩গী নুমিদাংৱাইরম ফাওবদ চাউরাক্ল লাম্মী লীশীং মঙা তরূকলোম, থোক্লব য়াব খুদোংঙথীব অম হেক্ত মায়োক্লনবগী শেম-শাদুন লৈরম্মী ॥ মার্চ ২৪গী নোংঙাল্লমদাই পুঙ ৪.৪৫ তাবদ বৃতিশ লাম্মীশিংনা কংলাগী নোংচুপ সনথোঙ মপা লাম্থোক্তুন অৱাংলোমদ চংশ্নগ লৈপল কাদুন কংলা মনুং চঙশিনখি ॥ তিকেন্দ্রজিৎকী ময়ুমদ লান্দাখি ॥ নোংমৈ কাপ্লরে ॥ নহা ওইরিব লেফতেনেন্ত বৃকেনবরীদি অয়ুক ঙন্তাদ নোংমৈ গুলিন পান্দুন মখোঙ অনী অমসুং মপাম্মোম অনী তেকখি ॥ মশাদসু অশোকপ কয়া য়াওরম্মী ॥ মহাক্কী সুবদার হীমচান্দ অমসুং হাবিলদার অমসু নোংমৈন পান্দুন শিখি ॥ বৃতিশ লাম্মীশিংন তিকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গাই তম্ন নোংমৈ কাপশিনখি ॥ মীতৈ লাম্মীনসু বৃতিশ লাম্মী তম্ন নোংমৈ কাপখি ॥ মায়কৈ অনীগী লাম্মীশিংন শঙ্গিন্ন থিন্নখি ॥ বৃতিশ লাম্মীশিংন বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙ অমসুং মথংখনব তিকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গাইদ চঙশিনখি ॥ অদুবু তিকেন্দ্রজিত্তি লৈরমদ্রে ॥ মহাক্তি অরোনব লম্বী অমদ চংখিদুন কোনুংদ চঙদুন লৈরম্মী ॥ সাহেবশিংগী লাম্মীন তমপাকয়ুম খূদুম চনশিনখি অদুবু সনাকোনুং চঙবদি ঙমখিদে ॥ কোনুংলেন কংলা অসী লানবন অম ওইন লৈরম্বদগী সাহেবশিংন মথংখনব তিকেন্দ্রজিৎপু ফাব ঙমখিদে ॥

নোংঙাল্লে ॥ নিংথৌ কুলচন্দ্রন বৃতিশকী মায়োক্ত লাল লাউথোকখি ॥ অথাপ্প মফম কয়াদ লাল লাউথোক-চেরোল পীখি ॥ কোনুং মনুংদগী মীতৈ লাম্মী য়াম্ন তুরেল্লোমদ চেনশ্নগ নোংপোকলোমদ লৈরিব উমং অদুদগী বৃতিশ লাম্মীশিংন লৈরিব মায়কৈ অদোমদ হন্দুন নোংমৈ কাপশিল্লকখি ॥ সাহেবশিংগী নোংমৈ মচাক লৈশিল্লক্রে ॥ লেফতেনেন্ত সিম্পসন, মি: গ্রিমউদ অমসুং লেফতেনেন্ত লুগার্দক সিফাই খরগ লোয়নদুন কেম্প তান্ন হনখি ॥ মতমদু অয়ুক্কী পুঙ ১১ তাশিল্লকপ মতমনি ॥ বৃতিশশিংন নমথাক তৌদুন কংলাদ লোন্ন

লান্দাশিল্লকপ অসীদ কংলৈচা মনিপুরী লৈবাক মীয়াম পুন্নমক খাঙব ঙমদন শাউনখি ।। নুমিৎ য়ুংব মতম য়ৌশিল্লক্লবদ তিকেন্দ্রজিৎকী লাল্লোং হোংখি ।। রেসিদেন্সীদ নোংমৈ কাপশিনখি ।। তিকেন্দ্রজিৎকী য়ুম অমসুং বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙ অদু থাদোকহল্লগ বৃতিশ লাম্মীশিং অদু রেসিদেন্সীরোমদ চৎখিনবগীদমক্ত মীতৈ লাম্মীশিংন রেসিদেন্সীদ নোংমৈ কাপশিনখিবনি ।। মদুমক থোকখি ।। কর্নেল স্কীন্ন কেপ্তেন বুতচরবু মাগী লাম্মীশিংগ লোয়নন রেসিদেন্সীদ হল্লকনব হায়রকখি ।। মখোয় হল্লকখি ।। নুংথিল পুঙ ৪ তাবদ বৃতিশকী লাম্মী পুন্নমক বেসিদেন্সীগী লমপাক মনুংদ পৈশিন্দুন লৈবম্মী ।। নুংথিল পুঙ ৫দগী ৮ ফাওব কংলারোমদগী বেসিদেন্সী তম্ন নোংমৈ কন্ন কাপশিনখি ।। কংলৈচা মনিপুরী লাম্মীশিংগী মখূত্ত মাযথীব শোয়দ্রে হায়ব খঙলব মতম নুমিদাং পুঙ ৭ তাব অদুরাইদ চিফ কমিস্নাবন কর্নেল স্কীনগ রা খন্নখি ।। য়ারবদি য়ানব অম পুবক্তুন লান লেপ্পবন ফৈ খল্লদুন চিফ কমিস্নার মি: গ্রিমউদন 'লাল লেপ্পসি' হায়দুন চেরোল অম ইদুন মহারাজদ পীকনব কোন্নুংদ মীতৈমচা অম থাবকখি ।। চেরোল অসী হেক থাখিবগ লোয়নন নুমিদাং পুঙ ৮ তাবদ লাল লেপ্পগী বেঙ্গুন বেসিদেন্সীদগী খোংলকখি ।। কংলা কোনুংলোমদগীসু লাল লেপ্পগী খুদম ওইন শেম্বুং মখোল হৌন যৈবকখি ।। অসুম্ন মায়কৈ অনীমক লাল লেপ্পখি ।।

মথংখনব কোয়বেং/জুববাজ তিকেন্দ্রজিৎপু নমদুন ফানবগীদমক সাহেবশিংন কংলাদ হুরাল-লান্দাশিল্লকপ অসীদ মীশি মীনা কয়া যাওখি, অশোক অপন কয়া থোকখি ।। সাহেবশিংন য়ুম কয়াসু মৈ থাদোকখি ।। বৃতিশ লাম্মীশিংন মথংখনবগী শঙ্গাইদ নুপামচা অম, নুপীমচা অম অমসুং লাই থৌগনতৌব বামোন অম য়াওন মী ২০ (কুন) নোংমৈন কাপ্তুন হাৎখি ।। বৃতিশ লাম্মীশিংন য়াম্ন নুংশি হৈতন ওৎ-নৈরগ হাৎপসু য়াওখি ।। খুদম ওইন — মুসলমান ফোতোগ্রাফর দসু সর্দ্দারবু অহানবদ মখোঙ মখুৎ কক্লগ অকোনবদ মকোক কক্তুন হাৎখি ।। সর্দ্দার অসীগী মচানুপী অনীবু মশম মশম পুনশিন্নরগ মৈনুংদ লংশিন্দুন হাৎখি ।। মৈচাকপদ মৈ মুৎথৎকে হায়ন হোৎচিনজরুব অম নোংমৈন কাপ্তুন হাৎখি ।। লমজাউদ কিন্দুন চেনজবী নুপী অমবুসু মখুৎক মনাগ ককথৎপিখি ।। দসু সর্দ্দারগী নুপীগ মচানুপী অনীগ য়াওন মীওই তরেৎ অশোক অপন নংখি ।।

বৃতিশ লাশ্লীশিংন মৈ থাখিবগী মতাংদদি — কংলা কোনুংগী ওফিস অম য়াওন য়ুম ৯ মৈ থাখি ।। মখোয়ন বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙ মনুংদ চঙলগ লাইগী শক্তমশিং অদু থুগাইখি ।। লানফম অসীদ কংলৈচা মনিপুরী কয়া অশি-অনা নঙখিবগে, করি করি অমাঙ-অতা থোকখিবগে হায়ব অদু নিংথৌ কুলচন্দ্রন মার্চ ২৫, ১৮৯১ দ ভারতকী গবর্নর জেনরেলদ ইখিব চেরোলদগী খঙব ঙম্মী ।। চেরোল অদুদ ভারতকী গবর্নর জেনরেলবু কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌন 'My honourable most beloved friend' (ঐগী ইকাই খুম্নজরব খ্বাইদগী হেন্ন নুংশিজরব মরূপ) হায়ন কৌই ।। মিংগৌ অসীন উৎলিবদি মতম অদুদ কংলৈপাক মনিপুর অসী সাহেবশিংগী লোইলম লৈবাক অম ওইদ্রি হায়বসীনি ।।

বৃতিসশিংন লাল লেপ্পরসী হায়দুন সনাকোনুংদ পাউ থারকপগী মতাং অসীদ ঐখোয়ন খঙজিনফম থোকপ ৱাফম অম লৈ মদুদি — মখোযন লাল লেপ্পসী হায়রকলিব অসী লাল চৎথনবিব অদু লেপ্পরগ ৱাবী শানব পাম্বদগী হায়রকপ নত্তে, লাল অদু মখা তান চৎথনব মখোযগী নোংমৈ মরূ লৈবক্তবদগী হায়রকখিবনি ।। মখোয়ন নমথাক তৌদুন হূরাল লান্নাদ লোন্ন লান্দাবকখিবগী থৌৱোঙ মতুং ইন্ন থবক তৌব তাববদি মখোয়বু কংলৈচা মনিপুরী লাশ্লীশিংন পুমতুম তুম্ন হাত্তোক্লক্সব্ব য়াবনি অদুবু লৈবাকমচা তাবব কংলৈচা মনিপুরী লাশ্লীগী লূচিংপুরেন্ন মদু তৌখিদে ।। নিংথৌ কুলচন্দ্রন মদু তৌখিদে ।। বৃতিশশিংন হায়জরকপদগী লাল লেপ্পবদ নিংথৌ অসীন চিফ কমিস্নারদ — কংলৈচা মনিপুরীশিংন বৃতিশ সরকারগী মথক্ত লাল হৌব নত্তে, বৃতিশন হান্ন লান্দাশিল্লক্লবদ মশা ঙাকথোকচনব হোৎনরুবতনি' হায়ন খঙহন — চেবোল অম থাখি ।। খঙহন — চেরোল পুরক্লিব নুপা অদুদ মি: গ্রিমউদন চিফ কমিস্নার অমসুং মহাক্কী মীশিংন কংলা কোনুংদ চঙলক্লুন তিকেন্দ্রজিৎ উনবদ খুদোংথীব থোক্লদরা থোক্লোইদরা হায়ন হংলম্মী, মদুদ নুপা অদুন — ঐখোয়ন নখোয়গী মাঙননব করি তৌগদগে — হায়ন খুমখি ।। মতাং অসীদ ঐখোয়ন কাউথোক্লোইদবদি ৱাফম অসী হায়য়ু হায়দুন নিংথৌন হায়রকখিব লৈতে ।। অয়িব চেরোল পীরকখিব নত্তে — হায়বসীনি ।। অহিংদ লোন্ন লান্দাশিন্দুন মরাল লৈজদ্রব নুপী অঙাং য়াওন মীওই কয়া হাত্তোকপিখিবগী অমসুং য়ুম-কৈ কয়া মৈ থাদোকপিখিবগী

কংলৈচা মনিপুরী লৈবাক মীয়াম পুন্নমক মমিত্ত ঈখেং কাদুন মৈ হৌন শাউনরিঁঙে মতম তানজা অদুদ — ১) পোলিতিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদ, ২) কর্নেল স্কীন, ৩) লেপ্তেনেন্ত সিম্পসন অমসুং ৪) কসিন্সক লোয়নন চিফ কমিস্নার মি: কুইন্তন্ন বেঙ্গুন খোংব নুপা অমতংগ লোয়নন নোংচুপ সনথোঙলোমদগী কংলা চঙশিল্লকখি ॥ মখোয়গী থৌৰোঙ অসীদগী ঐখোয়ন খঙব ঙমই মদুদি — মখোয়ন থৌৰোই ৱাৰোইদন চঙশিল্লক্লিব অসীগী মরমদি মখোয়ন কংলৈচা মনিপুরীশিংবু থৌৰোইদে, উশিত্তে, কংলৈচা মনিপুরীশিংগী মথৌনা মরিংজেল য়াম্ন কৃপ্ন খঙব ঙমদ্রি হায়বসীনি ॥ নুমিদাং মতম ওইবন দরবারশঙ অদু থোঙ লোল্লন্ম মরম্ন দরবারশঙ অদুদগী খুদুপ কয়া চৎথোক্লগ অহাঙব মফম অমদ সাহেবশিং অদুগ মথংখনব তিকেন্দ্রজিৎ অমসুং লৈবাক্কী অঙম অথৌশিং য়াওন দরবার তৌখি ॥ দরবার ফম্ব অদুদ থঙ্গাল জেনরেল য়াওন অঙম-অথৌ কয়াসু তিনখি ॥ দরবার ফল্লিব অদুদগী খর লাপথোক্লগ অঙম অথৌ কয়া য়াওন মী য়াম্ন তিল্লম্মী ॥ মথংখনব কোয়রেংন চিফ কমিস্নারদ অসুম্ন হায়খি মদুদি বৃতিশপু অমুক থাজব লৈত্রে ॥ বৃতিশন খুৎলাই পুমথা থাদোক্লবতদ য়ানগদব মঙায়রে ॥ অসুম্ন পুঙখায় অমরোম ৱাবী শানবদ য়ানব অমত্ত পুরকপ ঙমখিদে ॥ মতমদু নুমিদাং পুঙ ১০ রোম তাগদৌরে ॥ সাহেবশিং অদুন চৎকদবগী ফূক ফূক হেক হৌগৎলকপদ লোণ্না লান্দাশিল্লক্তুন মরাল লৈজদ্রব নুপী অঙাং কয়া হাত্তোকপিখিবগী, য়ুম কয়া মৈ থাদোকপিখিবগী মমিৎ ঈ কান মৈ হৌন শাউরব তিল্লিব মীয়ামশিং অদুন 'হাৎলো হাৎলো' হায়ন য়াম্ন কন্ন লাউনরকখি ॥ মতম অসীদ মি: গ্রিমউদন অঙোম নিংথৌ গিরিধারীদ সাহেবশিং অদু খুদোংথীব থোক্তনব শীনবীয়ু হায়খি ॥ অঙোম নিংথৌন তিকেন্দ্রজিত্ত হংগৎলুবদ থিন্দোকপিরু হায়রকপদগী থিন্দোকপ থোক্লকপদ তিল্লিব মীয়াম মরক্তগী অমন লেপতেনেন্ত সিম্পসনগী মকোক্ত থাঙন য়ানখি অদুগ কাংমোংদগী পুখ্রম্ব ফিঙাঙ/কাজাওন পোলিতিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদপু দরবার শঙ্গী শিরিথাক কাখৎলকপদ তান থিন্দুন হাৎখি ॥ থঙ্গাল জেনরেল অমসুং মথংখনব তিকেন্দ্রজিৎ অনীন খন্নরব মতুংদ সাহেবশিংগ কংলৈচা মনিপুরীশিংগ তাইশিন্নব হায়বসী সুকয়ামক য়াররোইদবনি হায়ন লেপ্নরদুন সাহেবশিং অদুবু শঙলিংবদ শিন্নখি ॥ য়াম্ন পুকচেল শেংন মীচঙ মীখায় নাইদন হায়রবদ বৃতিশশিংন লান্দারকপগী থৌৰোঙ হায়বদি

কোহিমারোমদ চৎলগনি কুলি ৪০০ পিয়ু, জগোই রাসসু য়েংখিগে হায়দুন উৎচাইদুন থাজহল্লগ অহিং নোংয়াই মতুংদ লোন্ন কংলাদ লান্দাশিল্লকপ, মরাল লৈজদ্রব নুপী অঙাং কয়া মীনুংশি খঙদন হাৎখিব অমসুং য়ুম-কৈ কয়া মৈ থাদোকখিব পুম্নমক অসী মুম্ন খল্লুরবদি সাহেবশিং অদুবু হাৎপগী ৱায়েল চৈরাক পীব হায়বসী হেনমনব চৈরাক নত্তে ॥ অহিং নোংয়াই মতুং অদুৱাইদ সাহেব মরি অদুগ বেঙ্গুন খোংব নুপা অদুগ মখোয় মঙাবু শঙলিংবদ শিন্নখি ॥কংলাশা অনী অদুগী মমাঙদ মখোয় মঙাবু মঙক কক্তুন হাৎখি ॥ অককপ মকোকশিং অদু মাইব অনীন থিন্দুন তাকপ মফম নুঙ্গোয়বীদ কোম অম খুবোম অমরোম লুন তৌরগ লালু চন্দুন ঈরাৎখি ॥ সাহেবশিং হাৎখিবগী ঈ অদু মনাক্ত লৈরিব কংলা শা অনী অদুগী মচীন্দ তৈশিল্লম্মী ॥ অসুম্ন 'শা মমাঙদ অঙৌব মকোক কেল্লখিনি' হাযব *মতমগী খোঙলৈ* পুয়াগী ৱাফম অদু চুল্লখি ॥

মার্চ ২৪গী অহিংদ কংলাদ সাহেবশিং হাৎপ তৃপ্পগী থবক চৎথরিঙৈ চৈরক অসীদ কংলৈচা মনিপুরী লান্মীশিংন রেসিদেন্সী তম্ন নোংমৈ কাপশিনখি ॥ খাঙব ঙল্লক্রুদুন মিসিজ গ্রিমউদ নোংযাই মতুং পুঙ ২ তাবদ গর্দননচিংব বৃতিশ মিলিতরী ওফিসার খর অমসুং অতৈ মীওই খবগ লোয়নন নোংমৈন শোকপ মীওই ১৭ পুদুন রেসিদেন্সী থাদোক্তুন তোংজৈ মবিল্লোমদ চেনখি ॥

কংলাদ শোক্লখিব এঙ্গলো-মনিপুব লানফম অসীদ বৃতিশকী মায়কৈরোমদ অমাঙ অতা কয়া থোকখি, লান্মী অমসুং মীওই কয়া লানফা ওইন লৈহৌখি ॥ লানফাশিং অদুগী চাউরাকপ মশীং অদুদি — (১) ৪২ সুব গুর্খা রেজিমেন্তকী জমাদার ১, সিফাই ১২ অমসুং মখোয়গী তুংইনব মী ১৪; (২) ৪৩ সুব গুর্খা রেজিমেন্তকী হাবিলদার ১, নাইক ১, বেঙ্গুন খোংব ১ অদুগ সিফাই ১৪; (৩) ৪৪সুব গুর্খা রেজিমেন্তকী হাবিলদার ২, নাইক ১ অমসুং সিফাই ১৯ অদুগ মখোয়গী তুংইনব মী ৪; (৪) শগোল পান্নব শৈশ ৯; (৫) পোলিতিকেল এজেন্সিগী মী ১২; (৬) চিফ কমিস্নার ওফিসকী মীওই ১৮; (৭) দাকঘর অমসুং তেলিগ্রাফকী মীওই ৩২ অসীনি ॥ অসুম্ন, কংলাদ শোক্লখিব অহানব এঙ্গলো-মনিপুর লানফমদ সাহেবশিং মায়থীখি ॥ *(বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ : আর: কে: সনাহল)*

কংলাদ শোক্লখিব লানগী মতাংদ চৈথারোল কুম্বাবা ন ঐখোয়দ অসুম্ন পাউদম্মী ——"কুমশক ১৮১২ --- লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লে ॥ --- ৯নি লৈপাকপোকপদা (২৩।৯।১৮৯০) শ্রী কুলচন্দ্র সিংনা চহি ৩৭ তা নিংথৌ ওই ॥ --- নুমিৎ য়ুংবদা মনাউ টেকেন্দ্র সিংবু যুবরাজ হাপএ ॥ দোলাইরোই হঞ্জববু (অঙৌসনাবু) সেনাপতি হাপএ ॥ --- লমতা থা ইমশকৈশনা হল্লে ॥ (১১।৩।১৮৯১) --- ১২নি লংমাইজিংদা (২২।৩।১৮৯১) কমেশোন সাহেপ সিফাই ৪০০ গা লোয়নদুনা থুংলৈএ ॥ শ্রীমহারাজনচিংবা লৈপাক পুম্নমানা ওকএ ॥ তোপ ১৩ রক কাপএ ॥ কমেশোন সাহেপসু কোম্বৌজম ইমফমদা থুংএ ॥ কমেশোন সাহেবপনা মহারাজ দোরবার তৌসে হায়রমএ ॥ শ্রীযুৎসু কোনুং চঙখি ॥ শ্রীযুৎসু মনাও ৩ মাগা লৈপাক্কী অঙম্বশিং য়াওনা নুমিৎ য়ুংগদবা পুং ২ লৈরিঙৈদা দরবার তৌবা চৎলে ॥ কমেশোন সাহেপতি চাক চাদরি হায়দুনা থোকলকতরে ॥ যুথক ১ ঙাইরবা ফাওবদা কমেশোন সাহেপতি দোরবার তৌসি হায়বা য়াদরে ॥ অদুদা শ্রীযুৎনে মনাও ২নে (টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং অঙৌসনা) হল্লক্লে ॥ লৈপাক্কী অঙম্বসু হল্লক্লে ॥ ১৩নি নিংথৌকাবদা কমেশোন সাহেপনা শ্রীযুৎতা হায়বকএ ॥ হয়েং নোংঙাল্লগ ঐ চৎলগে বেকার পিও ১সুং নখোয়গী রাস লিলা য়েংখিগে হায়রকএ ॥ শ্রীযুৎনা তোপ গারোৎতা শোইদনবা তৌ হায়দোকএ ॥ নোংথোনব ফুলোনা শোইদনবা তৌএ ॥ লুপা ৪০ পীএ ॥ --- অহিং অদু সাহেপকী মমাঙদা শান্নরুইএ ॥ নোংঙানগদবা পুং ৮ লৈরিঙৈদ হল্লকএ ॥ অদুগী নোংঙানগদবা পুং ১ লৈরিঙৈদা সাহেপনা সিফাই লোয়নদুনা নোংমৈ কাপলরে ॥ নোংমৈ মখোল তারবদা নুপী নহা য়াম্না কায়দুনা চেম্নরে ॥ ১সুং পুম্রনবা অংকোনা চোংথোক্লুনা চঙলিবা সাহেপকা খুৎফংনা য়ান্নদুনা ২মা শিমিন্নৈ ॥ তাংখুল হাও ২সু শিএ ॥ বামোন ১সু শিএ ॥ অদুগী নুংথিল অদু য়াম্না কাপনরে ॥ সাহেপকী সিফাই ৭তি মিনুথোং ব্রাংমা লান্না পাংঙন সরদারগী (দসু সরদার) মযুম চঙদুনা নুপী ৩ হাৎলমএ ॥ পাঙন সরদারসু হাৎলমএ ॥ খুল্লক চঙদুনা উশম লৈকাই, য়াম্বেম লৈকাই, শাইখোম লৈকাই ৩মা মৈ থারমএ ॥ য়াম্বেম তোলেন খোম্বানা যুম চাকলে হায়দুনা কনবদা নোংমৈনা কাপতুনা শিএ ॥ শ্রীযুৎনা চিংনাংখোংনাং অসোমদা য়ামনা কায়নরে॥ যুমসু থারমাল্লে মৈখু কারে, নুপী নহা য়াম্না কায়নরে হায়দুনা খুম্বোং সুবিদার ১ লৈশাং জোমান্দার

*১ অথোকপা দেৱান মচা ১ চোংথা মিয়া ১ মখোয় অসিনচিংনা কাপনরুই ॥ খুম্বোং সুবিদার, লৈশাং জোমান্দার, অথোকপা দেৱান ৩মা নোংমৈনা পান্দুনা শিএ ॥ নোংচুপথোঙদা মচা ইবুংঙো ৱাংখৈরাকপনচিংনা সিফাই ৫০ গ লোয়নদুনা কপনৈএ ॥ অদুদগী নিত্যাইনন্দগী মপাদা লান্দুনা লানমি থোঙলেনগী অৱাংপাংবা শলুঙশঙগী মমাঙদা লৈবা কাপনদুনা থুগাইরে॥ অদু নুমিত্তারাইতমদা সাহেপসু বাঙ্গালাদা চেনশিনখরে ॥ অদুদগী থাঙ্গাপাৎ পল্লিদা কাপনৈএ ॥ সাহেপকী বাঙ্গালাদগীসু য়াম্না কাপলকএ ॥ থেঙলকলবদা কমেশোন সাহেপনা পেংগুন্না তোকসি হায়রকএ ॥ লৈপাক্কী হায়রকএ ॥ কমেশোন সাহেপনা দরবার তৌসি হায়রবদি লুক্রাম্বা লালুপচিংবা নহারু কমেশোন সাহেপপু ওকলু হায়ন বাঙ্গালাদা চঙহনখি ॥ কোনুং মনুংদদি মনাও ইবুংঙো কোইরেং যুবরাজ, মনাও ইবুংঙো অঙৌ সেনাপতি, মনাও ইবুংঙো জিলাঙম্বা, নোংমাইথেম্বা অঙোম (অঙোম নিংথৌ গিরিধারী) নিংথৌ, মৈম্না লুৱাং নিংথৌ (কর্নেল শামু), কাংঙবা থাঙ্গান মেঞ্জোর, নিংথৌজাম্বা নহারূপ লাকপ অসিনচিংবা লৈপাক পুম্নমা তিন্দুনা খন্নৈএ ॥ শ্রী মনাউ ইবুংঙো জুব্রাজনা চিংবা পুম্নমানা হায়এ ॥ পেংগুন মরোম্না চঙলকউ হায়বদা পেংগুন্না লাক্কে খুমসে ॥ কমেশোন সাহেপনচিংনা সাহেপ ৫ নে পেংগুন খোংবা ১নে ৬মা অসি চঙলকএ॥ অদুদগী মনাউ ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা লৈপাক্কী অঙম্বা পুম্নমাগা দরবাব তৌনৈএ ॥ মনাও ইবুংঙো জুবরাজনা হায়এ ॥ সাহেপ নখোয়ন হায়ববু ঐখোয়না য়াবা লৈতে ॥ নহানসু বেকারি পিও চৎলগে হায়শিন্নরগা অহিংদা নোংমৈ কাপ্তুনা নুপী নহা য়াম্না শিরে ॥ ঐবু হাৎকে তৌবনে ॥ নখোয় সরকার অসিদি বিচার চুমদে মিনমএ ॥ ধরমা য়াম্না লৈতে॥ ঙসি নখোয়ন তৌবদি নিংথৌনচিংবা লৈপাক পুম্নমা হাৎকে তৌবনে ॥ ঙমদবগী তোকপনে ॥ নোংপোকথংবা চিংনাংখোংনাং অসি মৈ থারে ॥ মৈতে ঐখোয় করি লানবা লৈবগে ॥ নখোয় লাল তৌগে হায়রিবনি ॥ থাজব লৈতে॥ অসুম হায়এ ॥ অদুদা সাহেপনা হায় ॥ লানফমদি তৌররোই ॥ ঐখোয় ফনরসে হায়ববু মনাউ ইবুংঙো যুবরাজ কাংঙবা মেঞ্জোর অনিমানা হায়য়ে ॥ লান তোক্লগে হায়রবদি সাহেপলুক্কী নোংমৈনচিংবা থাঙ তা পুম্নমা ঐখোয়গী সিফাই চৎতুনা ঙমনা লৌহল্লুগে কোনুংদ থমসে ॥ অমতা মাঙহল্লোই বিচার লোইরগা ঙমনা লৌজখো॥ সাহেপকা লোয়নরকপা পেংগুনসু*

*হনহলখো ।। সাহেপতি কোনুংদা লৈখো ।। নখোয় ৫মা ঐখোয়গা ফমমিন্নসি ।। ঐখোয়গী মীদি ১০০ রোম শিরে হায়রবদা কমেসোন সাহেপনা হায় ।। ঐখোয়গী খুৎসু খুৎলাই পিথোক্লুনা কোনুংদা থম্বদি হৌনদে নখোয়না থোকপা তৌও খুমএ ।। মনাউ ইবুংঙো যুবরাজ, কাংঙবা মেঞ্জোর ২ মানা হায়এ ।। সাহেপ ৫ পেংগুন ১গদি ৬মা উত্রা মাঙদা হাৎলো ।। অদুদা মাইবদি ব্রাংখৈ পন্দিৎ ১ য়েনকোকপা অশৈবা হনবা ১ অসিনচিংবা হঞ্জবা হিদং কৌদুনা শ্রীমনাউ ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা অঙম্বা পুম্নমানা হায়এ ।। পন্দিৎ নখোয়না হৌনবা তৌও হায়এ ।। লালুদি নুংগোইবিদা চল্লে ।। মশাদি খ্বাইরম্বন্দা ফুমএ ।। অসিগী মতুংদা লৈপাক হৌদুনা কোনথৌজমগী ইমফমদা লৈবা বাঙ্গালাসু মৈ থাদোকএ ।। সাহেপনচিংব সিফাই পুম্নমা মেমসু কায়দুনা চেনখিএ ।। মোনবি সাহেপকা সিফাই খবগা লোযনদুনা চেনখি ।। সাহেপ ১নচিংবা সিফাই ৫০ মরুমগা কবোরম চেনখিএ ।। খরনা অৱাংলম চেনখিএ ।।" (লাঃ ৪৮১-৪৮৬)*

কংলা কোনুংলেন্দ সাহেবশিংন হুরাল লান্দাবকপদগী থোকখিব লাল অমসুং লাল অসীন ওইহল্লক্লিব অৱাবগী মশক ওইব ফীবম অসীগী মতাংদ মতম অদুগী বৃতিশ মহাবানী ভিক্তোরিযান — য়াম্না অৱাবগী মশক্লি, কলিকতাদগী ফত্তব পাউতাক পীখিবদগী থোকখিবনি — হায়ন ফোঙদোকখিব ৱাফম অদু অচুম্বনি ।। কলিকাতাদগী বৃতিশ-ভারত লৈঙাক্ল লান্ন পাউতাক পীরকখিব অদুগ অদুগুম্ব অবানব অশোয়ব অমসুং ওইথোকপ যারোইদব পাউতাক অদুবু য়াম্ন কৃপ্ন মুন্ন খম্বহৌব তৌদন, পাউতাক অদু ঙকচাউ থেকপ ৱাখলগ লোয়নন থবক ওইন পাঙথোক্লব হোৎনরুবদগী অৱাব থৌদোকশিং অদু থোক্তব য়াদবদগী থোকখিবনি ।। নিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদগী হৌন করিগুম্ব য়ানব অমগী মতুংইন্ন খৃ:কুম ১৮৩৫ দগী মনিপুরদ বৃতিশকী পোলিতিকেল এজেন্ত অম লৈব হৌখিবনি ।। য়ানব অসীগী ৱাফমদি অতোপ্প লৈবাক অমন লান্দারকপ মতমদ অমন অমবু মতেং পাংনগনি হায়ব অসীতনি ।। কংলৈপাক মনিপুরগী মথক্ত লৈঙাক ৱায়েল থৌদাগী থবক তৌনব নত্তে ।। বৃতিশ-ইন্দিয়াগী লম ওইরিব কলিকতা অমসুং কাসারদসু মনিপুর নিংথৌগী মীহুৎ থম্লম্মী ।। *[Dr. Kh. Sarojini, British Political Agency in Manipur (1835-1947), 2005]* মখোয়গী লোইলম

লৈবাকসু নত্তব, মরুপ মপাং ওইন লৈনব লৈবাক অমগী মথংখনব জুবরাজ ওইরিব মীশক অমবু নমদুন ফানবগীদমক্ত সাহেবশিংন নমথাক তৌদুন হুরাল লান্দাশিনব, নুপী অঙাং য়াওন মীওই কয়াবু মীওইবগী মীনুংশি মচেৎ অম ফাওব য়াওদন হাৎতোকপিখিব, য়ুম কয়া মৈ থাদোকপিখিব অমসুং লাইগী শক্তমশিং থুগাইবিখিব — অসীনচিংব মখোয়ন লঙজখিব মরালশিং অদু য়েংলুরবদি সাহেব মঙা অমসুং বেঙ্গল খোংব অম — মখোয় তরুকখক্ত নত্তন মখোযগী মীওই পুম্নমক অমত্ত চিৎথদন, অম ফাওব ঙাকপিব অমসুং থাদোকপিখিব তৌদন হাৎতোকফম থোকপনি ॥০॥



# ১২

## সাহেবশিংন কংলা লৌশিনব অমসুং য়েখায় থুগাইখিব

কংলাগী লানফমদ সাহেব মঙা হাংখিবগী পাউ অসী বৃতিশ-ভারত লৈঙাক্কী মনাকোঙ হেক যৌখিবগ, মখোযন কবি কবম্ব অবানব থবক অম তৌকুবদগী অসীগুম্ব থৌদোক অসী থোকখিবনো হাযব ব্রাফম অদুদদি অমুক খনথকব তৌক্কদন, কংলৈপাক মনিপুবগী মথক্ত লান্দানবগীদমক গবর্নব জেনবেল লোর্দ লেন্সদাউন্না খৃস্তকুম ১৮৯১ মার্চ ৩১দ, কংলৈপাক মনিপুবগী মথক্ত বৃতিশন লাল তৌবে হাযন লাল লাউথোকখি ।। কংলৈপাক মনিপুববু খুদুম চন্নবগীদমক এপ্রিল থাদ মাযকৈ অহুমদগী তেঙ্গোল অহুম, হাযবদি — কোহিমাবোমদগী তেঙ্গোল অম, শিলচববোমদগী তেঙ্গোল অম, অদুগ ব্রহ্মাদেশবোমদগী তেঙ্গোল অম – তেঙ্গোল অহুম অসীন কংলৈপাক মনিপুব তম্ন খোঙশাল্লকখি ।। বৃতিশ লানমীশিংগ কংলৈচা মনিপুবী লানমীশিংগ মাযকৈ অহুমদ অকনব লাল থেংনখি ।। ব্রহ্মাদেশবোমদগী লাকপ বৃতিশ তেঙ্গোলগ থৌবাল অথোকপমদ শোক্লখিব লালফম অসীদ বৃতিশকী লান্মী ওইন লার্কখিব গুর্খা লান্মী মশীং অঙকপ ফংন যাম্ন শিখি ।। ব্রাফম অসী ১৯৬৫ গী এপ্রিল ৬ত ফমখিব গুর্খা বাইফলসকী চহীগী মীফম অদুদ মতম অদুগী চিফ ওফ দি আর্মি, আর্মি মকোক জেনরেল মেনেক্সোন পাথোকখিব রিপোর্ত অদুদগী খঙবনি ।। বিপোর্ত অদুদ অসুম্ন হায় — "*গুর্খা রাইফলসন থেংনরক্লিব ১৮৯১ গী মনিপুরগী লাল, অহানব অমসুং অনীসুব পৃথিবীগী লানজাউ, চিন্ন লান্দারকপ অমসুং কাশ্মীরগী লানফম — হায়রিব লানফমশিং অসীগী মনুংদ খ্বাইদগী হেন্ন অকিব ফংন শোক্লখিব লানফমদি মনিপুরগী থৌবাল অথোকপমদ শোক্লখিব ১৮৯১ গী লানফম অদুনি ।। গুর্খা সিফাই খ্বাইদগী হেন্ন শিখিব অসী মনিপুরগী লানফম অসীদনি ।।*" (*আর: কে: সনাহল, বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ*) কংলৈচা মনিপুরীশিংন মমা লৈবাক্কী নীংতম্ব

ঙাক্লবগীদমক মথৱায় থাব পাম্মুদন মথৌনা মরীংজেল পুন্নমক ফুদোক্লুন সাহেবশিংগী লানমীশিংগ য়াম্ন কন্ন লানথেংনখি ।। অদুবু খুৎলাই মতীকচান পায়রব মালেম্মু খুদুম চল্লগে হায়দুন লৈরিব, মশীংসু য়াম্নব বৃতিশকী মায়োক্ত কয়াম কুইন লেপ্পবুদি ঙমগদগে ? মতম অদুদদি মখোয় বৃতিশকি লৈবাক্তদি নুমিৎ তাদে হায়নরিবনি ।। কংলৈপাক মনিপুর মায়থীখি ।। কংলৈপাক মনিপুরগী কোনুং ওইরিব কংলা অসী বৃতিশকী মখুৎ চন্দ্রিৈঙেদ জুবরাজ তিকেন্দ্রজিৎতি মমালৈবাক কংলৈপাক মনিপুরবু অমুক্তং কনব ঙমব্র য়েংগে খনবদগী অরোইব থৌরাঙ ওইন অরোনব লম্বীদ চিনা য়ৌন চৎলগ চৈনিজশিংগী মতেং লৌদুন কংলৈপাক মনিপুরদগী বৃতিশপু তানথোক্নে খনখি ।। চসাদ য়ৌখি ।। অদুবু, মহাকপু ফাব ঙম্ব মীদ শেল য়াম্ন পীগনি হায়ব পাউ অসী তাবদগী মশাগী কান্নবত খনব মীওই খরন তিকেন্দ্রজিৎকী লৈফম তাকথোকখিগদৌরে — হায়ব পাউ অসী ফংবদগী জুবরাজ তিকেন্দ্রজিৎ চিনা চৎপগী থৌরাঙ থাদোক্লুন তমপাক্ত অমুক কুপ্লকখি ।। *(দা: চন্দ্রমনি, মণিপুর ইতিহাস)* এপ্রিল ২৬ কী নুমিদাং অদুদ ইনিংথৌ ইবুংঙো কুলচন্দ্র কোনুংলেন কংলা থাদোকখি ।। তোংজৈ মবিল্লোমদ লাকখিব কর্নেল রেনীক্কী তেংগোলদগী বৃতিশ সিফাই নোৱেল্স্ কৌব অমন এপ্রিল ২৭কী অয়ুক পুঙ ৭ তাব মতমদ খ্বাইদগী ইহান হান্ন কংলা মনুংদ চঙখি ।। অদুগ কংলৈপাক্কী কোনুংলেন কংলাদ 'য়ুনিয়ন জেক' কৌব বৃতিশকী ফীরাল অদু য়ুংখি ।। থৌদোক অসীবু চৈথারোল কুম্বাবা দ অসুম্ন ইরি — *"কুমশক ১৮১৩ --- শজিবু --- ১৮নি নিংথৌকাবদা নোংঙানবা মতুং পুং ৭ কী মতমদা নোংচুপ লোমদগী তেঙ্গোন্না কোনুং চঙখিএ ।। (২৭।৪।১৮৯১)"* কোহিমা অমসুং তুম্মু তেঙ্গোলসু নুমিৎ অদুগী অয়ুক পুঙ ১০ (তরা) তাবদ কংলাদ থুংলখি ।।

কংলৈচা মনিপুরীশিংন নোংমৈ অমসুং থাঙশাং থম্ব য়াদে, খুৎলাইশিং অদু কংলাদ লৈরিব চিফ পোলিতিকেল ওফিসারদ নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদ পীশিনগদবনি; কনাগুম্ব পীশিল্লক্তব লৈরম্নবদি মহাক অদু শিবগী নক্তগ লৈবাক অসীগী ৱাংমদ লোইথাবগী চৈরাক পীগনি — হায়ন এপ্রিল ২৯ দ মনিপুর ফিল্দ্ ফোর্সকী জেনরেল ওফিসার কমান্দিংন য়াথং অম লাউথোকখি ।। *(এন. খেলচন্দ্র, দোকুমেন্তস ওফ এঙ্গলো-মনিপুর ৱার-পার্ত-I)*

সাহেবশিংন কংলা খুদুম চন্দুন কংলৈপাক মনিপুর লৌশিল্লব মতুংদ, মখোয় মশাগী অপান্ব অনীংব থুংনবগীদমক মশান শেমজব চৎন কাওলোন ৱায়েলগী মতুংইন্ন নিংথৌ কুলচন্দ্রনচিংব অঙম অথৌ কয়াবু চৈবাক পীদুন কংলৈপাক মনিপুরগী ৱাংমদ লোই থাখি, অতোপ্প কয়া অমবু কৈসুমশঙদ লৈহনখি ॥ পুখ্রম্ব ফিঙাং/কাজাউবু মে ২৫ গী অয়ুক্ত (কুমশক ১৮১৩ কালেনগী ১৭নি পানব, নিংথৌকাব), থাঙ্গাল জেনবেল অমসুং জুবরাজ তিকেন্দ্রজিৎপু আগস্ত ১৩গী নুমিদাংৱাইদ অদুগ চবাই থাঙ্গালবুন ওক্তোবর ১৩গী অয়ুক্ত ফাশি তৌদুন হাৎখি ॥ কংলৈপাক মনিপুবগী পুৱাবীদ থোকখিব, মতম পুম্নমক্ত কংলৈচা মনিপুবীশিংগী থম্মোইদ কাউওমদন লৈহৌবগদব খৃ: কুম ১৮৯১ আগস্ত ১৩গী অৱাব থৌদোক অসীবু চৈথারোল কুম্বাবা ন অসুম্ন পাউদম্নি — "*কুমশক ১৮১৩ --- থৱান থা --- ৯নি ইমশকৈশ নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৭ তা শঙাইশেন পাইএ ॥ কান অদুদা স্নাকৈথেল ফৈদাপুঙদা মনাউ ইবুংঙো কোইবেং জুববাজনে, কাংঙবা তুলিনহা মেঙ্গোবনে ২ মাবু ফাশি তৌএ ॥*" খৃস্তগী অহানব চহীচাদগী পানখিব নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদগী কংলৈপাক মনিপুবগী কোনুং ওইদুন লাকখিব কংলা অসী সাহেবশিংন খৃদুম চনশিনখিবগ লোযনন কংলৈপাক অসী সাহেবশিংগী লোইলম লৈপাক অম ওইখি ॥

খৃস্তকুম ১৮৯১ এপ্রিল ২৭ শজিবুগী ১৮নি পানব নিংথৌকাব নুমিৎকী অযুক্ত সাহেবশিংন কংলাবু হেক খুদুম চনখিবগ, খৃস্তগী অহানব চহীচাদগী কংলৈপাক মনিপুবগী কোনুংলেন ওইদুন লাক্লব, লাইফম্লেন অমসু ওইরক্লিব — লৈঙাক, ৱায়েল, নাৎ, লাইনীং অমসুং হীবম কয়াগী ময়ায়কোল ময়োল খোয়দৌ ওইদুন লাক্লব মফম অসীবু লৈবাক অসীদ লান্দারক্লিব বৃতিশকী অপূনব লানমী কাঙলুপশিং অদুগী মকোক থোংলিব বৃগেদিয়ার জেনরেল কোলেত্ত পীরকপ য়াথংশিংগী মনুংদ কংলা কোনুংগী শরুক খর থুদেকউ হায়রকপদগী মাঙহল-তাকহনব, য়ৈখায়-থুগাইবগী থবক কয়া পায়খৎলকখি ॥ বরসাহেবন অহানবদ কংলাদ লৈরিব মমাশীজগী শঙ্গাইদ চঙদুন লৈশিনখি ॥ কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌদি বরসাহেবন ওইরে হায়ন লৈবাক মীয়ামদ খলহনখি ॥ মথংদ বরসাহেবন, নোংচুপ সনথোঙলোমদ মমায় ওনশিন্দুন লৈরিব উত্ত্রা শঙদ মহাক্কী

খুদোংচাব য়েংদুন হোংজিল্লক্কুন লৈখি ॥ কংলাগী মখাথংব সনথোঙদ সাহেবশিংগী নোংমৈ তোপ থমফম ওইশিনখি ॥ ফুনজিনব তৌহেদে হায়বগী থাজনবী লৈরক্লব, মখাদ চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ সনামহীগী শায়োল অম ওইরিব তাউরোইনাইগী পাফল লৈ হায়ন থাজনরক্লিব অরুব লাইফম অম ওইন লৌনরক্লিব, কংলৈ নিংথৌরোল কয়াগী নিংথৌ ফম্বাল তোংফম ওইরক্লিব কংলা মেন লৈখুল (সুরুং) অদু মেনশিনখি ॥ খাংজেং পাখংবগী নুঙসু ফুক্তোকখি ॥ কংলাগী অকোয়বদ লৈরিব লৈকাই মরি, হায়বদি — খুরায়, ব্রাংখৈ, খ্বাই, য়াইস্কুল মরিবু কৌখৎলগ নমদুন কংলাদ থবক সূহনখি ॥ নুঙ্গোইবী লাইফমগী মনাক্ত হৌরম্ব তেরা পাম্বী অদু নোংমৈ হীদাক চন্দুন কাপখায়খি ॥ চেকপনসু থুগাইখি ॥ উত্ত্রা মমাঙদা লৈরিব, নিংথৌ নরসিংহগী মতমদ নৌহৌন শাখিব চেক্ল শাব চাউরব কংলা-শা অনী অদুসু কাপখাইখি ॥ সনথোঙ, চিবাইথোঙ, হোগায়বীথোঙসু য়ৈখায়-থুগাইখি ॥ কংলা মনুংগী লাইফম অম ওইবিব কেক্রুপাৎকী শরুক্ত সুত সাহেবন বাঙ্গালা শাজিন্দুন লৈশিনখি ॥ বীর তিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থঙ্গাল জেনবেলবু ফাশি তৌদুন হাৎখ্রব মতুং থা অহুমলোমগী মনুংদ মিনুথোংদগী থাংমৈবন পল্লিন কোল্লিব ঙমখৈ মনুং অসীদ খুন্দা লৈতাদুন লৈবম্ব ইমুং পুম্নমক তাম্হোকখি ॥ মিনুথোংদগী হৌদুন সাহেবশিংগী সিফাই ময়ামগী লৈফম ওইহনখি ॥ খৃস্তকুম ১৮৯২ জনুৱাবী ২০, ৱাকচীংগী ২১নি পানব য়ুমশকৈশ নুমিত্ত নম্বুল মপাল কৈশামথোংদ লৈব চুবাচান্দবু অনৌব কোনুংদ কৌখৎখি ॥ কংলাদ কোনুং ওইহনখিদ্রে ॥

অনৌব কোনুংদ চুরাচান্দবু মমিংতগী ওইন লৈবাক অসীগী নিংথৌ ওইহনখ্রব মতুংদ কংলা মেন ফম্বাল তোংফমদ শাব কংলাশঙ অদু শীদোকখি ॥ মীতৈশিংগী অশেংব, অরুব লাইফম অম ওইরিব নুংজেং মচাসু ফুনজিনখি ॥ কংলা মনুংদ লৈব মরুওইব লাইফম কয়া, শঙ কয়া খুদম ওইন ব্রাঙ্গোল লাইরেম্বীগী লাইফম, নুঙ্গোইবীগী লাইফম, কংলামেন লৈখুল (সুরুং) লাইফম, কোলোই লৈমগী লাইফম, লাইয়িংথৌ পাঙ্গনবগী লাইফম — পুম্নমক অসী তেমখাইখি ॥ অহল্লুপ শঙলেন অমসুং ব্রায়েল চৈরাপশঙসু তেমথোকপদ য়াওখি ॥ তোপ গারোদসু মখোগী ওফিস ওইনখি ॥ অঙোম লৈকাইসু তাম্হোকখি ॥ মীতৈশিংগী

থাদোক্লব য়াদ্রব অরুব লাই অম ওইরিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইফমদ সিফাই লৈফম ওইশিনখি ।। মনিপুরী হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণবশিংগী খ্বাইদগী লুন নীংজরিব শ্রীগোবিন্দজীগী শরীক অচৌব অদু সাহেবশিংগী পুঙজা য়েনব গাংসী ওইন শীজিন্নখি ।। লাইশঙ অসীদ কুপ্লম্ব তবোপ্পী সনা মপাক অমসুং লাইশঙ অসীগী লৈমায়দ থারম্ব জয়পুরগী নুঙ মপাক ময়াম অদু লৌথোক্লগ খৃ: কু: ১৮৯৭ হিয়াঙগৈ ২১নি পানব নিংথৌকাব নুমিত্ত নিলাম তৌখি ।। নিলাম অদুদ বাবু রামলাল পালন তবোপ্পী সনা অমসুং নুঙঙৌ মপাক পুন্নমক নিলাম ওকখি ।। ঙসী কৈশামপাৎ থোংদ লৈরিব রামলাল পালগী লাইশঙদ কুপলিব তবোপ্পী সনা মপাক অমসুং লাইশঙগী লৈমায়দ থারিব নুঙঙৌ মপাকশিং অসী সাহেবশিংদগী নিলাম ওকহৌব অদুনি ।। *(কংলাগী ঙমখৈ : সমরেন্দ্র চোংথাম, পোক্লফম – ২০/১১/০৪)* কংলৈপাক মনিপুর অসী মখোয়গী মখা পোল্লবনি হায়বসী লৈবাক অসীগী তুংগী মীরোল ফাওবন কাউদনবগীদমক সাহেবশিংন, লৈবাক অসীগী লাইফমলেন অমসুং কোনুংলেন ওইরক্লিব কংলাদ য়েখায়-থুগাইব অমসুং মাঙহল-তাকহনবগী থবক কয়া পায়খৎখিব অসীবু চৈথারোল কুম্বাবা ন অসুন্ন পাউদল্লি — "*কমশক ১৮১৩ --- শজিবু থা --- ১৮নি নিংথৌকাবা নোংঙালবা মতুং পুং ৭কী মতমদা নোংচুপলোমগী তেঙ্গোলনা কোনুং চঙখিএ ।। বরসাহেবনা মমাসিজগী শঙ্গাইদ লৈএ ।। মৈতৈগী নিংথৌদি বর সাহেবনা ওইএ ।। --- সিফাইনা কোনুংদা লৈএ ।। বরসাহেবতি উত্রাদা হোংদোকএ ।। --- কালেন থা --- ৫নি ইমশকৈশদা চিংশুগুথোঙদা তোপ খানা ওইএ ।। --- ১০নি নিংথৌকাবদা (১৮।৫।১৮৯১) --- কংলা সুরুং ফুলএ ।। খাংজেংগী নুঙসু ফুদেকএ ।। পানা ৪মা কোনুংদ থবক সূবা হৌএ ।। --- ইঙা থা --- ৫নি শগোলশেন্দা সাহেবনা কংলাদ ফমদুনা বিচার তৌএ ।। (লা: ৪৯৯) --- ইঙেন থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে ।। ২নি ইমশকৈশদা নুঙ্গোইবীগী তেরা নোংমৈ হিদাক চন্দুন কাপথেকএ ।। চেকপনসু থুগাইএ ।। ---১৪ নি নিংথৌকাবদা (২০।৭।১৮৯১) সাহেব থুংলৈ ।। --- উত্রা মাঙদ লৈব চেকনা শাব নোংশাসু কাপখাইএ ।। --- থবান থা লৈপাকপোকপন হল্লে ।। ৯নি ইমশকৈশদা নুমিৎয়ুংব মতুং পুঙ ৭তা শঙাইশেন পাইএ ।। কান অদুদা ম্নাকৈথেল*

*ফৈদা পুঙদা মনাউ ইবুংঙো কোইবেং যুববাজনে, তুলিনতা মেঙ্গোরনে ২ মাবু ফাসি তৌএ ॥ (লা:৫০০) --- মেরা থা --- ১২নি [illegible]দা --- খুবায নৈকাই মেনুথোংদগী হৌবা থাংমৈবন পল্লিনা কোনবগী [illegible] মখৈ তানথোকএ ॥ মেনুথোং কৈথেল্দগী হৌবা মমাঙ অদু পলতোন সিংগাই [illegible] শাই ॥ (লা: ৫০৫) --- ৱাকচীং থা --- ২১নি ইমশকৈশ (২০।১।১৮৯২) নবুল মপাল কৈশামথোংদা লৈব চুবাচান্দ মহাবাজবু নুমিদাং য়ুথক ম[illegible] পং ১ [illegible] খুন্দোন্দ পুখৎলে ॥(লা: ৫০৭) --- লমদা থা [illegible] শীদোকএ ॥ --- ২৩নি লৈপাকপোকপদা --- নুং[illegible] ৱাঙ্গোল লাইরেম্বীগী লাইফম, নুঙ্গোইবীগী লাইফম, অং[illegible] সুকং, কোলোয় লৈমগী লাইফম, লাইযিংথৌ পাঙ্গনবগী [illegible] কোনুংগী অতোঙ অকুৎ পুম্নমা তেমএ ॥ -- অঙোম লৈকাই[illegible] (লা: ৫০৮) --- কুমশক ১৮১৪ --- লাংবন থা -- থাশি ইমশ[illegible] (২১।৯।১৮৯২) মবুথৌ সনামহীগী মফমদা লেন শাইএ ॥ (লা: ৫১০) - কুমশক ১৮১৫ --- ফাইবেনথা --- ২৯নি লৈপাকপোকপদা (৬।৩।১৮৯২) শ্রীগোবিন্দগী শরীক অচৌববু সাহেবকী পুংজা ওইনৈএ ॥ কুমশক ১৮১৯ --- হিয়াংগৈ থা --- ২১নি নিংথৌকাবদা (১৫।১১।১৮৯৭) শ্রীগোবিন্দগী সনা লুপ্পা দলান শীদোকএ ॥" (লা: ৫২৮)*

অসুম্ন, পার্লামেন্তবি দিমোক্রেসীগী হৌবকফম্না **হায়ন চাউখোকচরিব,** মালেমগী ওইন চাওখৎলব ফুরূপ অমনি হায়ন খন্নবিব সাহে**বশিং অদুন, কৃত্তগী** অহানব চহীচাদগী হৌন কংলৈপাক মনিপুবগী লাইফমলেন **অমসুং কোনুংলেন** ওইরক্লিব কংলাদ লৈব পুৱাবী, লৈঙাক, নাৎ অমসুং **লাইনীংগী ওইব ফুরা** দলানশিং, শঙশিং, লাইশঙশিং অমসুং লাইফমশিংবু শা**মিন য়েঙবায়-থুগাইবি,** মাঙহল-তাকহনবি ॥ লাইরিক লাইসু হৈত্রিব,চাওখৎপগী **মঙাল ফংত্রিব, মপাদ** মীনুংশিগী ৱাখল মচেৎ অমত্ত য়াওদব শাবমচৎ চৎপ **অমিরব মীওইশিংন** তৌগদব থবক অদু সাহেবশিংন তৌখি ॥ মখোয়গী চাওখ**ৎপ অসীদি মপাল্লেংগী** চাওখৎপ ওইরম্লে, থম্মোইনুংগী চাওখৎপদি ওইরমদ্রে ॥ **মখোয়গী লৈবাক** মনুংদ মীয়াম - লৈঙাক দিমোক্রেসী চৎলবসু মখোয়গী মপা**ল - লৈবাকী থৌসীন্দি**

লোইলম শন্দোকপনি ।। অশেংব কোলোনিয়েলিজম্নি ।। সাহেবশিংন লৌশিন্দ্রিবৈঙে মতমগী ওইব কংলাগী শকফম অদু ঐখোয়ন হনজিনহনব পান্নবদি সাহেবশিংন ৎনজিনখিব অমসুং য়ৈখায়-থুগাইখিব মফম, লাইফম, চেকপল, ফুবা দলান্নচিংবশিং অদু অমুক হন্ন হান্নগী মরোঙ মতৌদ অমুক্ক হেন্ন ফজহন্দুন শেমজিনা শাজিনব অমসুং শেমগৎ-শাগৎপ তাবনি ॥০॥



# ১৩

## কংলাদ আসাম রাইফলস

খৃস্তকুম ১৮৯১ দ বৃতিশশিংগ কংলৈচা মনিপুরীশিংগ শোক্লব লানফমদ কংলৈপাক মনিপুর মায়থীরদুন বৃতিশকী মখা পোনখি ।। মখোয়ন কংলা কোনুং পায়শিনখি ।। লাল হেক লোইবগ বৃতিশশিংন মখোয়গী লানমীশিং অমসুং মীরৈবাকমচা মীতোপশিংবু তেক্ত কায়দন থম্ব য়াব মফম অম থিরকখি ।। কংলা হায়ব মফম অসীদি মমাঙঙৈদগী মনীংতম্ব লৈবাক অসীগী কোনুং ওইদুন লৈরকখিব মরম্ম মায়কৈ মরিমক্ত ঈশিং লৈব থাঙ্গমপাংন কোয়শিন্দুন লৈব, বৃতিশশিংগী লানমী থম্বদ খ্বাইদগী হেন্ন মফম চাব অম ওইবদগী কংলাবু লানমী লৈফম ওইনবগী খৃজীলথৌরাং পায়খৎপ হৌরকখি ।। কংলৈপাক মনিপুবদ লৈরিব বৃতিশ লানমীশিংগী লুচিং পুরেল জেনরেল এচ. কোল্লেৎন মীওই অহুম্ম শাব কমিতি অম শেমখি ।। কমিতি অসীন সেপতেম্বর ১, ১৮৯১ দ মীফম অম ফমদুন কংলা অমদি মসীগী অকোয়বদ লৈব লমশিং অসী বৃতিশ রিজাব ওইন লাউথোকপিনব বৃতিশ-ভারত লৈঙাক্ত রিকম্মেন্দ তৌখি ।। রিকম্মেন্দেসন অদু বৃতিশকী ভারত লৈঙাক্ল য়ারদুন খৃস্তকুম ১৯০২ জুলাই থাদ বৃতিশ রিজার্ব ওইরে হায়ন লাউথোকখি অদুগ 'বৃতিশ কেন্তোন্মেন্ত এক্ত, ১৮৮৯' অমসুং 'কেন্তোন্মেন্ত কোদ, ১৮৯০' চৎনহন্নব শীনখি ।। হায়রিব বৃতিশ রিজার্ব অসীন কোনশিল্লিব লমশিংদি — খ্বাইরম্বন কৈথেল থোংদগী অৱাং পাংন নাগ তুরেল মরীল ইন্ন খোয়াথোং, থাঙমৈবন্দ চীংমৈরোং লমগী নোংপোকথংব শরূক, চীংমৈরোং — লমলোঙ লম্বীগী মখা থংব লমশিং, চীংমৈরোঙ — লমলোঙগী থোংদগী ইম্ফাল তুরেল মরিল ইন্ন মখারোমদ লাক্লগ তুরেলগী নোচুপ থংব শরূক অসুম লাক্লগ মোইরাংখোম অমদি জেল মনাক্কী নালা ফাওরগ নম্বুল তুরেল, তুরেল অসীগী মরিল ইন্ন অৱাংলোমদ হাইগংলক্লগ অমুক খ্বাইরম্বনগী থোংফাওবনি ।। খঙজীনব

য়াব ৱাফম অমখক্তি অহানবদ **বৃতিশ ৱিজাব কী লম পুম্নমক কেন্তোন্মেন্ত** এরিয়া ওইন লৌরম্বদগী কোন্নদি মীয়াম তিনব মফমশিং হায়বদি খ্বাইরম্বন কৈথেল, পোস্ত ওফিশ, জেল, পুলিস স্তেসন্নচিংব খাইদোক্নুন পোলিতিকেল এজেন্তকী মথুন্ত লৈঙাক থবক শিন্নখি ।। অদুগ লেমহৌরিব লম অমসুং কংলাগী শরুকশিং অদুদি মিলিতরি ওফিসিয়েলশিংদ (লানমী ওফিশারশিংদ) শিন্নখি ।। বৃতিশ লানমীশিংন কংলা মনুংদ লৈবসী বৃতিশন কংলৈপাক মনিপুরবু ১৮৯১ দ মায়থীব পীখিবগী নীংশিং খুদম ওইন মখোয়ন লৌরম্মী ।। মমাঙথৈদগী লৈবাক অসীগী কোন্নুংলেন অমসুং লাইফমলেন ওইদুন লৈরকখিব কংলাদ বৃতিশ লানমীশিংন খুদুম চন্দুন লৈরিবমখৈ কংলৈচা মনিপুরীশিংন ১৮৯১গী থৌদোকশিং অদু কাউথোকপ য়াররোই —— হায়ব ৱাখল অসী লৈবাক অসীদ লৈরিব সাহেবশিংগী অবেপ্প ৱাখল ওইরম্মী ।।

বৃতিশশিংন অৱাং-নোংপোক ভারতকী ওইন **আসাম রাইফলস** লিংখৎলকপ অমদি কংলৈপাক মনিপুবদ 'থাদৌ/কুকি লালহৌ ১৯১৭-১৯' লাকপদগী কংলাদ **আসাম রাইফলস** লৈব হৌবকখি ।। ৪সুব **আসাম রাইফলস** বাতালিয়নগী কাঙবু অসী ১৯১৭ নবেম্বর ৭ ত বৃগেদিয়ার জেনরেল মেক্যুইদ ন পুদুন ইম্ফালদ থুংলখি ।। ১৯২৪ দগীদি ৪সুব **আসাম রাইফলস**ন কংলাদ লেঙদন লৈব হৌরকখি ।। ৪সুব **আসাম রাইফলস** সিফাই অসী মচি লেঙদন ১৯৮৭ দিসেম্বর ফাওব কংলাদ লৈরকখি ।। *[মতাং অসীদ ঐখোয়ন নীংশিংব য়াবদি— "খৃস্তকুম ১৮৯১দ বৃতিশশিংন কংলা লৌশিনখিবগ মখোয়গী '১২৩সুব 'ঔত্রম রাইফলস' হায়ব সিফাই খুৎপুগী গেরিজন অম কংলা মনুংদ লৈরকখি ।। হায়রিব সিফাই খুৎপু অসী খৃ: কু: ১৯১৫ মার্চ থাদগী 'দরং বেতালিয়ন' হায়ন খঙনরম্ব খুৎপু অমন মহুৎ শিনখি ।। হায়রিব 'দরং বেতালিয়ন, অসী ১৯১৭ কী সেপ্তেম্বর থাদগীদি 'ফোর্থ আসাম রাইফলস' হায়ন খঙনরকখি ।। অদুন মণিপুরগী কংলাদ 'অসাম রাইফলস' কী ইতিহাস অসী ১৯১৭ তগী হৌখি হায়জরগসু সিফাই কাঙবু অসীন কংলাদ লেঙদন লৈরকখিবদি খৃস্তকুম ১৯১৫ দগী ২০০৪ গী নবেম্বর ২০ ফাওবনি হায়ন লৌব য়াই ।।" ('সনথোঙ' গী ইদিতরিয়েল - দিসেম্বর, ২০০৪)]*

কংলাদ লীশাং শীংন সিফাই লৈশিল্লকপ অসী লৈবাক মীয়াম অমদি মতমদুগী নিংথৌশিংনদি য়ানিংখিদে ।। মবুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবগী হাক্তক্সী কোনুং ওইদুন লৈরক্রব লাইফমলেন অমসু ওইরিব কংলাদ বৃতিশকী সিফাইশিংন লৈশিনব অসী উরগ নিংথৌ চুরাচান্দ মথবায় য়াম্ন নুংঙাইখিদে ।। মখোয়বু কংলাদ লৈতনব হোৎনখি ।। খৃস্তকুম ১৯০৯ দ সিফাইশিংবু কংলাদগী লৌথোকখিনব নিংথৌ অসীন হোৎনব য়াব হোৎনখি ।। অদুবু অরেম্ব তাখি ।। ঙমখিদে ।। অমুক, খৃস্তকুম ১৯২৮ অমসুং ১৯৩২ দ 'ইন্দিয়ান স্তেত্স্ কমিতি' (বতলর কমিতি) অমসুং 'ইন্দিয়ান স্তেত্স্ ইংকারি কমিতি' শেম্নকপগ লোয়নন কংলাবু কংলৈপাক মনিপুরগী ওইন হনজিন্নব কন্ন হোৎনখি ।। অদুবু কান্নব ফংবিদে ।। খৃস্তকুম ১৯৩৭ ত ভাইসরোইগী অখন্নব মীহুৎ এ. লোথিয়ানগ উনদুন হীরমসিদ ৱারী শানখি ।। অদুবু মহৈদি য়ানখিদে ।।

১৯৪১দ নিংথৌ চুরাচান্দ লৈখিদ্রবদ মচা ইবুংঙো বোদ্ধচন্দ্রনসু কংলাদ আসাম রাইফল সিফাই লৈহন্দনব হোৎনব য়াব হোৎনখি ।। কংলাদগী আসাম রাইফলস চৎখিনব, মখোয়গীদমক লৈবাক অসীগী অতোপ্প মফম অমদ লম পীরগ হোংদোকখিনব অদুগ লৈবাক অসীগী কোনুংবু কংলাদ পুশিন্নবগী ৱাফম ফাওব হৌদোক্লমখি ।। ১৯৪৭ বৃতিশন ভারত থাদোকলমদাইদ, কমপেনসেসন পীরগ মনিপুরদ লৈব বৃতিশকী মরল মথুমশিং মনিপুরগী ওইন হনজিনবগী ৱাফম অমুক হৌদোকখি ।। পোলিতিকেল এজেন্ত মি. জিমসন্ন মার্কেৎ ভেল্যু পীয়ু হায়ব অদুগ মনিপুরন বুক ভেল্যু পীগে হায়বদগী য়ানদবদগী ৱাফম অসী লাইখাই তানদন অদুমক লৈখি ।। ১৯৪৭ আগস্ত ১৫ দ বৃতিশন ভারত অমসুং কংলৈপাক মনিপুর থাদোকখি ।। অদুবু আসাম রাইফলগী সিফাইশিংদি কংলাদ অদুম লৈহৌখি ।। ১৯৫৫ দ নিংথৌ বোধচন্দ্র লৈখিদবগ লোয়নন কংলাগী ৱাফম অসী নমশিন্দুন থমখি ।। *(কংলাদগী লাম্মী লৌথোকপ — মনিপুরগী মীয়ামদদি ময়া মরিচিকা ঃ দা. কেঐচ. ইবোচৌ, মতমগী খোঙথাং, ৭১ সুব মশীং)*

'৪সুব আসাম রাইফলস'গী সিফাইশিং অসী কংলাদ লৈহল্লোইদবনি হায়ব লৈবাক মীয়ামগী ঈহৌ অসী খৃস্তকুম ১৯৭০ অদুৱাইদগী অমুক কনশিল্লকখি ।। মমৈথঙদ '৪সুব আসাম রাইফলস' গী বতালিয়ন হোংদোকপ্লগ কংলাবু মনিপুর লৈবাক মীয়ামদ শিন্নরগনি হায়ন য়ানব অম লাকখি ।।

খৃস্তকুম ১৯৭৭, এপ্রিল ২৭ ত, কংলা মনুং উত্ত্ৰাগী শিবি থাক কাখৎলগ মসিদগী নোংপোক মৈবম ওইবপ্ন ফুৎ ২৬ বোম চঙশিল্লগ 'মনিপুৱ লেজিসলেতিব এশেমব্লী শঙলেন' শানবগীদমক মতমদুগী মনিপুৱগী চিফ মিনিস্তৰন যুম্ফম নুঙহৌ নুঙলেপ য়ুংখি ।। কংলাদি লাইফমলেন অম ওইন লৈবকখিবত নত্তন নিংথৌকোল অমসুং লোয়শঙ কযা লৈব লৈশেম-লৈঙাক্কী ময়োল কোনুংলেন অমসু ওইন লাকখি ।। মীযাম-লৈঙাক লৈরব মতম অসীদদি 'স্তেত এশেমব্লী শঙলেন' হাযবসী লৈঙাক-লৈশেমগী কোক্লেন ওইব শঙলেন অমনি হাযন খনবদগী কংলাদ এশেমব্লী শঙলেন অসী মনিপুৱ লৈঙাক্ক শানীংখিব ওইবম্বসু যাই ।। শানীংবগী মবম অদুদি অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু মীযাম্নদি যানিংদব যোঙদোকনবৰুখি ।। হিন্দু লাইনীং থাদোক্লব যেলহৌঙৈগী ওইব অবিব লাইনীং চৎপ কংলৈচা মনিপুৱীশিংগী ঈবাং লাকখি ।। ইকুই কুইদন চিফ মিনিস্তৰ অদুসু মফম তাখি ।। *(Kangla Affairs or A Chair -II ঃ R.S Jassal, The Sangai Express - 24/3/04)* মনিপুৱ স্তেত লৈঙাক্ক মফম অদুদ এশেমব্লী শঙলেন শানবগী থবক পাযখৎলকপ ঐখোযন উখিদ্রে ।। [য়ুংলশ্ব য়ুমফম নুঙহৌ নুঙলেপ অদুদি ঙসা ফাওব (- ১।১০।০৬) লৈবি ।।] এশেমব্লী শঙলেন শানব থবক পাযখৎখিদবগী মবম কযানুক লৈবম্ব যাই অদুবু পাযখৎখিদব অসীমক্তি কংলৈচা মনিপুৱী লৈপাক মাযামগী লাইবক ফর্বান ।। কাবিগুম্ব কংলাদ এশেমব্লী শঙলেন শাবম্লর্বদি কংলাগী পুৱাৱীদ ওম্হোকপ মৱোঙ অমগী তাংকক ওইবমগনি।। ২০০৪, নবেম্বৰদ কংলা ফোর্ত বোর্দ শেমদুন কংলাবু কন্নব হোৎনবগ লোযনন ফগৎনব শেমগৎ-শাগৎপগী থবক পাযখৎলিব অসী ওইথোক্কল্লোই ।। ১৯৭৭ অসীমত্তদ কংলাদগী আসাম ৰাইফলস হোংদোকখিনবগীদমক ভাৰত লৈঙাক্ক যানব উৎলদুন মনিপুৱ লৈঙাক্ক লুৱাংশঙৱমদ লম পীদুন সিফাইশিংগী বেবেক শাখিবনি ।। অদুবু আসাম ৰাইফল সিফাইশিংদি কংলাদ অদুম মখা চৎথন লৈখি ।।

মনিপুৱ লৈঙাক্কী ১৯৮০ দ যোঙদোকখিব গেজেৎ অমগী মতুংইন্ন কংলাবু 'দি মনিপুৱ এন্সিয়েন্ত হিস্তোরিকেল এন্দ আর্কিওলোজিকেল রিমেন্স এক্ত, ১৯৭৬' কী মখাদ কনশিল্লব লম (প্রোতেক্তেদ এরিযা) নি হায়ন

লাউথোক্কুন থম্ব হৌখি ।। চহী অসীদগী কংলাগী লাইফমদ মীয়ামগী ওইব লাই খুরুম্ব য়াহন্নব আসাম রাইফলসকী মীওইশিংদ কংলাগী মতীক ময়াই খঙহন্নব হৌখি ।। চহী ৭০ দগী তাদন কংলাদ লৈরক্লব ৪সুব আসাম রাইফলস অসী ১৯৮৭ কী দিসেম্বর থাদ কংলা থাদোকখি ।। অদুবু ফাগীগী মরোঙগুম ৩০সুব আসাম রাইফলস গী বেতালিয়ন্ন অমুক মহুৎ শিনজিন্দুন লৈখি ।। থৌরোঙ থৌদৌ অসীদ লৈবাক মীয়াম্ন পেন্নদ্রদুন কংলাদগী 'আসাম রাইফলস' চৎখিনবগী ঈহৌ কনশিল্লকখি ।। পিপলস মুভমেন্ত কমিতি অমসুং অতোপ্প লূপ কয়ান কংলাদগী 'আসাম রাইফলস' চৎখিনবগী ঈহৌ চৎথরকখি ।।

খৃস্তকুম ১৯৯২ দ ভারতকী লৈবাক-মনুং থৌরম পুব স্তেত মিনিস্তর এম:এম: জেকোব মশামক মনিপুরদ লাক্কুন ভারত লৈঙাক্কী মহুৎ শিন্দুন কংলাবু মনিপুরগী লৈবাক মীয়ামদ ১৯৯২ গী আগস্ত ১৩ দগী শিন্নরবনি হায়ন লাউথোকখি ।। নুমিৎ অসীদ কংলাদগী সিফাই খর হোংদোকপ হৌহনখি ।। অদুবু মখাতান মপুঙফানদি হোংদোখিদে ।। কংলাদগী আসাম রাইফলস লৌথোকখিনবগীদমক লৈবাক মীয়াম্ন নৌহৌনন অমুক অকনব খোঙজঙ কয়া চঙশিনব হৌরকখি ।। দিল্লি ফাওবদ ধরনা কয়া পাঙথোকখি ।। য়ানিংদবগী ব্রাকৎ মীফম কয়া ফমখি ।। পুম্নমক অসীগী হোৎনজমন মহৈ ওইন আসাম রাইফলস-পু কংলাদগী লৌথোক্লব থৌরাঙ অসীদ ভারত লৈঙাকনসু অয়াব পীরকখি ।। অদুবু য়াম্ন অঙকপ অমদি ১৯৯৫ জুলাই থাদ মনিপুর লৈঙাক্লোমদগী ইখিব চেরোল অমগী পাউখুম ওইন ভারত লৈঙাক্কী লৈবাক-মনুং থৌরমপুব মিনিস্তর (হোম মিনিস্তর) শ্রী এস: বি: চাব্রান্ন — কংলাদগী আসাম রাইফলস লৌথোকপগী ব্রাফম ভারত লৈঙাক্ক খন্নরি — হায়ন ব্রাফম পুম্নমক ইনৌ নৌন মকোক্তগী অমুক হৌবগুম খঙহল্লকখি ।। লৈবাক মীয়ামগী ঈহৌ অমুক কনশীল্লকখি ।।০।।



# ১৪

## খৃস্তকুম ১৯৪৭ আগস্ত ১৫ গী মতুংদ কংলা লাইফমদ লাইনীং লাইশোল ঈরাৎ থৌনি

য়াম্ন ঙল্লিঙৈ মতমদগী কংলৈপাক মনিপুরগী কোনুংলেন ওইবত নত্তন লাইফমলেন অমসু ওইদুন লাকখিব কংলা অসীবু, মীতৈশিংগী থাগোম্নদুন লাক্লব নাৎ অমসুং লাইনীংবু নুংশিজব মীওইশিংন কৈদৌঙৈদসু কাউথোকপ ঙল্লকখিদে ॥ সাহেবশিংন লৌশিনখ্রব মতুংদগী মীয়াম্ন কংলা মনুং চঙদুন লাইফমশিংদ মনীংতম্ন খুরুমজব ফংজদ্রবসু অমসুং মফম অসীদ লৈরিব পুৱারীগী ওইব তেক-কায়রব চেকপল, ফুরা দলানশিং, লাইশঙশিং, লাইফমনচিবশিং অদু শেমজিন-শাজিনব ঙমজদ্রবসু মফম অসীবুদি মখোয়গী থম্মোইদ চেৎন থাগোম্দুন থমজরকখি ॥

খৃস্তকুম ১৯৪৭ আগস্ত ১৫ দ ভারতন মনীংতম্ব লৈবাক অম ওইরকখিবগ লোয়নন কংলৈপাক মনিপুর অসীসু বৃত্তিশকী লোইলম লৈঙাক লীপুন্দগী মনীংতম্ব ফংজখি ॥ কংলৈপাক মনিপুরগী লৈবাক মীয়াম অমসুং নিংথৌন, মতম অমদ কংলাদ পাইরম্ব, সাহেবশিংন চিংথখিব ফীরাল অদু অমুক হন্ন চিংখৎপ পামখি ॥ কংলৈপাক মনিপুরগী ফীরাল অসী কংলাদ চিংখৎহন্দ্রবদি ভারত নীংতম্বগী থৌরম য়াওরোই হায়ন ইনিংথৌ ইবুংঙো বুধচন্দ্রন হায়বদগী নুমিৎ অসীদ কোনুংলেন কংলাদ ইনিংথৌ অসীন ইবুধৌ পাখংবগী পাফল অমসুং লাইয়িংথৌ সনামহীগী শক্তমশা মশা পানব শগোল সামদোল অয়াঙব য়েকপ ফীরাল চিংখৎখি ॥ থৌদোক অসীবু চৈথারোল কুম্ববা দ অসুম্ন ইরি — *"খাঙেম্বম চন্দ্রসিংন চৈথাব কুমশক ১৮৬৯ --- থব্রান থা থাঙজন হনএ ॥ --- ২৮নি, শগোলশেল --- নুমিদাং পুং ১২ তাব মতমদ সরকারন মণিপুর লৈবাক অসী শ্রীযুৎ মহারাজদ শিন্নে ॥ ২৯নি ঈরাইগী অয়ুক পুং ৭ মিনিং ১০দ কংলা চঙদুন শ্রীযুৎক মহারানীগ*

*ফমদুন ঙসিমখৈ লৌরবনি হায়দুন পুজা তৌএ ।। অদুগ পুং ৭ মিনিৎ ৪০ দ স্তেত দরবারন পাখংব য়েকপ ফীরাল য়ুংএ ।। অদুগ পুং ৮ তাবদ বড় সাহেবন সনা কোনুং দরবার হোলদ প্রজা পুম্নমক্কী মমাঙদ শ্রীযুৎ মহারাজদ মণিপুর পুম্নমা শিন্নৈএ ।।"* মতাং অসীবু **মণিপুর ইতিহাসতা জননেতা ইরাবত** কৌব লাইরিক্ত অসুম্ন ইরি — *"তাং ১৫।৮।৪৭ ইংগী অয়ুক পুং ৭ তাবদ মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহন মণিপুবগী সনা কোনুংদ মণিপুরগী ফীরাল পাখংব য়েকপ চিংখৎলে ।। --- কংলাদসু পাখংব য়েকপ ফীরাল চিংখত্তুন লৈবাক্কী হরাউ তয়াম্ব ফোঙদোকখি ।।" (সোয়াম ছত্রধারি, ১৯৯৬)* নুমিৎ অদুদ কংলৈচা মনিপুরীশিংন চহী ৫৬ থা অহুম মখায় রোমগী মতুংদ অহানব ওইন মথম্মোই মকা লাম্ন কংলাবু উব ফংজখি ।। মতম কুইন কায়নরুরব পলেম মমাবু অমুক হন্ন উব ফংজবদ মপারী মমোমশিংদ ব্রাহৈন ফোঙদোকফম খঙদন হরাউ নুংঙাইজবগুম মখোয়গী থম্মোইদ হরাউ নুঙাইব ফাওজখি ।। মখোয়গী থম্মোয়দ অনৌব ঈথক ঈপোম অমগ লোয়নন কংলাগী লাইফমশিংবু অমুক নৌহৌন হিংগৎহনব পামলকখি ।। মতম অদুমক্তি কংলৈপাক মনিপুর অসীদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ লৈরবসু হিন্দু লাইনীংগী মপাংগল য়াম্ন কল্লিঙৈ মতমনি ।। খৃস্তকুম ১৯৫১ দ শেমখিব **চীং-তম গান্ধিজম** সোসাইতি কৌব লাইনীংলূপ অমন শ্রীগোবিন্দবু কংলাদ অমুক হন্ন পুশিনবীদুন চীংমী তম্মী কংলৈচা মনিপুরী পুম্নমক্ক লাই অসীবু খুরুমজব ফংহনবীয়ু হায়বগী খোঙজঙ ১৯৫৫/৫৬ অদুরাইদগী চঙশিনব হৌরকখি ।। লমদম অসীদ লৈব হিন্দু লাইনীং চত্তব কাঙলুপকী মীওইশিংসু য়াওব লূপ অসীমক্তি হৈঙাং মখা লৈকাইদ লৈব লাইশ্রম জাতিগী লুচিং মখাদ অনৌব ব্রাখল্লোন অমদ য়ুমফম ওইদুন শেমখিবনি ।।

খৃস্তকুম ১৯৫৫ দ ঈনিংথৌ বুধচন্দ্র নোংগাখি ।। মহাক্কী থরায় য়াওদ্রব হকচাং অদু আসাম রাইফলসকী অয়াব লৌদুন কংলা মনুং মংলেন মনাক্ত পোৎলোইখি ।। নিংথৌ অসীগী লাইবক্কী শরু লৌখৎপগী থৌরম অদু পাউনম ঈরেন্দগী লৌখত্তুন পাঙথোকখি ।। থৌরম অদুদ লৈবাক মীয়াম মশীং থীব ঙমদবমখৈ তিনখি ।। থৌদোক অসীবু **চৈথারোল কুম্ববা** দ অসুম্ন ইরি — *"কুমশক ১৮৭৭, ২৩নি ঈরাইদ শজিবুগী পালক ওইএ ।। --- হিয়াঙ্গৈ থা*

*লৈপাকপোকপন হল্লে ॥ --- ২৬নি ঈরাইদ দিনচন্দ্র পন্দিৎন শুগুদ মবুধৌ ব্রাংব্রেন পুজা তৌব চৎলে ॥ চৎখিডৈ অয়ুক পুঙ ৯ তাবদ শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ শ্রীবৃন্দাবন যাত্রা ওইএ ॥ --- পোৎলোইবদি মংলেন্দি সরকারগী ওইশ্রে য়ারোই হায়ন পন্দিৎন হায়রবদ শ্রীমতি মহারানীন ঐন য়ানব ঙাঙনগনি হায়ন শ্রীযুক্ত কমিস্নারদ হায়নদুন কংলাদ পোৎলোইখি ॥ --- ২৯নি লৈপাকপোকপদ শ্রীযুৎকী চিন্তামনি লৌখৎলে ॥ মদুদ য়াম্ব মীদি হায়ব ঙমলোই ॥ পাউনম ঈরেন্দগী লৌখৎলে ॥" (লা: ৬৯০)* অসুম্ন লৈবাক মীয়াম্ন কংলা চঙজদুন লাইনীংগ মরীলৈনব থৌরম পাঙথোক্লকপ অসীন লৈবাক মীয়ামগী থম্মোইদ কংলা মনুংগী লাইফমশিং কন্নিংবগী ঈথিল অম কন্ন পীরম্মী ॥ চীং-তম গান্ধিজম সোসাইতিগী থবক কনশিল্লকখি ॥ খৃস্তকুম ১৯৬০ গী মার্চ থাদ সোসাইতি অসীগী প্রসিদেন্ত লাইশ্রম জাতি মশামক্ল সোসাইতি অসীগী পামজব পনথুং অদু য়ৌনবগীদমক দিল্লীদ চত্তুন ভারতকী প্রসিদেন্তকী মফমদ চেরোল অম পীশিনখি ॥ খোঙজঙ অসী মাযপাকপ অমদি ওইখিদ্রে ॥ অদুম ওইনমক খোঙজঙ অসী কংলাদ লৈব লাইফমশিং কন্নবগী অমসুং হিংগৎহন্নবগীদমক লৈবাক মীয়াম খঙন চঙশিল্লকপ শীংথাফম থোকপ খোঙজঙ অমনি হায়ন অযীবন লৌই ॥ লাইনীংগী খেন্নব লৈনরবসু খোঙজঙ অসীন কংলাদ লৈরিব লাইফমশিং অসী কনগদবনি অমসুং হিংগৎহনগদবনি হায়ব ৱাখলগী ঈথিল অসী লৈবাক মীয়ামদ পীখি হায়বদ হায়মনবদি ওইবোই ॥

কংলৈচা মীতৈশিংগী য়েলহৌঙৈদগী থাগোন্নরক্লব নাৎ অমসুং লাইনীং হিংগৎনবগীদমক খৃস্তকুম ১৯৪৫ মে থাদগী চঙশিল্লকখিব হিংগৎ ঈহৌগী খোঙজঙ অসী চহী ১০ গী মতুং খৃস্তকুম ১৯৫৫ য়ৌশিল্লকপ অদুৱাইদদি ফন ফজন ঈচেল কনশিল্লকখি ॥ মীতৈশিংন মশাগী শক্তম কনজনবগীদমক মনাৎ কনজগদবনি, মনাৎ কনজনবগীদমক ফৃরূপ অসীগী থাগোন্নজরক্লব লাইনীং অসী কনজগদবনি হায়ব ৱাখল্লোন অসীগী মপাংগল তপ্প তপ্প অসুম খর খর কনখৎলকখি ॥ মীতৈশিংন হিন্দু লাইনীং থাদোক্তুন ফৃরূপ অসীগী ওইব লাইনীং কনগদবনি হায়বগী পান্দমদ লমদম অসীগী মফম কয়াদ লাইনীং লূপ কয়া শেম্নরকখি ॥ খৃস্তকুম ১৯৬০ য়ৌশিল্লকপ অদুৱাইদগীদি মীতৈ ফৃরূপকী থাগোন্নরক্লব অরিব

লাইনীংবু পামজব মীওইশিংগী মরক্তগী কংলা মনুংদ লৈব লাইফমশিংদ ঈরাং থৌনিজব পামজব, হনব লৈত্রব মীওই খরন কংলা মনুংগী লাইফমশিংদ ঈরাং থৌনিজনবগীদমক কংলা চঙবদ আসাম রাইফলসন অয়াব পীবীনবগীদমক হায়জদুন, মখোয়গী অয়াব ফংজদুন ঈরাং থৌনি তৌবগী থবক অসী, য়াম্ন ঈং-তপ্ন, মোং হাদব খোঙজঙদ ফন ফজন পাঙথোক্তুন লাকখি ।। খোঙজঙ অসীগ মরী লৈনন মাঙজীল থাব লাইনীংলোয়শিংগী মনুংদ লাই ওইখ্রব অহল ইবুংঙো পুয়াম মুহোরিগী মমিং পনফম থোকই ।। মহাক্কী লুচিং মখাদ হিংগৎ ঈহৌগী লাইনীংলোয় কয়ান কংলাগী অখন্নব লাইফম খরদ মৈরা অমসুং হৈ-লৈ কত্তুন ঈরাং থৌরম অমসুং লাইগী থৌগল তৌদুন লাকখি ।। মখোয়গী অসীগুম্ব থৌরোঙশিং অসী উরগ, লাইনীংগী মরমদ থোইদোক্ল কন্ন খল্লুদব ইচম চম্ন লৈজব মীওই ফাওবদ কংলাদি কোনুংলেন অম ওইখিবত নত্তন লাইফমলেন অমসু ওইরকখি হায়ব ব্রাখল্লোনগী ঈথিল অসী য়ৌহনখি ।। মখোয়ন কংলা মনুংদ লৈব লাইফম কয়া থিদোক্তুন ঈরাং থৌনিজবগ লোয়নন চহী অমগী মনুংদ লৈব লাইগী থৌরম কয়াসু য়াম্ন পীকশিনব মব্রোঙদ পাঙথোক্তুন লাকখি ।। কংলা মনুংদ লৈব লাইফমশিংবু থাগোন্নদুন লাকখিব মীওইশিংদি — ১) পুয়াম মুহোরি, পোইরৌ খোংজীন; ২) লাইশ্রম জাতি, হৈঙাং মখা লৈকাই; ৩) লুরাং শামু, য়াইরিপোক; ৪) চোংথাম মেরামচা, ললাম্বুং মখোঙ; ৫) লৈশাংথেম তমফাজাউ, চজীং; ৬) ওইনাম শঙ্গাই, চনা; ৭) চোংথাম গোপাল, নোংমৈবুং; ৮) মোইরাংথেম তোম্বা, ওকসু; ৯) শমজেৎশাবম কালা, শলুংফম; ১০) লাইশ্রম মেরা, য়াইরিপোক; ১১) মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী, ব্রাংখৈ; ১২) ককয়াই পাকা; ১৩) ঙাঙোম অহনবী, নাপেৎপল্লী; ১৪) কোন্সম য়াইমা. চীংমৈরোঙ; ১৫) অকোইজম নদিয়াচান্দ, কোনজেং লৈকাই; ১৬) কোন্সম ইবোবী, খুরায়; ১৭) সুখাম তোম্বী, শীংজমৈ অসীনচিংবনি ।। চীংতম য়েক শলাই পাখংব লাইনীং, কংলৈ খুম্ব্লোংয়াই, মালেম সোসাইতি ফোর য়েক শলাই, ওল ইন্দিয়া কংলা পাখংব তেমপল বোর্দ, ওল মৈতৈ-মীতৈ থৌগল লূপ, ওল ইন্দিয়া পাখংব তেমপল বোর্দ দিবলপমেন্ত সোসাইতি, মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ত, পিপলস মুভমেন্ত কমিতি, কংলা কনব লূপ অমসুং অতৈ অতৈ লূপ কয়ান কংলাদ নীংতম্ন চঙদুন লাই খুরুম্ব য়াহন্নবগী নত্তগ

কংলাদগী আসাম রাইফলস তাম্থোকখিনবগীদমক মখোয় মখোয়ন অঙম্ব থাক্ত খোঙজঙ কয়া চঙশিনব হৌরকখি ।। মতাং অসীদ পনহৌদব য়াদ্রব লৈবাক মীয়ামগী ওইব সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী মনুংচনব কংলাদ পাঙথোকখিব থৌরম অমখক্তি খৃস্তকুম ১৯৭৯ জনুয়ারী ২১, য়াকচীংগী ২৩নি পানব নুমিত্ত অনীরক **সুব পুয়া মৈথাব নীংশিং থৌরম** অদু অহানব ওইন কংলা উত্ত্রা মমাঙদ **মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ত** ন শীন্দুন পাঙথোকখিব অদুনি ।। থৌরম অদুগী শরূক অম ওইন সনামহী লাইনীংবু মাঙনব থবক কয়া শীনখিব অমসুং পায়খৎখিব গুরু সান্তদাস গোসাই অমসুং ইনিংথৌ ইবুংঙো গরিবনিৱাজ অনীগী শক্তম্বু পোংলোইবগী মতৌগুম শীং শেম্লগ মৈ থাখি ।। সনামহী লাইনীং মুৎথৎনবগী মশক ওইব লাইরিক কয়া শেগায়রগ মৈদ লংশিনখি ।। থৌরম অসী লোইশিল্লকপদ **মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ত** কী ফিমু শেৎপ নহাবোলশিংন মীতৈ ময়েক্ল ইব ফেস্তুন অমসুং মচু তরেৎকী ফীরাল পায়দুন ইম্ফাল সহরগী অকোয়বদ অপূনব-খোঙচৎ অম চৎখি ।। *(লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ)* **পুয়া মৈথাব নীংশিং থৌরম** অসী চহী খৃদীংগী **মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ত** ন খৃস্তকুম ২০০৪ ফাওব কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পাঙথোক্কুন লাকখি ।।

কংলাদ আসাম রাইফলস লৈরিঙৈ মতমদগী অমাইব, অমাইবী অমসুং থৌগল্লোয় কয়ান কংলা মনুংদ লৈরিব লাইফমশিংদ ঈরাৎ থৌনি তৌদুন লাকপগী খোঙচৎ অসী, মনিপুর লৈঙাক্ল খৃস্তকুম ২০০৪ নবেম্বরদ **কংলা ফোর্ত বোর্দ** শেমদুন কংলাবু চাওখৎ-ফগৎহন্নবগীদমক শেমগৎ-শাগৎনবগী থবক পায়খৎলক্লব মতম অসীদসু অদুম চৎথরক্লি ।। হৌজিক্তি নোংমদ মীওই কয়ান কংলা য়েংব নত্তগ লাইখুরুম্ব লাক্লরি ।। কংলা করিনো হায়বসী হেন হেন্ন ময়েক শেংন মীয়াম্ন খঙনরক্লে ।। কংলাদি, কংলৈপাক মনিপুর, আসাম, ত্রিপুরা, ৱেস্ত বেঙ্গোল, উত্তর প্রদেশ, বাঙ্গলাদেশ, ম্যানমারনচিংবদ লৈরিব কংলৈচা মনিপুরীশিংন লাইখুরুম্ব লাকপ মফম্নি ।। কংলৈচা মনিপুরীশিংগীদক্তদি শ্বাইদগী হেন্ন শেংলব লাইফম ওইন লৌনরকখি ।।

**হৌজিক হৌজিক্কী ওইন (২০০৫/৬) কংলা লাইফমশিংদ ঈরাৎ থৌনিগী থবক চৎথরিব, কংলা** ফোর্ত বোর্দন **শেম্ব কংলা রিলিজিয়স কমিতি**

ন শকখঙলব লাইনীংলোয় অমসুং লাই থৌগল্লোয়শিংদি — ১) সুখাম তোম্বী, ২) চোংথাম তোলঙৌ, ৩) মোংজম বিরেন, ৪) এম. জয়ন্ত, ৫) মোইরাংথেম মায়পাক, ৬) কোইজম থোইব, ৭) লুখোই, ৮) মোংজম হেরোজিৎ অসীনচিংবনি ।। অদুগ নুপীশিংদন — ১) থোইবী, ২) রাধে লৈমা, ৩) রাশমনি, ৪) সুমতি অসীনচিংবনি ।।

কংলা মনুংদ লৈব লাইফমশিং অমসুং লাইগী ঈরাৎ থৌরমনচিংব থবকশিংবু য়েংশিন্নবগীদমক, খৃস্তকুম ২০০৫, ফেব্রুৱারী ৪ দ ফমখিব **কংলা ফোর্ত বোর্দ** কী অনীসুব মিতিংগী ৱারেপ্ল মেম্বর অহুম লৈব **কংলা রিলিজিয়স কমিতি** অম শেমখি ।। মেম্বরশিং অদুদি — ১) প্রো: সাইরেম নীলবীর, চিয়ারমেন; ২) মনিপুর গবর্নমেন্ত আর্কিওলোজিগী সুপরইন্তেন্দেন্ত (দা. সাপম ভৈগ্য), মেম্বর সেক্রেতরী; ৩) সুখাম তোম্বী, মেম্বর — অহুম অসীনি ।। অহুম অসীগী মথক্ত অমুক ২০০৫, নবেম্বর ১৪দ পাঙথোকখিব **কংলা ফোর্ত বোর্দ** কী মিতিংগী ৱারেপ্ল অতোপ্প মেম্বর অনী হাপচিনখি ।। মখোয় অনী অদুদি — ১) য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র, পিসুমথোং, ইম্ফাল ইস্ত - ভাইস চিয়ারমেন; ২) ওইনাম লুখোই (চানা লুখোই) চানা ভিলেজ, ইম্ফাল ইস্ত — মেম্বর অসীনি ।। অসুম্ন হৌজিক হৌজিক কমিতি অসীদ মেম্বর ৫ (মঙা) লৈ ।। *(Manipur Gazette Extraordinary No. 419. Feb. 25, 2006)* কমিতি অসীগী পাঙথোক্কদব মথৌদি — কংলা মনুংদ লৈরিব লাইনীংগী থবক থৌরমশিং অমসুং অমাইব, অমাইবী অমসুং লাইনীংলোয়শীংগীসু য়াওন, লাইফমশিংগী অশীন-অরাঙগী থবক তৌবদ অশোয়-অঙাম লৈতনব য়েংশিনবনি ।। *("The committee shall supervise religious matters and management of holy places within Kangla including the Maibas/Maibis and devotees")* কংলা মনুংদ লৈব লাইফমশিং অমসুং মীতৈশিংগী থাগোন্নরক্লব অরিব লাইনীংগ মরী লৈনব মফমশিংবু পরম পথাপ চুম্ন কনগে অমসুং হিংগৎহনগে হায়রবদি **কংলা রিলিজিয়স কমিতি** গ কংলা মনুংদ লৈরিব অমাইব, অমাইবী অমসুং লাই-থৌগল্লোয়শিংগ মরক মরক্ত পূন্ন ফম্মিন্নদুন ৱা তাথোক-তাশিল তৌনব অমসুং খন্ন-নৈনবগী তঙাইফদব লৈ ।। **কংলা রিলিজিয়স কমিতি** অসীগী থৌসিল

মখাদ হৌজিক ফাওবদ (৩১।১২।০৬) **পাথংব চেঙহোঙব** অমসুং **সনামহী চেঙহোঙব** ঈরাৎ থৌনি হয়াউ কুম্মৈ থৌরম অনী অসী মথংশীংন অনীরক অমসুং অমুক পাঙথোকত্রে অদুগ **মেরা হৌচোংব** অমসুং **ইমোইনু ঈরাৎ থৌনি থৌরম** সু অহানব ওইন কংলাদ পাঙথোকপ হৌব্রে ॥০॥



# ১৫

## কংলা থাঙ্গপাৎকী মতাংদ ৱাফম অনীখক নীংশিংলকপ

**১৯সুব চহীচা লোইশিল্লকপদ কংলাগী শকফম** হায়ব ৱাফম অসী মমাঙগী ১০সুব পন্দুপ ইরকপ মতাংদ কংলাগী অকোয়ব মায়কৈ মরিদ লৈরম্ব থাঙ্গপাৎকী ৱাফম লাকখিবদ থাঙ্গপাৎক মরী লৈনব ৱাফম অনীখক নীংশিংলকখি ।। অহানব ৱাফম অদুদি — মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীন ১৯৮১ দ কমিতি অম শেমদুন কংলাগী নোংপোক থংবদ, মিনুথোংদগী পুলৈরোম্ব খোংনাংখোঙ তাব ফাওবদ লৈরম্ব থাঙ্গপাৎ অদু করম্ব মফমদ লৈরম্বগে হায়বদু শেংন পুথোক্লব হোৎনখিব অদুনি অদুগ অনীসুব ৱাফম অদুন, ঙসীদগী (২৪।৩।০৬) চহী ২৫/ ২৬ কী মমাঙদ কংলাগী অৱাংথংব থাঙ্গপাৎকী শরূক খর মনিপুর স্তেৎ লৈঙাক্ল ফুনজিন্নবগী থবক পায়খৎলকপদ থিংখিবগী ৱাফমনি ।।

**অহানব ৱাফম ঃ** কংলাগী নোংচুপ থংব থাঙ্গপাৎ মরীলগী মফম অসীদি ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙদুন অদুম লাক্লি ।। অৱাংথংব থাঙ্গপাৎ অসীসু খোয়াথোং মপাদগী নোংপোক্লোমদ চৎখিদুন মিনুথোংগী নোংচুপ থংব থোংজীন ফাওব অদুগ মখাথংব অসীগীসু নিতাইপাৎ চিথেক্তগী নোংপোকলোমদ চৎখিদুন শনজেম্থোং ফাওবদি মীয়াম পুম্নমক্ল খঙনদুন অদুম লাকখি ।। অদুবু থাঙ্গপাৎকী নোংপোক থংব শরূক অদুগী মতাংদদি য়াম্ন শেংন খঙদবগুম তৌব ৱাফম লৈরকখি ।। নোংপোক থংব থাঙ্গপাৎকী শরূক অদু খঙলবদি মিনুথোং অমসুং শনজেম্থোং ফাওবদ লৈরিব থাঙ্গপাৎকী মচীন অনী অদু নোংপোক থংব থাঙ্গপাৎকী শরূক অদু য়ৌন চুমদ্রিং ইনখৎপ্রগ মতম অমদ লৈরম্ব কংলাগী মপুঙ ফারব শকফম অদু খঙদোকপ অমসুং লেপথোকপদ য়াম্ন মতেং ওইগনি হায়বসী মীপুম খুদীংমক্কী ৱাখল্লি ।।

মিনুথোংদগীন পুরৈরোম্ব খোংনাংখোঙ ফাওবদ লৈরম্মী হায়নব কংলা থাঙ্গপাৎকী নোংপোক থংব শরূক অদুগী লৈরমফম তশেংব মফমদু থিদোক্লবগীদমক্ত মনিপুর লেজিসলেতিব এসেম্বলীন ১৯৮১ জুলাই ৩১দ ফমখিব মীফমগী রিজোল্যুশন নম্বর ১০ গী মতুং ইন্ন 'পার্লামেন্তরী কমিতি' অম শেমখি ॥ এসেম্বলীন পাস তৌখিব রিজোল্যুশন নম্বর ১০ অদুদ অসুম্ন ইরি — *"মণিপুর সরকারন কংলাগী অশেংব শক্তম অসীবু মণিপুর চীংমী তম্মী পুম্নমক্কী তুংগী মীরোলগীদমক লেঙদনা থম্বীদুনা জাতি অমা ওইবগী ইতিহাসিক, কলচরেল হেরিতেজ পুম্নমক মাঙহন্দনবগী পান্দম অমদা খা, ৱাং অমসুং নোংচুপ মায়কৈ অহমগী কংলাপাৎ অমুক হন্ন তৌথোক্নুন শেমগৎলকপ তাংকক্কী মনুংদা ৱাংহৌরিবা মিনুথোংদগীন পুলৈরোম্ব খোংনাংখোঙ তাব ফাওবগী নোংপোক থংবা শরূক অসিবু তৌথোক্নুন কংলা-পাৎ মপুঙ ফাহন্নবগী তঙাইফদব অদুদা য়েংশিন্নব হাউস অসীগী কমিতি অমদা শিন্নব লেপ্পরে ॥ কমিতি অসীগী রিপোর্ত অম হাউস অসীদ চৎলিব চহী অসীগী মনুংদ পীখৎলক্লব শিন্নরে ॥ কমিতি অসীগী মেম্বর ওইনব মখাগী এম: এল: এ: শিংবু খল্লে ঃ—*

| | | | |
|---|---|---|---|
| *১)* | *শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ* | — | *চিয়ারমেন* |
| *২)* | *শ্রীয়ুমখাম ইরাবোৎ সিংহ* | — | *মেম্বর* |
| *৩)* | *শ্রীআই: দি: দিজএনং* | — | *মেম্বর* |
| *৪)* | *শ্রীলৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহ* | — | *মেম্বর* |
| *৫)* | *শ্রীফৈরোইজম পারিজাৎ সিংহ* | — | *মেম্বর* |
| *৬)* | *মুহম্মদ মহমুদ্দিন* | — | *মেম্বর"* |

কমিতি অসীগী মীফম পুম্নমক্ত, এসেম্বলীগী মেম্বর এম: কুমার সিংহবুসু য়াওবীনব কমিতিগী চিয়ারমেন্ন পাউকৎ পীরম্মী ॥ কমিতি অসীন ১৯৮১ সেপ্তেম্বর ২৬ তগী ১৯৮২ জনুৱারী ১১ ফাওবদ মীফম ৫ (মঙা) রক পাঙথোকখি ॥ ১৯৮২ জনুৱারী ২২ গী মীফম্ন কমিতিগী রিপোর্ত ৱারেপ লৌখি ॥

ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙলে মদুদি কমিতি অসীন তৌগদব থবক অসী মিনুথোং ময়াদগীন পুরৈরোম্ব খোংনাংখোঙ ফাওবদ নোংপোক থংব থাঙ্গপাৎকী শরূক লৈরমব্র, লৈরম্নবদি থিজিল হুমজিন্দুন লৈরমফমগী অশেংব মফম অদু

পুথোকপনি ।। পান্দম অসী ফংনব হোৎনবদ কমিতি অসীন লনাই মীওই অমসুং লূপ কয়াদগী হীরম অসীদ অয়ীব ব্বারোল কয়া কৌখৎখি ।। অয়ীব ব্বারোলখক্ত নত্তন কনাগুম্ব মীওইনদি কংলাগী মেপ ফাওব পীখৎলকপ য়াওখি ।। অয়ীব ব্বারোল কৌখৎপদ নত্তন ব্বারোল পীখৎলক্লিব মীওইশিং অদুফাওব কৌখত্তুন হাকথেংনন ব্বারোল পীহনখি ।। কমিতিগী মীওইশিংনসু হায়রিব কংলাগী মফম অদুদ চত্তুন য়েংশিনখি ।। অসুম্ন য়াম্ন থিজিল হুমজিল্লব অমসুং রিভিনিউ দিপার্তমেন্ত অমসুং থব্বায় য়াওব মীওইন পীখৎলকপ মেপশিং অদুবু কুপ্ন য়েংশিল্লব মতুংদ এম: ইবোতোম্বী সিংহ, চিয়ারমেন, **ফেক্ত ফাইন্দিং কমিতি ওন এক্সতেন্সন ওফ কংলা পাৎ, মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীন** অসুম্ন রিকম্মেন্দেসন পীখি, মদুদি — *"---the original course of Kangla Pat on the eastern side from Minuthong to Puleiromba Khongnangkhong be preserved early by evicting all the occupants in and around the original course of Kangla Pat, as provided under the provisions of the Historical Monuments Act, 1976. The Committee also felt it necessary to urge the Government to take actions immediately in order to achieve what is recommended by the Committee under the provisions of the Act mentioned above. This will also subscribe to the implementation of the programme of beautification of Imphal City"* য়াম্ন শমজীন্ন হায়রবদ — মিনুথোং ময়াদগী পুলৈরোম্ব খোংনাংখোঙ ময়া ফাওবদ লৈরিব হান্ন লৈরম্ব কংলা থাঙ্গপাৎ অসী কন্নবগীদমক্ত শৃদক্ত থবক পায়খৎকদবনি ।। মফম অসীদ মী তাশিল্লিব অসী আইনগী মতুংইন্ন মফম অসীদগী লৌথোকখিগদবনি — হায়বসীনি ।। অদুবু, কমিতি অদুন পীখৎখিব ব্বারোল অদু মনিপুর লৈঙাক্ল থবক ওইন পায়খৎলকপদি ঐখোয় খ্বাইন উব ফংখিদ্রে ।। মদুগী করিগুম্ব মরম অম নত্ত্রগ অমদি লৈরমগনি ।।

মথক্ত পনখিব নোংপোক থংব থাঙ্গপাৎ হায়রিব অসী মিনুথোংগী নোংপোক্তগী খা পাংন আর: দি: এস: হায়স্কুলগী হেক নোংচুপ ফাওব চৎলিব ব্বাংখৈ লম্বী তাব লম্বী অসীগী নোংচুপ্ত য়ুম কৈ শাজিন্দুন মী তাশিন্দ্রিঙৈদ লৈরম্ব অতৈ থাঙ্গপাৎকী শরুক্রুম পাকচাউব খোংলম পরিং অদু ওইরমগদব মাল্লি ।।

মতাং অসীদ হায়জনীংবদি — মথক্ত পনখিব কমিতি অদুন লনাই মীওই অমসুং লূপ কয়াদগী অয়ীব ব্রারোল / য়েপনচিংব কৌখৎপ মতমদ, কংলাগী নোংপোক থংব থাঙ্গপাৎকী শরুক্তি নাম্বম চিথেক্তগী তেলিপতি ফাওব চৎলিব লমজাউ সোরোক অসীগ হেক তাইনন নোংচুপ্ত লৈরিব সোইবম লৈকাইগী কৌনা থানরিব পাক-চাউরব খোংলম অসীনি হায়বগী ব্রারোল পীখৎনরকপ য়াওখিদবদি নত্তে ॥ পীখৎলকখিব ব্রারোল অমখক্তং লৌখৎচরি ॥ মদুদ অসুম হায় — " --- *থাঙ্গপাৎ অসী নিংথৌ মারজিৎ সনা হাক্তক্ত অমুক্ত হন্ন নোংপোকলোমদ (খা ব্রাংদগী ইনখৎলকখিবন) নোংমৈবুঙ লম্বী অমদি খূরায় সোইবম লৈকাইগী লম্বী পরিংগী মনিং হেক থংব কৌনা পাম্বী থারিব অহোংলৈ (অহোংগৈ) পাৎ অমদি হৌজিক্কী টেলিপতি রোদকী মনিং পরেং অদু ফাওবনি ॥"* অয়ীব ব্রারোল অসী এ: তোম্ব মীতৈ, মীতৈ ফুরূপ, শগোলবন্দ তেরা কৈথেল, ইম্ফালন তাং ২৫।৯।১৯৮১ দ কমিতিদ পীশিনখিবনি ॥

মথক্কী ব্রাফমশিং অসীগ মরীলৈনন হায়জনীংবদি — মিনুথোংগী নোংপোক্তগীন আর: দি: এস: হায়স্কুলগী নোংচুপ ফাওব চৎলিব লম্বীগী হেক নোংচুপ্ত লৈরম্ব থাঙ্গপাৎ অদুদি নিংথৌ মারজিৎ মমাঙগী নিংথৌরোলশিংগী হাক্তক্ত লৈরম্ব ওইগনি ॥ (করম করম্ব নিংথৌগী হাক্তক্ত থাঙ্গপাৎ অসী তৌরম্বগে হায়বগী মরমদ মখা তান থিজিনবগী তঙাইফদব লৈ ॥) অদুগ নাম্বম চিথেক্তগী তেলিপতি য়ৌব সোইবম লৈকাইগী নোংচুপ্ত লৈরিব লম্বী অসীগী নোংচুপথংব নাকল্লোমদ কৌনা থাবী পরিংদ লৈরমলিব থাঙ্গপাৎ অসীদি নোংপোক থংব কংলা থাঙ্গপাৎকী খ্বাইদগী থাপ্তোক্ল কোনব শরূক ওইগনি ॥ মসীদি নিংথৌ মারজিৎকী মতমদ তৌথোকখিব অদু ওইগনি ॥ মফম অসীগী মুসলিম ব্রার সিমিত্রি মনাক্ত আর্ত এন্দ কলচর দিপার্তমেন্তন ১৯৯০ দ লৈবাক তৌথোক্তুন য়েংবদ চেকপল পরিং লৈরম্ব থেংনখি ॥ মতাং অসীদ অমুক ঐখোয়ন খণ্ডজীনব য়াবদি — কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন ওইদুন লাক্লব কংলাগী লাইফম অয়াম্বদি, নোংপোক্তন মিনুথোং ময়াদগী আর:দি:এস: কী নোংচুপ ফাওব চৎলিব লম্বীগী নোংচুপথংব নাকন্দ লৈরম্ব কংলা থাঙ্গপাৎ অসীন কোয়শিন্দুন লৈরম্ব কংলাগী শরূকশিং অদুদ লৈ ॥ অদুগ মফম অসীগী নোংপোক থংব শরূকশিংদদি কংলাগী মরুওইব লাইফম অয়াম্ব লৈরমদবগুম তৌই ॥ (লৈরম্বদি য়াই, থিজিনব

ৱাৎপদগী ওইবসু য়াই) অসুম্ন, অরুব লাইফম কয়া লৈরমদবগী মরম অসী — মফম অসী কোন্ন থাঙ্গপাৎ তৌথোক্তুন কংলাগী শরূক অম ওইরক্রবসু পুৱারীগী অঙনব মতমগী নিংথৌশিংগী হাক্তক্তদি কংলাগী শরূক অম ওইরমদবদগীরা হায়ন খল্লি ।। অদুবু, কোন্ন তৌখিব ওইরম্লবসু কংলাগী নোংপোকলোমদ লৈব খ্বাইদগী থাপ্তোক্ল লম কোনশিনব, কংলাগী ঙমখৈ তাকপ থাঙ্গপাৎকী শরূক অদুদি মসীনি হায়ব তাই ।। অকোন অহানগী ৱাফম্ন তোঙান্ন থমস্রগ লৈবাক মীয়াম্ন খঙব পামলিবদি কংলাগী ঙমখৈবু খ্বাইদগী পাক-চাউন কোনশিল্লম্ব থাঙ্গপাৎকী শরূকশিং অদুবুনি ।। কংলাগী নোংপোক থাঙ্গপাৎকী ৱাফম লাকপ অসীদ, আর্ত এন্দ কলচরগী দাইরেক্তর ওইরম্ব সমরেন্দ্র চোংথাম্ন হায়খিব ৱাফম খর নীংশিংলকই ।। সমরেন্দ্র চোংথাম্ন অসুম্ন হায়খি — *"মতমদুদ (বৃতিশশিংন কংলা লৌশিন্দ্রিঙৈ মতমদুদ) কংলাগী শক্তমদি বৃতিশ রেকোর্দ মতুং ইন্ন চেকপম্ন মায়কৈ মরি পুমকোয় কোয়শিল্লম্মী অমসুং নাকল অমমমগী অশাংবন মাইল অমমমনি ।। মদুগী অকোয়বদ থাঙ্গপাৎ তৌদুন থনম্মী ।। "The Pat or enclosure consists of a masonry wall enclosing a square of a mile each side." মতমদুদ কংলাগী ঙমখৈ কদাই য়ৌরম্বগে হায়বদু অমুক্তং মীৎ উইশিল্লগ য়েংবীয়ু ঃ নোংচুপথোঙ, হৌজিক হোতেল লেক ভিয়ু লৈরিব অসিদগী মখা পাংন নিত্যাইপাৎ চিথেক ফাওব চৎলগ অমুক নোংপোক পাংন হাইগৎখিদুন ইম্ফাল তুরেল (শঞ্জেনথোং); অদুদগী অসুম অসুম নোংপোক পাংন, চুরাচান্দ হায়স্কুল মমাঙ, ওফিসার কোলোনিগী মমাঙ চৎখিবন রাজ দুম্রা হায়স্কুল অমসুং নাম্বম চিথেক্কী মনাক য়ৌরম্মী ।। নোংমৈবুঙদগী কংলাগী বাউন্দরী অদু অরাং পাংন চৎখিবন খুরায় সোইবম লৈকায়গী মনীং হৌজিক কৌনা হৌরিব কুৎথব থাঙ্গপাৎ মরীলদু লাল্লগ লাকপন মিনুথোং হাক্তা লাল্লগ অমুক মমায় নোংচুপ ওন্দুন লাকপন ইম্ফাল তুরেল অমসুং কেক্রুপাৎ লাল্লগ হৌজিক্কী পি: দব্লিউ: মমাঙ য়ৌরকখি ।। মফমদুদগী থেকচীন্দুন মমায় মখা পাংন লাকপন নোংচুপথোঙ য়ৌব ফাওবসী কংলাগী ঙমখৈ ওইরম্মী ।। অকোয়বদ তৌরম্ব থাঙ্গপাৎ লৈরম্বগী মমি ঙসিফাওব মীয়াম্ন উবীরি ।। চেকপলদি থুগাইম্রে ।। তৌইগুম্বসুং চপচাব প্রমান ফংনিংবদগী, ইংশোক ১৯৯০ দা অইবন মণিপুর সরকারগী আর্ত এন্দ কলচরগী দিরেক্তর ওইরিঙৈ মতমদ, লৈবাক তৌথোক্তুন*

*(excavation তৌদুন) চেকপনগী ফাউন্দেসন থিখি; ফংসু ফংখি ॥ হৌজিক মুস্লিম ব্রার সিমিত্রি লৈরিব অসীগী শম্বল ময়াদ তৌদুন য়েংবদ চেকী ফাউন্দেসন অদু শক্তম ইকায় কায়দন লৈরম্ব থেংনখি ॥"* [ব্রাফম অসী মথক্ত এ: তোম্ব মীতৈন হায়খিবদুগ চাশীন্নে ॥]

*"কংলাগী চেকপল থুগাইশ্ত্রব তুংদদি অহাঙব মফমশিং অদু ঙসিদি মী লোইন তাশিনখ্রে ॥ পাত্তা পায়দুন মশাগী লম ওনথোকখ্রে ॥ মদুদ করিসু আপত্তি তৌনিংঙাই থোইন লৈতে ॥ মখোয়সু অসুম লৈজসুনু, তৌইগুম্বসুং মণিপুরগী কংলাগী অরিব শক্তম হনজিনহনসি হায়রবদি হান্ন লৈজরম্ব ঙমখৈ অদুমক ঙসি চেকপন অম খাজীনবন অমসুং থাঙ্গপাং তৌথোক্লন থম্বন হেন্ন ফজব ওইগনি ॥ চেকপল খাব অদুন চহী ১০০ হেন্ন পাত্তা তাদুন লাক্লব লম মপুশিংগ মুক্রদুন মখোয়গী অধিকার মুনবগী ব্রাফম লৈজদে ॥ মখোয়সু কংলাগী চেকপল মনুং অদুদ ময়ুম মকৈ লিংদুন লৈজবদ অয়েংপ করিসু পীগদব নত্তে ॥ অইবগী ব্রাফমদি অরিব শক্তম কনজনীংবনি ॥" (কংলাগী ঙমখৈ ঃ সমরেন্দ্র চোংথাম, পোক্রফম-২০।১১।০৪)*

**অনীসুব ব্রাফম ঃ** ঙসীদগী চহী ২৬/২৭ লোমগী মমাঙদ কংলাগী অরাংথংব থাঙ্গপাংকী শরুক খর মনিপুর লৈঙাক্ল ফুনজিন্নব থবক পায়খৎলকপদ ভারত লৈঙাক্ল থিংলকখিবগী ব্রাফম্নি ॥ থৌদোক অদুগী মতাংদসু আর্ত এন্দ কলচরগী দাইরেক্তর ওইরম্ব সমরেন্দ্র চোংথাম্ন অসুম্ন পাউদম্মী — *"পি: দব্লিউ: ওফিসতগী নোংপোক পাংন চৎখিদুন কংলাগী অরাং থংব গেৎ কেক্রুপাং মনাক (মীয়াম্না থোইদোক্ল অসাম বাইফলসকী অরাংথংব গেৎ হায়ন খঙনব) অসি ফাওব ঙসি মীয়াম্ন উবিরিব কংলা থাঙ্গপাংকী শরুক অসী ঙসীদগী (৪।১২।০৪) চহী ২৪/২৫ গী মমাঙদ, মতমদুগী পাল্লম্ব 'পুকচেল চাউরব' সরকার অদুন নাগালেন্দ স্তেত ত্রান্সপোর্তকী ওফিস অমসুং মখোয়গী বস পার্কিং ওইনব পীথোকখিরম্মী ॥ মদুগীদমক, কংলাগী অরিব চেকপলদু বুলদোজরন তৌথায়রগ থাঙ্গপাং ফুনজিনব হৌখি ॥ বুলদোজর ৪/৫ ন তৌথায়রকপদ কংলাগী চেকপল শারম্ব চহী ১০০ সুরব চেক মশীং খঙদন খোংলগ থাঙ্গপাং মনুংদ ফুমজিনব হৌরম্মী ॥ মতৌ করম্ন থাঙ্গপাং মতেক অসী কনখিবগে হায়বগী ব্রারী অদু*

ঙসিদি অইবগী পুক্নীংদ কন্ন ফাওরকখি ।। অমসুং কলা-সংস্কৃতিবু নুংশিজব ইরৈবাকচাশিংদ পাউদমজনীংঙি ।। বুলদোজর ময়াম অদুন কংলাগী চেকপল থুগাইরকপঅদু অচৎ-অওক প্রজা লীশীং কয়ান করিনো তৌরিব মতৌসি হায়দুন লেপ্পুন য়েংনরম্মী ।। ইতিহাস মুন্ন খঙব মীওই খর নত্তন অয়াম্ব প্রজাশিংন মনুংগী অকৃপ্প ৱারোল খঙনরমদে ।। মতম অদুদ কংলাগী ঙমখৈ কনসি হায়ন চোঙথোরকখিবদি, মণিপুরগী শক্লাইরব, কলা-সংস্কৃতিগী গুরু শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনি ।। মতম অদুদ মহাক্র মনিপুর হিস্তরিকেল সোসাইতি গী প্রসিদেন্তনি অমসুং প্রোফেসার গাংগুমৈন সেক্রেতরী ওইরম্মী ।। পন্দিৎ খেলচন্দ্রগী লুচিং মুখাদ মনিপুর হিস্তরিকেল সোসাইতি গী মেম্বরশিংন মণিপুর সরকারগ অকনব লাল থেংনখি ।। মখোয়ন, মণিপুর সরকারন চঙশিল্লিব খোঙজঙ অদু হন্দোকপিনব হন্ন হন্ন হায়জবদ থৌওইন তাবিরক্লবদ ভারত সরকারদ তেলিগ্রাম থাদুন ৱাকংখি — "মণিপুরগী ফোর্ত, মণিপুর সরকারন থুগাইরে, ভারত সরকারন থিংবীয়ু" — হায়ন ।। তেলিগ্রাম ফংবগ ভারত সরকারন খূদক্ত এক্সন লৌবীরকখি ।। মণিপুর সরকারদ তার থারকখি — চয়োল অমগী মনুংদ রিপোর্ত পীরকউ হায়ন ।। মদুগী মখা তাব ওইন ভারত সরকারন কংলা য়েংনব 'আর্কিওলোজিকেল সর্বে ওফ ইন্দিয়া' গী অৱাংব থাক্কী এক্সপার্ত অমসু য়াম্ন থুন মণিপুরদ থারকখি ।। এক্সপার্ত অসীন দিল্লী য়ৌখ্রব মতুংদ, ভারত সরকারন অথীংব হুকুম থারকখি ।। হায়রকই — "কংলা প্রোতেক্তেদ হেরিতেজ সাইত ওইন লাউথোক্কদবনি ।। মনিপুর সরকারন তৌরোই হায়রগ ঐখোয়ন (ভারত সরকারন) তৌগনি ।।"

"ভারত সরকারন থিংলকপদগী থাঙ্গপাৎ ফুনবগী থবক অদু খূদক্ত লেপখি ।। থবক লেপ্লবসু থাঙ্গপাৎকী শরূক অদুদি তংখায় হেন্ন ফুনজিনখ্রে ।। অদুবু লাইগী নোংদম কনান খঙব ঙমগনি ? শ্রীভগবানগী কৃপাদগী অমসুং পাখংবগী থৌজান্ন মতমদুদ পাল্লম্ব সরকারদু খুদক্ত কায়রে ।। রাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহন মুখ্য মন্ত্রী ওইন ৱাশক লৌরে ।। অযুক্ত ৱাশক লৌরগ, নুমিৎ অদুমক্কী নুংথিলদগী হৌন বুলদোজর ৪/৫ থাজীন্দুন রাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহন থাঙ্গপাৎকী লৈবাক ময়াম অদু কোংথোকখি ।। কলা-সংস্কৃতিবু নুংশিজব,

*মণিপুরগী অরিব শক্তম্বু ঙাক্তুনা থমজনীংব প্রজাশিংগী থম্মোইদ কয়াগী মতীক পেনজখিব ! পন্দিৎ খেলচন্দ্র সিংহনা মঙজখিব মঙ অদুনা মঙফাওনরক্তুনা ঙসিদি থাঙ্গপাংকী অরিব শক্তম অদু মীয়াম্না উব ফংলিবনি ॥ নংলমদ্রবদি নাগালেন্দ স্তেত ট্রান্সপোর্ত বস পার্কিং শোইদনা ওইরমগনি ॥" (কংলাগী ঙমখৈ ঃ সমরেন্দ্র চোংথাম, পোক্লফম-৪।১২।০৪) ॥০॥*



# ১৬

## ১ ঃ লৈবাক মীয়াম্ন কংলাবু অমুহন্ন ফংজব

কংলৈপাক মনিপুরগী লাইফমলেন অমসুং কোনুংলেন ওইন লাকখিব কংলা অসী খৃস্তকুম ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৭ তগী লৈবাক মীয়াম কংলৈচা মনিপুরীশিংগী ওইব ফংজদন লৈরকখি ॥ অদুবু শাংলব মতম চহী ১১৩ থা ৬ নুমিৎ ২৪ নি হেক সুব নুমিৎকী নুংথিল পুঙ ৪ মিনিৎ ৪ তাব মতমদ কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়াম্ন কংলাবু অমুক হন্ন ফংজখি ॥ নুমিৎ অদু খৃস্তকুম ২০০৪ গী নবেম্বর ২০, কুমশক ১৯২৬ হিয়াঙ্গৈ থাগী ৯নি পানব থাংজ নুমিৎনি ॥ নুমিৎ অসী কংলৈপাক মনিপুর পুব্রারীগী লামায়দ চোইনৌ সনাগী মুৎনাইদ্রব মূক্ক ইদুন লৈহৌরগনি ॥ অসীগুম্নব কাউঙন্নরোইদব নুমিৎ অসীদ কংলা মনুংদ পাঙথোকপ কংলাবু খুৎশিন্নবগী থৌরম অদুদ ভারতকী প্রাইম মিনিস্তর দাক্তর মনমোহন সিংহন কংলাবু কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়ামদ খুৎশিন্নখি ॥ লমদম অসীদ নুমিৎ খৃদীং মীতৈলোন্দ ফোঙব য়াম্ন পাকশন্ন চৎপ পাউচেশিংগী মরক্ত অম ওইরিব পাউ -চে অমন পুব্রারীগী ওইব থৌরম অদুগী মতাংদ অসুম্ন পাউদম্মী —— *"মতম কয়াগী মমাঙদগী মণিপুরগী মীয়াম্ন ঙাইদুন লাক্লব কংলাগী লম ভারতকী প্রধান মন্ত্রি দা: মনমোহন সিংহ য়াওন ঙসি কংলাদ পাঙথোকখিব থৌরম অমদ কংলাগী লম পুম্ব মণিপুর সরকারদ শিন্নখ্রে ॥ লোয়নন স্তেত অসীগী ইকাইখুম্নব অমদি চাউথোকচনিংঙাইগী মশক অম ওইরিব কংলা লানবন খুৎশিন্নব অসিন মণিপুর ইতিহাসত অমন অমবু থাজনব, মরূপ মপাঙ ওইবগী মরী, অচুম্ব অমসুং শান্তি লৈব অদুগুম্ব অনৌব পন্দুপ অম হাংদোকপ ওইরসুনু — হায়ন প্রাইম মিনিস্তর মনমোহন সিংহন মীয়ামদ ফোঙদোকখ্রে ॥"*

*"মনিপুর ইতিহাসত অচৌব পন্দুপ অম ওইন লৈহৌরগদব থৌরম অদুদ 'আসাম রাইফলস' কী দাইরেক্তর জেনরেল ভুপিন্দর সিংহ, লেফতেনেন্ত জেনরেলন মুখ্য মন্ত্রি ও. ইবোবী সিংহদ কংলা লানবনগী শক্তম ওইব খুংশেমগী শোইজে অম খুৎশিন্নখি ॥ ঙসীগী লম খুৎশিন্নবগী থৌরম অদুদ তিনখিব মীয়ামদ প্রধান মন্ত্রি মনমোহন সিংহন রাফম কয়া ফোঙদোক্লদুন হায়খি — ঙসী কংলাবু মণিপুর সরকারদ খুৎশিন্নব অসী য়াম্ন ইতিহাসিক ওইব থৌদোক অমনি ॥ কংলান মণিপুরীশিংগী থৌনাবু হেন্ন থৌগৎলি লোয়নন বৃত্তিশকী মায়োক্ত অকন্নব লানথেংনখিবগী খুদম উৎলি ॥ মসী লানবন অম ওইবত নত্তন অশেংব মফম অমসুনি ॥ অসিগুম্বশিং অসী ভারত সরকারন শকখঙবদগী কংলা অসী মণিপুর সরকারদ খুৎশিন্নবনি ॥"*

*"একর ২৩৭.৬২ পাক-চাউবব কংলাগী লানবন খুৎশিন্নবগী থৌরম অদুদ তিনখিব মীয়ামদ থাগৎপ ফোঙদোক্লদুন আর্ত এন্দ কলচর মন্ত্রি পিঐচ: পারিজাৎন হায়খি — কংলা লানবন শেমগত্তুন অরাং-নোংপোক ভারতকী খ্বাইদগী ফজব মফম অম ওইনব হোৎনগনি ॥ মমাঙদ লৈরম্ব কংলাগী শক্তম অদুমক অমুক হন্ন থন্নব কংলাগী মনুংদ পাং নৌন তৌগনি ॥ মীয়ামগী অপাম্ব মতুংইন্ন ইবুধৌগী লাইশঙ শাগনি ॥ লোয়নন কংলাগী মরমদ ইব লাইরিক অমসু সুকশোয় শোয়দন পুথোক্কনি ॥"*

*"আই.এফ.সি.দি. গী মন্ত্রি ফুংজাথাংন রেলকম এদ্রেস পীদুন হৌদোকখিব ঙসীগী থৌরম অদুদ দোনরগী মন্ত্রি পী: আর: কিন্দিয়া, মহারাস্ত্রগী হান্নগী মুখ্য মন্ত্রি দিগবিজয়, এ: আই: সী: সী: গী সেক্রেতরী রামেস চানিতলনচিংব লুচিংবশিং দাইজদ ফমখি ॥ লোয়নন মণিপুরগী এম:পি: অহুম, কাউন্সিল ওফ মিনিস্তরশিং, এম: এল: এ: শিং, শক্লাইরব মীওই কয়া, মণিপুরগী নিংথৌ, সিনিয়র সিতিজনশিং, আসাম রাইফলসকী মকোকথোংব ওফিসার কয়া অমসু শরুক য়াখি ॥" (পোক্লফম-২১।১১।০৪)*

কংলাবু কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়ামদ খুৎশিন্নবগী থৌরম অদুগী মতাংদ লমদম অসীগী ইংলিস্ত নুমিৎ খূদীং ফোঙব খ্বাইদগী পাক-শন্ন চৎপ পাউচেশিংগী মনুংদ অম ওইরিব পাউচে অমন অসুম্ন হায় —

*"After 113 years, ever since Manipur fell to the advancing British troops on the April 27, 1891 Khongjom War, the gate of the historic Kangla Fort was today thrown open to the people of Manipur, with the D.G. of Assam Rifles, Bhupinder Singh formally handing over the symbolic key of the fort to Chief Minister O. Ibobi Singh in front of the Prime Minister during an emotion charged public meeting inside Kangla today".*

*"As the clock struck 4.04 p.m. D.G. of Assam Rifles Lt. General Bhupinder Singh handed over a giant sized key of the Kangla to the Chief Minister in presence of the Prime Minister and thousands of people to signify the complete evacuation of the security force from Kangla".*

*"The Chief Minister also presented a painting of the Palace at Kangla to the Prime Minister sketched by renowned artist R.K.C.S, who incidentally passed away today. Assam Rifles also presented a painting of Kangla to the P.M.".*

*"With thousands of people turning up for the momentous occassion (conservative estimate put the number at 20,000), the Prime Minister drove up near the dais in his bullet proof car at about 3.45 p.m."*

*"Chief Minister O. Ibobi and his Ministerial colleagues and DONER Minister P.K. Kyndiah, former Chief Minister of Madhya Pradesh Digvijay Singh, MOS for Defence BK Handigue and MOS Prithiviraj Chavan accompanied the Prime Minister."*

*"IFCD Minister Phungzathang Tonsing delivered the welcome address while Art and Culture Minister Ph. Parijat hailed the handing over of the historic fort".*

*"Addressing the gathering the Prime Minister said that the Kangla Fort is the nucleus of Manipur and symbolises not*

*only temporal power but also the spiritual and religious traditions of the people. He also added that Kangla also exemplified the bravery of the Manipuri people who fought a fierce battle against the British".*

*"The U.P.A. Govt. decided to hand over Kangla in response to the popular demand of the people, he added".*

*"Chief Minister, O. Ibobi informed the gathering that Prof. Nalini Thakur of the School of Painting and Architecture, New Delhi has been asked to draw up the project for the development of Kangla. The State Cabinet has also worked out a Kangla Ordinance to protect the historical fort".*

*"Before the clock struck 2 p.m. thousands of people started heading for Kangla and for a change entering the sacred fort did not require permission from the uniformed personnel".*

*"The atmosphere inside Kangla was one of camaraderic and it was a rare sight to see the people mingling freely with the security personnel".*

*"For a welcome change, the uniformed men on guard were courtesy personified and kind and gentle words were used to explain against entering specific enclosed zones reserved for special invitees, cultural troups etc."*

*"As seats arranged at the vast meeting ground were already filled hours before the arrival of the Prime Minister, chaotic scenes prevailed sporadically with the public trying to occupy every convenient location including empty spaces between rows of seats which tested the patience of the State police personnel who significally didnot exhibit arms".*

*"The only armed security personnel evident at the meeting venue were the peramilitary forces deployed around the meeting area".*

*"The historic occassion itself began from the moment the entrance of the southern gate opened to the general public who walked in groups in celebratory mood and looked up at the signboard displaying 'The Kangla' and proceeded further freely mingling with one another and exchanging views on developing the sacred site".*

*"Inside the meeting venue surrounded by scenic plantation and British era structures and some cumbling buildings built by kings of the then independant Manipur, a sea of humnity in all colours awaited with bated breath the arrival of the Prime Minister's Cavalcade in the balmy wintry sun made even more milder with the light cloud cover of the sky".*

*"While the Prime Minsiter's speech, which touched on all issues confronting Manipur, was greeted by loud cheers from the massive gathering, Chief Minister O. Ibobi Singh was visibly moved by the momentous occassion. His supposedly brief speech prolonged and darkness quickly descended requiring officials to remind him that the P.M. had other schedules today too". (The Sangai Express-21-11-04)*

কংলৈপাক মনিপুর পুব্বারীগী লামায়দ চোইনৌ সনাগী মুৎনাইররোইদব মুক্ল ইদুন লৈহৌরগদব কংলাবু লৈবাক মীয়াম্ম অমসুং কংলৈপাক মনিপুর লৈঙাক্ল অমুক হন্ন ফংজব থৌরম অদু পাঙথোকফমদি — কংলাগী নোচুপ সনথোঙদগী মায় নোংপোক পাংন চুমদ্রিং চঙলক্লগ মনুং থাঙ্গপাৎ মপা হেন্দোক্তুন লাক্লগ, খা-থোঙদগী অব্বাং-থোঙ তাব লম্বীসু য়ৌদ্রিঙৈ, নোংচুপ সনথোঙদগী চঙলকপ লম্বী অসীগী খাথংব নাকল্লোমদ চেক্ল য়ুমফম ব্বাংন শেম্ব, তিন্ন কৃম্ন শঙ পাকখল অম মমায় মখা ওন্দুন শারগ, অদুদ ভারতকী প্রাইম মিনিস্তর, মনিপুরগী চিফ মিনিস্তরনচিংব অচৌ অশাং ফম্নাইবশিং অদু ফমদুন পুব্বারীগী ওইব থৌরম অদু য়াম্ন হরাউ-তয়াম্বগ লোয়নন য়াম্ন পাক-চাউন পাঙথোকখি ॥ ওক্রম ইবোবীন চিফ মিনিস্তর অদুগ ফৈরোইজম পারিজাৎন আর্ত অমসুং কলচরগী মিনিস্তর

ওইরিঙে মতমদ কংলৈপাক মনিপুরগী লৈবাক মীয়াম্না অমসুং লৈঙাক্ল চহী ১১৩ গী মতুংদ কংলাবু অমুক হন্না ফংজবগী থৌদোক থৌরম অসীদি নুমিৎ থান লৈরিবমখে কংলৈপাক মনিপুরগী পুবারীদ লৈহৌরগনি ॥

[কংলাবু অমুকহন্না ফংজবগী থৌরম অসী কংলৈপাক মনিপুরগী পুবারীদ নীংশিংনিঙাই ওইব য়াম্না হরাউ নুঙাইব ফোঙদোকফম থোকপ থৌরম অমনি হায়ন খনবদগী ২০০৫ গী ফেব্রুবারী ৪দ পাঙথোকখিব **কংলা ফোর্ত বোর্দকী** অনীসুব মীফমদ, **এক্সপার্ত কমিতি** ন পীখৎলকপগী মতুংইন্না, বোর্দ অসীন চহীগী ওইন পাঙথোক্লব ব্রারেপ্লব্রব হরাউ কুম্মৈ মঙাগী মনুংচনব অম ওইন লৌখৎখি ॥ থৌরম অসীবু হরাউ কুম্মৈ থৌরম অম ওইন পাঙথোকপ অহানব থৌরম অদু *Observance of the First Anniversary of Handing Over and Taking Over Ceremony of Kangla to the People of Manipur* হায়ন মিংথোম্দুন খৃস্তকুম ২০০৫ কী নবেম্বর ২০, কুমশক ১৯২৭ হিয়াঙ্গৈগী ১৯নি পানব নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুঙ ১১ তাবদগী হৌদুন 'কংলা হোল' দ পাঙথোকখি ॥ থৌরম অদুদ **কংলা ফোর্ত বোর্দ** কী প্রসিদেন্ত মনিপুরগী চিফ মিনিস্তর ওক্রম ইবোবী অমসুং বোর্দ অসীগী ভাইস প্রসিদেন্ত, আর্ত অমসুং কলচরগী মিনিস্তর ফৈরোইজম পারিজাৎন মথংশিংন চিফ গেস্ত অমসুং প্রসিদেন্ত ওইখি ॥ কংলৈপাক মনিপুরগী লৈবাক মীয়ামদ কংলা খুৎশিন্নবগী অনীরকসুব নীংশিং থৌরম অদু 'Observance of 2nd Kangla Day to commemorate the handing over of The Kangla to the people of Manipur' হায়ন মিংথোম্দুন ২০০৬, নবেম্বর ২০, নিংথৌকাব নুমিৎকী নুংথিলদ কংলা হোলদ পাঙথোকখি] ॥০॥



# ১৬

## ২ ঃ কংলা শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক কংলা ফোর্ত বোর্দ শেম্ব

খৃস্তকুম ২০০৪ গী নবেম্বর ২০দ ভারতকী প্রাইম মিনিস্তর দাক্তর মনমোহন্ সিংহন কংলাবু কংলৈপাক মনিপুর লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়ামদ শিন্নবগী ৱাফম মথক্ত পনজখ্রে ॥ 'আসাম রাইফলস' ন থাদোক্লুন চৎখ্রব মতুংদ কংলাবু ফগৎনব অমসুং ঙাকশেনবগী থবকশিং পাঙথোক্লবগীদমক নুমিৎ অসীমক্তদ মনিপুরগী গবর্নরন ওর্দিনান্স অম লাউথোকখি ॥ ওর্দিনান্স অসী মীয়াম খঙনবগীদমক 'মনিপুর গেজেৎ' ত ফোঙদোকখি ॥ ওর্দিনান্স অদুগী মমিং **কংলা ফোর্ত ওর্দিনান্স** কৌই ॥ খুদক্কী ওইব থবক পায়খত্তব য়াদবগী তঙাইফদব ফীভম লাকপদগী ওর্দিনান্স অসী গবর্নরন লাউথোকখিব ওইগনি ॥ 'ওর্দিনান্স' অসীদ সেক্সন ২৮ লৈ ॥ কংলা ফোর্ত হায়রগ কদাইদ লৈব অমসুং কয়া য়াম্ন চাউব লমনো হায়বগী মতাংদ ওর্দিনান্স অসীগী সেক্সন ২ (বি) দ অসুম্ন ইরি — *"Kangla Fort means the Kangla Fort measuring an area of about 237.62 acres, bounded : on the north by National Highway No. 39 and road to Minuthong Bridge; on the south by National Highway No. 39 and road to Sanjenthong Bridge; on the east by Imphal River; and on the west by National Highway No. 39".*

কংলাবু চাওখৎ-ফগৎনব, ঙাকশেনব অমসুং শেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌনবগীদমক কংলা ফোর্ত বোর্দ হায়নমিংথোনব বোর্দ অম শেম্নগী মতাংসী ওর্দিনান্স অসীগী সেক্সন ৪দ অসুম্ন ইরি — *"Kangla Fort Board :— (1) The administration and control of the Kangla Fort shall be*

*vested in a Board constituted by the State Govt. in the manner hereafter provided. (2) The Board shall, by the name of 'The Kangla Fort Board', be a body corporate shall have perpetual succession and a common seal and shall by the said name, sue and be used through its Member Secretary. (3) The Constitution of the Board shall be notified by the State Govt. in the Official Gazette".*

করম করম্ব মীশকশিংন অমসুং মীওই কয়ান বোর্দ অদুগী মেম্বর ওইগদগে হায়বগী মতাং অদু ওর্দিনান্স অসীগী সেক্সন ৫.(১) দ অসুম্ন ইরি — *"The Board shall consist of the following members, namely :—*

*(a) The Chief Minister, Manipur — President.*

*(b) Minister in-charge of Art & Culture Dept. Manipur — Vice President.*

*(c) Leader of Opposition in the Manipur Legislative Assembly — Member.*

*(d) 3 members of Manipur Legislative Assembly to be nominated by the Speaker of the Manipur Legislative Assembly. — Members*

*(e) The Chief Secretary, Govt. of Manipur — Member.*

*(f) Joint Secretary, Ministry of Home Affairs (North East), Govt. of India — Member.*

*(g) Director General, Archaeological Survey of India, Govt. of India — Member.*

*(h) Director General of Police, Manipur — Member.*

*(i) 2 other non-official members possessing such experience and qualification or expert knowledge in the field of Archaeology or ancient history and culture of Manipur to be nominated by the State Govt. — Members.*

*(j) Commissioner/Secretary, Art & Culture Dept., Govt. of Manipur — Member Secretary" (Manipur Gazette Extrardinary, No. 236, Nov. 20, 2004)*

ওর্দিনান্স অসীগী সেক্সন ৪ অমসুং ৫গী মতুং ইন্ন ওইগনি মদুদি *Manipur Gazette Extraordinary No. 241, Imphal, Friday, November 26, 2004* দ মখাগী মীওইশিং অসীবু Kangla Fort Board কী মেম্বর ওইরে হায়ন ফোঙখি ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1. | Chief Minister, Manipur | — | President |
| 2. | Minister in-charge of Art & Culture, Manipur | — | Vice-President |
| 3. | Leader of the Opposition in Manipur Legislative Assembly | — | Member |
| 4. | Shri O. Joy Singh, Hon'ble MLA | — | Member |
| 5. | Shri R.K. Thekho, Hon'ble MLA | — | Member |
| 6. | Shri Thangminlien Kipgen, Hon'ble MLA | — | Member |
| 7. | Chief Secretary, Govt. of Manipur | — | Member |
| 8. | Joint Secretary, Ministry of Home Affairs (North East) Govt. of India | — | Member |
| 9. | Director General, Archaeological Survey of India, Govt. of India | — | Member |
| 10. | Director General of Police, Manipur | — | Member |
| 11. | Padmashri N. Khelchandra Singh Uripok, Imphal | — | Member |
| 12. | Prof. Sairem Nilabir, Khurai, Imphal East | — | Member |
| 13. | Commissioner/Secretary (Art & Culture) | — | Member Secy. |

(কংলা ফোর্ত বোর্দকী প্রসিদেন্ত ওইরিব চিফ মিনিস্তর অসী ওক্রম ইবোবীনি অদুগ ভাইস-প্রসিদেন্ত ওইরিব অসীন আর্ত এন্দ কলচরগী মিনিস্তর ফৈরোইজম পারিজাৎ নি ॥)

মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীন পাস তৌদুন এক্ত ওনথোক্লবগীদমক **দি কংলা ফোর্ত ওর্দিনান্স** অদু, থোইদোকপ শেমদোক শেমজিল তৌদন বিল ওইন মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীদ পুখৎখি ॥ বিল অসী পুথোকপগী পান্দম অমসুং মরমশিং পীবগী ৱারোল অদু *'Statement of objects & reasons'* *হায়ন মিংথোন্দুন অসুম্ন ইরি — "The historical Kangla Fort, Imphal, which till recently was under occupation of the Assam Rifles, has been vacated on 20th November, 2004 by the Assam Rifles due to the sustained demands of the State Govt. It has been decided to maintain Kangla as one of the important historical sites with preservation/protection of the ancient historical monuments, important structures, biodiversity and its open areas. The State Govt. has already prepared an elaborate Concept Development Plan of Kangla Fort Archaeological Park to enable the State Govt. restore it to its orginal state obtaining in the late 19th century i.e. before its occupation by the British forces." (The Kangla Fort Bill, 2004)*

মথক্কী ৱাফম অসীদগী ঐখোয়ন লৌশিনব য়াবদি — ১৯সুব চহীচাগী অথেঙব মতমদ হায়বদি বৃতিশশিংন খুদুম চনশিনখিব অদুগী হেক মমাঙদ ওইরম্ব কংলাগী মশক অদু অমুক হন্ন শেমগৎ-শাগত্তুন লৈবাক মীয়ামদ উহন্নীংবগী অপাম্ব স্তেত গবর্নমেন্ত অসীগী লৈ হায়বসীনি ॥

মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীদ পুথোকখিব **দি কংলা ফোর্ত বিল,** ২০০৪ অদু **দি কংলা ফোর্ত এক্ত,** ২০০৪ **(মনিপুর এক্ত নম্বর ৩ ওফ ২০০৫)** হায়ন মিংথোনব, জনুৱারী ১২, ২০০৫ দ মনিপুর গবর্নরগী অয়াব ফংলব এক্ত অম ওইখি ॥ এক্ত অদু *মনিপুর গেজেৎ এক্সত্রাওর্দিনারি নম্বর* ২৭৩ *ইম্ফাল, ইরাই, জনুৱারী ১৪, ২০০৫* দ ফোঙদোকখি ॥ এক্ত অসী গবর্নরন লাউথোকখিব ওর্দিনান্স অদুগী ৱারোলগ থোইদোক্ন খেন্নব লৈতে ॥ ওর্দিনান্স অদু বিলগী মৱোঙদ এসেমব্লীদ পুখৎলগ মদুবু এসেমব্লীন পাস তৌরব মতুংদ গবর্নরগী অয়াব পীদুন এক্ত ওইরকপগী ৱাফমনি ॥ মতাং অসীদ নীংশিংব য়াবদি — **কংলা ফোর্ত এক্ত** কী মতুং ইন্ন বোর্দকী মেম্বর ওইরিব নন-ওফিসিয়েল

অনী অদু স্তেৎ গর্বনমেন্তন নোমিনেৎ তৌগদবনি ।। স্তেৎ গবর্নমেন্তন নোমিনেৎ তৌব মেম্বরশিংদি স্তেৎ গবর্নমেন্তন য়াবীরিব ফাওব মেম্বর ওইগনি ।। মখোয়ন মেম্বর ওইবগী মতম অসী চহী ৫ (মঙা) ফাওবনি ।। অদুগ অমুক হন্না চহী ৫ (মঙা) গী খনবীবসু য়াই ।। অদুগ নন-ওফিসিয়েল মেম্বর অমবু বোর্দকী মেম্বর ওইবদগী লৌথোকপগী মতাংদদি এক্ত অসীগী সেক্সন ৯, সবসেক্সন (এ) (বি) (সি) অমসুং (দি) দ য়াওরিব মরমশিং অদুগী মনুংদগী মরম অমদ নন-ওফিসিয়েল মেম্বর অমবু স্তেৎ গবর্নমেন্তন মতম অমদ হেক্ত সস্পেন্দ তৌব নত্ত্রগ পুমলৌ লৌথোকপ য়াই ।। *(Manipur Gazette Extraordinary No. 273, January 14, 2005)*



# ১৬

## ৩ ঃ কংলা শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক কংলা ফোর্ত বোর্দন কমিতিশিং শেম্ব

১ ঃ **এক্সপার্ত কমিতি** — কংলৈপাক মনিপুর পুৰারীদ ইশিন্দুন লৈহৌরগদব **কংলা ফোর্ত বোর্দ** কী অহানব মিতিং অদু ২০০৪ গী নবেম্বর ২৭ত কংলা মনুংদ লৈব, জেনরেল স্লিমগী লৈফম ওইরম্ব 'জেনরেল স্লিম্‌স্ কতেজ' দ বোর্দ অসীগী চিয়ারমেন ওইরিব চিফ মিনিস্তর ওক্রম ইবোবীন প্রসিদেন্ত ওইদুন পাঙথোকখি ।। মিতিং অদুদ য়ানখিব ৱারেপশিংগী মনুংদ ৱারেপ অমগী মতুং ইন্ন কংলা চাওখৎ-ফগৎহন্নবগীদমক মরুওইব পুৰাবীগী/লাইনীংগী ওইব মফমশিং, শঙশিং, নীংশিং-খুভমনচিংবশিং মশক খঙতোক্লব অমসুং কংলা চাওখৎনবগী থবক পায়খৎলকপদ করম করম্ব শঙশিং থুগায়গদগে হায়ব মশক তাক্লবগীদমক কমিতি অম শেমখি ।। কমিতি অসী শেমখিবগী লাউথোকচে ওর্দর অদু গবর্নমেন্ত ওফ মনিপুর, সেক্রেতরিয়েৎ ঃ আর্ত এন্দ কলচর দিপার্তমেন্তন ২০০৪ দিসেম্বর ১দ থোকখি ।। কমিতি অসীবু **এক্সপার্ত কমিতি** হায়ন খঙনৈ ।। কমিতি অসীগী মেম্বরশিংদি মখাগী মীওইশিং অসীনি ঃ—

১) পদ্মশ্রী এন. খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক — চিয়ারমেন

২) প্রো: সাইরেম নীলবীর, খূরায় — মেম্বর

৩) দা: ও: কুমার সিংহ, হান্নগী সুপর্ইন্তেন্দেন্ত ওফ আর্কিওলোজি — মেম্বর

৪) দা: পি: রনবীর সিংহ, কংলা অমসুং মসীগী ঈরাৎ থৌরমগী অখঙ-অহৈ অম — মেম্বর

৫) সুপর্ইন্তেন্দেন্ত ওফ আর্কিওলোজি,
মনিপুর (১) — মেম্বর

৬) দাইরেক্তর (আর্ত এন্দ কলচর)
মনিপুর (২) — মেম্বর সেক্রেতরি

*[(১) দা. সাপম ভৈগ্য, (২) দা. কেঐচ. সরোজিনী দেবী ]*

**২ ঃ কংলা রিলিজিয়স কমিতি** — কৃস্তকুম ২০০৫ কী ফেব্রুৱারী ৪ দ ফমখিব 'কংলা ফোর্ত বোর্দ' কী ২সুব মিতিংদ কংলাদ লাইনীংগী থবক থৌরমশিংগী অশোয় অঙাম থোক্তনবগীদমক য়েংশিন্নব অমসুং লাইফমশিংগী থবক্ত অশীন অরাঙ ওইনবগীদমক অদুগ কংলাদ লৈরিব মাইব, মাইবী অমসুং লাইনীংলোয় শিংবু য়েংশিনবগী থবক তৌনবগীদমক কমিতি অম শেম্ব য়ানখি ।। কমিতি অদুবু **কংলা রিলিজিয়স কমিতি** হায়ন মিংথোল্লি ।। কমিতি অদুদ মখাগী মীওইশিং অসীন মেম্বর ওই :—

১) প্রো: সাইরেম নীলবীর — চিয়ারমেন
২) সুখাম তোম্বী — মেম্বর
৩) মনিপুর গবর্নমেন্ত আর্কিওলোজিগী সুপর্ইন্তেন্দেন্ত — মেম্বর সেক্রেতরি

অসুম্ন অহানবদ মেম্বর অহুমখক্ত লৈরম্ব কমিতি অসীদ, ২০০৫ নবেম্বর ১৪দ ফমখিব 'কংলা ফোর্ত বোর্দ' কী ৫সুব মিতিংদ য়ানখিবগী মতুং ইন্ন রিলিজিয়স কমিতি গী মেম্বর মশীং অসী অনী হাপচিন্দুন চাউথোকহনখি ।। নৌন হাপচিল্লকপ মেম্বর অনী অদুদি :—

১) য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্র, পিসুমথোং, ইম্ফাল ইস্ত
২) ওইনাম লুখোই (চনা লুখোই) চনা ভিলেজ, ইম্ফাল ইস্ত ।

**কংলা রিলিজিয়স কমিতি** অসীগী মেম্বর কনা কনান কমিতি অসীগী করি করি ফম ওইরিবগে, অমসুং কমিতি অসীগী মথৌন করিনো হায়বগী মতাংদ ২০০৬ ফেব্রুৱারী ১৪দ গবর্নরগী মিংদ আর্ত এন্দ কলচর দিপার্তমেন্তকী অন্দর সেক্রেতরিন য়াথংচে অম থোকখি ।। মদুগী মতুংইন্ন মেম্বরশিংদি মখাগীশিং অসীনি ঃ

১) প্রো: সাইরেম নীলবীর, রিতয়ার্দ প্রিন্সিপাল,
দি:এম: কলেজ ওফ কমর্স — চিয়ারমেন
২) য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্র, পিসুমথোং, ইম্ফাল — ভাইস চিয়ারমেন
৩) সুখাম তোম্বী, শীংজমৈ চীংঙামথক, ইম্ফাল — মেম্বর
৪) ওইনাম লুখোই (চনা লুখোই) চনা ভিলেজ,
ইম্ফাল ইস্ত — মেম্বর
৫) এস: ভৈগ্যা, সুপরইন্তেন্দেন্ত ওফ আর্কিওলোজি — মেম্বর সেক্রেতরি

রিলিজিয়স কমিতি অসীগী মথৌদি — লাইনীংগী ওইব ৱাফমশিং য়েংশিনব অদুগ মাইব, মাইবী অমসুং লাইনীংলোয়শিংবুসু য়াওন কংলা মনুংদ লৈব লাইনীংগী ওইব অশেংব মফমশিংবু য়েংশিন-খোৎচিনবনি ॥ *(Manipur Gazette Extraordinary No. 419, Imphal Feb. 25, 2006)*

**৩ ঃ কংলা-শা শানবগী কমিতি** — খৃস্তকুম ২০০৫ ফেব্রুৱারী ৪দ পাঙথোকখিব 'কংলা ফোর্ত বোর্দ' কী ২সুব মিতিংদ কংলা-শা শানবগীদমক কমিতি অম শেম্বগী ৱাফম খন্নখি ॥ কংলা-শা অসী অমুক হন্ন শানবগীদমক শাগী মৱোঙ, চাউ-শাংব, শানবগী পোৎচাক অমসুং শাগী মচু কমদৌবগে কবি ওইগদগে হায়বসী কমিতি অসীন লেপকনি ॥ কংলা-শা অসী শাগদব এজেন্সি/ফার্ম/মীশক অদু কমিতি অসীন খনগনি ॥ আর্ত অমসুং কলচব, মনিপুব গবর্নমেন্তকী কমিস্নারন ওক্তোবর ৬, ২০০৫ ত থোকখিব মনিপুব গবর্নরগী য়াথং চেরোল অদুগী মতুংইন্ন কমিতি অসীদ মখাগী মেম্বরশিং অসী লৈ :—

১) দাইরেক্তর আর্ত অমসুং কলচর — চিয়ারমেন
২) শ্রীৱাই: মঙ্গী সিংহ, সিনিয়র আকিতেক্ত
(রিতয়ার্দ) (এক্সপার্ত) — মেম্বর
৩) শ্রীমুতুৱা বাহাদুর (এক্সপার্ত) — মেম্বব
৪) শ্রীবি: মোহেন্দ্রো শর্ম্মা (শক্তমশাব মী) — মেম্বর
৫) শ্রীরুপোবান সিংহ,
এসিস্তেন্ত আর্কিওলোজিস্ত — মেম্বর

৬) দা: শ্রীমতি কে: সোবিতা দেবী — মেম্বর

৭) শ্রীএস: ভৈগ্য সিংহ, সুপইন্তেন্দেন্ত ওফ আর্কিওলোজি — মেম্বর সেক্রেতরি ॥

**৪ ঃ বাইও-দাইভর্সিতি কমিতি** — খৃস্তকুম ২০০৫ সেপ্তেম্বর ২৬ ত পাঙথোকখিব 'কংলা ফোর্ত বোর্দ' কী ৪সুব মীফম্ন, **কংলা কন্সেপ্ত দিভেলপমেন্ত প্লান্দ** প্রো: নলিনি থাকুরন লমদম অসীগী ওইব তোপ তোপ্প উপালশিং অমসুং হীদাক ওইন শীজিন্নবয়াব পাম্বীশিং কংলাগী মফমচাব মফমশিংদ থানবগী ব্রাফম হায়রম্ব অদু পাঙথোক্লবগীদমক 'কংলা ফোর্ত বোর্দ' কী মখাদ কমিতি অম শেম্লবগী ব্রাফম লাকখি ॥ কংলা মনুংদ মখল কয়াগী পাম্বীশিং অখন্নন লমদম অসীগী ওইব পাম্বীশিং থানবগীদমক মখাগী মীওইশিং অসীন মেম্বর ওইব **বাইও-দাইভর্সিতি কমিতি** অম শেমখি :—

১) প্রো: ঐচ: তোম্বী সিংহ, রিতয়ার্দ ভাইস চানসেলর, এম:য়ু: — চিয়ারমেন

২) কেঐচ: কিরনকুমার সিংহ, দাইরেক্তর (হোর: এন্দ এস: সি:), মনিপুর — মেম্বর

৩) দা: কেঐচ: সরোজিনী দেবী, দাইরেক্তর (আর্ত এন্দ কলচর) মনিপুর — মেম্বর

৪) দা: ঐচ: নন্দিরাম শর্ম্মা, হেদ ওফ দিপার্তমেন্ত, বোতানি, দি:এম: কলেজ ওফ সাইন্স, ইম্ফাল — মেম্বর

৫) কনজার্বেতর ওফ ফোরেস্ত (কন্সর্ন্দ) গবর্নমেন্ত ওফ মনিপুর — মেম্বর

৬) দা: এম: হোমেশ্বর সিংহ, সিনিয়র সাইন্তিফিক ওফিসার, ইনভাইরনমেন্ত এন্দ ইকোলোজি ৱিং, মনিপুর — মেম্বর

৭) এস: ভৈগ্য সিংহ, সুপইন্তেন্দেন্ত ওফ
আর্কিওলোজি, মনিপুর — মেম্বর সেক্রেতরি ॥

*(Manipur Gazette Extraordinary No. 418, Feb. 25, 2006)*

মনিপুর লৈঙাক্ত 'কংলা ফোর্ত বোর্দ' শেমদুন অমসুং বোর্দ অসীন অমুক 'কংলা ফোর্ত এক্ত' ত পীরিব ব্রারোলশিং অদুগী মতুংইন্ন কমিতি কয়া শেন্নগ থবক কয়া পাঙথোক্লিব অসীগী মরম অমসুং পান্দমশিংদি মনিপুব লেজিশলেতিব এসেমব্লীদ 'কংলা ফোর্ত বিল' বু এক্ত অম ওইনবগীদমক্ত পুথোকপ মতমদ য়াওখিব মবমশিং অদুগ লোয়নন প্রাইম মিনিস্তব দা: মনমোহন সিংহন কংলাগী মরমদ হায়রম্ব ব্রাফমশিং অদু ওইফম থোকই, ওইবসু ওইগনি ॥ মরম অসীন মনিপুর লৈঙাক্কী অপাম্বদি — খৃস্তকুম ২০০৪, নবেম্বব ২০ দ কংলাবু মনিপুর লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়ামদ খুৎশিন্নব মতমদ ভারতকী প্রাইম মিনিস্তরন হায়খিব — *"--- the Kangla Fort is the nucleus of Manipur and symbolises not only temporal power but also the spiritual and religious traditions of the people." – The Sangai Express -21-11-04 (কংলা ফোর্ত অসীদি মনিপুবগী মযোন্নি অদুগ মসীন মপানথোংগী ওইব লৈঙাক্কী মতীক মথৌনাখক্কীদ নত্তন মীবোল কয়া মথং মথং চৎথবক্লব নুংগী অমসুং লাইনীংগী ওইবগীসু শক্তাক খুদম ওই ॥)* — ব্রাফম অসী মতম পুন্নমক্ত নীংশিংদুন লৈশেম লৈঙাক্কী (তেমপোরেল পব্রার) ময়োল কোনুংলেন অমসুং মীবোল কয়া মথং মথং চৎথরক্লিব নুংগী অমসুং লাইনীংগী (স্পিরিচুয়েল অমসুং রিলিজিয়স ত্রেদিসন) ময়োল লাইফমলেন অম ওইদুন লৈরকখিব কংলাগী মাঙ-তাকপ্রব পুব্রারীগী ওইব মরুওইব মফমশিং, নীংশিং পোৎশকশিং, ফুরা লাইশঙশিং, চেকপল চেকয়ুমশিং, লাইনীং নাৎকী ওইব মরুওইব মফমনচিংবশিংবু অমুক হন্ন শেমগৎ-শাগৎপ অমসুং মাঙশিন তাকশিল্লক্লিবশিংবুন শেমজিন-শাজিন্দুন মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্ন ফগৎহনব অমসুং ফজহনব হায়বসী — ওইগনি ॥০॥



# ১৬

## ৪ ঃ কংলা ফোর্ত বোর্দন পাঙথোকপ্রব অমসুং পাঙথোক্লদব থবকশিং

**দি কংলা ফোর্ত এক্ত, ২০০৪** (২০০৫ গী মনিপুর এক্ত নম্বর ৩) হায়ন মিংথোনব এক্ত অসীদ অকক্লব ব্বারোল কয়া য়াওরি ।। ব্বারোলশিং অদুন, কংলা ফোর্তকী ওইন লৈরিব লম্নু করিগুম্ব ওইনিংব মব্বোঙ অমদ য়োনব, শান্তোকপ, পীথোকপ, শিনতোকপ নত্ত্রগ অতোপ্পগী ওইহনববু থিংই ।। কংলাগী লম পুম্নমক হায়বদি একর ২৩৭.৬২ অসী মনিপুর এন্সিয়েন্ত এন্দ হিস্তোরিকেল মোনুমেন্তস এন্দ আর্কিওলোজিকেল সাইতস এন্দ রিমেন্স এক্ত, ১৯৭৬ ত পীরিব ব্বারোলগী মতুংইন্ন কনশিন্দুন লৈরব মফমনি হায়ন ১৯৮০ দ লাউথোকপ্রবনি ।।

আসাম রাইফলসন কংলা ফোর্ত অসীবু হেক থাদোক্লম্বগ স্তেত গবর্নমেন্তন হান্ন য়াদুন লৈরম্লব প্রো: নলিনি থাকুরন শেম্ব কন্সেপ্ত দিভেলপমেন্ত প্লান (সি.দি.পি) অদু কংলা ফোর্ত বোর্দন তাংকক তাংকক নাইন থবক পায়খৎপ হৌখি ।।

**কন্সেপ্ত দিভেলপমেন্ত প্লান (সি.দি.পি.) অসী মরুওইব শরুক তরুক লৈ, মখোয় অদু মখাগী অসুম্ন উৎপ য়াই ঃ**

(১) পুব্বারীগী ওইব মরুওইব নীংশিংনিংঙাই ওইব পোৎশকশিং অমসুং মফমশিংবু হান্ন ওইরম্ব শকফমদ হনজিনহনব, অমুক হন্ন শেম-শাব/ ফগৎহনব ।।

(২) লাইনীংগী ওইব ঈয়োক্লোমশিং য়াওন মরুওইব লাইফমশিংবু ফগৎহনব ।।

(৩) য়ুরোপকী চৎনবী মরোঙদ শাব বিল্দিংশিং/বঙ্গলোশিংবু ওফিস অমসুং মিউজিয়ম ওইন অমুক হন্ন শীজিন্নব ॥

(৪) ইম্ফালদ লৈরিব মীওইশিংদ অশেংব নুংশিৎ ফংহন্নবগীদমক উপালশিং, হীদাক-লাংথক ওইন শীজিন্নব অখন্নব পাম্বীশিং অমসুং লমদম অসীগী ওইব য়েলহৌঙৈগী পাম্বীশিং থাজিন্দুন কংলাবু শা-উচেক কয়াগী লৈফম অমসুং উপালশিংগী হৌফম শায়োক-উয়োকপুঙ ওইহনব/ফগৎহনব ॥

(৫) ইম্ফাল মনুং অসীদ অচৌব পোৎথাপুঙ অমসুং অশংব লম্পাক লৈতব মবম্ম কংলা মনুংদ লৈব অহাঙব মফমশিংবু পোৎথাপুঙ ওনথোকপ ॥

(৬) কংলানচিংব মফমশিংবু ঙাক-শেন্নবগীদমক লাম্মী খুৎপু মচা অম থম্ব ॥

**'কন্সেপ্ত দিভেলপমেন্ত প্লান' অসীবু তাংকক-তাংকক নাইন থবক্ত মপুঙফান ওম্থোক্লব, ওম্থোক্লিব অমসুং ওম্থোক্লবগীদমক চৎথরিব থবকশিং অদু শমজীনব মরোঙদ মখাদ পীরি ঃ**

(১) কংলাদ লৈরিব শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী লাইশঙ অসী হান্নগী শকফমদ হনজিন্নব শেম-শাবগী থবক চাদ হুমফুদ্রা লোইশিল্লে ॥ ব্রাৎহৌবশিং অসী য়াম্ন থুন লোইশিল্লগনি ॥ থবক অসী 'ইন্দিয়া ইকোমোস' ন পাঙথোক্লি ॥

(২) ইবুধৌ পাখংবগী লাইশঙ/শঙলেন অসী 'মনিপুর পুলিস হাউজিং কোর্পোরেসন লিমিতেদ' ন অশীন-অবাংগী থবক তৌদুন শাবগী থবক খূমাঙ চাওশিল্লি ॥

(৩) নোংজুথা হৌদ্রিবৈদ মনুং-থাঙ্গপাৎ তৌথোকপগী থবক হৌখি, অদুম ওইনমক থবক অসী নোং তাব মরম্ম মতম খর লেপ্প তাখি ॥ ঈশিং চিথোকপ অমসুং লৈতৌবগী থবক অসী 'মনিপুর পুলিস হাউজিং কোর্পোরেসন লিমিতেদ' ন অথুব মতমদ পায়খৎলগনি ॥ [হৌজিক্তি (২২।৯।০৬) লৈবাক তৌথোকপগী থবক্তি লোইরে]

(৪) নুংজেং মচাবু হান্নগী শকফমদ শেমগৎপ/ফগৎহনবগী থবক হান্নন লোইদ্রে ॥

(৫) কেক্রুপাৎকী লম শম্বল খাজিনবগী থবক অদু ফজন খূমাঙ চাওশিল্লি ।। [হৌজিক্তি (২২।৯।০৬) শম্বল খাজিনব লোইরে]

(৬) কংলা মনুংদ হৌব পাম্বী অমসুং উপালশিংগী মশক তাকপগী থবক লোইরে ।। উপাম্বীশিংগী সাইন্তিফিক ওইব মমিং অমসুং ঐখোয়ন লমদম অসীদ খঙনব মমিংশিং অদু উপাম্বীশিং অদুদ থেৎলে ।।

(৭) কংলা মনুং শেংদোকপ অমসুং নাপী মোংশোং লৌথোকপগী থবক 'স্তেত পি: দবলিউ: দি:' ন চৎথরি ।।

(৮) ফোরেস্ত দিপার্তমেন্তকী 'ইনভাইরনমেন্ত অমসুং ইকোলোজিকেল ব্রিং' ন কংলাগী খা থংব শরুক্ত লমপাক শেমগৎপ, লৈ পাম্বী থাব অমসুং মফম অদু ফজহনবগী থবক লৌখৎলি ।।

(৯) কংলাগী অৱাংথংব শরুক্ত 'হোর্তিকলচর অমসুং সোইল কনজার্বেসন দিপার্তমেন্ত' ন লম্পাক শেমগৎপ, লৈ পাম্বী থাব, অমসুং ফজহনবগী থবক পায়খৎলি ।।

(১০) কংলা য়েংব লাকপ মীশিংগী খোঙহামফম শাবগী থবক ফজন চৎথরি ।।

(১১) লাইনীংগী ওইব অশেংব মফমশিং য়েংবদ ফজনবগীদমক শম্বল খাজিনবগী থবক ফজন চঙশিল্লি ।।

(১২) কংলা-শা অনী শানবগীদমক কমিতি অম শেমলে অদুগ লৈতৌবগী থবক পাঙথোক্লে ।। কংলা-শাগী মশক মৱোঙ মতৌসু কংলা উত্ত্রা মমাঙদ ২০০৫ কী নবেম্বর ১৪দগী ১৮ ফাওব মীয়ামগী পূক্লীং অমসুং অপাম্ব খঙদোক্লবগীদমক উৎস্রে ।।

(১৩) কংলা মিউজিয়ম থম্বগী থবক ফজন চঙশিল্লি ।।

### য়াদি য়ারব পাঙথোক্লিব তৌগদব থবকশিং ঃ

(১) ইম্ফাল তুরেলগী মতুং ইন্ন মিনুথোংদগী শনজেনথোং ফাওব ওয়ার নেত্তিং/ওয়ার মেশ অমসুং এঙ্গল আইরন পোস্তশিংগী শম্বল খাগৎপগী থবক ।।

(২) কংলা মনুংদ লৈরিব বৃন্দবনচন্দ্রগী লাইশঙ কন্নব অমসুং হান্নগী শকফমদ হনজিন্নবগী থবক ॥

(৩) কংলাগী মলতি পর্পোজ হোল লৈরিব অসীগী মনাক্ত মনুং - থাঙ্গপাৎকী রিতেনিং ৱাল শাব ॥ [হৌজিক্তি (২২।৯।০৬) শাব লোইরে]

**স্তেত গবর্নমেন্তন মহুদ অমসুং অতোপ্প দিপার্তমেন্ত খরগ ৱাতান্নদুন মখাগী থবকশিং অসী পায়খৎনব অচৌব প্রোজেক অমগী থৌরাং তৌরি ঃ**

(১) ইম্ফাল তুরেল মতুং ইন্ন মিনুথোংদগী শনজেনথোং ফাওব লৈবাক চাথৎপ থিংনব, ঈশিং ঈচাউদগী কংলাবু কন্নবগীদমক প্রোতেকশন/রিতেনিং ৱাল অম থম্ব ॥

(২) মৈঙাল, খুৎশেমগী ঈফুৎ শেমদুন, নুঙমপাক, কোংক্রিৎ থাদুন অমসুং লেন্দ স্কেপিং তৌদুন মপাল-থাঙ্গপাৎপু শেমগৎপ অমসুং ফজহনব ॥

(৩) মতীকচান মৈ থানবগ লোয়নন নাকলগী ঈরম শেমদুন কংলা মনুংগী লম্বীশিং ফগৎহনব ॥

(৪) কংলা মনুংদ লৈব হেলিকোপ্তর তাফম অসী কোংক্রিৎ থাব ॥

(৫) লাইনীংগী ওইব অশেংব ঈয়োক্কোমশিংবু অমাঙ অতা থোকহন্দন থম্ব ঃ নুংজেং অচৌব, নুংজেং মচা, লাই পুখ্রী, চীংখৈ পুখ্রী অমসুং ৱাঙ্গোন পুখ্রী কৌব ঈয়োক্কোম ৫ লৈ ॥ ঈয়োক্কোমশিং অসীগী অকোয়বদু মার্বলগী শিরি থাক শেমদুন অমসুং অকোয়বদ খোঙলম্বী শেমদুন ঈয়োক্কোমশিং অসী ফগৎহনব ॥

(৬) কংলাদ শোক্লখিব এঙ্গলো-মনিপুরী লাল ১৮৯১ দ অখন্নব মীংয়েং থল্লগ কংলা পুন্নান্নীগী মরমদ মঙাল অমসুং খোঞ্জেলগী থৌবোঙ (লাইত এন্দ সাউন্দ সিস্তেম) অম লৈহনব ॥

(৭) লমদম অসীগী তোঙান তোঙানব মীওই কাঙলুপশিংগী ওইব পোৎথাপুঙ অমসুং উয়োকপুঙ লমপাক শেমগৎপ ॥

(৮) কংলা মনুংগী লম্বীশিংগী নাকন্দ হৌজিক লৈরিব ইলেক্ট্রিক থাউমৈশিং অসী অনৌব শিন্দোকপ/শেমজিনব ॥

(৯) মনুং-থাঙ্গপাৎকী নাকল অনীমক মৈ থানব অদুগ থাঙ্গপাৎ অসীগী মনুংথংব নাকল্লোমদ লৈব খোঙলম্বী অদু কোংক্রিৎ থাব ॥

(১০) লমগী মৱোঙ মতৌ য়েংশিনব (লেন্দ স্কেপিং) ঃ নীংশিং পোৎশকশিং য়াওন কংলাগী মফম পুন্নমক লেন্দ স্কেপিং তৌরবতন্দ কংলাবু মতীকচান ফগাৎহনব ঙমগনি ॥

(১১) কংলা ফোর্তকী মনুংদ লৈব কান্নদ্রব শঙ পুন্নমক থুগাইখিব ॥

(১২) বৃতিশ অমসুং মনিপুর পুৱারী মতমগী মরুওইব নীংশিং পোৎশকশিং/ বিলদিংশিং লৈ ॥ বিলদিংশিং অমসুং নীংশিং পোৎশকশিং অদু তুংগী মীরোলগীদমক অমুক শেমজিনব অমসুং অমাঙ-অতা থোক্তনব থবক তৌব ॥

(১৩) আই: আর: বি: অসী কংলাগী নোংপোকথংব শরুক্তগী খা-নোংচুপ থংব শরুকলোমদ হোংদোকপগ লোয়নন শম্বল খাব (শম্বল খুৎখাদি মফম অদুবু তোপ তোপ্প মৱোঙদ লৈহন্নবগীদমক মমাঙঙৈগী চৎনরকপ খুৎখা ওইহনব) ॥

(১৪) লম হেনজিল্লকপ থিংনব অমসুং কংলা ফোর্ত অসীবু কন্নবগীদমক কংলাগী নোংপোকথংব নাকল্লোমদ চেকপল খাব ॥

(১৫) কংলাবু লূ-নান্ন থম্নবগীদমক মীয়ামগী খুদোংচাবশিং— হৌজিক মতমগী খোঙহামফম, অমোৎ-অকায় থাধফম থম্বগী তাইফদব লৈ ॥

(১৬) কংলা মনুংদ অমসুং মপাল থাঙ্গপাত্ত ঈশিং পীনবগী থবক ফগাৎহনব অসীনচিংবনি ॥

**কংলা মনুংদ পুৱারীগী ওইব মরুওইব মফম অমসুং নীংশিং খুবম কয়া লৈ ॥ মখোয় অদুদি ঃ**

১) উত্রা, ২) সিতাদেল, ৩) শ্রীগোবিন্দজী লাইশঙ, ৪) বৈথব, ৫) মংলেন, ৬) কংলা ফম্বাল তোংফম, ৭) চীংখৈ ঈয়োক্কোম, ৮) রাঙ্গোল ঈয়োক্কোম,

৯) নুংজেং ঈয়োক্কোম অচৌব, ১০) নুংজেং ঈয়োক্কোম মচা, ১১) লাই ঈয়োক্কোম, ১২) বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙ, ১৩) মারজিৎ ইন্সক্রিপশন, ১৪) সার হাইদর অলিগী মোংফম ফুরা, ১৫) নোংচুপ সনথোঙ, ১৬) কাঙজেবুঙ (মনুং) (তেনকৈথা) - (হেলিপেদ), ১৭) লূফৌনুঙ, ১৮) দরবার হোল, ১৯) তোপ গারোদ, ২০) লৈপল পনজাউ, ২১) মপাল-থাঙ্গপাৎ, ২২) মনুং-থাঙ্গপাৎ, ২৩) খা সনথোঙ, ২৪) অব্রাং সনথোঙ, ২৫) কেক্রুপাৎ, ২৬) কংলা-শাগী লৈফম, ২৭) পাখংব লাইশঙ মফম, ২৮) নিংথৌ বুদ্ধচন্দ্রগী মোংফমনচিংবনি ॥

**বৃতিশ/অনৌব মতমগী নীংশিং খুবম অমসুং বিলদিং কয়া লৈ ॥ মখোয় অদুদি ঃ**

১) জেনরেল স্লিমগী য়ুম, ২) মতম অমগী দি: আই: জি: (এ: আর:) গী লৈফম, ৩) মতম অমগী এ: আর: ওফিসারগী ক্লব, ৪) মতম অমগী সি: ও:, এ: আর: গী ওফিস, ৫) মতম অমগী সি: ও:, এ: আর: গী লৈফম, ৬) মতম অমগী এ:দি:এম: গী লৈফম, ৭) মতম অমগী এ:আর: ক্বাতর গার্দস (এ:আর:), ৮) এ:আর: ৱার মেমোরিয়েল, ৯) আই:আর: বি: গী ৱার মেমোরিয়েল, ১০) মতম অমগী এ:আর: গী য়ুনিত হোসপিতাল, ১১) প্রাইম মিনিস্তরগী প্লেৎফোর্ম — মফম অদুদগী খৃস্তকুম ২০০৪, নবেম্বর ২০দ কংলাবু মনিপুর লৈঙাক্ত খুৎশিন্নখি।, ১২) ২০০২ জুন ১৮গী নীংশিং খুবমশিং, ১৩) এ:আর: গী সুবেদার হেমচান্দগী নীংশিং খুবম অসীনচিংবনি ॥

[কংলা ফোর্ত অসী ভারতকী প্রাইম মিনিস্তর দা: মনমোহন সিংহন খৃস্তকুম ২০০৪ গী নবেম্বর ২০দ কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়ামদ খুৎশিন্নখিবনি ॥ কংলা খুৎশিন্নব অমসুং লৈবাক মীয়াম্ন কংলাবু অমুক হন্ন ফংজবগী থৌরম অসী **কংলা ফোর্ত বোর্দ** ন কংলাদ পাঙথোক্কদব হরাউকুম্মে মঙাগী মনুংচনব অমনি ॥ মরম অসীন থৌরম অসীবু নীংশিংব অহানব হরাউকুম্মে থৌরম অদু *'Observance of the First Anniversary of Handing over and Taking over Ceremony of The Kangla to the People of Manipur'* হায়ন মিংথোন্দুন ইচম চম্ব মর্বোঙদ খৃস্তকুম

২০০৫ গী নবেম্বর ২০ নোংমাইজিং নুমিত্ত কংলা মনুংদ লৈব 'কংলা হোল' দ পাঙথোকখি ॥ অমুক্কী পুঙ ১১ দগী হৌখিব থৌরম অদুদ কংলা ফোর্ত বোর্দ কী চিয়ারমেন ওইরিব মনিপুরগী চিফ মিনিস্তর ওক্রম ইবোবীন চিফ গেস্ত অদুগ কংলা ফোর্ত বোর্দ অসীগী ভাইস চিয়ারমেন ওইরিব আর্ত অমসুং কলচরগী মিনিস্তর কৈরোইজম পারিজাৎন প্রসিদেন্ত ওইদুনা থৌরম অদু পাঙথোকখি ॥ থৌরম অদুগী অহৌবদ কংলা ফোর্ত বোর্দকী মেম্বর সেক্রেতরি ওইরিব মনিপুর লৈঙাক্কী কমিশ্নর (আর্ত অমসুং কলচর) শি: ভরত, আই:এ:এস: ন ব্রাহৌদোক বারোল পীখি ॥ ব্রাহৌদোক বারোলগী চে অদু তিল্লিব মীয়ামদ য়েনখোকখি ॥ চেরোল অদুদ কংলাবু মশক তাকপগ লোয়নন কংলা ফোর্ত বোর্দ ন পাঙথোকখিব, পাঙথোকপগী থবক চৎথরিব অমসুং পাঙথোক্কদব থবক থৌরম কয়াগী মচং ওইব শরূক অদু মীয়ামদ খঙহনখি ॥ ব্রাহৌদোক চেরোল অদু কংলা ফোর্ত বোর্দ ন চহী অমগী মনুংদ (২০০৪, নবেম্বর ২০ – ২০০৫, নবেম্বর ২০) পাঙথোকখিব অমসুং মতুংদ পাঙথোক্কদৎ থবকশিংগী মতাংদ মরুওইব অয়ীব বারোল অম ওইবদগী মদুদগী মচাক লৌরগ মথক্কী বারোলশিং অসী ইবনি ॥] পুরারী মমাঙগী মতমদগী হৌরদুনা লাইফমলেন অমসুং কোনুংলেন অম ওইদুনা লাকখিব কংলা অসী হেন্না মপুঙফান মশকথোকপ মকম অম ওইনবগীদমক কংলা ফোর্ত বোর্দ ন পাঙথোকত্রব অমসুং পাঙথোক্কদব থবকশিং অসীদ লৈবাক মীয়ামগী মরমচব অপাম্বগী মতুংইন্না শেমগৎ-শাগৎপ, শেমদোক-শেমজিনব অমসুং হুগ্তোক-হুগচিনবগী থবক কয়া পায়কংলকপসু য়ারি খনজে ॥ মরমদি কংলৈপাক মনিপুর অসী মীয়াম-লৈঙাক (দিমোক্রেসী) চৎপ লমদম অমনি ॥ লৈবাক মীয়ামগী মরম চব অনীংব অপাম্বগী মতুংইন্না লৈশেম-লৈঙাকপ হায়বসী মীয়াম-লৈঙাক লৈব লৈবাকশিংগী মালেমগী ওইব চৎনরোলনি ॥০॥



# ১৭

## ৱারোইশিন পন্দুপ

কংলা হায়ব মিংথোল অসী, চীংশা নাপোম কয়া লৈরম্ব মফম অসীগী মহৌশাগী ওইব মপাম্বোংগী মীৎয়েং অমসুং লাইনীংগী ওইব নুংগী মীৎয়েং — মীৎয়েং অনী অসীদ য়ুমফম ওইরগ খঙনরকখিব মিংথোন্নি হায়বগী থাজনবীসু লৈ ।। মফম অসী লৈবাক অসীদ য়েলহৌঙেদগী খুন্দা লৈতাদুন লৈরক্লব মীতৈশিংগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনীংগী য়ুমফম ওইরিব লাইৱারী লৈশেমলোনগসু থাদোক্লব য়াদ্রব মরী লৈনৈ ।। তেংবানব মপুন মপারি উনৌ কোন্দে কোন্ন হুনব কোনজিল তিংথোকপ পাখংবদ — হয়েং তাইবংমীওইবন খুনবান লৈপাল্লবদ নমু পোংনিংথৌ ওইজৌ হায়ন ফম্বাল পীখিব মফম অদু কংলাদনি ।। তম্পাক্লমগী ময়োল ওইব খ্বাইদগী ইহান হান্ন ঈশিং কংখিব মফম ওইবদগী কংলা হায়ন কৌনরকখি ।। তশেংবদি, নিংথৌ ফম্বালতোংফম মেন লৈখুল (সুরুং) লৈরিব মফম অসীবু কংলা কৌই ।। মেন লৈখুল অসীগী মখাদ চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন তাউরোইনাই ওইন শায়োন্দুন মমৈবু ময়ান চীক্লুন লৈ হায়ব লাইনীংগী থাজনবী লৈ ।। নিংথৌ ফম্বাল কাফম কংলা মেন লৈখুলগী লৈফম ওইব মরম্ম লাইফমলেন অমসুং কোনুংলেন ওইরকখিব মায়কৈ মরিদ থাঙ্গপাংন কোয়শিল্লম্ব মফম অসীবু কংলা হায়রগ খঙনরকখিবনি ।।

য়াম্ন ওল্লিঙৈ, চক মরিগী মনুংদ অহানব ওইরিব হয়ি চক্ত পাল্লম্ব শগোল কাঙজে শান্নব হৌদোকখিব কাংব নিংথৌগী মতমদ হায়বদি ঙসীদগী চহী ৫১০০ রোম অদুৱাই মতমদগী কংলাদ কোনুং মফম ওইরক্লে ।। পুৱারীগী অহানব নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাঙ, চক অহুমগী শাংলব মতম অদুদ মীতৈগী য়েক শলাই কয়াগী নিংথৌশিংন কংলাদ কোনুং ওইদুন পানম্রে ।। মীতৈশিংগী য়ুম ইংখোল লৈবগী চংনবী নাংকী মীৎয়েংদ কংলা থাঙকমপাং

(থাঙ্গপাৎ) লৈরকপগী মতম অসী কংলাদ কোনুং নিংথৌকোল লৈরকখৈদগী ওইফম থোকই ।।

কংলা মনুংদ লাইফম, লাইনীংগ মরী লৈনব চীং, থেল, পুঙ, খোং, ঈয়োক্লোম অমসুং লাইয়িম লাইশঙ কয়া লৈরকখি ।। কংলাদি কোনুংলেন অম ওইবত নত্তন লাইফমলেন অমসু ওইরকখি ।। য়েলহৌখৈদগী লৈরক্লব য়েক শলাই অমসুং মীওই কাঙলুপ কয়াগী মপা-মপু পুকোক পুরেলশিংগী খোয়রী নাউফম ফুমফম, লৈফম য়ুমফম অমসুং মখোয়শিং অদুগী নুঙগী শক্তমনচিংব কংলাদ লৈরকখি ।। কংলান লমদম অসীগী য়েলহৌমীওই কাঙলুপ কয়াগী অপূনব শক্তমগী ৱারী ৱাখোঙ অমসুং ৱাখল ফোঙদোকই ।।

কংলাদ পানখিব নিংথৌরোল কয়ান লৈবাক মীয়ামগ লোয়নন পাংগল থৌনা অমসুং ৱাখল লৌশিং পুন্নমক শীজিন্নদুন কংলাবু কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইন শেমগৎ-শাগৎলকখি ।।

কংলা ফম্বাল তোংব হায়বসী মীতৈশিংগী লাইনীং অমসুং নাত্ত য়ুমফম ওইব য়াম্ন কুপ্লব অমসুং শাংলব থৌরম অমনি ।। থৌরম অসীগী মরুওইব শরুক অয়াম্বদি কংলা মনুংদ পাঙথোক্লরকখি ।। থৌরম অসীদ মীতৈশিংগী থাগোন্নদুন লৈরক্লব লাইনীংগী মমি ফজন তাই ।। থৌরম অসীমক্তি খাগেম্ব নিংথৌগী মতমদ মপুঙ ফাখিব ওইগনি ।। কংলা অসী লৈঙাক ৱায়েল থৌদাগী ময়োল অম ওইবত নত্তন লাইনীংগী ময়োল অমসু ওইরকপ মরম্ন লাইনীংগী ওইব হৱাউ কুম্মৈ থৌরম কয়াসু মফম অসীদ পাঙথোক্লরকখি ।। অদুগুম্ব হৱাউ কুম্মৈশিং অদু কৃপ্ন নৈনবন মীতৈশিংগী য়েলহৌখৈদগী লৈরক্লব লাইনীং অমসুং নাৎকী মশক খঙনব হোৎনবদ য়াম্ন কান্নরব মতেং অম ওইগনি ।।

কনাগুম্ব অমন কংলাগী মপুঙ ফারব ইকোন কোনব শকফম অদু খঙ্গে হায়রবদি সাহেবশিংগী লোইলম ওইরমদাই, ওইবমক্তি ওইদ্রিখৈ খৃস্তগী ১৯সুব চহীচা লোইশিল্লকপ মতমদ ওইরম্ব কংলাগী শকফম অদুসু য়েংশিনবগী মথৌ তারকই ।। শকফম অদুন নুং অমসুং পান অনীগী ওইব কংলাগী শকফম খঙনব হোৎনবদ অচৌব মতেং অম ওই ।। শকফম অদু খঙনবগীদমক লমদম অসীগী ওইব অরিব লাইরিকশিং অমসুং অরিব লাইয়েক পাফল নোংশান কয়া য়েংশিনবত

নত্তন লমদম অসীদ লৈরম্ব সাহেব শরন ইরম্ব লাইরিকশিং অমসুং মখোয়ন য়েক্লম্ব কংলাগী মেপ কয়াসু য়েংশিনবগী তঙাইফদব লাকই ।।

সাহেবশিংন কংলৈচা মনিপুরীশিংগ শোক্লখিব লালগী অহানব লালফম অদু কংলাদনি ।। লানফম অসীদ সাহেবশিং মায়থীখি ।। কংলা-শা মমাঙদ অঙৌব মকোক কেনখি ।। নুঙোয়বীদ সাহেবকী মকোক লালু চনখি ।। অদুবু, লালগী মতীক চাবব অফব খুৎসু খুৎলাই পায়রব মীশীং য়াল্লব সাহেবশিংগী লানমীশিংন, অরোইবদ শোক্লখিব অতোপ্প লানফমশিংদ, কংলৈচা মনিপুরীশিংবু মায়থীব পীখি ।। কংলা লৌশিনখি ।। কংলাদ লৈব চেকপল, লৈপল — পনজাউ, সনথোঙশিং, লোয়শঙশিং, কংলা-শা অনী, লাইফমনচিংব কয়া য়ৈথায় থুগাইখি ।। কংলৈপাক মনিপুর অসী সাহেবশিংগী লোইলম লৈপাক ওইখি ।। কংলাদ মখোয়গী সিফাই লৈশিনখি ।। আসাম রাইফলসকী লৈফম ওইরকখি ।। সাহেবশিংন ভারত অমসুং কংলৈপাক মনিপুর থাদোক্তুন চৎখ্রব ফাওবদ আসাম রাইফলস সিফাইদি কংলাদ অদুম লৈরকখি ।। কংলা মনুংদগী মখোয়বু চৎখিনব লৈবাক মীয়ামগী খোঙজঙ কয়া চঙশিল্লকখি ।। পুম্নমক অসীগী মহৈ ওইন চহী ১১৩ রোমগী মতুংদ আসাম রাইফলস সিফাইশিংন কংলা থাদোক্তুন চৎখ্রবদ খৃত্তকুম ২০০৪ নবেম্বর ২০দ, ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ থংবদ লৈব একর ২৩৭.৬২ চাউব মায়কৈ অহুমদ থাঙ্গপাৎ লৈব কংলাগী শরুক অসী, ভারতকী প্রাইম মিনিস্তর দা: মনমোহন সিংহন কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়ামদ খুৎশিন্নখি ।। কংলাবু খুৎশিন্নবগী থৌরম অদু কংলা মনুংদ পাঙথোকখি ।।

কংলৈপাক মনিপুরগী লৈঙাক অমসুং লৈবাক মীয়ামগী ওইরব কংলা অসী শেমগৎ-শাগৎপ অমসুং চাওখৎ-ফগৎনবগীদমক কংলা ফোর্ত ওর্দিনান্স কী মতুং ইন্ন শেম্ব কংলা ফোর্ত বোর্দ ত শিন্নখি ।। ওর্দিনান্স অদু এক্ত ওনখি ।। হান্ন লৈরম্নব 'কংলা কন্সেপ্ত দিভেলপমেন্ত প্লান' দ য়াওরিব চাওখৎ থৌরাংগী পরীংদ মীৎয়েং থমদুন হৌজিক হৌজিক কংলা ফোর্ত বোদ ন কমিতি কয়া শেম্বগ লোয়ননন কংলাবু চাওখৎ-ফগৎনবগীদমক শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়া চৎথরি ।। কোনুংলেন অমসুং লাইফমলেন অম ওইন লৈরকখিব কংলাবু কংলা

**ফোর্ত বোর্দ** ন কদাইফাওব মপুঙ ফান শেমগৎ-শাগৎলকখিবগে হায়ব অদুদি মতম খর শাংন চহী খর মখা তান য়েংখিফম থোকই ।। কংলাদি লৈঙাক ময়োল কোনুংলেন ওইরকখি ।। ঐখোয়গী পারম পুরমচংকী ওইব ৱাখল্লোনগী মতুং ইন্ন লৈঙাকলোনগী য়ুমফমদি নাৎনি ।। নাৎকী য়ুমফমদি লাইনীংনি ।।মরম অসীন কোনুংলেন ওইরকখিব কংলা অসী লাইফমলেন ওইরকখিবনি ।।

কংলাগী ৱারী ৱাখোঙ য়াওদব কংলৈপাক মনিপুরগী পুৱারীদি য়াইবী থৱায় য়াওদ্রব তাইবং হকচাংগী মশক্নি ।। **কংলা ফোর্ত বোর্দ** ন পাঙথোকফম থোকপ থবকশিং পাঙথোকখিব নত্রগ পাঙথোকখিদব পুন্নমকশিং অদু কংলৈপাক মনিপুর পুৱারীগী শরুক অম ওইহৌগনি — হায়ব ৱাফম অসী খঙহনবীবগ লোয়নন কংলাবু শেমগৎ-শাগৎপগী থবকশিং অদু মপুঙ ফান পাঙথোকপ ঙমজনবগী পাংগল থৌনা অমসুং ৱাখল লৌশিং অদু – তেংবানব মপু, ইমা লৈমরেল শিদবী, লাইয়িংথৌ সনামহী, ইবুধৌ পাখংব অমসুং থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল, কৌব্রুনচিংব লাইয়ামশিংন কংলা ফোর্ত বোর্দ কী মীওইশিং অমসুং বোর্দ অসীন শেম্ব কমিতিশিংগী মীওইশিংদ পীবীব ওইরসুনু ।।

**লাইনীং, নাৎ অমসুং পুৱারীগী মীৎয়েংদ কংলা** — হায়ন মিংথোনব পন্দুপ ১৭ লৈব লাইরিক অসী ঙসী খৃস্তকুম ২০০৬, দিসেম্বর ৩১, ৱাকচীং থাগী ১২নি পানব নোংমাইজীং নুমিৎকী অয়ুক পুঙ ১০ তাব মতমদ ইব লোইশিল্লে ।।

*হে লাইয়িংথৌ ইবুংঙো*
*অতিংকোক মরু শিদব*
*চীংঙু খোইয়ুম অসীব*
*সনামহী মহীবেল ।।৪।।*
*তোল্লব ননাই ঐহাক্*
*পৃক্রীং লৈরাংজদুন*
*হুম হুম খুরুমজে ।।৭।।*
*হরি-হয়া-হয়ুম ।।০।।*



**Appendix - I**

# KEY NOTE ADDRESS ON KANGLA FORT AND ITS DEVELOPMENTAL ACTIVITIES ON THE 2ND KANGLA DAY OBSERVED ON 20TH NOVEMBER, 2006

**P. BHARAT SINGH, I.A.S.**
Commissioner (Art & Culture),
Govt. of Manipur
&
Secretary, Kangla Fort Board

**Kangla,** the ancient palace of Manipur is one of the holiest places of Manipur. According to Cheitharol Kumbaba, the Royal Chronicle of Manipur, Kangla was the royal Palace since the reign of Nongda Lairen Pakhangba who ascended the throne in 33 A.D. upto the reign of Maharaja Kulachandra in 1891 A.D. It is believed that a ruling clan known as Khaba had ruled from Kangla before Pakhangba had ascended the throne at Kangla. Being a site of political & religious importance, Kangla has grown into a Fort through the centuries. It is from this place that the Ningthouja clan gradually wielded enough political and military power and grew up to be the most dominant ruler in Manipur and by 16/17th century the kingdom of Manipur was built up by them.

It is located at the heart of Imphal City on the western bank of the Imphal River. It lies in a place almost intersected by 24⁰N Latitude and 94⁰E Longtitude and 2619 feet above sea level. Kangla is considered to be the holiest place for the Manipuries. It is a centre of pilgrimage for all the Manipuries who are residing in Manipur, Assam. Tripura, West Bengal, Uttar Pradesh, Bangladesha, Mynmar etc. It is believed that Lord Pakhangba resides under 'Kangla' and rules the kingdom of Manipur and the Universe. Some of the important holy places in 'Kangla' are (i) Nungjeng Pukhri and other ponds (ii) Nunggoibi (iii) Manglen (iv) Kangla Men Surung (v) Site of lord Wangbaren (vi) Site of Lord

(ii)

Koubru (vii) Manung Kangjeibung etc. It is a protected area under the Manipur Ancient and Historical Monuments and Archaeological sites and Remains Act, 1976 being one of the most important Historical and Archaeological sites of the State.

## DESCRIPTION OF KANGLA FORT

The royal chronicle gives many references to the construction of Kangla by the successive kings of Manipur. The major landmark in the growth of the Kangla Fort was the construction works taken up by king Khagemba (1597-1652 A.D.) and Garibniwaz (1709-1748 A.D.)

In 1886, Captain E.W. Dun in his book "Gazetteer of Manipur" depicted a pen picture of Kangla in the following way : "In the centre is Raja's enclosure or it is called "Pat". Every road converges upon it, and it is in every sense the heart of the city and of the country ..... It is surrounded by a moat 20 yards broad and 6 feet deep at the deepest part, near the western gate. During the cold weather this moat only contains water round the south eastern and south western corners. It is divided into sections by the bunds over which the roads pass as they enter the four gates. The water round the south-western angle can be drawn off by a culvert (Now closed up) and partially filled up, cutting across the main road which runs along the edge of the moat outside it".

In 1891, Mrs. Ethel Grimwood, the wife of British Political Agent of Manipur, described the Kangla as follows : "The whole Palace was fortified. Five walls surrounded the Maharaja's enclosure. The outer of these was broken, and of no great height, but the inner one was very strong, built of bricks and supplied with bastion and surrounded the inner Palace on all four sides. On three sides of the outer wall was a canal, very deep and wide. It was here that the great boat race took place every year, and water was always kept weeded and cleaned for these events. The whole citadel was built with a view to resisting attack in the time before Burma was annexed, when armies of raiders used to come down upon Manipur with a hostile intent and it was a place which could easily be held against an attacking force, provided big guns were not brought to bear upon it".

(iii)

## DEMANDS OF THE PEOPLE OF MANIPUR FOR VACATION OF KANGLA FROM THE OCCUPATION BY THE SECURITY FORCES

The people of Manipur were demanding to the Government of India for a long time for vacation of Kangla Fort from the occupation by the Assam Rifles and to hand it over to the people of the State. Eventually, on 20th November 2004, the Director General of Assam Rifles, Lieutenant General, Bhupinder Singh handed over Kangla Fort to the Hon'ble Chief Minister of Manipur, Shri O. Ibobi Singh in the presence of the Hon'ble Prime Minister of India Dr. Manmohan Singh at a historic function held at Kangla during his visit to the State. Thus, a long cherished dream of the people of Manipur was fulfilled. Soon after, the State Cabinet approved the Kangla Fort Bill 2004 which was promulgated after the possession of Kangla Fort by State Government Ordinance, the Kangla Fort Bill 2004 was introduced in the Manipur Legislative Assembly on 21-12-2004 and it was passed unanimously by the Manipur Legislative Assembly. Then, the Kangla Fort Act was notified by the State Government in the Official Gazette on 14th January, 2005. The Kangla Fort Board is constituted with the Hon'ble Chief Minister, Manipur as president of the Board (Enclosed a copy of the constitution of the KFB as Annexure). There are specific provisions in the Act, which prohibit sale, lease, letting out, transfer or alienation of land under Kangla Fort in any form whatsoever. The entire area of Kangla Fort, covering 236.64 acres out of 237.62 acres has already been declared as protected area under the provision of the Manipur Ancient and Historical Monuments and Archaeological sites and Remains Act, 1976. A portion of Kangla land measuring an area of 0.78 acres is reserved as swimming pool on the southern side.

Soon after the vacation of Kangla Fort by the Assam Rifles, the State Govt. has started the implementation of the approved Concept Development Plan (CDP) of Kangla prepared by Prof. Nalini Thakur in phase manner. About a sum of Rs. 15.00 crores will be required for the development of Kangla Fort under the said Concept Development Plan.

The Concept Development Plan (CDP) consists of 6 (six) important components which are indicated as below :—

(1) Restoration and reconstruction/development of important historical Monuments and Sites.

(iv)

(2) Development of important holy places including sacred tanks / ponds.

(3) Reusing of important European style buildings/Bungalows as offices and Museums.

(4) Plantation of trees specially medicinal/herbal plants and indigenous trees to convert/develop Kangla as a Bio-Diversity Centre/Ecological park to provide fresh/clean Oxygen to the inhabitants of Imphal-City.

(5) To convert the open spaces inside Kangla as recreational centre since Imphal has no big park/green area.

(6) To keep a small force to protect the Kangla etc.

**THE DEVELOPMENT ACTIVITIES OF KANGLA FORT**

The above Concept Development Plan (CDP) has been under implementation in phased manner and some of the important works and achievements are summarized as below :–

**(A) Works taken up through the Manipur Police Housing Corporation (MPHC) Ltd.**

**1. Digging and construction of stairs for Nungjeng Pukhri Macha :**

The Nungjeng Pukhri Macha is regarded as the most sacred pond inside the Kangla Fort. It is located at the north-west of Nungjeng Pukhri Achouba. The renovation work has been taken up by the MPHC Ltd. at a cost of Rs. 1,49,983/- (Rupees one lakh fortynine thousand nine hundred and eightythree) only.

**2. Construction of Ibudhou Pakhangba Temple :**

It is believed that Ibudhou Pakhangba (Lord Pakhangba) ruled the state of Manipur. His abode is Nungjeng Pukhri at Kangla. The Assam Rifles vacated Kangla after realizing that Kangla is the most sacred place of the Manipuris and abode of Lord Pakhangba. The MPHC Ltd. is constructing the temple at a cost of Rs. 69,94,089/- (Rupees sixtynine lakhs ninetyfour thousand and eightynine) only. Till now about 65% of the temple is completed.

(v)

3. **Digging of Inner Moat :**

Kangla was the ancient capital of Manipur. It was surrounded by two moats. The Outer Moat was re-dug by the State Government in 1976. The digging of Inner Moat was necessary to show the pride and prestige of the kingdom of Manipur. The Moat was redug at a cost of Rs. 66,19,389/- (Rupees sixty six lakhs nineteen thousand three hundred and eightynine) only and 95% of the work is completed.

4. **Construction of Toilet Blocks :**

**Sanctioned amount : Rs. 23,10,256/-**

Kangla is becoming a centre of pilgrimage and tourist. During vacations, a large number of school children are also visiting Kangle. Earlier, the Department has proposed 16 Toilets at different places inside Kangla. However, there is a demand for change of design of the toilet. 5(five) toilets of earlier model are in progress and the model/design of the rest has also recently been finalised for early execution of the works.

5. **Retaining Wall of Inner Moat near existing multipurpose Hall :**

**Sanctioned amount : Rs. 13,03,252/-**

The construction of a retaining wall near the Kangla Hall was necessary in order to protect the collapse of the Kangla Hall. The same is completed.

6. **Construction of Compound Fencing of Kekrupat areas with Iron Gate :**

The fencing of the Kekrupat area is necessary to prevent any encroachment. Now, the work is completed at a cost of Rs. 34,31,299/- (Rupees thirtyfour lakhs thirtyone thousand two hundred and ninetynine) only.

7. **Decorative fencing of Holy/Sacred place :**

**Sanctioned amount : Rs. 49,98,112/-**

There are some holy/sacred places inside the Kangla Fort. It requires to beautify by developing gardens around the holy/sacred places. 65% of the work is completed.

(vi)

8. **Wire netting fencing with angle iron post fom Minuthong to Sanjenthong.**

**Sanctioned amount : Rs. 87,96,748/-**

The wire netting fencing from Minuthong to Sanjenthong Bridge was necessary in order to prevent from anti social elements on the eastern side by the Imphal River. 90% of the works is completed.

9. **Construction of Stairs for Chingkhei Pukhri :**

**Sanctioned amount : Rs. 3,82,948/-**

The work is not yet started due to some technical problems. The MPHC Ltd. has stated that the construction will start shortly.

10. **Fencing around the Temple and Mandapa of Ibudhou Pakhangba :**

**Sanctioned amount : Rs. 4,00,000/-**

The work will be started only when the construction works of temple and mandapa are completed.

11. **Construction of Gates and Fencing for Security Forces kept for protection of Kangla Fort :**

**Sanctioned amount : Rs. 10,82,868/-**

Prof. Dr. Nalini Thakur, the Consultant proposed to reserve the south-western portion of the Kangla Fort for Security forces for protection of Kangla Fort. Accordingly the MPHC Ltd. has started fencing of the proposed area with gates. 70% of the work is completed and the remaining will also be completed shortly.

12. **Electrification of Ibudhou Pakhangba Temple :**

**Sanctioned amount : Rs. 6,30,393/-**

The internal fixing of electrification work is necessary to the temple of Lord Pakhangba at Kangla. The work is being started.

(vii)

## WORKS TAKEN UP BY THE INTERNATIONAL COUNCIL OF MONUMENTS & SITES (ICOMOS), NEW DELHI

1. **Repairing of Govindajee Temple :**

   **Sanctioned amount : Rs. 1,20,69,000/-**

   The temple of Shri Shri Govindajee at Kangla was constructed in 1869 by Maharaja Chandrakirti Singh. The dome of the temple was collapsed in 2002. The same was reconstructed by the International Council of Monuments & Sites (ICOMOS), New Delhia. The work is almost completed (98%) except the floral designs and finishing.

2. **Conservation of Brindabanchandra Temple :**

   **Sanctioned amount : Rs. 28,60,215/-**

   The temple of Brindabanchandra is popularly known as Bir Tikendrajit Temple. The temple was constructed in late 19th Century A.D. which requires a major renovation work. The work is taken up by INDIA-ICOMOS and completed about 65%.

## WORKS TAKEN UP BY THE ENVIRONMENT AND ECOLOGY WING OF FOREST DEPTT., MANIPUR

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Sanctioned amount :** | **(a) 1st phase** | **:** | **Rs. 11,59,460/-** |
| | **(b) 2nd phase** | **:** | **Rs. 47,17,000/-** |
| | **Total** | **:** | **Rs. 58,76,460/-** |

**(Rupees fifty eight lakhs seventy six thousand four hundred and sixty) only.**

**The Kangla Fort is a big area measuring 237.62 acres. Prof. Nalini Thakur proposed to develop Kangla as an Archaeological/Heritage Park. Therefore, EEW under Forest Department has been entrusted to taken up development of Garden and Plantation of Medicinal plants etc. The work is in full progress.**

(viii)

## WORKS TAKEN UP BY THE HORTICULTURE & SOIL CONSERVATION DEPARTMENT, MANIPUR

**Sanctioned amount : Rs. 52,16,959/-**

As a part of developing Kangla as an Archaeological/Heritage Park, Horticulture & Soil Conservation Department has been entrusted the development of Garden, Lawn and Landscaping at the compound of Slim Cottage, KFB office/State Archaeology office and former Assam Rifles CO office. The works are in full progress.

## WORKS TAKEN UP BY THE FOREST DEPARTMENT, MANIPR

**Sanctioned amount : Rs. 38,23,126/-**

Imphal is lack of forest and green area. The CDP of Prof. Nalini Thakur recommended a lot of tree plantation inside the Kangla Fort so that Kangla may become a good supplier of Oxygen to the inhabitants of Imphal City. For this purpose, Forest Department has been entrusted to take up the plantation of various types of Trees inside Kangla Fort. The work is in full progress. Besides, the clearance of weeds, bushes etc. has been done by Forest Department at Kangla in all areas not covered by other work Agencies/ Departments.

## WORKS TAKEN UP BY THE DEPARTMENT (STATE ARCHAEOLOGY)

**I. Reconstruction of two Kangla Shas :**

**Sanctioned amount : Rs. 10,93,000/-**

There were two Kangla Shas in front of the Uttra inside Kangla. The two Kangla Shas (Dragon) were blown up by the British. The people of Manipur want to reconstruct the two Kangla Shas. Now, the work is taken up departmentally and in good progress. The prototype of Kangla Sha is almost completed.

(ix)

**II. Documentation :**

**Sanctioned amount : Rs. 5,81,280/-**

The documentation of the monuments, holy places, other historical sites and publication of a book on Kangla has been taken up departmentally and completed.

**III. Fencing of Kangla Fort Board Office (1st phase)**

**Sanctioned amount : Rs. 3,11,303/-**

The wire netting/fencing of the Kangla Fort Board Office for protection of the gardens, lawns etc. is completed.

**IV. Repairing of Kangla Hall :**

**Sanctioned amount : Rs. 1,69,851/-**

The Kangla Hall was utilized by the Assam Rifles as their Cinema Hall. The KFB decided to utilize the Hall as a public meeting hall. Therefore, the rusted CGI sheet roof was repainted and the wall was white washed for a new look. The work is completed. Now, it is fully used by the Deptts., other organisations etc. for their functions on hired basis.

**V. 2nd phase wire netting fencing with gate of former Assam Rifles C.O. Office.**

**Sanctioned amount : Rs. 2,03,771/-**

The 2nd phase for wire netting and construction of Gate around the compound of the C.O. Assam Rifles is being taken up.

VI. Development of a Kangla Museum undertaken departmentally is completed. Collection of Museum objects is in progress. An Assistant Curator of the Museum will be engaged on contract basis for looking after the works of the Museum. The Kangla Museum will be inaugurated shortly.

(x)

## FINANCIAL ACHIEVEMENTS
**(Actual Expenditure on Kangla from 2004-05 to 2005-06)**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| A. | 1. | Eleventh Finance Commission Award | – | Rs. | 2,08,78,422/- |
| | 2. | ACA/SPA (2005-06) | – | Rs. | 3,00,00,000/- |
| | 3. | Grant-in-aid (Plan) of KFB (2005-06) | – | Rs. | 43,08,861/- |
| | | **Total** | – | **Rs.** | **5,51,87,283/-** |

**B. State Plan fund for the year 2006-07.**

| | | | | | | Up-to-date Expenditure |
|---|---|---|---|---|---|---|
| 1. | Capital Outlay under State Plan | - | Rs. | 2,20,00,000/- | Rs. | 1,65,26,085/- |
| 2. | Grant-in-aid (Plan) of KFB | - | Rs. | 50,00,000/- | Rs. | 41,65,896/- |
| | **Total** | - | **Rs.** | **2,70,00,000/-** | **Rs.** | **2,06,91,981/-** |

The State Government is planning to take up a Project for overall development of the Kangla Fort under the Nehru Urban Renewal Mission of Imphal City.

Kangla is the property of the people and its proper development and maintenance need full co-operation of the people and special attention of both the Central Government and the State Government.



**ANNEXURE**

# MANIPUR  GAZETTE

# EXTRAORDINARY

**PUBLISHED BY AUTHORITY**

No. 241Imphal, Friday, November 26, 2004, (Agrahayana 5, 1926)

GOVERNMENT OF MANIPUR
SACRETARIAT : ART & CULTURE DEPARTMENT

ORDER BY THE GOVERNOR : MANIPUR
IMPHAL, THE 26TH NOVEMBER, 2004

No. 5/10/93-S(AC) Pt. – In supression orders of even No. dated 20-11 2004 issued in this regard and in exercise of the power conferred under Section 4(1)(2) read with Section-5 of the Kangla Fort Ordinance, 2004 the Governor of Manipur is pleased to constitute "The Kangla Fort Board" comprising of the followinag members with immediate effect and until further orders :

| | | |
|---|---|---|
| 1. | Chief Minister, Manipur | President |
| 2. | Minister in-charge of Art & Culture, Manipur | Vice-President |
| 3 | Leader of the Opposition in the Manipur Legislative Assembly | Member |
| 4 | Shri O. Joy Singh, Hon'ble MLA | Member |
| 5 | Shri R.K. Thekho, Hon'ble MLA | Member |
| 6 | Shri Thangminlien Kipgen, Hon'ble MLA | Member |
| 7. | Chief Sacretary, Government of Manipur | Member |
| 8 | Joint Secretary, Ministry of Home Affairs (North East), Government of India | Member |

(xii)

| | | |
|---|---|---|
| 9. | Director General, Archaeological Survey of India, Government of India | Member |
| 10. | Director General of Police, Manipur | Member |
| 11. | Padmashri N. Khelchandra Singh, Uripok, Imphal | Member |
| 12. | Prof. Sairem Nilbir, Khurai, Imphal East | Member |
| 13. | Commissioner/Secretary (Art & Culture) | Member-Secretary |

2. All persons nominated by the State Government to be the members of the "Board" shall hold office during the pleasure of this State Government.

3. The term of the office of a member nominated under clause (d) of sub-section (1) shall come to an end as soon as he ceases to be a member of the 'House' from which he was elected.

4. A non-official Member of the 'Board' shall hold office for a term of five years from the date on which he was appointed as Member and shall be eligible for re-appointment for another term.

By order & in the name of Governor

**DR. RAJESH KUMAR**
Secretary (Art & Culture)
Government of Manipur

(xiii) **Appendix - II**




## KANGLA MAP

Re-produced from the Maxwell's Map

— Mutua Bahadur

*(Curtesy : MUTUA MUSEUM)*

(xiv)

Appendix - III



২ ০৪, নবেম্বর ২০, থাংজ নুমিত্ত এ.আর. গী দাইরেক্তর জেনরেলন প্রাইম মিনিস্তরগী মমাঙদ কংলাগী অয়েকপ সোজৈ শক্তমবু সি.এম., ও. ইবোবীদ শিন্নব)

(i)

## ১ ঃ মতেং লৌফম ওইব মীতৈলোনগী লাইরিকশিং —

১) *চৈথারোল কুম্বাবা* ঃ ইথোকপ — ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র, ১৯৮৯।
২) *কংলা লৈয়াং* ঃ ইথোকপ — খুমনথেম য়াইমা, ১৯৮৭।
৩) *নুঙলোন* ঃ ইথোকপ — ইরোম অমুবী, ১৯....।
৪) *লৈহৌ নাউফমলোন* ঃ ইথোকপ — মথক্কী, ১৯৮০।
৫) *ফম্বাল মসিন* ঃ ইথোকপ — সমজেৎশাবম কোন্দুম্বা মঙাং, ১৯৯৮।
৬) *থিবেল লায়াং* ঃ ইথোকপ — এন. ইবোচৌবা, ১৯৮১।
৭) *সকোক লমলেন অহানব* ঃ ইথোকপ — ইবোহল অমসুং বাজেন, ১৯৭৩।
৮) *চেথে থাংবাই পাখংবা অমসুং নুংপান পোনবী লুবাউপা* ঃ ইথোকপ — খেলচন্দ্র, ১৯৮০।
৯) *চীঙ্গোইবোল* ঃ ইথোকপ — মথক্কী, ১৯৮২।
১০) *নুঙলোন থম্বাল* ঃ ইথোকপ — খুলেম চন্দ্রশেখব, ১৯৯৫।
১১) *লোয়য়ুম্বা সিনয়েন* ঃ ইথোকপ — মথক্কী, ১৯৭৫।
১২) *মসিন* ঃ ইথোকপ — মথক্কী, ১৯৯৭।
১৩) *কংলা হৌব* ঃ ইথোকপ — চনম হেমচন্দ্র, ১৯৯৭।
১৪) *কংলৈ নিংথৌ চহী* ঃ ইথোকপ — ঙাবিয়ানবম কুলচন্দ্র, ১৯৬৯।
১৫) *থাবোন* ঃ ইথোকপ — এন. ইবোচৌবা, ১৯৮২।
১৬) *থালোয় নোংখাযলোন* ঃ ইথোকপ — য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র, ১৯৮৭।
১৭) *সনামহী লাইকন* ঃ ইথোকপ — ওইনাম ভোগেশ্বব, ১৯৭২।
১৮) *সনামহী লাইহুই* ঃ ইথোকপ — ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র, ১৯৮২।
১৯) *পাম্বোইবী খোঙ্গুল* ঃ ইথোকপ — মোইবাংথেম চন্দ্রসিংহ, ১৯৭২।
২০) *কংলৈবোল* ঃ ইথোকপ — চনম হেমচন্দ্র, ১৯৯৬।
২১) *খুনুং লীচৎ শাজৎ* ঃ অয়িব — মাধব অমসুং খেলচন্দ্র, ১৯৭০।
২২) *মৈতৈ থৌনি লীচৎ* ঃ অয়িব — ইবোম অমুবী, ১৯৯০।
২৩) *মৈহৌবোল পুকোক* ঃ অয়িব — মথক্কী, ১৯৯১।
২৪) *পাখংব লাইহুই* ঃ ইথোকপ — নাউবোইবম ইন্দ্রমনি, ১৯৯৫।
২৫) *কংলা লাইফমলেন* ঃ ইথোকপ — ঙাঙোম পাকা মৈতৈ, ১৯৮৯।
২৬) *পাখংবা ফম্বাল* ঃ ইথোকপ — খুমনথেম য়াইমা, ১৯৬৭।
২৭) *সকোক লমলেন অহানব* ঃ ইথোকপ — খুলেম চন্দ্রশেখব, ১৯৯২।
২৮) *লোয়ন সিনলোন* ঃ ইথোকপ — ওইনাম ভোগেশ্বব, ১৯৬৭।

(ii)

২৯) *কংলা নুঙলোন লাইকমনে* ঃ ইথোকপী — হিজম চনু ফজবী, ২০০৫ ।
৩০) *ইনাংকী হরাউকুম্মে* ঃ অয়িব — খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৯৪ ।
৩১) *অরিব মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস* ঃ অয়িব — নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৬৭।
৩২) *লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী ৱারী শীংবুল* ঃ অয়িব — সাইরেম নীলবীর, ১৯৯৯।
৩৩) *লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ* ঃ অয়িব — মথক্কী, ২০০২ ।
৩৪) *ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইরিক* ঃ অয়িব — মথক্কী, ২০০৪ ।
৩৫) *শজিফু চৈরাউবা* ঃ অয়িব — ইরোম অমুবী, ১৯৮০ ।
৩৬) *ঈরাৎ লাইশোল* ঃ অয়িব — খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৮৪ ।
৩৭) *সনামহী মিংথৈ ১৬৮* ঃ অয়িব — প্রোঃ কাংজিয়া মঙাং, ১৯৯৪ ।
৩৮) *মণিপুর ইতিহাস (অনীসুব খন্দ)* ঃ অয়িব — শ্রীঅতোমবাপু শর্ম্মা, ১৯৪২ ।
৩৯) *অরিবা মণিপুরী লোনগৈ* ঃ খোমজিনব — নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭৮।
৪০) *মণিপুর ইতিহাস* ঃ অয়িব — দা. এল. চন্দ্রমনি, ১৯৭০ ।
৪১) *মণিপুর ইতিহাস* ঃ অয়িব — আর. কে. সনাহল, ১৯৪৭ ।
৪২) *বীর টৈকেন্দ্রজিৎ সিংহ* ঃ অয়িব — মথক্কী, ১৯৭৩ ।
৪৩) *বিজয় পঞ্চালি মণিপুর ইতিহাস* ঃ অয়িব — মুতুম ঝুলোন, ১৯৪৭ ।
৪৪) *মণিপুর ইতিহাসতা ইরাবত* ঃ অয়িব — সোয়াম ছত্রধারি, ১৯৯৬ ।
৪৫) *মণিপুরী আর্টকী ৱারী শীংবুল (৩সুব শরুক)* ঃ অয়িব — মুতুৱা বাহাদুর, ১৯৭৫ ।
৪৬) *ৱায়েৎ চবুন অহানব শরুক* ঃ অয়িব — প্রো: এনজি. কাংজীয়া, ১৯৮৯ ।
৪৭) *কংলা* ঃ অফোঙব — মণিপুর গান্ধিজম সোসাইতি, ১৯৭১ ।
৪৮) *কংলা* ঃ অয়িব — মোইরাংথেম ইরাবোত, ১৯৯২ ।
৪৯) *খাগেম্ব লাওজৈ* ঃ ইথোকপ — ওইনাম ভোগেশ্বর, ১৯৬৭ ।
৫০) *লাই হরাউবা* ঃ অয়িব — ৱাহেংবম লুখোই, ১৯৮৯ ।
৫১) *সন্দ্রেম্বী চৈশ্রা* ঃ অয়িব — নিংঙোম্বম মনিজাউ, ১৯৭৮ ।
৫২) *পুন্সি খোঙচৎতা* ঃ অয়িব — য়ুম্নাম য়াইমা, ২০০৫ ।

(iii)

## ২ ঃ মতেং লৌফম ওইব মীতৈলোনগী চেফোঙ, ব্রারেং, সেমিনার পেপর অমসুং পাউচেশিং —

১) *মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংব* ঃ এন. খেলচন্দ্র (অপূনব ব্রারেং ঃ মণিপুর য়ুনিভর্সিতি, কাঞ্চিপুর, ১৯৯৩)।

২) *কংলা* ঃ নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সাহিত্য, আগস্ত, ১৯৭১)।

৩) *মিঃ গ্রিমউদন ওফিস কনফিদেন্সিয়েল ঙাকপ* ঃ বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা (মতমগী খোঙথাং, দিসে: ১৯৯৫)।

৪) *কংলাদগী লাম্বী লৌথোকপ মণিপুরী মীয়ামদদি ময়ামরিচিকা* ঃ দা. কেঐচ. ইবোচৌ, (মতমগী খোঙথাং, দিসে: ১৯৯৫)।

৫) *১৮৯১ গী মতুংদ কংলাগী শক্তম* ঃ দা. সাপম ভৈগ্য, সুপরইন্তেন্দেন্ত, মণিপুব স্তেত আর্কিওলোজি (মতমগী খোঙথাং, মার্চ, ১৯৯৫)।

৬) *মণিপুবগী মৈতৈ কংলাগীদমক আসাম রাইফলসপু থাগৎচবি* ঃ মনিন্দ্র কোনসম (সনথোঙ চেফোঙগী ইদিতবিয়েল, দিসে. ২০০৪)।

৭) *মণিপুবগী মৈতৈ কংলা* ঃ নাউবোইবম ইন্দ্রমনি (সনথোঙ, দিসে. ২০০৪)

৮) *কংলাগী হোংলক্লিব মশকশিং* ঃ দা. সাপম ভৈগ্য (সনথোঙ, দিসে. ২০০৪)

৯) *কংলাগী নীংশিং খুভমশিং* ঃ প্রো: দা. পি. গুনিন্দ্র (সনথোঙ, দিসে. ২০০৪)

১০) *মণিপুরগী কংলা* (ইদিতর্স, সনথোঙ, দিসে. ২০০৪)।

১১) *কংলা — ১, মকওইব লাইফম, লোয়শঙ অমসুং মফমশিং* ঃ সাইবেম নীলবীব (মতমগী খোঙথাং, জুলাই/আগস্ত, ১৯৭৯)।

১২) *কংলা* (সেমিনার পেপর) ঃ চোংথামচা ঙানব (জয়) (অশীনব — কংলা কনব জোইন্ত এক্সন কমিতি, ২০০১)।

১৩) *কংলাগী হৌরকলোন* (সেমিনার পেপর) ঃ অরাম্বমচা হৈরাংঙৌ (মথক্কী)।

১৪) *মীহৌরোলগ সাগোল্লরক্লব কংলা লাইফম* (সেমিনার পেপর) ঃ ঙারিয়ানবম কাংজিয়া মঙাং (মথক্কী)।

(iv)

১৫) *কংলা ঃ য়েক শলাইচাশিংগী য়াইদগী শেংলব লাইফমলেন ওইন থম্ব* (সেমিনার পেপর) ঃ নাউরোইবম ইন্দ্রমনি (মথক্কী)।

১৬) *সেমিনার ওন প্লানিং ওফ কংলা আফতর সিফতিং ওফ আসাম রাইফল* (সেমিনার) ঃ অসীনব — স্তেত আর্কিওলোজি, গবর্নমেন্ত ওফ মণিপুর, ১৯৯৬।

১৭) *মণিপুরগী অরিব লাইরিকশিংদ (পুয়া) ইরন্নব কংলাদ লৈব লাইফমশিং* (সেমিনার পেপর) ঃ সাইরেম নীলবীর (অসীনব — ত্রাইবেল মিউজিয়ম এন্দ রিসার্চ সেন্তর, ওক্তো. ২০০৫)।

১৮) *দ ইভোলুসন ওফ আর্ট এন্দ আর্কিটেকচর ওফ কংলা* (সেমিনার পেপর) ঃ বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা (মথক্কী)।

১৯) *মোনুমেন্তস ইন কংলা* (সেমিনার পেপর) ঃ এস. রুপোবান (মথক্কী)।

২০) *মীতৈ নাৎকী শক্তমদ হরাউ কুম্মৈ* (সেমিনার পেপর) ঃ সাইরেম নীলবীর (অসীনব — মণিপুর স্তেত আর্কাইভস, দিসে. ২০০০)।

২১) *কংলাগী ঙমখৈ* ঃ সমরেন্দ্র চোংথাম (পোক্নফম — ২০।১১।০৪, ৪।১২।০৪, ২৫।১২।০৪)।

২২) *কংলা* ঃ প্রো: দা. পি. গুনিন্দ্র (পোক্নফম — ৭।১।০৫, ৪।২।০৫, ১১।২।০৫)

২৩) *পোক্নফম* — ২১।১১।২০০৪।

২৪) *ঙসিগী কংলা লাইফমলেন* ঃ চনা লুখোই, (সঙাই এক্সপ্রেস - ২১।৭।০৬)।

(v)

## ৩ ঃ মতেং লৌফম ওইব ইংলিস্ত ইব লাইরিক, মনিপুর গেজেৎ, রারেং, পাউচেশিং –


1) *The Lost Kingdom (The Royal Chronicle of Manipur)* : (Ed) L. Joychandra, 1995.

2) *Notes on Meitei (Manipuri) Beliefs and Customs* : (Ed) Dr. John Parratt, 1998.

3) *Statistical Account of Manipur* : Dr. R. Brown, Reprint,1975.

4) *Gazatteer of Manipur* : E.W. Dun, Reprint, 1975.

5) *My Three Years in Manipur* : Mrs. Grimwood, Reprint, 1984.

6) *The Meitheis* : T.C. Hodson, Reprint, 1975.

7) *My Experience in Manipur and Naga Hills* : Sir James Johnstone, Reprint, 1971.

8) *Documents of Anglo-Manipur War (Part-I)* : (Ed.) N. Khelchandra, 1984.

9) *Documents of Anglo-Manipur War (Part-II)* : ditto, 1991.

10) *Imphal – A Short Historical Account (Seminar paper)* : Prof Gangmumei Keibui (Orgd. by J.N.U. Centre of Post Graduate Studies, 30,31/12/1975.

11) *A Short History of Manipur* : R.K. Jhaljit, 1965.

12) *Kangla Fort, Imphal, The Ancient Capital of Manipur* : State Archaeology, 2005.

13) *Protected Monuments and Archaeological Sites of Manipur* : State Archaeology, 1995.

14) *One Hundred Years of Manipur's Last War of Independence* : Published by DIPR, Manipur, 1991.

15) *The Historical and Archaeological Importance of The Kangla (Manipur Fort), The Ancient Capital of Manipur* : N. Khelchandra (Manipur Today : DIPR, August 15, 1989).

16) *Manipuri Forts and Monuments* : (Ed.) O. Ibochouba & Dr. P. Gunindra, Mutua Museum, 1987.

17) *Manipur Merger Agreement, 1949 (Manipur Code Part-I* : Govt. of Manipur, Law Dept. 1963).

(vi)


18) *Administrative Changes in Manipur After 1891* : Dr. Badar - ruddin (State Archives, 1991).

19) *British Political Agency in Manipur (1935-1947)* : Dr. Kh. Sarojini Devi, 2005.

20) *Guiness Book of World Record,* 1991.

21) *The Fact Finding Committee on Extention of Kangla Pat* : Manipur Legislative Assembly Secretariate, 1982.

22) *The Kangla Fort Ordenance, 2004* (Manipur Gazette Extra Ordinary No. 236, Nov. 20, 2004).

23) *The Kangla Fort Bill, 2004* (As introduced in the Legislative Assembly).

24) *The Kangla Fort Act, 2004* (Manipur Gazette Extra Ordinary No. 273., Jan. 14, 2005).

25) *The Kangla Fort Board* (Manipur Gazette Extra Ordinary No. 241, Nov. 26, 2004).

26) *Expert Committee* (Orders Dec. 1, 2004)

27) *Kangla Religious Committee* (Manipur Gazette Extra Ordinary No. 419, Feb. 25, 2006).

28) *Bio-Diversity Committee* (Manipur Gazette Extra Ordinary No. 418. Feb. 25, 2006).

29) *Key Note Address on 1st Kangla Day* : P. Bharat Singh, I.A.S. Commissioner (Art & Culture) Govt. of Manipur, (Secretary, Kangla Fort Board, Nov. 20, 2005).

30) *The Sangai Express* (English Daily), Nov. 21, 2004.

31) *Key Note Address on the 2nd Kangla Day Observed on 20th Nov. 2006* : P. Bharat Singh, I.A.S., Commissioner (Art & Culture) Govt. of Manipur, Secretary, Kangla Fort Board.

# অয়িবগী মরমদ






সাইরেম নীলবীর ঃ পোকপ ১৩।১।১৯৪১ ॥ মোদর্ন কলেজগী ওজা(১৯৬৬-৬৮)॥ দি. এম. কলেজগী ওজা (১৯৬৯-২০০১)॥ দি.এম.কলেজ (কম্যুর্স)গী প্রিন্সিপাল ওইন থবক্তগী পোৎথাব ২৮-২-২০০১॥ থা ৩/৩ গী চেফোঙ 'মতমগী খোঙথাং'গী ইদিতর (১৯৭০-৭৪), (৭৬-৯৫)॥

সেমিনারদ পাথোকখিব চেশিংগী মনুংদ খরা ঃ (১) মণিপুরগী সমাজদ ধর্ম্মগী য়াওল ঃ হৌজিক হৌজিক ওইরিব ফীভম ঃ অসীনব - কলচরেল ফোরম, ২৫।১২।৮৩, (২) সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ ঃ য়ুনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিয়েশন, ৩০।১০।৮৮, (৩) মীতৈ সনামহী লাইনীংগী অশিবগ মরী লৈনব লাইথৌশিংঃ মণিপুর ফোক্কলোর সোসাইতি , ২৬।৫।৯০, (৪) সনামহী লাইনীংঃ অরিব লাইনীংগী মমিংঃ সনামহী তেম্পল বোর্দ, ৬।৯।৯২, (৫) পুৰারী, লাইনীং, অমসুং ৰাংউরোলগী মীয়েংদা পোইরৈতোন খুম্হোকপ ঃ মণিপুরী লিতরেরী সোসাইতি, ২৪।১২।৯৫, (৬) মীতৈ নাৎকী শক্তমদ হরাউ কুম্মে ঃ মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভ্স্ ২৩।১২।২০০০,(৭) চীংমী তম্মী য়েলহৌঙৈদগী লৈনরকপ মরী ঃ মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভ্স্, ৭।১২।০১ (৮) হৌজিক্কী খুন্নাইদ ইমোইনুগী মফম ঃ লীগ ওফ কেল্লো পেত্রিওত্স্, ১২।১।০৩, (৯) মীতৈশিংগী পোকপদগী শিব ফাওবগী থৌরমশিংঃ কলচরেল ফোরম, ১।৬।০৩, (১০) Sanamahi Religion : Phil. Dept. M.U. Sponsored by Centre for Studies in Civilization, New Delhi, 15/7/03 (১১) Origin and Development of Sanamahi Religion from 2000 B.C. to 1709 : S.R. Institute of Manipur Studies, 9/11/03, (১২) হৌজিক্কী খুন্নাইদ মায়চৌ খোংনাংথাবগী ৰাখল্লোনগী ঈথিল ঃ মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ত, ১২।৩।০৪, (১৩) Origin, Development and Attributed of Sanamahi Religion : Phil. Dept. M.U. Sponsored by Indian Institute of Advanced Studies, Simla, 29/6/04 (১৪) মণিপুরগী অরিব লাইরিকশিংদ (পুয়া) ইরম্ব কংলাদ লৈব লাইফমশিং ঃ ত্রাইবেল মিউজিয়ম এণ্ড রিসার্চ সেন্তর, ২৪।১০।০৫, (১৫) য়াম্ন ঙল্লিংঙৈ মতমদগী মীতৈশিংগ অতোপ্প মীওইশিংগ লৈনরকপ মরী ঃ ACOAM-LUP, ২৯।১।০৬ ॥ (১) মীতৈ। মৈতৈ ফূরূপগী অশেংব পুয়া/ লাইরিক খনবগী অখণ্ড- অহৈ লূপকী মেম্বর (২৩।৬।৯১), (২) সনামহী তেম্পল বোর্দকী মেম্বর (১১।৩।০৪), (৩) Chairman, Foundation for the University of Sanamahi Culture (2004-), (৪) Member, Kangla Fort Board (2004-), (৫) Member, Kangla Expert Committee (2004-), (৬) Chairman, Kangla Religious Committee (2005-) ॥

ফোঙখিব লাইরিকশিংঃ - (১) লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৰারী শীংবুল, ১৯৯৯, (২) লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ, ২০০২, (৩) কোংময় লাইফম, ২০০৩, (৪) ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইরিক, ২০০৪ ॥

ফংখিব মনা ঃ- (১) মোইরাংথেম চন্দ্রশিং পন্দিত অচৌবা সনাগী মেদল (৯।১২।০৫), (২) মায়চৌ নীংশিংমনা (২২।১।০৬), (৩) মায়চৌ লাংওল সনা পূমহৈ মনা (৮।৭।০৬) ॥০॥